ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯒꯤ ꯏꯆꯦꯜꯗꯥ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ
ꯃꯨꯁꯂꯤꯝ

# সাহিত্যগী ঈচেলদা মণিপুরী মুসলিম


এম. এম. অহমদ
এস.এম. শৈখ

# সাহিত্যগী ঈচেলদা মণিপুরী মুসলিম

খোমজিনবা

এম. এম. অহমদ

এস. এম. শৈখ



রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর

মসজিদ রোড, ইম্ফাল



**SAHITYAGI EECHELDA MANIPURI MUSLIM**

Compiled by **M.M. Ahmed, S. M. Seikh**


*অফোঙবা ঃ*

রাইটর্স য়ুনিয়ন মণিপুরগীদমক মুহম্মদ সলিমনা ফোঙদোকপা

*অহানবা থৃংনম ঃ*

জনুয়ারী ২৪, ২০১০ ইং

রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর

মসজিদ রোড, ইম্ফাল

*লাইবিক মশিং ঃ*

৫০০

*মখুম ঃ*

শারুংবম মনমোহন সিংহ

*মমল ঃ*

লুপা ৯৫/-

*নম্ফম ঃ*

পদ্মা প্রিন্টর্স, পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# ৱামাঙ ওইবা ৱারোল

মণিপুরী মুস্লিম (মৈতৈ পাঙল) পুন্সিগী হীরম খুদিংদা শোৎথৈ, মতমগী খোঙচৎ তুংইনবা ঙমদে। মসি মখোয়গী লময়ানবা অমদি লমজীংবা মী ৱাৎপা অমসুং মখোয়গী মরক্তা খন্ন-নৈনবা ৱাৎপা অসিনচিংবনা ওইহনবা মওংনি। মতমদি ঙসিনা লোইদে। অদুনা হোৎপু-হোৎনরবদি থেঙলবসু থেঙনা অৱাৎপদু মেনখৎপা ঙমফম থোকই। অদুবু লুরিবদি অৱাৎপা লৈরিঙৈদা অহোবা লৈরকপা হায়বদি ৱাৎপদু মেনখৎনবা থৌদাং লৌগদবা মী চোংথোক্তবা অসিনি। মণিপুরী মুস্লিমদা শোৎথরিবসি সাহিত্যগী নাকন্দসুনি। বৃটিশকী (খৃঃ ১৮৯১-১৯৪৭) মতমদগী মহৈ ফংবা মী লৈখিদবা নত্তে। অদুবু মখোয় ইবগী লমদাংদা চঙশিল্লমদে, মখোয় লময়ানবা লমজীংবা মী ওইখিদে। অদুনা মখোয়দু 'লৈরম্বগী কান্নদে, ঙিংলম্বগী তোংলেদে' হায়বদুমক থোকই।

মণিপুরী মুস্লিমগা মৈতৈ লোনগা য়ান্নমক পক্লে। অদুনা মখোয়গী চীনবুং সাহিত্য (খুনুং ঈশৈ, পাউরৌ, পাউখোং) ৱাৎতনা লৈজে। মদু লাইরিক হৈবা মীশিংনা অইবা সাহিত্য ওইনা পুথোকপিরমদবদগী লৈমিন্নরিবা কাঙলুপকী মীওইশিংনা খঙদবনি। শম্না হায়রবদা মমাঙঙৈগী লাইরিক হৈজদবা মীরোন্না মমারোন মশক থোক্লবা লৌজরম্বা থৌদাং লাইরিক হৈরবা মীশিংনা নীংশিংবিদবদগী মখোয়না থম্বিরম্বা সাহিত্যগী মচাক পুন্নমক মাঙখিবা যাবগী মওংদা লাকখিবসি লাইবক থীবনি। ঐখোয়গী লোনথক ওইবা অহলশিং লৈরক্লে; হৌজিক কন্নাদা হংগনি, কদায়দা থিগনি। হৌখিবা মতমগী মীবোনশিং, মরু ওইনা নহাশিং রোমান্সতা ঙাওজরম্বা ঙাক্তনি। মখোযনা মখোয়গী শৈথারোন্দা মহাও হাপ্পা ঙম্মী, মীবু শুমহৎপা ঙম্মী অমসুং পেলহল্লি। ঐনা নহা ওইরিঙৈদা তাজহৌবা শৈরোন অমা-নীদং খুদম ওইনা থমজরিঃ-

ক) চারৌখোংদা লু থুম্বী !
হৈনা থুম্মু লৃ থুম্বী,

লুনীং থল্লা চঙবনে
লেম্লে ঙারা চঙবনে !

(খ) মালংদবু তাউরিবী !
লৈয়াঙথক্তা ঈরোইবিবী,*
মালং ঈরৈ কনবনে
লোংদাউগা ঈবৈগা পক্লবনে,
ঈবৈনা চেল্লে ফজরে
কোঙ্গোলনা লৈতেংলে পেঞ্জরে !

* জগোই শারিবী

অসিগুম্না ঈশৈ শক্লগা পেঞ্জরম্না মীশিংদা ঙসিদি উদ্রে, ৱারী ওনখ্রে। ঐখোযগী অইবশিংবু নাকল অসোমদা লৈরিবা অবীবা সাহিত্যগী মচাকশিং থিজিলহন্নিংউ অমসুং মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তমহঞ্জনিংই।

মণিপুরী মুস্লিমদা অইবা লৈরকপা

কুনগুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখাযগী মতমদা মণিপুরদা মুস্লিম নহা অইবা খবা চোংথোক্লকখি, বরাক তম্পাকলোমদসু চোংথোক্লকখি। মণিপুরী সাহিত্য মশক থোকহনবদা মখোয়না ঙমজবা থৌদাং লৌরকখি। মখোয়গী পোৎথোক ফজবা নংত্রগা ফজদবগী ৱাফম তোপ্পা থল্লগা মখোয়না মণিপুরী সাহিত্যগীদমক লৌবিবা থৌদাং অদুদি থাগৎতবা ঙমদে।

হন্দক রাইটর্স যুনিয়ন, মণিপুরনা মণিপুরী মুস্লিম অইবা খবগী (বরাক তম্পাক্কী য়াওনা) চোইজাইননা লৈখ্রবা ৱারেং খরা খোমজিল্লগা লাইবিক ওইনা "সাহিত্যগী ঈচেলদা মণিপুরী মুসলিম" হায়না পুথোকপীবা অইবশিংগী পুক্নিং থৌগৎপিরান লৌজৈ। মসিগীদমক যুনিযনবু থাগৎচরি। মতুংদসু যুনিয়ন অসিনা মণিপুরী সাহিত্য লৈকোল মশক থোকহনবদা অঙম্বা থৌদাং লৌবকখিগনি হায়বগী থাজবা থমজরি।

*মণিপুরী সাহিত্য, মালেম থুংনা ঙাল্লসনু*
*নুমিৎকুম, মঙাল নত্তনা অতৈ লৈত্রসনু!*

তাং ৩।১।২০১০ ইং, **মুহম্মদ, অব্দুর রহমান**

# পূক্লিংদা ফাওরকপা খরা

মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) লমদম অসিগী মাঙবা য়াদ্রবা ফুরুপ অমনি। মৈতৈগী মথংদা মৈতৈলোন লোনবা অচৌবা ফুরুপ অমা থিরকপা তাববদি মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) না ওইরি। মণিপুরী লোল সাহিত্য একাদেমীনা শক খঙলবা লোলনি। মমালোলসু ওইবা লোল অসিদা পাঙল অইবা থোরক্তবসি লাইবক থিবনি। খূৎ থেক্নুনা মশীং থিবদা মশক নাইবা অইবা তবামুক্তি লৈরমগদ্রা'? অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা সাহিত্যদা খোঙদাবিবা অইবশিং অসিনা তৌথিবা অমসুং তৌরিবা মখোয় মখোয়গী সাহিত্যগী খুদোলশিং চোইজাইননা তাদূনা লৈবিবা নৈন-ৱাবেংশিং অদু খরদা ওইরবসু পুর্নশ [illegible] অপূনবা শক্তমদা লৈক্লৌনবগী পান্দমদা ঙসিগী 'সাহিত্যগী ঈচেলদা মণিপুরী মুসলিম'' হায়বা লাইবিক অসি পুথোকচবনি।

ঙসিগী খোমজিনবা ৱাবেংশিং অসি মণিপুরদগী খবা অদুগা ববাক তম্পাক্তগী খরা য়াওরি। অইবা মরাং কাইনা লৈতবনিনা লৈরিবা খবা অসিনা তৌথিবা থবকশিং অদুদগী খনগৎলগা শেম্মনি। অইবশিং অসিগী ৱাখল নুংঙাইনবা অমসুং ইনিংবগী ৱাখল মাঙখিদনবা থৌনা পীবনি। মখোয়না ইবিবশিং অসিনা মহেল্লে হায়না লৌখৎচবদি নত্তে। মণিপুরী সাহিত্যদা খঙ-হৈরবা শক্লাইরবা ওজা গুরু কয়া লৈবি। মখোয় অদুদি ঐখোয়না য়াম্না থাক ৱাংনা লৌজৈ অমসুং ৱাংনা থমজৈ।

মণিপুরী মুসিমল (মৈতৈ পাঙল) ফুরুপ অসিগী নাট, কলা, সংস্কৃতি, সাহিত্য লৈজে অদুবু হায়রিবা হীরম অসিদা খোঙ থাঙজিল্লকপা মী ওইদি লৈতে হায়বগা পাঙ্খকনি। অইবা থোরক্লিবশিং অসিনসু ইরিবনি হায়দুনা মশা মশানা থেংনবা খরা পংই ইশিনবা থাদোকপা চুমগনি। থিজিন-হুমজিনবগী থবক য়াম্না তৌহন্নিংই।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি তোঙান-তোঙানবা চেফোঙশিংদগী খোমজিনজবনি, মরু ওইনা মিংশেল, ইকরা নীংশিং চেফোঙ ১৯৯৫, পান্থে ২০০৩, ২০০৯, ৱাখল ২০০৭ নি। ৱারেং খরনা অইবশিংদগী খোমজিনবনি। ৱাফম অমনা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী পুন্সি ৱাবী নত্তনা অইবা মরী

অসিগী পুন্সি ৱারী মশা মশানা ইদুনা সম্পাদক্তা পীরকপদগী শেমদোক-শেমজিন তৌরগা পুথোকচবনি। অসি নত্তবা ৱারেং অহুম হায়বদি ১) মৈতৈ পাঙলগী চীনবুং ৱারেং, ২) মৈতৈ পাঙলগী চীনবুং শৈরেং অমসুং ৩) হৌজিক মতমগী মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা ফোক্কলোরগী থৌদাংঃ মৈতৈ পাঙল অইবশিংগী খুদোল হায়বা ৱারেংশিং অসি অইবশিংদগী অয়াবা লৌজবগা লোয়ননা সেমিনার অসি শিনখিবা নহারোল সাহিত্য মরুপ, কছাড় অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অনীনসু য়াবিবদগী ফোঙজবনি। মসিগীদমক সংস্থান অনীসিবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

মণিপুরী সাহিত্যদা লৈবাক্তা শকখঙলবা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) খরদি লৈ। মসিগী মনুংদা মণিপুর অমসুং ববাক তম্পাক্কী অইবশিংসু য়াওববনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামনা ইকাই খুম্নবা উৎখ্রবা অইবা খরসু লৈরে। ঙসি পুথোক্লিবা খোমজিনবা লাইরিক অসিদা মুসলিম অইবা মঙাগী পুন্সি ৱাবী হাপচরি। মখোযদুদি ঃ-

১। মুহম্মদ অব্দুল রহমান

২। মুহম্মদ খৈরুদ্দিন চৌধুরী

৩। মুহম্মদ অব্দুস সহীদ চৌধুরী

৪। কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

৫। মুফিদুন নিসা

লাইরিক্কী শক্তম অসি লাক্লবা হোৎনবদা চাউনা মতেং পীবিখিবা ইকরাগী প্রসিদেন্ট মুহম্মদ অব্দুব রহমান, মরুপশিং-মুহম্মদ সলিম, কৈনৌ ফারুক চৌধুরী, অবুল খৈব(নিংথৌ)বুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি লোয়ননা লাইরিক অসি নম্বদা থৌদাং চাউনা লৌবিখিবা পদ্মা প্রিন্টসগী থৌপুবশিংবুসু থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বনান অসি য়াবিবমখৈ লান্দনবা হোৎনজৈ। অশোযবা, চিংথহৌবা, হাপচিলহন্নিংবা কয়া লৈরবসু মদু হরাওনা লৌশিনজগনি লোয়ননা মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি।

তাং ৮।১।২০১০ ইং,

**এম. এম. অহমদ**

**এস. এম. শৈখ**

য়াওফম তাকপা

# অহানবা তাঙ্কক

## ৱারেং

## অনী শুবা তাঙ্কক

### পুন্সি ৱারী

# পাঙল অমসুং মণিপুরী সাহিত্য

*মুহম্মদ অব্দুর রহমান*

মণিপুরগী কাঙলুপশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা পাঙল হায়না খঙনবা মুসলিমশিং পুন্সিগী হীরম খুদিংদা শোত্থনা লৈবগী মওং অদুদা হৌজিকসু লৈবি। তশেংবদি পাঙলশিং শোত্থফম থোক্তবনি। মরমদি মখোয় রসুলগী তুংইনবা অমসুং আসমানী কিতাব (হেবনলী বুক) পায়বশিংগী মনুং চল্লি। অদুবু মশানা শোযজবনা হেনবা মী, মীগা মীমান্নবা ঙস্বা মী ওইদে অমসুং ইতিহাসকী খোঙচৎ তুংইনবা ঙমদে হায়বসিগী খুদম মখোয়না উত্তুনা লৈরে। মসিগী মমি সাহিত্যগী মতাং নৈনরকপদসু অদুম চোংথোক্লককই।

পাঙল অমসুং মণিপুরী সাহিত্য হায়বা ৱারেংসি পাঙলনা সাহিত্যগী লমদা চঙশিনবা হৌরকপগী ৱারোল তেন্তক্রা থমজবনি। মরমসিনা 'পাঙল কনানো' হায়বসি কানবা য়াদবা মতাং থোকলে।

**পাঙল কনানো?**

মণিপুরদা লৈবাক-নিংথৌগী অযাবা যাওনা যুম্নাক শাগে লিংদুনা লৈবকখিবা মুসলিমশিংগী মনুংদা অয়াম্বনা মখোয়গী মরাইবকনা চিংলদুনা শানোংবনা শেন্বা লম্বীদা লাকখিবনি। মখোয় হৌজিক্কী বাঙ্গলাদেশকী মনুং চৎখ্রবা শিলেট-তগীনি। টর্কো-অফগান মুসলিমশিংনা বেঙ্গোল লৌশিনবা খৃষ্টগী শতাব্দী ১২ লোইরমদাইদনি। মখোয়না শিলেট লৌশিনবসু খৃষ্টগী শতাব্দী ১৪ গী অনীশুবা তংথাইগী মতমদনি। টর্কো-অফগান নিংথৌদগী মুগল নিংথৌরেল বাববনা দিল্লিগী সিংহাসন মুনখিবদগী (খৃঃ ১৫২৬) মখোয়গী মকোল বিহার, উবিষ্যা অমসুং বেঙ্গোলদা ওইবমখি। মুগল নিংথৌবেল অকববগী মতমদা বিহার অমসুং উবিষ্যা লৌশিনখিবম্মী অমসুং বেঙ্গোলসু খৃ: ১৫৭৬ তা লৌশিনখিবম্মী। হায়রিবা

লমশিং অসি মুগল সাম্রাজ্যগী মখাদা লৈখিবগা লোইননা টর্কো-অফগানগী শক্তি অমসুং ইজ্জত মরাউ চায়থবা ঔৌনি, অমসুং মখোয়না মদু অমুক হঞ্জিনবা ভুমখিদে। নিংথৌরেল অকবর খৃঃ ১৬০৫ দা লৈখিদ্রবদা মচানুপা জহাঙ্গিরনা সিংহাসন কারম্মী। মুগলগী মখাদা লৈনিংদবা টর্কো-অফগান লুচিংবশিং বেঙ্গোলগী চীংনুং-মানুংদা লোত্তুনা লৈনখিবম্মী। মতমগী খোঙ্ভৈসিগী চৈথেং শিলেট্টা লৈবা টর্কো-অফগানশিংসু ফংখি। শিলেটসু দিল্লিগী মুগল নিংথৌরেলগী মখাদগী নাম্থোকফম লৈখিদে। অসুম্মা মুগলনা অফগানগী মখুত্তগী শক্তি মুনথ্রবা মতুংদা ওইবক্লিবা অ ওনবসিগী মতমদা মণিপুরগী নিংথৌমচা শানোংবনা কছাড় নিংথৌগী মতেং লৌদুনা ময়াম্বুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী মথক্তা থৌরকপা অহানবা লান মায়থীদুনা অনীশুবা লানগীদমক শিলেটকী মুসলিমশিংদা লান পাংবিনবা হায়জবম্মী। মুগলগা মায়োক্নবা ভুমদ্রবা শিলেটকী অফগানশিং শানোংবগী লান পাংবা য়ারকখি। মদু মতমদগী দিল্লি নংথ্রগা থাকানা খঙখিবগী রারোল থেংনদে।

শিলেটকী তবক্তা লৈবা মুহম্মদ সনীনা লানজীংবা ওইদুনা শানোংবগী লান পাংনা লাকখিবা মুসলিমশিং খাগেম্বগী মখুত্তা মায়থীখি অমসুং মখোয় লানফা ওইনা মণিপুরদা লৈখি (খৃঃ ১৬০৬)। মখোয় মৈতৈ নিঙোলগা নুপ্পানখি। অদুম ওইনমক মৈদিংঙু খাগেম্বনা মখোয়গী লোইশঙ লিংবিদুনা মখোয়গী কাজী হাপ্পুনা, মখোয়গী সমাজ লিংহন্দুনা লৈহনবিখি। তশেংনমক কাজী হাপ্পুনা মখোয়গী সমাজ লিংহন্দুনা লৈহনবিখি। তশেংনমক মৈদিংঙু খাগেম্বা মুসলিম যোকপা নিংথৌনি। মণিপুরদা মৈতৈগা লৈমিন্নখিবা মুসলিমশিং মখোয়গী লোন থাদোক্নুনা মৈতৈগী লোন-মণিপুরী লোনখি। অদুম ওইনমক লোন অসিদা মুসলিমগী লোনগী ৱাহৈ কয়ামুক থেংখি অমসুং মদু মৈতৈ অমসুং মুসলিমগী অপূনবা লন ওইখি। মৈতৈনা মুসলিমবু 'পাঙল' কৌই। ইতিহাসকারশিংনা 'পাঙল' হায়বা ৱাহৈসি 'বাঙ্গাল' হায়বা ৱাহৈদগী থৈরক্নবা মওংনি হায়। মৈতৈনা মুসলিমবু 'পাঙল' কৌবদা অকায়বা লৈতে। মসি চাইনাদা মুসলিমবু 'হুই' অদুগা ফিলিপিন্দা মুসলিমবু 'মোবো' কৌবগুম্বনি। মণিপুরগী পাঙল (মুসলিম) সুন্নীনি, মখোয় 'হনফী' আইন চৎলি। খাগেম্বগী মমাঙ অমসুং মতুংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মতমদসু মণিপুরদা মুসলিম লাকখি অমসুং লৈখি। পাঙল হায়বসি লৈবাকসিগী মী ওইনা লৈখিবা

মুসলিমশিং অদুনি। মতম অমতদা মুসলিম মশীং য়াম্না লৈখিবদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদনি।

মতৌ অসুম্না মণিপুরদা পাঙল হায়না খঙনদুনা লৈরর্কখিবা মুসলিমশিং চঙী তবেৎ খুন্তাকপগী মতমদা (খৃঃ১৮১৯-২৬) লৈবাকসি থাদোক্লুনা মৈতৈগা লোইননা কছাড় অমদি শিলেট্টা লান চেনখি। খরনা অরানা ফাদুনা পুখি। লৈবাকসিদগী অৱা তান্থোকখ্রবা মতুংদা লৈবাকসিদা হল্লক্লুনা নৌনা খুনবান-লৈপান্দুনা লৈবকখিবা পাঙল মশীং যামখিদে। খৃঃ ১৮৮১ গী মীকোক থীবদা পাঙলগী মশীং ৪৮৮১ তনি হায়। মখোয়গী শেল-থুমগী ফিভম ফংখিদে অমসুং মহৈ-হৈবা ৱাংখি । বৃটিশকী মতমদা (খৃঃ ১৮৯১-১৯৪৭) মণিপুরী পাঙল খবাদি মহৈগী মঙাল ফংলে হাযবা যাই। অদুবু মখোযনা সাহিত্যগী লমদা চঙশিন্দুনা অইবা সাহিত্য লৈননবা হোৎনবম্বগী খুদম ফংদে। ঐখোয়না থিজিনবদা থেংনবা অমদি খৃঃ১৯৩৮ দা জোবহাট্টা ছাপা নম্লগা ফোঙবা 'পুলসিরাতগী পান্থৈ' হাযবসিনি। মদু ধর্ম্মগী সাহিত্যনি। ক্ষেরগাওগী অমানুল্লাহ পণ্ডিতনা ইবনি। অতোপ্পা অমনা উর্দু খুৎই ওইনা লৈরিবা 'মুসলমান-ই-মণিপুরী' (১৯৩৪-৩৬) হাযবা লাইরিক অমদা মণিপুরীদা ইবা শৈরেং খবা যাওবম্বা অসিনি। মসি থৌবালগী মৌলানা রহিমুদ্দিন অহমদনা ইরম্বনি।

**পাঙল সমাজদা সাহিত্যগী ঈহৌ লৈরকপাঃ**

ঐখোয়গী লোনথক্কী পাঙলশিংনা মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য চাওখৎনবা অমদি মখোয়গী অইবা মী পুথোক্লবা হোৎনবমদবা- অসিনাচিংবা খঙলকপদা থম্মোয শোক্লা পেন্দবা পোকই। মসিনা মরম ওইদুনা সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপগা লোযননা অইবা মী পুথোক্লবগী পান্দম থম্লদুনা নবেম্বব ১৯৫৭ তা ঐ ইশামক য়াওনা থাগী চেফোঙ 'থৌদাং' কৌবা অমা পুথোকই। শহাবুদ্দিন কুরৈশী অমসুং হমিদুদ্দিন মুহম্মদ য়হয়ানা এডিট তৌবনি। অহানবা চেফোঙদুগী মখা তাবা ঙমখিদে। ১৯৬০ গী মতমদা মৌলানা হুসৈন অলীনা এডিটর ওইবা থা ৩/৩ গী চেফোঙ 'পয়ামে ইসলাম' পুথোকই। মদুসু কুইখিদে। ১৯৭০ গী মতম অমসুং মসিগী মতুংদগীদি অইবা মী খবা লৈরক্লে অমসুং লাইরিক ফোঙনরক্লে। অযাম্বনা ইসলামগী বেসিক নোলেজ ফংহনবা লাইরিকশিংনি। মসিগী মথক্তা শৈরেং অমসুং

উপন্যাসকী লাইবিকশিং খুৎ থেক্তুনা পাবদা খুৎশা লেপ্লবসু খরদি লৈরক্লে। কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা এডিটর ওইবা থা ২/২ গী চেফোঙ 'মিংশেল' লৈবক্লে। মতৌ অসুম্না তপ্ন-তপ্না মণিপুবী পাঙল সমাজদা সাহিত্যগী ইহৌ লৈরকখি। পাঙলনা মণিপুরী সাহিত্যদা মখোযগী খুদোল তমজবা থেঙলবসু মসিদা মখোয়না মমা লৈবাক অমসুং মমালোন নুংশিজবগী শক্তম মযেক শেংনা উহল্লি। ধর্ম্মগী সাহিত্য নত্তবদা মণিপুরগী ওইনা লমযানবা ওইখিবা সাহিত্যকারশিংদি শৈরেংদা- কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম, অব্দুল হকিম শাহ (বেঞ্জামিন), কুতুবুদ্দিন, অব্দুর রহমান অসিনচিংবনি। উপন্যাসতা- অব্দুল লতিফ, কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম,কুতুবুদ্দিন, বেঞ্জামিন এম. শাহ আলম (অব্দুল হকিম শাহ) অসিনচিংবনি। শৈবেং ইবশিংনা খোঞ্জেল নেম্না অমসুং লুম্না লাউবকখিবা খোল্লাউ হৌজিকসু ঙংদুনা লৈরি। খুদম খবদং লাস্নোকচবি-

মাঙলে কবম খাঙগনি
চীংও তম- ও কমদৌনি
ইমা লৈবাকসে পুনখবে
তয়ুম নাইগুম থমখবে

..........

কংলৈ মীনোকখোন চাউনা নোকচবগে

--থম্মোইগী খোল্লাউ

কন্দ্রবদি মণিপুব তাদ্রবদি মণিপুর
অদুঙৈগী মণিপুব ঐখোয়গীদি মণিপুব
মীৎযেং মীৎশাল্লম্লবা পাথৌশিংনা শেপ্লম্বা
থবাক ঈবম ফাত্তুনা ঙমখৈ পল্লু যুংলম্বা
লিক্লাং পবেং তৎখিবা অমুক লেংবা ঙম্লবোই
লিক্লু চোইজাইনখিবা অমুক থিবা ফংলরোই

— পেরে- শিংগা মরোন

চীংগী চীংশা কায়ফরোই
তমগী লমদম ব্রাৎফরোই
পোইরৈ ঙমখৈ হোংফরোই
মরৌ থাইবুং তৌফরোই
পাগী থৌনা কাউফরোই
পুগী লিংজেল থাফরোই
চীং-তম তোঙান তাফবোই
ইবৈবাক ইরমলেন মাঙফরোই

—ইরমনিদা লমলেন্নি

মসিনা অবোইবা নত্তে, অতৈসু লৈবি। মতৌ অসুম্না মণিপুরী সাহিত্য ন্যাচোমদা সাহিত্যদা খৃৎমাবা পাঙলগী মায়কৈদগী চম্লবা লৈচল খুদোল তৌবকাখিবগী মনুংদা 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' সু অমনি। ঈশৈশিং অসিদা মণিপুরী লোনগী থোৎ-থৌনা ফজবা মওংদু উৎপতা নত্তনা লমদম অসিগী পূক্লিং হুনা ফজবা মওং অমসুং লমদম অসিগী পূক্লিং হুনিঙাই ওইববা শক্তম শৈরোল্লা য়োমদুনা থল্লিবদু উহল্লি—

"খামেল্লোক্কী লোকমাইদা
শ-ঈ উফৈথক্কুদা
চেক্লানা কুক্রু-কু খোংবদি
কবিনুংগী খোংবনো'"

"চেক্লানা কুক্রু-কু খোংবদি
নাইতোম চেকপু ওইবগা
থাইন-মৈশা লাংবগা
মৈচাক কোক্লবা খোংবনি"

"তমগী খুনুং মাইঙৌবা
ইবন্গী লৌচি-লৌয়াদা
চেক্লা চাত্তাবিবনু'

"তেবা খাদা লৌঙাকপী
ঐনা তাগে তাববা
নিঙোল শন্নাংনা লৌবগী তাবনি"

— অসিনচিংবা

মশীং লীক্লা লৈবিবা পাঙল অইবশিংগী মনুংদা পাঙলগী তাঙলবী অইবী মিস. মুফিদুন নিসাসু অমনি। মহাক্কী খুদোলদি কবিতানি। লৈকোলনা মালিগী মশক তাকই হায়বগুম মহাক্কী কবিতাগী লাইরিক 'অরোইবা খোঞ্জেল' না মহাক্কী মশক তাকথ্রবনি।

পাঙল অইবশিংনা মণিপুরী সাহিত্যদা তশ্লিবা খুদোল হৌবদা ঙইহিবি, মপুং ফাদ্রি। মখোয়গী কলমনা অইংবা লৈত্রবা লমদমসিদা মণিপুরীগী সাহিত্যবু লৈতেংবতা নত্তনা মৈচাক -মৈশা লাংলবা কযাবু পোত্থাবা অমসুং অমগ- অমগা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবগী মাঙলুববা নুংঙাইবদু অমুক হন্না ফংহনবা ঙম্লবদি কযাদা চাউনা মাযপাকপা ওইগবা।

মণিপুরী পাঙলনা সাহিত্যগী লমদাংদা খোঙকাপ খরদং চঙশিনবা হৌরকপদা ঙাইরিঙৈদা লময়ানবা ওইবম্না কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমদি মাগী থৌদাং উৎলম্লগা মাঙগদবা লমদমসি থাদোক্লমদুনা মাঙলবোইদবা লমদমদা হনখ্রে। মহাক্তা নত্তে ঐখোয় পুম্বসু হনগনি। অদুবু লমদাংসিদা চঙশিনবা ঐখোয় লেপ্লা য়াদে। চঙশিনবা তাই-মণিপুবী লোন অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবা লেপ্লা য়াদে। মবমসিনা সাহিত্যগী মরু ওইবা সংস্থানশিং - মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি অসিনচিংবগা লোইনবা তাই। মসিগী থৌদাং রাইটর্স য়ুনিয়ন মণিপুরবু লৌহঞ্জনিংই-

মণিপুরী সাহিত্য তাইবং থুংনা ঙাল্লসনু
থাজ- থৱানগী পুন্সি ফংলসনু !

অদুগা সাহিত্যনা পুন্সি ওইজরম্বা কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী চল্লবা মোংফম অদুসু শৈরোন্না য়োল্লদুনা থনম্লসি-

‘অচম্বা মোংফম থকসিদা
লৈবাং গুলাব শাৎলবোই
বুলবুল চেল্লা খোংলরোই,
অহীংগী অমম্বা কোক্লবা
কম্বী-থাউমৈ থাল্লরোই
মৈরাম্বীগী শা-সু চাক্লরোই। ❑

# হৌজিক মতমগী মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা ফোল্কলোরগী থৌদাংঃ মৈতৈ পাঙল অইবশিংগী খূদোল

মুহম্মদ অব্দুর রহমান

## অহৌবা ৱারোল

ফোল্কলোরগী মওং যাম্মী। থায়নদগী চীলহায় ওইনা মীরোল অমদগী অমা লান্না লাকপা অমসুং জাতি/কাঙলুপ অমগী পুন্সি উবা, থাজবগী মওং, চৎনবী, যুমশা-কৈশাগী মওং, হৱাও -কুম্মৈ, খুনুং ঈশৈ, ৱারী, পাউবৌ, পাউখোং অসিনচিংবা ফোল্কলোরগী মনুং চল্লি। তুংগী মীরোল, মাঙগী মীরোলগী চাদা-নাউদানি। তুংগী মীরোল খূদিংগী ফোল্কলোরগী মমি তাই হায়না লৌনৈ। মসি জাতি /কাঙলুপ খুদিংদা থোকই। ফোল্কলোরগী মওং য়াম্লবসু মদু থিজিনবা অমসুং ফোঙদোকপা কায়ে, সাহিত্য ওল্লকই। মদুনা জাতি/কাঙলুপ অমগী অঙনবা মতম অমসুং মতুংগী মতমগী শক্লোন যাম্না পুন্সিগী মশক লেপ্লদা তেংবাংই। অদুনা মতমগী মণিপুরগী সাহিত্য শেমগৎলকপদা ফোল্কলোরগী থৌদাং লৈফম থোকই। 'হৌজিক মতমগী মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদা ফোল্কলোরগী থৌদাং ঃ মৈতৈ পাঙল অইবশিংগী খূদোল ' হায়বা হীরমসিদা পাঙল অইবশিংগী খূদোল ৱাৎলি। মরমসিনা, মৈতৈ পাঙল অইবশিংগী খূদোল লৈবরা খুনুং ঈশৈতমক নৈনজরে। মসিদা পন্দবা যাদবা ৱাফম অনী- মৈতৈ পাঙল কবন্না মতমদগী মণিপুরী লোন লোল্লকখি অমসুং মখোয়গী অইবা মী কবন্না মতমদগী লৈবকখি হায়বসিসু পঞ্জরে।

## মৈতৈ পাঙল অমসুং মণিপুরী

মণিপুর ইতিহাস অমদি মরী লৈনবা লাইরিকশিং - 'নোংশামৈ পুয়া' অমসুং 'পাঙল থোরকপা' অসিনচিংবগী মতুং ইন্না মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) গী

পুকোকশিং মৈদিংঙু খাগেম্বগী সনা হক্তক্তা লমদমসিগী নিঙোলশিংগা য়ুম্বান্নদুনা শাগৈ লিংলগা লৈবাকসিগী কাঙলুপশিংগী মনুংদা  অমা ওইনা লৈরকখি। মখোয়গী কাজী অমসুং লোয়শঙসু লৈখি। মখোয়গী পুন্সি, ইস্লাম্মা শেম্বা পুন্সিগী উচল মনুংদগী হেন্দোকখিদে। মখোয়গী লাইনীং-লাইশোল, লুহোংবা, অঙাং পোকপা, শিবা অসিনচিংবগী থৌরমশিং ইস্লামগী নিযম মখাদা পাঙথোকই। মখোয়দু মণিপুরী লোনবা মী নত্তে।

মতমগী মতুং ইন্না মণিপুরী, মখোয়গী মমারোল ওইখি। লৈবাকসিদা, মৈতৈগী মথংদা, মণিপুরী শেংনা লোনবা কাঙলুপতি মৈতৈ-পাঙলতনি। ইকুই কুইদবা মতমগী মনুংদা লোন অসি মখোয়গী মমারোল ওইখি। মসি মৈতৈগী ঈথিলদগী ওইখিবা মওংনি। অহল লমনশিংদগী তাহৌবগী মতুং ইন্না মৈতৈ পাঙলনা মণিপুরী লোনখিবা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী মতমদগীনি। লোল অসিগী ময়াইনা মখোয়বু শুমখি অমসুং মসি মখোয়গী থম্মোয়গী থোঙসু ওইখি। মখোয়গী চীম্বুংদা লৈরম্বা ঈশৈ, প্রমাণ-পাম্বে, পাউরৌ- অসিনচিংবা মবেক-মহাও চেল্লি। অদুবু মখোয়গী অইবা মী ৱাৎপনা পুম্নমক অদু মপূং ফানা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তমদনা লৈরি।

**মৈতৈ পাঙল কাঙলুপ্তা অইবা মী লৈরকপা**

মৈতৈ পাঙল কাঙলুপ্তা মতম শাংনা অইবা মী লৈখিদে। হৌখিবা চহীচা (কুনশুবা শতাব্দী) গী অনীশুবা তংখায়গী মতমদা অইবা মী খরা লৈরকখি। মখোযদু রেলিজিয়স লিটবেচবদা খূৎ থাবা ওইনা তৌই। মখোযগী খূৎইদা পুন্সিগী শক্লোন অতৈ উবা ফংদে। অদূবু অৱাৎপদু উবা অমসুং মদু মেনশিন্নীংবা মীওই লৈরকখি।

খৃঃ কুম ১৯৭২ দা কলচবেল ফোবম, মণিপুবগী থৌবম অমা মোইবাং মল্টিপরপজ হায় স্কুলদা পাঙথোকখি। ইকাই খুমজববা খুমহেম প্রকাশনা ঐঙোন্দা থৌবমদু য়াওনবা নীংশিংবিবকপদগী ঐনা 'পাঙল চনুরক্তগী খোম্না লৈ' হাযনা মিং থোনবা পাঙল চনুশিংগী জগোই- ঈশৈ খবা থৌরমদুদা লাম্হোকচখি। ঈশৈশিংদু মমিং চৎলবা লিটবেবী জর্নাল ঋতুদসু ফোঙখি। মৈতৈ পাঙলগী ফোঙ্কলোবগী মনুং চনব ঈশৈ খরা মণিপুবী সাহিত্যদা খুদোল তমজবা অদুনা

অহানবনি। মদুগী মতুংদা লৈখিদ্রবা ইনাউ কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম, সাহিত্য ভুষণগা ঐগা ঐখোয়নীনা খোমজিনবা পাঙল খুন্নাইগী মীরোল অমদগী অমা লান্না লাকপা চীনবুং-ঈশৈ (জগোই-ঈশৈ, খুল্লং - ঈশৈ) খরা 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' হায়না থোন্দুনা লাইবিক মচা অমা ওইনা পুথোকচখি (১৯৮৬)। মদু, মপূং ফাদ্রবসু ফাদনা, মণিপুরগী সাহিত্য শেমগৎপদা ফোক্কলোরগী মওং অমা অমসুং মদুনা লৌবিবা থৌদাং উৎচবতা নত্তনা পাঙল অইবা অনীনা মণিপুরী সাহিত্যদা তমজবা অহানবা খুদোলসু ওইখি। মদুনা সাহিত্যগী মশক অমসুং মহাও হেনগৎহনবদা তেংবাংখি হায়না লৌজে।

**মৈতৈ পাঙলগী হরাও কুম্মৈ**

ঐখোয়না মৈতৈ পাঙল চনুগী জগোই ঈশৈ নৎত্রগা নুপাগী খুল্লং-ঈশৈ পল্লকপা মতমদা কনাগুম্বনা হংলকপা য়াই, মদুদি— মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা, চহীগী পাঙথোকপা ঈদ নত্তবা হরাও-কুম্মৈ উদে, পাঙল চনুশিং করম্বা মতমদা, কদাযদা জগোই ঈশৈ তৌই ? নুপাশিংনা কদায়দা খুল্লং-ঈশৈ শকই- অসিনচিংবা। মসিগী পাউখুম তেন্তক্লা থমজবি –

মৈতৈ পাঙলগী পুন্সি, ইস্লামগী লমজীং মখাদা 'অথিংবা' অমসুং 'অয়াবা' - অনীনা ঙাক্লৌ ওইবগা শেন্মী। মখোয়গী লুহোংবগী থৌরম ওইনা ঈশৈ, জগোই যাওবা হরাও-কুম্মৈ তৌজবগী অয়াবা পী। অঙনবা মতমদগী মালেমগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতম ফাওবা মখোয়গী লুহোংবা নুমিৎ নিনী চঙনা পাঙথোক্লম্মী। লুহোংবা নুমিৎকী মমাঙগী অহিংদা নুপা ময়ুমদা ঈশৈগী থৌবম অমসুং নুপী ময়ূমদা নুপীতগী ওইবা ঈশৈ লোয়ননা জগোই নৎত্রগা থাবল চোংবগী থৌরম পাঙথোক্লম্মী। থৌরম পাঙথোকপা মীশিং লুহোংবগী বার্তন ফংলবা পাখং, লৈশাবীশিংনি। কারগুম্বদা মশক নাইবা খুল্লং-ঈশৈ শকপা মী বার্ত্তন তৌরগা ঈশৈ শকহনবসু চৎনরম্মী। অদুগুম্না মওং যাওববসু মতমদুগী পাখঙ, লৈশাবীশিং, চৎনবী ওইনা, মখোযগী লোনথক্কী মীদগী ঈশৈ, জগোই তম্লরম্মী; অদুনা মখোয় নুংঙাইরবা থৌরমদুদা ইবাই-লায়না শরুক য়াবা ঙল্লম্মী। পাঙল খুন্নাইদা ঈশৈ অমসুং জগোইনা শিনফম ওইবগী মওংদি চৎনদে। মখোয়না তম্বা ঈশৈ, জগোই লুহোং-কুম্মৈদা শব্দক য়ানবগীদমক্তা ওইরম্মী।

লুহোংবগী অহানবা নুমিৎকী নুংথিল দামন (বব) না দোলাই তোংলগা মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা গোইনা (কন্যা) গী ময়ুমদা চৎলি। নিকাহগী থৌরম পাঙথোক্লবা মতুং নুমিদাংৱাইবমদা নাকল অনী (দামন অমসুং গোইনা) গী নুপা শান্নবোইশিং মূক্লা নৎত্রগা য়ুবী লাকপী শান্নে। অহানবা নুমিৎগী অহিং, দামন অমসুং মাগী মরূপশিং গোইনা ময়ুমদা লেকই। নুমিদাংদা মাযকৈ অনীগী নুপা শৈশকপশিং ঈশৈ শৈদান্নে। মদু তশেংনমক কুম্মৈনি। মদুদা শকপা ঈশৈদি খুল্লং ঈশৈ, উর্দু গজল-অসিনচিংবনি। নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা দামননা শগোল অমসুং গোইনানা চোমং খল্লগা দোলাই তোংলগা মখোয়গী খোঙলোযশিংগা লোয়ননা (নুপা ময়ুমদা) লাকই।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগী হান্না চৎনবন্না নুমিৎ নীনি চঙনা লুহোংবগী মওং থাদোকখ্রে, নোংমদা লুহোংবা লোইশিল্লে। মসিদসু লুহোংবগী থৌবমদা ঈশৈ অমসুং জগোই লোয়নরি। মমাঙৈদগী লৈরকপা পাঙল খুন্নাইগী ঈশৈ, জগোই লোয়নবা হবাও-কুম্মৈ মসিতনি, অতৈ লৈতে। হায়বিবা হবাও-কুম্মৈসি মশক থোক্লা ফজখিবদি লৈবাকসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমর্দনি। হৌজিক্তি কলাসি শৌগৎপিবা মী ৱাৎপদগী মসিগী ফজবা শক্তম অদু যৌনা উংপা ঙমদ্রে।

মৈতৈ পাঙল লুহোংবা (নোংমদা লোইশিনবা) অমসুং মদুদা লোয়নবা হবাও-কুম্মৈগী মমি, মণিপুরী সাহিত্যদা তাখ্রে, হাযবদি হবাও-কুম্মৈগী থৌরমদু উৎপা লাইবিক (শৈরেং) লৈখ্রে। লাইরিক অদু ঐনা ইঙবানি, মমিং 'সাহির-সলিমা লুহোংবা' (২০০৪) কৌই।

**পাঙল চনুগী জগোই ঈশৈ**

পাঙল চনুশিংগী জগোই ঈশৈগী শৈবোন খরা হাপচবি। মসিনা মখোয়গী শৈওং-শৈখল খঙবগা লোযননা থৌবমদুগী চাউবাকপা শক্তম লাকশিনবিবদা মতেং ওইগনি।

জগোইগী থৌবম, লুহোংবগী বার্তন ফংলবী লৈশাবীশিংনা নুমিদাংদা পাঙথোকই। লুহোং-মাগুবকী অকোযবদা নুপী ভাবক, লৈকাযগী নুপীশিং যাওনা ফম্মী, নুপা যাওদে। মাগুপ মযায়দা লৈশাবী অমমম নৎত্রগা অনী-অনী, জগোই শীনবীনা শীনবগী মতুং ইন্না, মাযোক্লনা লেপ্লগা, ঈশৈগা লোযননা জগোই শাই।

কবিগুম্বদা মৌ নহাশিংনা শাবসু য়াওই। নাকল অমনা জগোই শা-ন শানা (নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌনা) পাউহং-ঈশৈ তৌই অমসুং নাকন অমনা জগোই শা-ন শানা (নোকফেৎ-নোকফেৎ) খুম্মী। মদু কুম্মৈগী মথক্তা কুম্মৈ তোপ্পনি। ভাবক্কী মীৎয়েং হোংনদে। জগোইসিদা জগোই শাবীশিং লেপফম ওম্থোক্লে, উরু-রু লৈদুনা জগোই শাই। শৈরোনগী মওং পাখং লৈশাবী নুংশি-কাইহৌ ৱা ওইনা ঙাঙনবা নৎত্রগা মচা নুপীগা মমাগা ৱাখল মান্নরক্রবদা নুংশি-মশুংলাংগী ৱাহৈগী তেন শৈরোন্দা তেংগা থোংদুনা কাপ্পবা -অসিনচিংবনি। জগোইসিগীদমক তোঙানবা ফিজেৎ লৈতেং লৈতে। পার্টি অমগী জগোই লোইরগা পার্টি অমনা অমুক শিল্লি।

নুংঙাইববা থৌবমসিদা যাম্না থম্মোয় শোকপা অমসুং নোং মংদনা নোং চুবগুম থোক্কুনা মায়থোঙ খুদিং চোৎনবা মতাংসু যাওই। মদুদি গোইনা (কন্যা) না জগোই-ঈশৈ নৎত্রগা থাবল -ঈশৈ ওইনা মাদি হযেং হোংলনি হায়দুনা কায়ন-শৈবোল শক্রকপা মদুনি। কায়ন- শৈবোন্দু থম্মোয শোকই। গোইনাগী মমাদি পুমঙাও-ঙাওই।

জগোইসিদা পাখং নৎত্রগা মমাগী শক্লোন নাকল অমগী জগোই শাবীনা লৌই। জগোই অমসুং ঈশৈগীদমক কবিগুবা যন্ত্র অমতা শীজিন্নদে। জগোই ঈশৈগী খুদম খবা থমজবি--

১। "নুংজেং-পাৎতা লোঙখোনবী !
কবিগীসু
লেম্লে-ঙামি থেম্বনো ?"

"থাঙ্গ-নিঙোল ঐথোযনা
কবিগীসু লেম্লে- ঙামি থেমদেযে,
মোইবাং পাখং অঙাওবা থেম্লনি !"

২। "তমগী খুনু মায়ঙৌবা !
ইবনগী লৌচী-লৌযাদা
চেক্লা চাক্তোবিবনু !"

"তেরা খাদবু লৌঙাকপী !
ঐনবু তাগে তাব্রা,
নিঙোলগী শম্লাংনা লৌবগী তাবনি !"

৩। "মনীংগী শংব্রৈ মখোঙদা
নবন্গী তেন্দফম ওইখরে,
'মীবৌ-তেন্না' শোক্কনি
ইমাগী মোম্লু হল্লক্লো।"

"নমোমবু চানবী পলেম ও !
'কৌজেংদা তেন্না পানবরা' ?
মাঞ্জ-নহা ঙাইবল্লনি
নমোম হঞ্জরক্করোই !"

৪। "হা-দ উবিৎ অপিশক !
নঙনা তানিংবা লমদমদু
তারুন্নগবা চেক্লা ও !"

"ঐনা তানিংবা লমদমদি
পাখং-শম্লাং- শমজোইনুং
তম্ফা থিনবা লমদনি?"

- অসিনচিংবা।

ঈশৈগী শৈবোন য়াম্মী, অতৈসু লৈবি। ঙসিগীদমক্তদি মসিনা ওক্লে খঞ্জদুনা মখা তাজদ্রে।

নুপাগী খুল্লং ঈশৈগী শৈথারোনসু নীংথিজৈ। যাম্না নুংঙাইবদি হৌখ্রবা মতমগী মৈতৈ-পাঙল শৈশকপাশিংনা মণিপুরী লোল অসি মরেক-মহাও চেন্না ফজহনবদা শরুক যাবম্না অসিনি। মসি, খুল্লং ঈশৈগী শৈরোন্দা পোৎ অমগী মশক থাবগী মওংসিনসু ফোঙদোকই। খুদম অনীদং থমজরি--

(ক) উচেক মানবা অনেৎ-লাংগী কোঙ্গোয শেন্না লংগী লংশক তাকপা শৈবোল

... কব্রংগী লংদি কব্রং লং,
মুকি লংদি মুকা-লং,
কবো-শেন্বী মৈথাং-লং,
অয়েল-লংদি লংহুম-লং,
হৈনা-লংদি কোন্দোক-লং,
খেরু-লংদি খোঙদা-লং...

(খ) নোংঙাল্লমদাই খোংবা য়েন্নাগী মশক তাকপা শৈবোল

... মবিংগী য়েন্না খোঙশাংবা,
কাও-ন-যেন্না ফৈদেনবা,
মবামগী যেন্না খোঙজাওবা,
অঙৌবনা যেলহিং-যেল,
অঙাংবনা তোকচাও-যেল,
অমুবনা ফৌগৌ-য়েল
ইবনগী হৈবী
চেংগোই লাংবা মানবা য়েন্নানবু...
(পাঙলগী খুনুং ঈশৈ, লামায় ৬৭-৬৯)

লৈবাল্লিবা পাঙল নুপা অমসুং নুপীগী ঈশৈগী শৈবোন পুন্নমক, তৌজিক খঙবা ঙমদ্রবা, তৌখ্রবা মতমগী লাইরিক লৈতবা আর্টিষ্টশিংনা লেংলম্বনি। ঈশৈগী শৈরোনশিংসিগী ক্রেদিং মখোযনা ফংফম থোকই।

**ব্রারোল অতৈ ঃ**

*(ক) হিষ্টোবিসিটি ওইবা ব্রারী*

পাঙল খুন্নাইনা মীবোল অমদগী অমা লান্না লাকপা হিষ্টোবিসিটি ওইবা ব্রারীসু তা-ন-রম্মে। মমিং চৎলবা ব্রাবী লীবা মীশিং লৈরম্মী। ব্রাবীশিংদু মখোযনা

লীরম্লনি। লোক সাহিত্যগী মনুং চনবা ৱারী অহুমদি মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তমখ্রে, মদুদি–

**মু ঃ অব্দুর রহমানগী**

১। য়ুসুফ-জুলৈখা (১৯৮৭)

২। মুহব্বম অমসুং করবলাগী লান (১৯৯২)

**মৌ ঃ মুবারক অলীগী**

অসহাবে কহফ্ (শুরুংগী মরূপশিং), (১৯৯৯)

য়ুসুফ-জুলৈখাগী ৱারীনা মীগী নুপীদা অরানবা তৌদবা, অচুম্বা চৎপগী মহয়, যেক্লববু ঙাকপিবা, লৈপু-লৈঙাকপা মীনা প্রজাগী ৱাদনবা শানবা অসিনচিংবা উৎলি। করবলাগী লানগী ৱরীনা বাজনিতিগী মুক্লবা, অমনা অমবু নমথনবা অমসুং মাঙহন্নবা হোৎনবা তুক্কৎচববা গেম অমনি হায়বা উৎলি। অসহাবে কহফ্কী ৱাবীনা শিখ্রবা মীশিং অমুক হিংগৎহনবগী শক্তি তেংবানবা মপু অল্লাহদা লৈ হাযবা উৎলি।

**(খ) ফুঙ্গা ৱারী**

ঈবমসিদসু লৈখিদ্রবা কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী 'জাকল্লাহ' নভনা অতৈ লৈত্রি।

*অবোইবা ৱাবোল ঃ*

মথক্তসু পঞ্জখ্রে, ফোল্কলোরনা শক্লোন যাম্বা পুন্সিগী মশক লেপ্লদা তেংবাংই। মথক্তা পঞ্জখিবা জগোই-ঈশৈদুদগীসু পুন্সিগী শক্লোন থর্বদি খঙবা ঙম্মি। মতৌ অসুম্না পাউরৌদগীসু খঙই।খুদম ওইনা 'থোংজাউরোক্কী যৌদু-নুং লোক্তোক ঈরেল পুং যৌদে' হাযবসিনা মপান্দা ফোঙদোক্লির্বসি, অহল্লশিংদগী তাহৌবগী মতুং ইন্না, মমানা হাযবা ইনবী, মপাম চৎকনবী মৌ, ৱাথোক ওইরক্লুনা মপামদা লৈখিবা, মাগী নুপানা হন্না য়েংদবা অমসুং কায়নবা যৌবা - অদুবুনি। খুন্নাই অমদা অসিগুম্বা মওংসু থোকই। অমুকসু, পাউখোংদগীসু কবিগুম্বা থরদি খঙই। খুদম ওইনা - নেং নেং কোৎ কপত্রেং, করিনো? মসিদা পাউখুমসু য়াওবে। মসিনা, মতম অমগী থবক্লা পুন্সি ওইজবী নুপীশিংগী থবক্কী মশক হায়বদি -

কপত্রেংনা লশিং, তাকপা, কাপোলদা হুইত্রিনা লশিং কাপ্পা, লশিংদগী লাংগোম্না মোইথাপ মনা শেম্বা মোইথাপ মনাদগী তবেংদা লংদুম শেম্বা, লংদুমদগী তওৎনা লংখাই শেম্বা- অসিনচিংবা, থবক্কা যাওন্নদুনা লৈখিবা নুংশিববা পুন্সিগী মশক উহল্লি। হৌজিক্কী মীবোলনদি হাযবিবা পুন্সিগী মওংদু উদ্রে। সাহিত্যদদি উফম থোকই। অদুবু মৈতৈ পাঙলগীদি হীবমশিংসি সাহিত্যদা মমি তাগদবা ৱাৎলি। মসি মখোযগী অইবা মী থেঙনা লৈরকপা অমসুং অইবা মী মশীং যামদবা অসিনচিংবদগী ওইবা মওংনি, মখোয়গী লোক সাহিত্য চাং তবা পোৎমক্তি ওইরোই। হৌজিক পুক্লিং লৈতাদ্রেবা, শেগায়ববা পুন্সি লেন্নরবা মতমসিদসু চাকখুম ঈশৈশিগী মফম ফংখিগনি –

চাকখুম ঙানবী !
মখেল খঙবী !
বাঁশ লৈবী যুম্বাল্লোই
যাই ওইবী তম্ফা! বাঙল্লোই-

যাইরেক শঙগী শঙনুংদা
পান-উতিগা চনৌগা চাবদি
তম্ফা ও ! চনীং তোঙবনে
হো চনীং তোঙবনে !

শুপ্পাচিন্‌না যেংবদা, মৈতৈ পাঙল অইবশিংসু, নোপ্পবসু নোপ্পা মণিপুরগী সাহিত্য শেমগৎপদা ফোল্কলোরনা লৌবিবা থৌদাং অমসুং মদুগী মমি তাবা খুদোল খবদি তৌজরে হায়না লৌবা তাই অমসুং মদু শমথবা ওইনা খুদোল অতৈসু তম্লকখিগনি হাযবগী থাজবা মাঙদনা লৈবি। আশা লৈবি, মখোযসু মণিপুরী সাহিত্যগী কংলবা ঈপোম, ঈথক ওলহনবদা শরুক যাবকখিগনি। ❑

# মণিপুরী মুসলিম অমসুং মীতৈলোন

*মুহম্মদ অব্দুর রহমান*

তাইবঙ পানবসিদা লৈবিবা মুস্লিমশিংসি থাজবা অমগী মখাদা (তৌহিদ একেশ্বরবাদ) লৈবা মচিন মনাউ ঙাক্তনি। অদুমম্মিদি ওইরকগা মখোয় অসি তোঙান- তোঙানবা মচিন মনাউ ঙাক্তনি। অদুম্মদি ওইরগা মখোয় অসি তোঙান তোঙানবা ঙমখৈ নাইবা, লোন অমসুং ফিজেৎ চাকচা মান্নদনবা লমগী মী ঙাক্তনি। ইসলামনা মখোয়বু মখোয়গী পোক্লফম লমদম অমসুং লোনগী মাযোক্তা লৈহন্দে। মবম অসিনা মুস্লিম অমা ওইবদা মবৈবাক নীংবগী গুণ য়াওরবনি।

ঐগী পোক্লফম লমদম !

ঐগী নুংশিববা পোক্লফম লমদম !

কখোকলে ঐসে নঙগীদমক ;

অদুবু অরাবনি,

নশুংলাংগী থাদোক্লবা

অমখক্তা ওইবল্লে -- ঐগী থবায।

মুস্লিম অমনা মাগী মরমগীনি হায়বা পোৎ পুম্নমকপু নুংশি। মখোয়না মবোনবু নুংশিজবা ফিদমনিঙাই ওইবা মওংনি।

মণিপুরী মুস্লিমশিংসু মুস্লিমগী থাক্তা ইংলিবা মী কাঙলুপ অমনি। মবম অসিনা মখোয়দা পোক্লফম লমদম অমসুং মমাবোনবু নুংশিদবগী খুদম লৈবোই। মখোয়না মীতৈবোন্দা উর্দু, ফার্সি, তুর্কি অমসুং অববী রাতে থেৎচিনবা লোল অসিবু মশক থিহনবনি হায়না লৌবা যাবোই নৎত্রেগা মসিনা মুস্লিম মণিপুর শেন্নগী রাখলনি হায়না লৌবসু অবানবা ওইগনি। মবমদি লমগী ঙমখৈ, শক-চু, লোন ফিজেৎনা মুস্লিম শেন্ন নত্তেঃ মুস্লিমদি মান্নবা থাজবা তৌহিদ (একেশ্ববাদ)

মখাদা শেম্লনি। মবম অসিনা মখোযনা লৈবিবা লম অুদগী পুন্সিগা শাগোন্ননা লৈবা হায়বসি মখোযগী মথৌনি। মসিমকনি— জাপান, থাইলেন, টাইৱান, ফিলিপিন, অষ্ট্রেলিয়া, চিনা, বর্ম্মা অমসুং অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈরিবা মুস্লিমশিংগী ফিবম অমসুং য়ুমলৈ কৈবৈগী মওং।

তাইবঙপান অমসুং নোংলৈরম অসিদা লৈবিবা পোৎ পুম্নমক ইসলাম্না কোল্লি। মবম অসিদগীনি লম খুদিংমক্তা অমসুং লোন খুদিংমক্তা ইসলামগী মমি তাবল্লিবা। "অল্লাহু" গী লৈথক লৈখা ফাওববা 'হু' খোন্থোক্লা মালেম শিনথুংনা লৈরম্না খৃৎশেম নত্তে পুশেমনি।

মণিপুরদা অহানবা লৈখিবা মুস্লিমশিং ফার্সি লোন লোল্লম্নগী খুদম ফংই। অহানবা মণিপুরদা লৈখিবা মুসলিমশিংনা ফার্সি লোন লোল্লম্লবসু মতুংদদি মীতৈরোল লোনগ্রে। অদুম ওইনমক মখোয়না মীতৈলোন লোনবদা উর্দু, অরবী, ফার্সি, তুর্কি লোনগী ৱাহৈ-ৱাতা হৌজিক ফাওবদসু থেংলি অমসুং মতমগী মতুং ইন্না মসি মীতৈরোন্দা চঙশিনখ্রবা ৱাহৈশিং ওইখরে। খুদম ওইনা মখাদা ৱাহৈ খরা উৎচনিঃ -

| উর্দু/ফার্সি | ৱাহন্থোক | উর্দু/ফার্সি | ৱাহন্থোক |
|---|---|---|---|
| চলাক | চলাক | খরচ | খরচ |
| কারোবার | কারবার | পাইজমা | পাইজমা |
| মসলা | মসলা | পোশাক | পোশাক |
| দুকান | দুকান | ডাক | ডাক |
| হফতা | হপ্তা | বখশিশ | বখশিশ |
| রুমাল | রুমাল | বাজার | বজার |
| দরখাস্থ | দরখাস্থ | মজদুর | মজদুর |
| পর্দা | পর্দা | কাবু | কাবু |
| দাগ | দাগ | মোজা | মোজা |
| দলান | দলান | হিসাব | হিসাব |

| | | | |
|---|---|---|---|
| তসৱির | তসবির | কানুন | কানুন |
| নৌকব | নৌকব | খবব | খবর |
| দফাদাব | তফাদার | দলালি | দলালি |
| বাকি | বাকি | জিলা | জিলা |
| অন্দাজ | অন্দাজ | তাবিখ | তারিখ |
| তলব | তলব | মিঅাদ | মিযাদ তাবা |
| জাল | জাল (Forge) | তবলা | তবলা |
| শহর | শহর | মিজবাব | মিজবাব |
| চন্দা | চান্দা | বাগ | রাগ |
| | | ফর্ক | ফরক |
| অরবী | ৱাহন্দোক | মুবস্মত | মোবামোত |
| কলম | কলম | হুকুম | হুকুম |
| জামিন | জামিন | মুকদ্দমা | মোকদ্দমা |
| কমিছ | কমিজ | আমিন | আমিন |
| শিগাফ | কলমগী মচিন, | ৱাকিল | উকিল |
| | শিংগাপ মচিন হায়না খঙনবা | জবিব | জবিপ |
| সলাম | সলাম | নকল | নোকোল |
| শঙ্গরফ | শিংগ্রেং | শহিদ | শহিদ |
| তগমা | তকমান | ইজ্জত | ইজ্জৎ |
| ঐনক | আনোক | নমুনা | নোম্না |
| নাল | নাল | ফসল | ফোসোল |
| হক | হক (right) | ইনকলাব | ইনকিলাব |
| মুআপ | মাপ তৌবা | | লৈবাক্কী ঈহৌ |
| আইন | অইন | উর্ফ | ওর্ফে (alias) |

তোপ-তোপ্পা অমসুং "কুলি" হায়বা ৱাহৈ অসি তুর্কি মরোলনি। 'নিলাম' হায়বা ৱাহৈ অসি পোর্তুগীজনি। লৌউ-শিংউ লোইশঙদা হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরিবা 'খরিফ' অমসুং 'রবি' হায়বা ৱাহৈশিংসি অরবীনি।

মণিপুরদা মীতৈশিংগী মথংদা মীতৈরোল শেংনা ঙাঙলিবসি মণিপুরী মুসলিমনি। মরম অসিনা মখোয অসিসু চাম্মদা চাম্মা লমদম অসিবু মশক তাকপা মী ওইরবনি। মখোযনা শিজিন্নরিবা প্রমাণ পান্থৈনা লোন অসিবু হেন্না মশক থোকহল্লি হাযবা য়াই। খুদম খরা যেংসিঃ-

(১) ৱাঙবল চুহিরা লাংবন খোইহিরা।

(২) ঈবিল হিরাল খোঙনা কাও।

(৩) তা-লৌ সেবা।

(৪) মযাং নিংথৌনা নোংমাইজিং থানবা, অসিনচিংবা।

ঈশৈগী শৈরোনসু পূক্নিং হুনিঙাই ওইবতা নত্তনা লোন অসিগী থাক তাকপদা তেংবাংই হাযবা যাই।

(১) নির্মিল্ল মণিপুরগী মফম খুদিংদা
শুমহৎলবা খোঞ্জেন্না মঙাবক নোংমগী
হাইগৎ-হাইথ খোনফমদা অজানগী
মপূবু নীংবশিং কৌবগী।।
লাও লাও চৎসি লাও
মপুগী মাঙদা লেপলুশি
নোঞ্জ-শজদা তাকসে,
মোমিনগী য়াইফনবগীদমক্তা
নি-জ-দুৱা তৌরুসি।।

(২) মপুই মিবেন নুংশিবা
থম্মোয লায়ুমদা তাবমলে,
মপুই মিংলেন ফজবা

চিম্বান থোংদা য়েক্লমলে
কাউগে কাউবা ঙমলরোই
নুংশি-থোংদু মাঙলরোই
লাংওন মপোক খুদিংদা
মিংখৈদু শোনবা লেপলরোই।

(৩) য়েংউনে থোরক্লে
থানিন থাজ থোরক্লে
মাইবা হৈমগী মরুমদা,
তাউথোংগী হুর অনীনা
লয়না থাওন-থাথেংনা
মেববাক জগোই শারক্লে,
কাজি পাৎকী থরোনা
মালং তাম্বা তুংইন্না
জগোই শাথৌ তাক্লক্লে।

(৪) হাদা শানৌ ঙাঙব—ও !
কোরৌ নোংথোঙ হাংলক্লে
পাকা লৈকাই নোংগৌবা
পাঙল য়েম্বা খোঙনেম্বা
য়েনগাই থক্তগী খোংলক্লে
সুবহ কাজিব হৌখরে
সুবহ-ছদিক চঙলক্লে
কুল্লাহগী মিনারা থক্তগী
মশাবী মেলৈ কাজিনা
"শাংথ তুমখুন তানবদগী
মপু নীংবনা হেন্না ফৈ—

অস সলাতু খৈরুম মিনন-নৌম''
আজান খোল্লোই তম্নক্লে
হৌরো নঙবু য়াহৌবো।
লিরি খোঙদোই অতপ্পা
বাদে-সবা শিৎলক্লে
অশি-তুংইন্নরুবা
তেকখৎলনি হকচাঙদু
নৌনা মযোন চোঙলনি।
চৎলো চৎলো ঙাঙব-ও।
মপু মাগী মফমদা
নোঞ্জ-শজদা তৌরুরো
পোইবৈ মরা তপ্পবা
চবাইবোংবা পাংগল চাউনবা
নিজ-দুবা তৌরুবো।

লোনগী মবমদা থিজিনবা মীনা হায —লোনদগী লোন পোকই, লোনদা অহোঙবা লাকপসি জাতি অমগা জাতি অমগা তিন্নবকপা অমসুং লৈমিন্নবদগী থোকই। মসিমক মীতৈলোনদসু থোকই। অসিগুম্বা মওংসি লৈবদগী ঙসিগী মীতৈ লোনগী থাক অসি য়ৌবকপনি হায়বা যাই।

হৌজিক হৌজিক ৱাহৈদা শিজিন্নরিবা মযেক ৫ - গ, জ, দ, ব, র, মীরোনগী মযেকনি। মসি মীরোনগী মযেকনি হায়বদা পাখৎনিঙাই ওইদে, মরমদি ময়েকশিংসিনা হৌবা মীতৈ ৱাহৈ লৈতে। মসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই—জগোই জ্‌ জ্‌ (চৎপা) - ময়েকশিং অসি 'জ' না হৌই। থাঙ্গৈশেংবদি জগোই অমসুং 'জ্‌জ্‌ হায়বা ৱাহৈশিংসি মীতৈলোন্দা 'জ' অমসুং 'গ' ময়েকশিং শিজিন্নরবা মতুংদগী ওইখিবনি। হান্না লৈবম্বা ৱাহৈগী মওং নত্তে। মতৌ অসুম্না ব্‌ ব্‌ (পুম্বা) হায়বা ৱাহৈশিংসু মীতৈলোনদা 'ব' শিজিন্নরবা মতুংদা ওইখিবা মওংনি।

মীতৈলোনদা শিজিন্নবিবা—গ, জ, দ, ব, ব, ময়েকশিংসিনা হৌবা উর্দু,

অববী, ফার্সিগী ৱাহৈ খরা খুদমগী মশক ওইনা পুথোকচরি।

গ – গজ, গজল, গপ গলা, গাজব, গীর্জা, গোপি, গেহু, গুরু (স), গুণ(স) গুনিয়া (হি), গ্রহন(স) গুলাব।

জ – জাত, জুর্ম, জবিব, জাল (নমথাক), জগত, (স) জমা, জমানত, জন্ত্র (স),জংগল, জহাজ, জখম, জর্দা, জঞ্জিব, জামিন, জিবা, জিলা, জেৱ।

দ – দলালি, দরোগা, দান, দালান,দাগ, দাক, দাকু (তাকু) দখল,তবরার, দবখাষ্ট, দর্জি, দরকার, দলিল, দুনিয়া দুর্বিন, দিৱাব, দেগ, দুকান।

ৱ – বাত, বাজাব, বাজি, বাকি, বখশিস, বদলা, বরাবব, বরবাদ, বর্ফ বহাদুর, বেশন (হি), বেশ্যা (হি), বেগাব।

র – রাগ, রশিদ, রাশি (স), রজাই,রং, রুমাল, বেশম, রাং।

মীতৈলোলদা গ, জ, দ,ব, র– ময়েকশিংসি শিজিন্নবমদ্রবদি মখোয়শিংগী মহুত্তা মীতৈগী হান্না লৈজরিবা ময়েকশিং– ক,চ,ত,প, ল, শীজিন্নরমগনি।অদুম তৌরম্লবদি মীরোন ওইরবসু ৱাহৈশিংদু শেমদোক্লবা মীতৈ ৱাহৈ ওইরমগনি।

জাপানগী মীনা 'র' গী খোন্থোক থোকপা ঙমদে। মরম অসিনা মখোয়না আমেবিকানবু 'অমেলিকা' হায, তুর্কিবু তুলকি হায়, মসিনা জাপানগী মীশিংগী মশক হেন্না থোকহল্লি।

অমুক্কসু খুদম ওইনা –অরবী ময়েক্তা চ,প লৈতে। ময়েকশিংসি অরবীদা 'স' অমসুং 'ফ' না ওই। অরবীদা চিনাবু 'সিন' হায়, পার্সিবু 'ফার্সি' হায়। মসিনা অরবকী মীশিংগী মশক মাঙবা লৈতে।

মৈতৈলোনদা হৌজিক হৌজিক বাঙ্গালী, হিন্দী, সংস্কৃত, উর্দু, ফার্সি, অরবী, তুর্কি, ইংলিস অসিনচিংবা লোনগী ৱাহৈশিং শিজিন্নবি অমসুং বাঙ্গলা ময়েক্লা ইরি। মীতৈ ময়েক্তি তোঙাল্লি,অদুম্নদি ওইরগা বাঙ্গালা ময়েক্কা মান্ননা মীতৈ ময়েকসু লৈ। মথক্তা খুদম ওইনা উৎথ্রিবা বাঙ্গালা ময়েক মঙা অসিগা মান্নবা মীতৈ ময়েক লৈববসু ময়েকশিংসিনা হৌবা মীতৈ ৱাহৈশিংদি অতোপ্পা লোনগী ৱাহৈশিংনি। ময়েকশিংসিনা হৌবা অশেংবা মীতৈ ৱাহৈশিং হৌজিক ফাওবগী ফংদবি। ❑

# মণিপুরী সাহিত্যদা পাঙল অইবশিংগী খুদোল

*কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম*

মণিপুরী জাতিগী অপূনবা লোনদি 'মণিপুরী' (মৈতৈলোন) নি। লমদম অসিদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা মীওই ফুরুপশিং অমদি মণিপুরগী চীংমী মশেল মরক্তা অমগ-অমগা ফাওনবা লোনসু মনিপুরী লোননা ওইরি। খৃষ্টগী চহী ১৯৯২ গী আগষ্ট ২০ দগী মণিপুরী লোনসু ভারত সংবিধানগী ৮শুবা সিদুালদা চল্লবা লোন অমা ওইরে।

লমদম অসিদা শাংলবা চহী ৪০০ বোম খুন্দারক্লবা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিং অসি ইসলাম ধর্ম্ম চংলবসু মখোয়গী মমারোলদি মৈতৈলোননি। মণিপুরদা মৈতৈগী মথংদা মণিপুরী লোন শংনা ঙাংলিবসি পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) শিংনি। মবমদি পাঙলশিং অসি মৈতৈগা ঈ মরী ওইবদগীনি। ইসলাম ধর্ম্মগী নীতিদা মুসলিমশিংগী পেক্রুকম মকৈদ্রাক অমসুং মমালোনগী মাযোক্তা লৈহন্দে। মুসলিমশিংদি মখোয়না লৈক-লৈকবা লম অদুগী সমাজগা তৎন-থানদনা লৈমিন্নবা হায়বসি মখোয়গী শাজৎনি। মরম অসিনা মুসলিমশিংনা মমালোন নুংশিজবসু যাম্না ফিদম্লিঙাইনি।

ঐখোয়না চাউরাক্লা থিজিনবদগী ফংবা রারোলদি- মণিপুরদা অহানবা খুন্দাখিবা (১৭ শুবা সতাব্দীগী অঙনবা মতমদা) পাঙলশিং উর্দু, ফার্সি লোন লোল্লম্লদগী মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা (১৬৫২-৬৬) গী হাক্তক্তা পাঙলশিংনা মৈতৈলোননা মমালোন ওইনা লৌনবা হৌখি। মতুংদা মৈতৈলোননা মমালোন ওইবদগী উর্দু, ফার্সি লোন শীজিন্নবা তপ্না তপ্না হন্থবরকখি। মমৈথংদা মৈতৈলোন্না মপূং ওইনা লোল্লক্লবা মতমদা মখোয়না হান্না লোল্লম্না উর্দু, ফার্সি লোনগী রাহৈ-রাতাশিং মৈতৈলোন্দা যানশিল্লগা মদুনা মৈতৈলোনগী রাহৈ ওইনা শীজিন্নরকখি।

মতমগী মতুং ইন্না, অতোপ্পা লোনগী থেৎচিনখিবা ৱাহৈ ৱাতাশিং অদু মৈতৈলোন ওইদুনা হৌজিক ফাওবা শীজিন্নরি। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবদি লোনগী মবমদা থিজিনবা মীওই অমনা হায় — 'লোনদগী লোন পোকই'।

অঙনবা মতমদা মণিপুরদা খুন্দাখিবা পাঙলশিং অদুগী মবক্তা মখোয খরদি লাইরিক-লাইশু ইরম্বগী ৱারোল থেংনৈ। মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মনাউ ইবুংঙো শানোংবা অনীগী হিগী ৱাথোক্কী অনীশুবা লানফম [খৃষ্টগী চহী ১৬০৬ (শক ১৫২৮) গী ইঙা থাগী ২৮ নি পানবদা যাঙ্গোই খোংবান্দা শোক্লখিবা অরোইবা নুমিৎ] অমসুং মুসলিমশিংনা মণিপুবদা খুন্দাখিবগী মরমদা ইখি। মখোয়গী মনুংদা হাকিম সপার মুহম্মদ (খন্বা) না ফার্সি লোন্দা শৈরেং ওইনা লমদম অদুগী মবমদা শৈথাদুনা ইরম্মী।

অসুম্না অঙনবা মতমদা খুন্দখিবা পাঙলশিংনা লমদমসিগী মহৌশাগী ওইবা নীংথিবা কয়াবু শীংথাদুনা কলা-সংস্কৃতিগী থাক ৱাংখৎননবা হোৎনবদা শরুক যাবম্বগী খুদম ফংঙি। ঙসিদি ইমালোন- মণিপুরী লোনগী সাহিত্যবু অনৌবা যুগগী থিংঙমদ্রবা খোঙচস্তা, চীংলোন মাপনগী ৱাংমদগী হুন্নকপা শাফু কল্লবা নোংচুপলোমগী সাহিত্যগী ঈথিলসু ফংলক্লে। ভাবতকী সাহিত্য একাদমীনা শক খঙবীবগা লোয়ননা ভারত সংবিধানগী ৮ শুবা দিস্যুলদা চনবা চাওখৎলবা লোনশিংগী মনুংদা অমা ওইদুনা চঙী খুদিংগী অথোইবা সাহিত্যগী লাইবিক ইবশিংদা জাতিগী এৱার্ড অর্মাদ শেলগী মনা কয়া পীদুনা ইকাই খুম্নবিববা মতম অসির্দাদি পাঙলশিংগী মরক্তগী কলম পাযবিনবা মতিক চাবা সাহিত্যকাব থিবদা অৱাবা অমা ওইবে।

হৌজিক মণিপুবী সাহিত্যগী অন্দোলন অসিদা পাঙল অইবশিং ইথোক থোক্লক্তবদি নত্তে। খুৎ থেক্তুনা পাবদা খুৎশা লেম্বগী ৱানি। মণিপুবী সাহিত্যদা পাঙল অইবশিংগী ওইর্নাদি সাহিত্যগী ঈচেল অসি মণিপুরগী ৱাংমা, ববাক তোবর্বান্দগী ঈচেল অসি থৈবকপদৌনা ভৌই। হৌথিবা চহী খরগী মাঙদা কাছাডগী বরাক তোর্বন্দা সাহিত্যগী ঈচেল অসি খোঙজেল কয়া চেল্লম্মী। হিরোই ওইখিব অশৈবশিংদি— মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা 'কামিনী কুমাব এৱার্ড (১৯৭৭) ইহান হানবা পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রবা- বরাক কবি খৈর্কদ্দিন চৌধুবী

অমসুং এৱার্ড অসিমক ১৯৯৩ দা ফংখিবা অব্দুস সাহীদ চৌধুরীনি। অদুবু, হৌজিক্তি বরাক্কী ঈচেল ঈকং-পাম্থা ওইববগুম ববাক তোৰ্ব্বানগী সাহিত্যগী ঈচেলদা পাঙল অশৈবশিংগী খোঞ্জেল মমি শাম্লক্লে। ঈচেল অসি অমুক কনখৎহনবা মতম ওইরক্লে।

মণিপুরী সাহিত্যগী অন্দোলন অসিদা মণিপুবগী তম্পাক্তা তারিবা পাঙল অশৈবশিংগী খুদোলদি থোইদোক্লা নীংবা কায়নিঙাইগী মশক্কি। লমদম অসিদা পাঙল অইবা কয়া লৈতবদি নত্তে। অদুম ওইনমক, ঐখোয়গী মীশিংগী লাইবক, থৌনা অমসুং খুদোলগী থাক অসি তমথোকপদা পেন্দবগী ৱানি। ঐহাক ইশামক হৌখিবা চহী ২০ লোমসি ইমালোনগী সাহিত্যগী অন্দোলন্দা চোকথবা লৈতনা অখঙ-অহৈশিংগী মতুং ইন্দুনা শরুক য়াজরক্কি। তোইগুম্বসুং পাঙল সমাজগী হৌজিক ওইরিবা মমালোনগী সাহিত্যগী , কলা সংস্কৃতিগী খুদোলগী থাক অসিদি শাথীনা নীংবা কায়নীংঙাইগী মশক্কি হায়দবা ঙমজদে।

হৌজিক ফাওবদা পাঙল অইবশিংগী ফোঙলবা লাইরিকশিং মখাগী অসুম্না কাঙলুপ খায়দোকপা য়াইঃ

১। শৈরেং, ২। উপন্যাস, ৩। ৱারী মচা, ৪। ড্রামা, ৫। অঙাংগী সাহিত্য, ৬। লোকসাহিত্য, ৭। খোমজিনবা অমসুং নৈনবা, ৮। অবীবা পুয়া, ৯। অরবীক (ইসলামিক) সাহিত্য অমসুং ১০। ইসলাম ধর্ম্মগী মরমদা নৈনবা (সাহিত্যগী মনুং চন্দবা) লাইবিকশিং অসিনি।

মথক্তা পঞ্জরিবা কাঙলুপশিং অসিগী মনুংদা অরোইবগী অসি নত্তনা হৌজিক ফাওবদা ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ঐহাক্লা চহী খরসিদা খোমজিঞ্জবদা ফংবা লাইরিক খবগী মমিং, অইবগী মিং অমদি ফোঙবগী চহী মথং-মনাও নাইনা মখাদা ইজরি। খোমজিনবদা ফংদবা (ফোঙথ্রবা) লাইরিকশিংগী মমিং চিথহৌবা য়াওরবদি ঙাকপিগনি।

১। শৈরেংঃ

(১) মীনোক পীরাংগী মীৎকুপ অনিদং (১৯৭৬) খৈরুদ্দিন চৌধুরী (বাদ্‌পার, কছাড), ২ ) নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ (১৯৭৭) কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম, (৩) শবনমগী মরীক অনিদং (১৯৭৮)

খৈরুদ্দিন চৌধুরী, ৪ ) মালং তান্থা (১৯৭৮) অব্দুল হাকিম শাহ, ৫) মুক্তা খুজোক অমদং (১৯৭৯) খৈরুদ্দিন চৌধরী, ৬) নুংশা লৈমা থোবক্লো (১৯৭৯) কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম, ৭) চীংযাগী লৈবাং (১৯৭৯) কিউ. এম. কুতবুদ্দিন, ৮) কুনশুবা শতাব্দী (১৯৭৯) অব্দুস সহীদ চৌধুরী (বাঁশকান্দী, কছাড়) ৯) স্বর্গলোগকী ঈশৈ (১৯৮০) এম. এ. হাকিম সাহ, ১০) থম্মোয়গী খোল্লাউ (১৯৮০) বহমান (অ), ১১) পুন্সিগী ঈরোলনুংদা (১৯৮৬) ফৈজুরুদ্দিন অহ্মদ, জিরিবাম, ১২) থম্মোয়নুংগী ঈবাউখোল (১৯৮৭) কে. আর. খান অমসুং ১৩) সনা মচুগী অযুক (১৯৯২) অব্দুস সহীদ চৌধুরী. ১৪) লিকসি অথৌবশিংগী খোঙ্গুল ( ১৯৯৭) বেঞ্জামিন এম. শাহ, ১৫) নাচোম (১৯৯৭) বশির অহমদ শাহ, ১৬) অমম্বা মরকসিদা (১৯৯৮) এস. তহির অলী , (শিঙ্গেববন্দ, কছাড), ১৭) মরোল লোন্দ্রবা সনাখোংনাং, (১৯৯৮) মু. বসিদ অলী, ১৮) নোংখোং পরেং ৱাংমদা (১৯৯৯) খৈরুদ্দিন চৌধুবী , ১৯) পেল্লে তাইবং (২০০০) মু. অব্দুব রহমান, ২০) ঈগী থৌরী (২০০০) এম.এফ. রহমান, ২১) ঈপাক তম্লক্লিবা ঈচৈল (২০০০) কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক), ২২) অরোইবা খোঞ্জেল (২০০১) মুফিদুন নিসা, ২৩) মাঙখ্রবা মালেম (২০০১) অজাদ কোমোল, ২৪) য়োংকী পল্লোন্নুংদা (২০০১) বেঞ্জামিন এম.শাহ, ২৫) ইবালদুবু করিনো (২০০১) মু. অব্দুর রহ্মান।

২। উপন্যাস ঃ

১) সংসাবদগী বীদায় (১৯৭৭) লতিফ শাহ, ২) য়াথং (১৯৭৮) কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম, ৩) নোংঙাল্লমদাই শজিক (১৯৮১) মথক্কীগা মান্নৈ, ৪) জিন্নত (১৯৮৪) কিউ. এম. কুতবুদ্দিন, ৫) বেগম সাহেবা (১৯৮৭) বেঞ্জমিন এম.সাহ আলম , ৬) খাংঙুথক্কী শিঙ্গারৈ (১৯৮৮) মথক্কীগা মান্নৈ, ৭) ঈচেল অমগী ৱাংম-ৱাংমা (১৯৯১) মু. অজুব খান, ৮) জিহাদ (১৯৯৩) অজাদ কোমোল , ৯) থিংঙমদ্রবা

ঈচেল (১৯৯৮) লতিফ শাহ, ১০) জানকী (১৯৯৯) এম. এ. হাশিম, ১১) সবীনা (২০০০) অহমদ হাসন (শিঙ্গেরবন্দ, কছাড) ১২) হৈরাংসনা (২০০১). এম এফ রহমান।

৩। ৱারীমচাঃ

১) ফুলৱার বেগম (১৯৭৮) এম. এ. হাকিম সাহ. ২) ঐগী ধুর্বতাবা (১৯৯৭) অসকর খান।

৪। দ্রামা ঃ

১) থম্মোয অনীগী তেংথাখোল (১৯৮৮) মু. শাহিদুর বহমান , ২) নোংপোক চীংখৈ হুল্লক্লে (১৯৯৫) অব্দুস সলাম চৌধুবী

**৫। অঙাংগী সাহিত্য ঃ**

১)জারুল্লাহ (১৯৮৩) কয়ামুদ্দিন পুখ্রীমযুম অমসুং ২) অলিবাবাগী ৱারী (১৯৯০) মথক্কীগা মান্নৈ।

**৬। লোক সাহিত্য ঃ**

পাঙলগী খুনুং ঈশৈ (১৯৮৬) সম্পাদকশিং - অব্দুব বহমান অমসুং কয়ামুদ্দিন পুখ্রীমযুম।

**৭। খোমজিনবা অমসুং নৈনবাঃ**

১) মণিপুবী মুসলিম (১৯৭২) এম. এ. জনাব খান ইফম, ২) পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য (১৯৯২) সম্পাদক ঃ কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম।

**৮। অরীবা পুয়া ঃ**

১) নোংসমৈ (১৯৭৩) সম্পাদকশিং ঃ ও . ভোগেশ্বর সিংহ অমসুং এম.এ. জনাব খান ইফম। ২(পাঙল থোবকপা ১৯৮৫) রাজকুমাব শ্রীস্নাহল সিংহ, ৩) মৈতৈ পাঙল হৌরকফম (১৯৯১) কুলচন্দ্র শর্ম্মা/ ডা. বদরুদ্দিন

**৯। অরবীক (ইসলামিক ) সাহিত্য ঃ**

১) যুসুফ জুলৈখা (১৯৮৭) অব্দুব রহমান অমসুং , ২) লৈলা মজনুন (১৯৯৪) কাজী মুজিবুর রহমান বাহী।

## ১০। ইসলাম ধর্ম্মগী মরমদা নৈনবা লাইরিকঃ

কাঙলুপ অসিগী লাইরিকশিংদি মণিপুরী লোনদা মরাঙকায়না লৈ হায়বা যাই। অদুমওইনমক সাহিত্যগী মনুং চন্দবনা ফোঙলবা লাইরিকশিং মমিং পঞ্জদ্রে।

পাঙল অইবশিং অসিগী ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মরমদা মখোয়গী মীৎয়েং, দর্শণ নৈনদ্রিডৈগী মমাঙদা মণিপুরী সাহিত্যগী হৌজিক ওইরিবা খোঙচৎ থিদোকপা তঙাই ফদে। অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী মশক অসিদি — ডা. কমল, খ্বাইরাকপম চাউবখোয়গী পরেংদগী হৌরগা হন্দক্তা (মার্চ ৭, ১৯৯৫) লৈখিদবা অশাংবম মীনকেতন সিংহ ফাওবা মনুং চল্লি। মতম অসিগী সাহিত্যগী মশক অসি মোর্ডনিটিগী ভাবতা লৌরগদি লান মতুং ১৯৪৭ গী অদুৱাইদগী হৌই হায়না লৌনৈ। মাইকৈ অসোমদা লমযানবনি হায়না লৌনবিবনা মপূং ওইনা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ অমসুং লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহনি। চাউবা, কমল, অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ, মীনকেতনগী রোমান্টিক ওইবা কাব্যগী জগৎতগী থাপ্তোরক্কুনা ওল্লকইবা সমাজগী লৈতাদবা, চবাংনবা পেন্দবগী য়াৱা কয়া ময়েক লানা ফোঙদোকপা হৌবকপনি। মতুংদা থৌনা ফবা নহারোল কবি কয়া'মনা অনৌবা শক্লোন কয়া পুথোক্লবকই। মমিং পনবা য়াবশিংদি— শ্রীবীরেন, রাজকুমার মধুবীর সিংহ. য়ুমলেম্বম ইবোমচা সিংহ, থাংজম ইবোপিশক, কাংজম পদ্মকুমার সিংহ, শ্রীনীলবীর শাস্ত্রী, বাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহনচিংবনি। মণিপুবী শৈবেংগী মশক অসি বোমান্টিক ওইবা শৈরেংনা হৌরকখি। নীলকান্ত অমসুং সমরেন্দ্রগী শৈরেংসু বোমান্টিক্কী মচুদি মাঙহন্দনা চুম্নগী চাংযেং ওইনা ওল্লকইবা সমাজগী শক্তমবু নকশিন্ননা ইথোবকপনি। অসুম্না অনৌবা মণিপুবী উপন্যাসকী খোঙচত্তসু ডা. কমল, খ্বাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাংহল, রাজকুমার শীতলজিৎ, হিজম গুণ, কুমাবী থোইবী দেবীনচিংবনা শাগৎলকপা রোমান্স অমসুং মঙলানগী ৱেল-মেদ উপন্যাসকী পিরাংদগী লোইতোংবম পাচা মীতৈগী অকোনবা মতম (১৯৬৯) গী উপন্যাসশিংনা ঠিম অমদি টেক্নিকতা অনৌবা ঈথৈ পীবা হৌরকখি। লোইননা লমদম অসিগী য়ুখল মরুমদা শান্নরিবা পুন্সিগী মশক কয়া অনৌবা উপন্যাসকী মচু অমা য়েকপা হৌরকখি।

হৌজিক পাঙল অইবশিংগী থম্মোযগী অপাম্বা, অনীংবা করিনো হাযবদু

নৈনরসি। মণিপুরী খুৎমাবা অশৈবশিংগী মতৌগুম, মখোয়গী খূৎইদসু রোমান্টিক্কী মনম কোকখিবা ঙমদে। অহানবদা বরাক তোৰ্ব্বানগী কবি অনীগী মরমদা মখোয়গী মীৎয়েং, আর্দশ নৈনবা হৌজগে।

খৈরুদ্দিন চৌধুরী, রোমান্টিক ওইবা কবিনি। মমা লমদম মণিপুরবু নুংশিজবগা লোইননা রোমন্টিক কবিশিংগুম্না মালেম অসিবু, মীওইবা সমাজবু নুংশিনা য়েংই। 'মণিপুর' হায়বা শৈরেং অসিদা কবিনা শাগৎলিবা শক্তম, লমদম অসিগীদমক কবিগী থম্মোয়দা ফাওজরিবা নুংশিরবা ৱাখল অসিনা হৌখ্রবা ইতিহাসপু নৌহৌনা নিংশিংহল্লি।

"অদুবু লাইবক থিবা মচানি, ইতিহাসকী ফাগিনী
মীরৈবাক্তা পোকচবনি, মীরায়বিগনু নচাবু।
চীংলোন মাপ্পন ৱাংমদা, বরাক ঈচেল তোৰ্ব্বান্দা,
মীতৈ চনু ইমাগী, খাংপোকশঙদা পোকপনি'
—শবনমগী মরীক অনীদং

কবি অসিগী থোইদোকপা অতোপ্পা মীৎয়েং অমদি সমাজদা লৈখা তানা তোল্লু-তারবশিংদা পূক্লিং থম্বসিনি। অনৌবা থম্মোয়নি, খঙনীংবা মীৎয়েংনি। অদুনা য়েংলু-য়েংলুবদা ফজবগী ফজবা ঙাক্তনা মপূং ওইনা উই। বাংলা কবি রবীন্দ্রনাথনচিংবগী মমি মহাক্কী খূৎইদা থেংনদবদি নত্তে।

আব্দুস সহীদ চৌধুরীসু কবি খৈরউদ্দিনগুম্না রোমান্টিক কবিনি। মমারোন্দা নীংথিজরবা খোঞ্জেলনা ফোঙদোকপগী ঙক্লা নুংঙাইজবা,মমা লমদমবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবগা লোয়ননা মীওইবা সমাজবু নুংশিজবগী মশকশিং বরাক তোৰ্ব্বানগী কবি অনীসিদা য়াওরি।কবি আব্দুস সহীদকী শৈরেংশিংদা মমা লমদমবু নুংশিজবগী, শাবী-শানৌগী থোৎলবা ভাবকী নুংশি নুংওনগী মশক উবা ফংঙি। মহাক্কী অহানবগী শৈংে লাইরিক অসিগী অহৌবা শৈরেংদা অসুম্না শৈহৌরি।

"মতম কুইনগী তুংদা,
মঙফাওনরক্লে বরাক তোৰ্ব্বান,
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনুসু

তামখ্রবা মচাশিংগী সাহিত্য লৈকোন্নুংদা।”

—কুনশুবা শতাব্দী

থোৎ- নৌরবা শৈরেংশিংগী মরক্তা

মতাং খরদদি কুনশুবা শতাব্দীগী য়ক লাউবা কবি ওইরকপগী পেন্দবা, অয়াকপা খোঞ্জেল তাবা ফংলকই। লোয়না কবি অসিগী অনীশুবা খুদোল 'সনামচুগী অয়ুক' (কামিণী কুমার এৱার্দ- ১৯৯৩ ফংখিবা) লাইরিক অসিদগীদি অহানবা খুদোল ওইরিবা'কুনশুবা শতাব্দী অসিনা মথৱায় পানবা,মরীক চুম্বা অমদি ফোঙদোক্লিংলিবা ৱাখল ময়েক শেংবা হেল্লি হায়না খল্লি।

মথক্কী কবি অনীসিনা কাছাড় লমদম, বরাক তোর্ব্বানগীনি। মথংদা মণিপুর তম্পাক্কী থৃৎমাবা পাঙল অইবশিংগী মরক্তা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমসু অমনি। হৌজিক ফাওবদা শৈরেং লাইরিক অনী ফোঙখ্রে। মরক মরক্তা মণিপুবগী অখন্নবা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা মহাক্না ইবা শৈরেং হাপ্লি।

অইবসিগী অহানবা খুদোল 'নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ' হায়বা লাইরিক্কী মরমদা মণিপুরগী মশক নাইরবা কবি, সমালোচক - শ্রীলাংবম নীলকান্ত সিংহনা মশাগী মোৎ অসুম্না পীরী- “কবি অসিগী মমিং হায়দোকত্রবদি কনানসু শৈরেংশিং অসি মুসলিম লেখক্না ইবনি হায়রোই।... কয়ামুদ্দিননা মণিপুরগী তোনু লাইজিংলেন্বীনচিংবগী মতমগী অরিবা জগৎপুসু খঙবগুম তৌই, মসিমক্নসু লমদম অসিগী য়েলহৌঙৈগী ৱারী অমসুং নুংশিরবা সংস্কৃতিগী মশক অসিনা নহা ওইরবা কবি অসিগী থম্মোয়দা মমি তারি।”

ডা. আই. আর. বাবুনা অসুম্না হায়— পরেং খরতগী মনুংদা চন্নবা পূক্লিংগী ৱাখল কয়া চন্নবা লোনগী মতেংনা ফোঙদোক্লি। অদুবু পরেংশিং অমসুং লোনশিং অসিনা অপাবগী অতাবগী থম্মোয়দা পীবিবা প্রভাবতি য়াম্না Nostalgic ওইবা পুক্লিংগী শক্তম অমা পীবা ঙম্মী। শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র সিংহগী ৱাহৈদা অসুম্না ফোঙদোক্লি— লোনগী থোৎ-নৌবা অমা কয়ামুদ্দিনগী শৈরেংশিংদা তাবা ফংলিবা অসিনা মহাকপু ডা. কমলনা পুখৎলল্লিবা মণিপুরী রোমান্টিসিজমগী স্কুল অমদা পুন্না থম্লিংই। রোমান্টিক কবিশিংগী মপূং ওইবা খুৎফোঙদোক্তি- মশক খঙদবা নুংগী ওইবা অপাম্বা অমদি ঈখৌ লাংবগী মশক অসিসু অমনি। লাইবিক অসিগী

অহৌবদা অশৈবনা শৈথারি—

''নঙবু অসুম ঙাইদুনা
হিংলমখিগে ঐহাকসু
মমল য়াওদ্রবা হকচাংসে
শরূ পোলাংতা ঙাইরফাও!

—নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ

অইবশিংগী অনীশুবা শৈরেং লাইবিক 'নুংশা লৈমা থোবক্লো' হায়বসিগী মতাংদা শ্রীজয়চন্দ্র সিংহনা মশাগী মোৎ অসুম্না ফোঙদোক্লি—উন্না কুপ্লবা পুন্সিগী ব্রাংমদা কবিনা থিবনি- অনৌবা পুন্সিগী অয়ুক অমা লম্মাংনখ্রবা ব্রাখলগী লংলা অমা। তরং তরং হুন্দোবকপা কোবৌ মঙাল মশেক্কুনা লাংতক্লনা ঙাইবনি। শক্তম অসিদা কবিনা শাগৎলি মঙলানগী ফজবা কয়া কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী অতোপ্পা সাহিত্যগী খুদোল— যাথং হায়বা উপন্যাস অসি লৈখল কযানা অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা শেমখ্রবা মণিপুরী সাহিত্যগী নাচোম অসিদা মুসলিম (পাঙল) সমাজগী চরিত্র খরা উপন্যাসকারনা শাগৎপনি। ব্রারীগী য়ুম্ফমদি শাবী- শানৌশিংগী পুন্সিগী কাউঙমদবা মশক খরা ইচম চম্না উৎলকপনি। উপন্যাসকার অসিগী অনীশুবা খুদোল 'নোংঙাল্লমদাই শজিক' হায়বসিদা উপন্যাসকারনা চেকশিন্না যেক্লিবদি —পুন্সি খোঙচৎকী থাজদ্রবা মিকুপ অমদা চেৎনা পুল্লম্বা থম্মোয়গী লিপুন অদু কোমথোক্লুবদা ফংহৌবা নুংহিক্লবা থম্মোয়গী অব্রা চৈনাখোলগী পাউদম্নি।

মথংদা পায়খৎচরিবসি নহা ওইরিবা রোমান্টিক কবি অব্দুল হাকিম শাহ (হৌজিক্লা বেঞ্জামিন এম. সাহ অলম হায়না মশানা মিংথোঞ্জববা) নি। হৌজিক ফাওবদা মশাগী শৈরেং লাইবিক ২, ফোঙলে। মহাক্কী অহানবা খুদোল – 'মালং তান্থা হায়বাশৈবেং লাইরিক অসিদা কবিনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলদা অনৌবা কবিশিংনা শৈশক তম্নগী মতাংদা শৈথাবি—

খোঙদাবক্লে ঙসিসু
মৈতৈ সাহিত্য মন্দিবদা

অনৌবা কবি
নিংথিবা শৈশক্কা লোয়ননা
হাংদোকপিরো ইমা-ও
নহাক্কী সাহিত্য মন্দির
-সাহিত্য মন্দিয়রদা

কবি অসিগী অনীশুবা শৈরেং লাইবিক 'স্বর্গলোগকী ঈশৈদা পোক্লফম ইমাগী তম্পাক্তা শিজবদি নুংঙাইনা তুমখুন তানবনি হায়না পেন্থোকপা ঙম্বগী ৱাখল ফোঙদোকই।

মথংদা লৌখৎচরিবা অহল ওইরবা কবি কিউ. এম. কুতবুদ্দিননসু রোমান্টিসিজমদা ঙাওজবা পাম্বা কবিনি। মহক্কী অহানবা খুদোল ওইরিবা চীংয়াগী লৈরাং হায়বসি ৱারী পরীং অমদা কাব্যগী মওংদা ইচম চম্বা লোন্দাদা ইবনি। ৱারীদি ওফিসকী ওফিসার অমগা লেডি ক্লার্ক অমগী অচম্বা নুংশি-নুংওলগী ৱারীনি। কবি অসিগী ৱাহৈ শেম্বদা হৈ-শিংবদু শৈরেং মতেক অমদং লৌখৎতুনা য়েংবা য়াই—

'শাৎচৌ থম্মোয়গী লৈরাং নিংথিবী
চীংয়া তময়া অসিদা
লৈরাংনা শাৎপা উবগা
লমদমসিবু পুক্লিং ঐনা খোয়দাজে।

অইবসিগী অতোপ্পা খুদোলদি—

'জিন্নত' হায়বা মণিপুরী মুসলিম সমাজগী চৎনবীদা য়ুম্ফম ওইবা ইচম চম্বা রোমান্টিক উপন্যাস অসিনি।

মথংদা নৈনজরিবা অইবসি পাঙল অইবশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা শক-তাক্লিংঙাই ওইদ্রবা অহল ওইববা কবি মুহম্মদ অব্দুর রহমাননি। মহাক শৈরেং, ৱারেং ইসলামিক সাহিত্য, খুনুং ঈশৈ অমদি অরিবা পুয়ার্নচিংবগী তোঙান-তোঙানবা হীরমশিং দা খূৎ থাই। কবি অসিগী অহানবা শৈরেং লাইবিক- থম্মোয় খোল্লাউ হায়বসিদা আরংবা দর্শনিক্কী ওইবা মীৎয়েংদা পোক্লফম লমদমগীদমক ফুকপ অসিনা লৌখিবা থৌদাংবু নৌহৌনা পাউদমলি-

মণিপুর মচা অকনবা
হেনবা নতিক লৈরবা
খোংলগে তাও খোঞ্জেলসে
পেরে শিংগা মরোনসে-
অদুঙৈগী খোনফমদা
মাঙফদ্রবা খোম্থোক্তা।'

-পেরে শিংগা মরোন

অইবশিংগী অতোপ্পা খুদোল - 'য়ুসুফ জুলৈখা' কৌবা ইসলামিক সাহিত্যগী লাইরিক অসিদা ফোঙদোকলিবা মীৎয়েংদি - কুরআনগী ১২ শুবা পন্দুপ অমসুং বাইবলদা য়াওবা হজরত য়ুসুফকী মরমদা কৃপশিন্না নৈনবনি। লাইবিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা ইসলামিক সাহিত্যগী অহানবা খুদোলনি।

মথংদা লৌখৎচরিবা অইবসি লৈঙাক লোনদা মণিপুরগী মনুং চনবা অদুগা ভৌগলিক, সমাজিক্কী ফিবমদা কছাড়গী শউম ফংবা জিরিবামদা পোকপা, চাউবা, কবি ফৈজুরুদ্দিন অহমদনি। শৈরেং ১২ গী অপূনবা লাইরিক - 'পুন্সিগী ঈরোন্নুংদা' কৌবা লাইরিক অসিদা কবিগী থৌরবা মীৎয়েংনা ফোঙদোক্লিবদি - মশাগী অরেপ্পা অমতা লৈতবা মী হাযবা জীব অসিমুক কিবা লৈত্রে। মরম অসিনা কবিনা ইরি —

'মীনা মীবু কিবদগী
চৎলসিনে ঐবু অতোপ্পা গ্রহ অমদা
নৎত্রগা
থাদা নম্বো থারুরসিরা!'
পুন্সিগী ইরোন্নুংদা

অইবশিংসি সাহিত্যগী অতোপ্পা হীরমশিংদা শিনফম শুই। শৈরেং, ব্রারেং ইবদা নত্তনা চঙ-চঙ লাউবা জনেৰ্লিষ্টি অমনি।

মথংদা লৌখৎচরিবা কবি অসিনা মশাগী শৈরেং লাইবিক 'থম্মোয়নুংগী

ঈরাউখোল কৌবা অসিখক পুথোক্লম্লগা ঈরোলনুংদা লৈতম থাদবগুম তুমিন য়েংদুনা লৈরিবা নহা ওইরিবা কবি কে. আর. খান-নি। কবিনা য়েক্লি— পোক্লফম লমদমবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবগা লোযননা লৈবাক অসিগী হৌখ্রবা ইতিহাসকীদমক চাউথোকচবসিনি। অদুবু, হৌজিক্কী মরাম চাযথরক্লবা খুন্নাইগী ফিভম অসি কন্নিংবগী ঈখৌলাংবদু উৎলি।

"মমৈ মকোক ওন্নরে
লাইশং মমাং য়ু ঙাওরে
নোংচুপকী মতৌ তম্বদা
সনা লৈবাক মণিপুরদা।"
— কংলৈপাক্কী অহোংবা

মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী লমদা পাঙল অইবশিংগী অহানবা খুদোলদি – ইং ১৯৭৭ তা ফোঙখিবা সংসারদগী বিদায় হায়বর্সিনি। (লাইরিক অসিগী কোপী অমা ইশাগী লৈবস্বদু মফম খঙদনা মাঙখিবদগী অমক হন্না লৈননবা থিবদসু ফংদবনা অইবগী চপ-চাবা মমিং কাউখ্রে। অদুম ওইনমক ৱারীদি হাইফেৎ নীংশিংলি) লাইরিক অসিসু রোমান্টিক্কী উচনদা নীংথিনা চনাখৎপনি। পোলোইদা শাবী- শানৌ অনীমক খাংঙুথক্তা পুন্সি পিথম্নখিবা নুংশি নুংওলগী ৱারীনি। উপন্যাসকারগী মশাগী ওইবা লোন্দা-পুদানা ৱাবী অসিধু মথৱায় হাপ্লি।

মমালোনগী সাহিত্যগী লমদা নৌনা খুদোল তম্লক্লিবা অইবা অমদি – মু. অজুর খান খুল্লাকপর্মনি। বোমান্টিক ঠিমদা যাম্না চম্না ইবা - 'ঈচেল অমগী ৱাংম-ৱাংমা' হাযবা লমায় ৪৪ পানবা লাইবিক অসি উপন্যাসলা, দ্রামারা, ৱারীমচাবা হায়বা চমম্নবা পোকহল্লি।

মথংগী অইবসিনা উপন্যাস ইবগী লমদা নৌনা কলম পায়রক্লিবা- অজাদ কোমোলনি। মহাক্কী চাংয়েং ওইনা পুথোরক্লিবা –'জিহাদ' হায়বা উপন্যাস অসিসু রোমান্টিক্কী ছাচাদা হৈরগা ধর্ম্মনীতি অমদি রাজনীতি অনীগী মুকখায়নবগী অকনবা লাঞ্জাও অমসুং মদুগী ফল অদু উপন্যাসকারগী হৈ-শিংলবা খুৎইদা ফজনা মমি তাই।

মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেল অসিদা পাঙল দ্রামা ইবা অমা ওইনা অহানবা খোঙদাবক্লিবা প্লেরাইট মুহম্মদ শাহিদুর রহমাননি। মহাক্কী ‘থম্মোয় অনীগী তেংথাখোল ’ কৌবা দ্রামা লাইরিক অসিসু নুংশি- নুংওনগী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইরগা লাইরবা অমসুং ইনাকখুনবা অনীগী খেন্নবদু শের ফালাদা থাঙ্গৎলগা ওনবগী মমি তাই।

অরোইবদা পায়খৎচরিবা অইবসিনা ইসলামিক সাহিত্যগী খুদোল মণিপুরী সাহিত্যদা মঙাও তংহনবিরিবা ক্বাজী মুজিবুর রহমান রাহীনি। মহাক্কী ‘লৈলা মজুনু’ হায়বা অরবী সাহিত্যগী তাইবঙ শীন্না মমিং লৈরবা আৱংবা থাক্কী নুংশি-নুংওনগী ফিদম্নফম ওইববা ৱারী অসি মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা খুদোল অমনি।অইবসিগী থোৎনৌববা লোন্দা পূদাদা ফোঙদোক্লিবদি অশেংবা নুংশিববু মায়থীবা পীবা ঙম্বা শক্তি অমত্তা জগৎ অসিদা লৈতে হায়বসিনি।

ৱাবেং মচা অসিদা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংগী ফোঙলবা সাহিত্যগী লাইরিকশিংবু চিংথদনা নৈনবগী খুদোংচবা ফংজদবনা তেন্তক্না নৈনজবম্বনি। মসিনা অরোইবা নত্তে, অহৌবনি। হৌজিক ঐখোযনা খৌবাংনা ঙাইরিবদি - মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচেলসিদা পাঙল অইবশিংগী মবক্তগীসু মীওইবা সমাজবু মীনুংশিগা লোয়ননা যেংবা , মানবতাগী ৱাখল ফোঙদোকপা ঙম্বা শীংথানবা যাবা অৱাংবা থাক্কী লাইরিক কয়া মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কেদা খুদোল তম্নকপনি। মঙলান অসি নোংমদি শোযদনা মঙফাওনরকপা ওইসনু। □


**মতেং লৌখিবা ঃ**

১) পাঙলগী খুনুং ঈশৈ, সম্পাদকশিং অব্দুর রহমান/ কয়ামুদ্দিন

২) মিংশেল, ৬/৭শুবা মশিং- সম্পাদকঃ কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

৩) নিংঙদবা থম্মোযগী ঈশৈ, ফোবৱার্দ লেটর- শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

৪) অকাশবানী ইম্ফাল, (ডা. আই. আর. বাবুনা)

৫) খোম্থাং, অনীশুবা মশিং (ফোঙবা লেপখ্রবা) - এল. জয়চন্দ্র সিংহ

৬) অকাশবানী ইম্ফাল, (শ্রীলৈংজম জয়চেন্দ্র সিংহ)

# মণিপুরী সাহিত্য অমসুং কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম

*ইবোসনা য়ামবেম*

লান মমাঙগী লেপ্তুনা চেন্থবক্লিবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙজেল অসি য়াম্না য়াংনা চেন্থরক্লি হায়বা তাই। লান মমাঙদা চাউবা, কমল, অঙাংহলনচিংবা অইবা কয়ানা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী অতৈ ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী লোন কযাগী সাহিত্যনা মরাং কায়না লৈববা মতম ফাওবদা পানবা লাইবিক লৈতবগী নুংনাংবা অমসুং শীংনবা অমগা লোযননা হোৎনরম্বনি। হায়রিবা অইবশিং অসিগী মনুংদা মণিপুবদা খুন্দামিন্নরিবা কাঙলুপ কয়াগী মীওইশিং কনা অমত্তনা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী মরমদা ব্রাখল মচেৎ অমা ফাওবা থাদদুনা চাওখৎনবগী লম্বীরোমদা চঙশিনখিবগী ইতিহাস অমতা ফংবা ঙমদে।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈনা চৈথেং ফংলবা মতুংদা মণিপুরী সমাজগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকখিবগা লোযননা সাহিত্য অমসুং লোন্দসু অচৌবা অহোঙবা অমা লাকখিবা অসি ঐখোয়না ইতিহাসতা অদুম উবা ফংই। মমালোনবু নুংশিজবা মীওই কযানা অব্রাংবা থাক্নী মহৈ মশিং তম্নগা লোয়ননা মপানলমদা থোক্তুনা অব্রাংবা সভ্যতাগা শাগোন্নরক্তুনা লমদম অসিদসু মদুগী শমিন অমসুং শাফু কন্না ফুজিল্লক্তুনা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যদসু ময়েক শেংনা অনৌবা সভ্যতাগী মমি তাবা হৌরকই। অসুম্না অহোংবা অমসুং অওনবা কযা মণিপুরী সাহিত্যনা মায়োক্লবগা লোযননা মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু নুংশিজবা মীওই কযা অমসু চোংথোরকই। চোংথোবক্লিবা নহা ওইবিবা অইবশিং অসিনা যাম্না কন্না হোৎনদুনা মলেমগী ওইনা লাকখ্রিবা সাহিত্যগী ইজম কযাগী ঈচেল কয়াসু মণিপুবী সাহিত্যদা পুশিল্লক্তুনা রোমান্তিসিজমনা য়াই থাদুনা লৈরম্না মণিপুবী সাহিত্যব্ মোদর্নিজমগী ফোং-ফোং শাবিবা অনৌবা খোঙজেলদা পুখৎলকই।

অদুনা ১৯৬০-৭০ গী মতম অসি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎতা য়াম্না মরু ওইবা ঈতিনফম অমসুং ঈখাইফম তাঙ্কক অমনি হায়না ঐখোয়না লৌবা যাই।

মতাং অসিদদি ঐখোয়না পৌনা য়েংবা মীৎযেংদগী থৈদোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎপু কুপ্না য়েংবগী তঙাইফদবা অমা লাক্লি। মণিপুরী লোন অসি মৈতৈতগী ওইবা লোন অমা মণিপুরদা নত্তে। মণিপুরদা খুন্দামিন্নরিবা ফুরূপ কয়াগীসু লোন ওইবতা নত্তনা ফুরূপ অমগা ফুরূপ অমগা ফাওদোক ফাওজিন তৌনরিবা লোন অমসুনি। অতোপ্পা য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমনা মণিপুরদা অথেংবা মতমদা চঙলকখিবা মুসলিম কাঙলুপকীদি মমালোন ফাওবা ওইবকই। মসিনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং লোনবু চাওখৎনবা হোৎনবদা মুসলিম কাঙলুপকী অচৌবা থৌদাং অমা লৌফম থোকপা তারকই। মসিমক্তুনা মরম ওইনদুনা ১৯৭০ গী অরোইবা তাঙ্ককতা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (২৬।০৭।১৯৫৩-১৩।০৭।২০০৩) লাইরিক-লাইশু হৈরবা মুসলিম মরক্তগী মতিক মঙন অমসুং ময়াই, মঙালগা লোয়ননা চোংথোরকই মণিপুরী সাহিত্যগী অচংবা লান্মী অমা ওইনা। মহাক্কী মফমদগী মণিপুরী সাহিত্যদা অয়ূক নুমিদাংদা ঙাঙনরিবা লোন অসিদগী থৈদোক্তুনা লোন অমগী চপ চাবা অইবা লোনগী সাহিত্যগী পোত্থোক কয়া। মরম অদুনা মহাক্না থম্বিথস্বা সাহিত্যগী পোত্থোকশিং অসি তঙাই ফদনা নৈনবা তারকই। মাগী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা তারকই।

মণিপুরী সাহিত্য শুরিবা অখঙ-অহৈ কযানা মণিপুরী মুসলিমগী মবক্তগী কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা অইবা অমা ওইনা চোংথোরকপা মতমদা কয়া য়াম্না তরাম্না ওকখি। ৱাফম অসি হেক্তা হায়জিনবা য়াবা ৱাফম অমসু নত্তে। সাহিত্যগী অহানবা অমসুং অরিবা সংস্থান ওইরিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জোইন্ট সেক্রেটরী ওইনা থৌ পুদুনা মহাকপু পূক্লিং থৌগৎখি অমসুং মুসলিম অইবা কয়া পুথোকহন্নবা মঙোন্দা পাঙ্গল থৌনা-লৌশিং হাপ্পিখি। মসিদগী থোরকই মুসলিম রাইটর্স ফোরম, মণিপুর (মমৈথংদা মমিং ওনখি )। শৈরেং, উপন্যাস, ৱারীমচা, চেফোঙ অমদি অঙাংগী লাইরিক্কী মহাও কয়া অমা মণিপুরীশিংদা খঙহনবতা নত্তনা লাইরিক -লাইশু হৈরবা মুসলিম কযাগী মফমদা মণিপুরদা লৈরিবা অমসুং

লৈরম্বা নাৎ-কলা-সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যগী মহাওবু নীংথিনা খণ্ডহল্লম্বা মণিপুবগী অতাংবা অইবা অর্মনি। মহাক্কী মরমদা প্রোঃ নীলকান্ত সিংহনা অসুম্না শীংথাই ঃ

> মণিপুরী সাহিত্যদা মুস্লিমগী জগৎতগী শীংথানবা য়াবা দান অমা থেংনদ্রিবা অসিগী নুংঙাইতবা অমা চহী কয়াগী মমাঙদগী ফাওদুনা লাক্লবনি। মণিপুরগী ৱাংমদা লৈবিবা কাছারগী মণিপুবী মুস্লিমদি সাহিত্যগী আন্দোলন্দা চপ-চানা শরুক য়ারি হায়বা খঙই। ধর্ম্মদা খেন্নবা লৈখ্রবসু লমদম অসিগী লীচৎ-শাজত্তা অমসুং মরৈবাক নুংশিবদা অমসুং সমজগী সংস্কাবগী লম্বীদা মুসলিম ইচীন্নাউশিংসু শোত্থবা লৈত্রি।মসিনা সাহিত্যগী মাযকৈদা চঙশিন্নবক্তবা অসি জাতিগী অৱাৎপা অমনি হায়না লৌজে। ... থোইদোক্লা থাগৎনিংবদি নীংথিজবা চন্নবা ৱাহৈ ৱাতশিং-সিনি। কবি অসিগী মমিং হায়দোক্তবদি কনানসু শৈরেংশিং অসি মুসলিম লেখক্লা ইবনি হায়রোই।
>
> *নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈঃ ৱাহৈ অমনিদং*

মণিপুরী সাহিত্যদা কয়ামুদ্দিন যাম্না হেন্না হায্জিনবসু যারোই। হেন্না ৱাৎনা হায়বসু যারোই। থাঙ্গৈশেংনা মহাকপু মশক লেপ্পা মতমদা মণিপুবী সাহিত্যগীদমক অমসুং মণিপুবী লোনগীদমক থম্মোয় শেংনা কথোকপা অমগা লোযননা অপান্ননা তৌরগেদো হাযবা ৱাশক অমগা লোয়ননা মণিপুবী সাহিত্যদা চোংশিল্লক্লবা কবি অমনি। মসিমক্তনা মহাক্কী কবিত্বগী মগুণ অদুদগী সাহিত্যগী লমদা মহাক্লা থোয়দোক্লা মুসলিমশিংবু সাহিত্যদা পুশিল্লক্লবা হোৎনরবা মশাগী ওইজবা থাদোকখিবা মহাক্কী থৌনা লীংজেন অদুবু য়েংলগা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাকনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ' সাহিত্য ভূষণ' (২০০৪) হায়বা মিংথোল পীদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি। মহাক্কী থৌনা লীংজেন অসিবু শীংথাবা ওইনা দা. আই. আর. বাবুনা অসুম্না হায় ঃ

মণিপুরী সাহিত্যদা মুসলিমগী ওইবা মীৎয়েং অমসুং ৱাখলদগী

থোবকপা লাইরিক অসি মশীং য়াম্না তাঙবদা নত্তনা মুসলিম অইবগী মশীং অসিসু অনী অহুমদগী হেন্না লৈতে। মণিপুরগী অপূনবা মীশিংগী চাউরবা শরুক অমা ওইরিবা মুসলিমশিংগী মরক্তগী লাইরিক ইবা মীগী মশীং অসি লীক্লা থোরক্লিবসিগী মরম থিজিনবদা য়াম্না নুংঙাইবা অমসুং অনৌবা বিষয় অমা ওইগনি।... কবি কয়ামুদ্দিনদি অশাউবা কবিসু নত্তে। পেন্দবনা মৈরী ওইনা কোয়শীন্দুনা পুন্সিবু চাকথেক্লবনি হায়না লৌবা মীসু নত্তে। মাগী শৈরেংশিং অসিদা থম্মোয়গী শেংলবা, লৌথুপ-লৌকোয় লৈত্রবা খোঞ্জেল খরগী য়াম্না মোং-হাদ্রবা খোন্থাং খরা তাবা ফংই।

*নুংশা লৈমা থোরক্লোগী বেক কোভর*

থম্মোযশেংনা কখোকপগা লোযননা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং লোনগীদমক্তা হোৎনরক্লিবা মহাক্কী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসি থোইনা শাংদে। ১৯৭৭ ইং দগী ২০০৩ গী জুলাই ফাওবগী তেল্লবা চহী ২৬ কী খোঙচৎনি। মসিগী মনুংদা মহাক্লা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তল্লম্মীঃ শৈরেংগী লাইরিক অনী, উপন্যাস অনী, ৱাবীমচা অমা, সম্পাদন তৌবা লাইরিক অহুম, অঙাংগী লাইরিক অহুম (অমর্দি ফোঙদ্রি), চেকোঙ অহুম অমদি ফোঙদ্রিবা লাইরিক অহুম অসিনচিংবনি।

মণিপুরী সাহিত্যদা কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা তল্লম্লিবা খুদোলশিং অসি য়েংলগা ঐখোযনা মহাক্কী সাহিত্যগী মশকপু মখাগী অসুম্না নৈনবা য়াই। (ক)কবি অমা ওইনা, (খ) উপন্যাসকাব অমসুং ৱাবীমচা ইবা অমা ওইনা, (গ) অঙাংগী লাইরিক ইবা অমা ওইনা, (ঘ) সম্পাদক অমা ওইনা অমসুং (ঙ) চেকোঙ পুথোকপা অমা ওইনা হাযবিবা হীবমশিং অসিগী পোত্থোকশিং অসি পুথোকপা ঙম্নবা হাযদুনা হেক ঙম্বমখৈ শেন-থুমগী, হকচাংগী পাঙ্গল থৌনাগী অকিবা লৈতনা মোমোন মোমোন নোক্লুনা হোৎনবম্মী। অমুকসু মহাক্কী মফমদগী অশাউবগী শক্তম নোংমতা ফাওবা উবা ফংখিদে। ঐহাক্লা তিন্নবা মরুপ অমা ওইনা সাহিত্যগী লমদা থবক চেনমিন্নবা অমা ওইনা য়াম্না চেৎনা থাজে, শিরমদাই মিকুপ ফাওবদা মহাক শোইদনা ঈশিং মনুংদা মোমোন নোক্লমগনি। অসুম্না

হোৎনজরম্বা মহাক্কী মমলনা হৌজিক্তি নুপাখক্তা নত্তনা মুসলিম নুপী ফাওবা য়াওনা মণিপুরী সাহিত্যদা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকপা লেপত্রি। অদুনা ঐখোয়না থাজৈ মদুদি ওজা নীলকান্তনা য়াম্না তোইনা পল্লম্বা "সহিত্যদা কর্ম্ম যোগী" হায়বা ৱাফম অদু মহাক্কী মফমদা চপ চানা থোকই হায়না লৌবা য়াই। সাহিত্যগীনিবু হায়রবদি মহাক চাক চাদ্রবসু য়াবা মীশক অমগুম্না অচঙবা লান্মী ওইনা থবক কয়া তৌরম্মী অমসুং তৌগদবা কয়া অমসু ৱাৎলম্মী। মহাক্কী ৱাৎলিবা থবকশিং অসিবু মতুংদা চেলহৌরিবা চোংহৌরিবা মুসলিম অইবা কয়ানা মপূং ফানা পাঙথোকপা ঙম্বগী থৌনা অদু লাকপা ওইসনু।

**(ক) কবি অমা ওইনা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম ঃ**

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা ইহান হান্না খৃৎ থারকপসি শৈরেংদনি। মশাগী শৈরেং লাইরিক অনী পুথোক্লম্মী। মখোয় অদুদি (১) নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ (জানুৱারী - ১৯৭৭ ইং); (২) নুংশা লৈমা থোরক্লো (মার্চ ৪, ১৯৭৯ ইং) অমসুং মহাক্না সম্পাদন তৌবা মুসলিম কবিখক্তনা ইবা শৈরেংগী লাইরিক অমগা (৩) ঈপাক তন্নক্লিবা ঈচেল (সেপ্তেম্বর ১৭, ২০০০ ইং) অসিনি। মাগী অহানবদগী অকোনবা ফাওবদা লৈরিবা শৈরেংশিং অসি নৈনরুবগা তশেংনা কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম রোমান্তিক কবি অমনি হায়না লেপ্পা ঙম্মী। হৌজিক্কী অনৌবা অমসুং অওনবা সভ্যতাগী মরক্তা হিংলম্লবসু মহাক্না চেৎনা থাজখিবা অমসুং মশক মুন্না খঙখিবদি প্রকৃতিগী খোঙচৎনি। চহী অমগী মনুংদা পোকপা অমসুং শিববু মহাক্না পুথোক্লিবা অচৎ-চৎত জীবশিংনা মায়োক্লরিবা অমসুং মহাক্কী খোঙচৎকী চক্রগী মনুংদগী নাম্থোকপা ঙমদনা লৈরিবা মীওইবগী পুন্সিনি। পোকপা অমসুং শিবগী চক্র মনুং অসিদসু মীওইবগী পূক্লিংদা ৱাখলদা অমুকসু পোকহল্লি-কল্লকপা, মিহৌবা, অপাম্বা, নুংশিবা-পূম্নমক অসিনা কাউহল্লি মীওইববু তেল্লবা মতমগী শীন্থাগীদমক লাক্লিবা মীওইবা-মায়াগী ঈপাক্তা তাওহল্লি তাইবঙ মীওইবা। বোমান্তিক কবিনা ঙাওজরিবসি 'ফজবা' হাযবা পোৎশক অসিদনি। অদুনা ওইথোকপা য়াই য়াদে হায়বগী দর্শনগী ৱাফম মখোয়দা চঙদে। চীং-লেম্বা হাযবসিতনা মখোযগী শাজৎনি। হৈবাং লৈরাংগী ফজবা অমসুং নুংশিবা মনমদা ঙাওজগনি, লৈচিল নোংফাইগা অতিযাদা

কোইনা পাইমিন্নগনি, থাবলগী ঈপোমদা ঈবোইদুনা শান্নগনি, প্রকৃতিগী কুম্মৈদা য়াওশিনগনি। অদুনা ফজববু ঈবাৎচবা মীওই ঙাক্তনি। খ্বাইদগী নুংঙাইবা ৱাফম অমনা মখোয়দি লোনগী ফজবগী যাদুদা ঙাওজগনি; অদুনা খ্বাইদগী পামজবা মফোঙদোকতি দ্রামাতিক মনোলোকনি। হায়রিবশিং অসি কযামুদ্দিনগী মফমদসু তাখিবা নত্তে। অমুক হেন্না মখোয়না ৱাজরিবনা অসুক ফজবা তাইবঙ অসিবু থাদোক্কনি খনবা মীকুপ অসিনি। অদুনা রোমান্তিক কবিশিংনা পুন্সিবু হরাও-তয়াম্না ওকপগী মহুত্তা য়াম্না ৱানা ওক্কনি। অদুনা য়াম্না পেসিমিষ্ট ওইবা ভাবত্মিক অমসুং কলাত্মিক্কী মীৎয়েং অমসুং খৃৎলাম্ন্থোক্লা মখোযগী মপৃং ওইবা মীৎয়েংনি।

নুংশিবা অমসুং প্রকৃতিগী ফজববু মোইরাংগী কংলৈরোলগী মনুংদা য়াওবিবা তোনু লাইজিংলেম্বী অমসুং কদেং থাংজহনবা অনীগী নুংশিবগী লীপুনবু নীংথিনা খঙলবা কয়ামুদ্দিননা অমত্তা ওইনা লেঙ্দোম্নদুনা চৎপগী কল্পনানা নুংশিনা শৈথারকই ঃ

নিংথৌগী যাথং কোক্তা থোং
তোর্ববুং শাদানবা চৎলুখিগে
নথংলেন ঐনা হল্লকপদা
ঙাইরম্মুকো লোক্তাক খোংবান্দা ।।
*নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ/ লাঃ ৭*

নুংশিবগী মশক লেপ্পবা হোৎনরকপা মতমদা কাদেং থাংজ হনবা অমসুং তোনু লাইজিংলেম্বীগী নুংশি ৱাবীখক্তনা কবিগী কল্পনাগী শক্তি লোযবা ঙমদে। হেন্না হেন্না শাফু কন্না নুংশিবগী মবমদা শাগৎলকই। অদুনা নুংশিনরিবা থম্মোয় অনীতনা মহাক্কী মমল অমসুং মগুণ লেপকনি হাযনা মনুং হুনজিনবা মীৎয়েং অমখক মহাক্কী শৈবেংনা ফোঙদোকই ঃ

নুংশিবগী মগুণদি
নুংশিবতনা শক্কনি,

নুংশিবগী মমলসু
নুংশিবতনা লেপকনি ।।

*ইবিদ / লা ঃ ১২*

রোমান্তিক কবি অসিগী মফমদা মরৈবাক মরমদম মণিপুববু য়াম্না নুংশিজবগী সুব অমা মহাক্কী শৈরেংদা যাওরি। মহাক্না উরিবা মমা লৈবাক্কী শক্তম অসি মহাক্কী কল্পননা শাগৎলি মদুদি লায়র-চদৎনরবী, চাকযাম পোকপী, মচাশিংগী নীংবা খুদিং থুংহনবা ভমদ্রবী যাম্না ৱানা লেল্লবী মমা অমগী শক্তম ওইনা। অদুনা কবিনা শক্লি ঃ

লৃথোং পুবী লাইববী
পলেম ইমা পূকফবী ;
খোন্নাং লমন্দি পলেমগী
শীংঙন্নরোই নচাশিংনা ।।
... ...
খোঙ্গংপীবো নচাশিংদা
নহুৎ-নবেং শিল্লগে;
নপারী নমোম ঐখোয়স্
পলেমগী ফিদম লৌজগে ।।

*ইবিদ/ লাঃ ২৬*

মহাক্কী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক য়ৌবকপা মতমদদি থাক খবা যাংনা লৈরম্বা শৈরেংগী মগুণ অদু খংলুম লুমথরকখি। মপূং মবৈ ফাবনা শৈরেংগী মশক লৌবকই। অদুনা ভাবকী ওইবা, কলাগী ওইবা মপূং ফারবা লোনগী লিবী খোইরীবা অমসুং মশা তাশিল্লবা শৈরেংগী মশক ওইনা থোবকই। অহানবা শৈরেংগী মশক অসিবু দা. আই .আর. বাবুনা অসুম্না মমল লেপ্লি ঃ

... পরেং খরতগী মনুংদা ওন্নবা পূক্লিংগী ৱাখল কয়া, চন্নবা লোলগী মতেংনা ফোঙদোক্লি। অদুবু পরেংশিং অমসুং লোলশিং অসিনা অপাবগী, অতাবগী থম্মোয়দা পীরিবা প্রভাবতি য়াম্না নোস্তলজিক ওইবা পূক্লিং শক্তম অমা পীবা ঙম্মী।... কবি কয়ামুদ্দিনদি অশাউবা কবিসু নত্তে। পেন্দবনা মৈরী ওইনা কোয়শীন্দুনা পুন্সিবু চাকথোক্লবনি হায়না লৌবা মীসু নত্তে। মাগী শৈরেংশিং অসিদা থম্মোয়গী শেংলবা, লৌথুপ-লৌকোয় লৈত্রবা খোঞ্জেল খরগী য়াম্না মোং-হাদ্রবা খোন্থাং খরা তাবা ফংই ...।

*-আকাশবানী ইম্ফাল*

দা. আই. আব. বাবুগী ৱাফম অসিদগী খরগা হেন্না কূপশিনবা অমসুং মরেপ লুথবা শৈরেংগী মশক অমা তশেং-তশেংনা মুর্ত্তি ওইনা মাঙদা চোংথোক্কুনা লেপহল্লিবা মশক্তি লোংজম জয়চন্দ্রনা অমুক্কা হন্না হায়বি। জয়চন্দ্রগী মততা লৈরিবা ৱাফম অসিদি কবি অমবু পূক্লিং থৌগৎলিবনি হাযদুনা ফজদবা পোৎতা ফজৈ হাযনা হেক্তা হায়ভিনবা ৱাফমসু নত্তে। মহাক্কী শৈবেংনা মপূং মরৈ ফাবক্কুনা মশা মরোমদোম্না শৈবেংগী মফম অমা লেপ্পা ঙন্নকপগী তাঞ্জা অদুনি। লাইবক থীরিবদি মহাক্কী তেল্লবা মতম অসিদা শৈরেংগী লাইরিক মথা তানা ফোঙলমদবা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্কী শৈবেংশিং খাঙতপ্তা লেপ্তুনা ঈচেল লেপখ্রবা তুবেলগী ঈচেল অমগুম লৈহৌরে। মহাক্কী অনীশুবা শৈরেং- নুংশা লৈমা থোরক্লো হায়বা শৈরেং অসিগী মশকপু অসুম্না লোংজম জযচন্দ্রনা লেপ্লি ঃ

কযামুদ্দিনগী মপূং ওইবা শৈরেংগী মশক্তি রোমান্টিসিজমনি। মাঙখ্রবা সুর অমা, য়াৱা অমা, ঈশৈ অমা অমুকসু তাহনবনি। অনীশুবা শৈবেংগী লাইরিক অসিদা খরগা হেননা কুপ্না অসিগুম্বা সুর, অমা লৌখৎতুনা নহা ওইরিবা অইবা অসিনা শৈথাবি। উন্না কূপ্লবা পুন্সিগী ৱাংমদা কবিনা থিবনি। অনৌবা পুন্সিগী অযুক অমা, লম্মাঙনখ্রবা ৱাখলগী লংলা অমা।

তরং-তরং হুন্দোরকপা কোরৌ মঙাল মশেক্তু লাংতক্লনা
ঙাইবনি। শক্তম অসিদা কবিনা শাগৎলি মঙলানগী ফজবা কয়া।

- *আকাশবানী ইম্ফাল*

পূন্নমক অসি কয়ামুদ্দিনগী শৈরেংগী মরেপনি। অহানবা শৈরেংগী লাইরিক্তা মণিপুরী লোন্তনা মপূং ফানা শৈরেং লাইরিক অমা ইবা ঙম্মী হায়বগী চাংয়েং অমা তৌই। অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক্তনা উর্দু অমসুং অরবিককী ৱাহৈ কয়া হাপচিল্লক্তুনা মণিপুরী লোনগী চাংয়েং অমা তৌই। মসিগী চাংয়েং অসিসু মায় পাকই। মরমদি মণিপুরী লোননা কবিগী কল্পনাগী মুর্ত্তিশিং অদু মপূং ফানা অর্থ কনশিন্না হায়নবা হোৎনরকপদা ৱাহৈগী অৱাৎপা অহোবা থেংনৈ। অদুবু ফোঙদোক্লবা লোন ফংদবগী অৱাবা অমা মায়োক্লরিবা অদুমদি উর্দু অমসুং অরবিক্কী ৱাহৈনা শিল্লকপা মতমদা কবিগী পূক্লিংগী ফোঙদোক্লীংবা কয়া অদু অর্থ কনশিন্না মশক থোক্লা ফোঙদোকপা ঙম্মী। কবিনা শীজিন্নরিবা অরবিক অমসুং উর্দু অসিগী নুংঙাইতবা অমখক্তি সাহিত্যদা মীওই কাঙলুপ অমগী রিপ্রজেন্ট তৌবা ওইনা লৌখিবা তারবদি ঐখোয়গী সাহিত্যগী লাইবক থীবনি। সাহিত্যনা হেক অফবা অমা ওইরিবদি মফম , মতম, জাৎ, ধর্ম্মগী পল লাম্লোক্তুনা মীওইবা জাতিগী ওইনা উহনবা ঙম্লক্লবা অমসুং খন্থহনবা ঙম্লক্লবা মতাংদা অফবা সাহিত্য ওইরকই। কয়ামুদ্দিনগী লোনগী চাংযেংদি ফনা নীংথিনা মায় পাকহল্লিবদি উর্দু অমসুং অরবিক্কী ৱাহৈশিং অসি কোন্নবা মণিপুরী ৱাহন্থোক পীরিবা অসিনি হায়বা তাই।

পেন্দবা, অৱাবা কয়ানা মৈরী ওইনা কোয়শিন্দুনা লেল্লিবা পুন্সিনা পূন্নমক অসিবু নুমিৎকী য়াক্লবা মৈশানা চাকথেকহল্লগা মোমোন নোকপা অনৌবা আশাগী অনৌবা পুন্সি অমসুং সমাজ অমা নুংশা লৈমনা পুবকপা অদুবু খৌরাংনা ঙাইজবা অদুগী নুংঙাইজবা কল্পনাগী ঈথক-ঈপোম অদুনি। অদুনা কবিনা তৎতনা শক্লি ঃ

ঙাঙ্গানবা অয়ূক্কী অনৌবা কোরৌ মশেক্লা
ঙাল্লসনু- পূক্লিংগী নোংথী-নোংমং, অকি-তুজুংবা,
কোকথ্রসনু- নুংশুক-নুংজানবা, অতনবা

মাঙথ্রসনু- যুগ কয়া কৃপশিল্পুরবা
নুংবংনবা অৱাবা ঙসি' অনৌবা অয়ুক্তগী

*নুংশা লৈমা থোরক্লো, লা ঃ ১।*

মণিপুরী সাহিত্যগী জগৎতা মশক মমিং নাইনা লৈখ্রবা অইবশিংগী মবক্তা তিনজনিংবগী ইথৌ লাংবা লাংতক্লবা, অপাম্বা অমথক কবিগী থম্মোযদা লেঙদনা লৈরিবা অসিগী থম্মোয় ইতিং তিংনা হাংদোক্কুনা সাহিত্যগী পলেম মমাদা হায়জবি, নিজবি। তোপ-তোপ্পা শাগৎলিবা ৱাখলগী মুর্ত্তি অমনি, ঈথৌলাংলিবা পুন্সিগী য়াৱা কয়া নীংশিংবতা ঙাইহৌববা তামখ্রবা পুন্সিগী সুর কয়ানা থম্মোয় নীন্দুনা মতম লৈবা খিবিক্তা কবিগী পৃক্লিং ৱাখল থম্মোয়বু কল্পনানা ওৎলিবা কবিগী পুন্সিগী ফিভমনি। অসুম্না ওৎলিবা অসিনা কবিগী মপৃং ওইবা শৈবেংগী পোৎলুম ওইনা মুর্ত্তি ওইনা চোংথোকহন্দুনা অপাবশিংবু ৱাখলগী জগৎতা কোয়পু পুদুনা পাইদুনা শান্নহল্লি ঃ

নানবদা থোকর্হন্নিংবা শকফম খোক্লবী
শক্তি লৈরবী ইমাগী ভুরিনা
য়েকপিযু ঐগীসু অরেপ্পা শকফম,
তিঞ্জগে ঐসু মখোয়সিগী মবক্তা
অয়েকপা চিত্রশিংসে ইশাগী !!

*ঐবু য়েকপীযু ইমা/লা ঃ৬*

হৌজিক অমুক লাক্লিবা ৱাহংদি কযামুদ্দিনগী পুন্সিগী দর্শণ কবিনো? মসিগী পাউখুম মহাক্কী অফোংবা কল্পানাগী মশকনা লেপ্পা ঙমলোই। ৱাহং অসিগী পাউখুম মহাক্কী অহানবগী শৈবেং লাইরিক্তগীনা মহাক্না সম্পাদন তৌবম্লিবা 'ঈপাক তল্লক্লিবা ঈচেল' ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা শৈবেংশিং অসিদা মকা ফোংদনা কবিনা ফুমদুনা থল্লম্মী। মদুদি মীওইবগী পুন্সি অমসুং জীবশিংগী পুন্সি প্রকৃতি মঙোন্দগী হৌরগা অমুক মঙোন্দা তিল্লি। অদুবু পুন্সিনা মাযাগী সংসারদা তাউবকপা মতমদা

'শিবা' হাযবা পোৎলুম অমা মীওইবগী পুন্সিনা নম্বো পোদুনা চৎলি হায়বসি হেক হেক কাউথোকই। মতাং অসিদদি আলবার্তি কামুগী ব্রাইতিং ফোর গোদো নীংশিংদবা ঙমদে। মীওইবনা ঙাইরিবসি নুংঙাই য়াইফবা পুন্সি মরেন অদুবুনি। অদুবু মীওইবনা শুকঙাই-ঙাইদবা, হেক্তা থুংলরিবনা 'অশিবা' হায়বিবা পোৎশক অসিনি। হায়-ব্রাফম অসিদগী কয়ামুদ্দিনগী কল্পনানা মিকুপ অমতা লৈথোক্তুনা নুংঙাইনা লৈবা ঙমদে। অদুনা শৈরেংবু হেক ইরক্লবদি মহাক্কী ব্রাখলদা চঙলকই ঐ অসি শিবগী লমন তোন্দুনা লৈরবা মীশক অমনি। অদুনা কবিনা শক্লি শৈরেংগী লাইরিক অহুম অসিদা ঃ-

১) লাকপিরনু মালংবা ইনাক্তা
অমুক হাপ্লরনু অচিকপা
অচিকপদগী হেন্না চিক্লবা
অচাকপদগী হেন্না কেন্নবা
খুজেং থাদোক্লো পুন্সি,
ঙসি শিবগী খোঙচৎতা ।।

*নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ / লা ঃ ১৫*

২) ব্রাখৈবা মতমদা হয়েং পুন্সিনা !!
নুংতিগী চাহৌবা চেং খুয়া অমমম
লম মচেৎ খুদুপ মঙাদু
লেঙদবনি লেঙদবা লন'দুখত্তং...।

*নুংশা লৈমা থোরক্লো / লেঙদবা লন / লাঃ ২৯*

৩) অহিং'সিমতং অব্রা-পোথানবা
য়াইরেক্লম্বনি তোর্ব্বালসিদা

....

য়োমজরকপা চয়োম-চেংজেল

লোইহন্নিংদ-লোইহন্নিংদা লোইশিল্লক্লে॥

*ঈপাক তন্নক্লিবা ঈচেল/মুসাফির/লাঃ ১০৪*

৪) নহাকপু হঙ্গোইদুনা লাপ্পা চেল্লম্বা

ইরালনা ঈপোৎ ফারবা ঐহাকসে

লেপ্পরবদা নহাক্কী থোঙজিন্দা

য়াতাহন্দবা ঙম্বরা মতম'দুদা

অচঙবশিংনা কিনফম ওইরিবা

হে ঃ থৌজাল হৈরবা কবরিস্তান !!

*ইবিদ ঃ কবরিস্তানগী থোঙজিন্দা/লাঃ ১০৮*

**(খ)** উপন্যাসকার অমসুং ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা ঃ

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাস অনী অমসুং ৱারীমচাগী লাইরিক অমা ফিক্সনগী লমদা খূদোল তন্নখ্মী। মহাক্কী ইবগী খুৎলোইবা অসিনা মরম ওইরগা সাহিত্যগী লমদা তোঙান-তোঙানবা লমদা খূদোল তখ্মী। মহাক্না খূদোল তন্নখ্লিবা লমশিং অসি লোইনা শীংথানবা য়াবা লাইরিকশিংনি। শৈবেংদা লৈরিবা পুন্সিবু পেসিমিষ্ট অমা ওইনা য়েংলিবা মহাক্কী মীৎয়েং অদু অমুক্তা হেন্না মপূং ফানা মীৎয়েং শান্না অমসুং মনীং মখা তম্না মাগী কল্পনানা অমদি মেতাফর, সেমিলিনা ফোঙদোকলিবসু মহাক্কী ফিক্সনগী লমদনি। মসিগী মনুংদা মহাক্কী অনীশুবা শৈবেংগী লাইরিক 'নুংশা লৈমা থোরক্লো' হায়বা শৈবেংদা ঈঙ্গিৎনা ফাগীগী মশক অমা মশোং কাংলম্বা অদুদি মহাক্কী ৱারীমচাগী তাঙ্কক য়ৌরকপা মতমদা মপূং ফানা নোকহন্নবগী প্লোত অমসুং করেক্তর শাগৎপদা মপূং মরৈ ফানা লাম্ল্লোকপা ঙম্লকই। মসি মহাক্কী মতম শাংনা ইবগী লমদা খূৎ থাদুনা লাকপগী খূৎলোইবা তাঞ্জা অমনি। মতাং অসিদদি মহাক্কী চাংয়েংগী লম্বীদা হেক-হেক মমি তন্নকপা অদুর্মদি তশেংনা থাদোক্লগা মপূং ওইনা হেক্তা খূৎ থারকপনি।

মহাক্না ফিক্সল্দা খুৎ থারকলিবা, চেফোঙ অমসুং সম্পাদন তৌবগী থবকশিং অসি চঙশিল্লকলিবা মওংশিং অসি য়েংলগা মতম খরদং সাহিত্যগী থবক অসিদগী পোত্থাদুনা লৈ হায়বা ঙমদে। হোৎনগে হায়না হোৎনরবদি ঙমদবা লৈতে হায়বসি মহাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা তল্লমলিবা সাহিত্যগী খুদোলশিং অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি। মসিগী মনুংদা অমতংদগা হাপচিনহন্নীংলি উর্দু নৎত্রগা অরবিক সাহিত্যগী মশক নাইবা লাইরিক কয়া লৈরিবা অসিগী মনুংদগী লাইরিক অমনিদা ওইরবসু মণিপুরীদা হন্দোকপগী থবক পায়খৎহন্নীংই। অদুবু লাইবক থীবদি মহাক হৌজিক লৈখ্রিদ্রে, অদুগা মাগী মতুং ইল্লিবা মীওইশিংনসু হায়রিবা থবক অসি পায়খৎনবগী মমিসু উবা ফংদ্রে। হায়রিবা থবক অসিদি মণিপুরী সাহিত্যগীদমক্তসু নত্তনা মুসলিম সমাজগী য়াম্না কান্নবা থবক অমসু ওইগনি। অদুনা সরকার অমদি উর্দু অমসুং অরবিককী ভারত অমদি পৃথিবীদা লৈরিবা সংস্থানশিংগা খূৎশম্নরগা থবক্তা ওস্থোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না কান্নবা, মশক থোকপা থবক অমা ওইগনি।

মহাক্না ইরম্বা উপন্যাস অনী অদুদি - "য়াথং" (মার্চ, ১৯৭৮ ইং); "নোংঙাল্লমদাই শজিক " (নবেম্বর, ১৯৮১ ইং) অসিনি। অদুগা ৱারীমচাগী লাইরিক অদুনা "শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল" (জুলাই, ২০০৪ ইং) অসিনি। ৱারীমচাগী লাইরিক অসিমদি অইবা মশা লৈখিদ্রবা চহী অমগী মতুংদা মুসলিম রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, মণিপুরনা ফোঙলকপনি।

মহাক্কী উপন্যাস অনী অসিদা পুন্সিবু য়াম্না পেসিমিষ্ট ওইবা মীৎয়েং অমসুং নিঙোল মচাগা পিবা মচাগা লৌনা লৈনবা য়াব্রা? অচৌবা উপন্যাসকারগী ৱাহংনি। ৱাহংসিগী পাউখুমদি গ্রীক্কী সোফো ক্লেজগী আন্টিগোনী অমসুং কিং ইদিপসনা মহৌশাগী নিয়মগী মতুং ইন্নদি য়াই; সমাজগী ওইবা নিয়ম মতুং ইন্না মীওইবসি শা-ঙাগী ৱাখল খন্থদবা সমাজগী মশক ওইরক্কনি হায়দুনা অয়াবা পীদে। অদুবু মুস্লিমগী চৎনরকপা মতুং ইন্না পিবা মচাগা নিঙোল মচাগা মখোয় অনী অসিনা হায়রিবা মরী অসি সুকখঙ খঙদনা লাপ্না-লাপ্না লৈরগা মমৈথংদা খঙনরকপা ওইরবদি য়াই হায়বা অসিনি। পূম্নমক অসি খঙলিবা উপন্যাসকারনা থৌরবা থাঙজৌ অমা পায়রগা মসিগী মরী অসিবু মহাক্কী মামা অমসুং মখুরাগী মপা হাংপা মীশক অদুবু লমন খুম্বনা মহাক্কী পুন্সিগী তঙাই ফদনা তৌদ্রবা য়াদ্রবা

মথৌনি হায়না য়াথং তাওথরকপদগী মহাক্কী নুংশিবগী খোঙচৎতা অচৌবা পল অমা ওইরকই। অদুনা মরু ওইবা লমচৎ রৌসন অমদি সুড়ৈয়াগী নুংশিবগী লম্বীদগী মাগী মামাগা অতোনবী ওইরিবী খাতুন বিবীগী মবুংগী মচা ডাক্তর তল্লিবা য়াহয়াদা থাজদুনা লুহোংই। লুহোংবগী অহীংদা রৌসন্না মহাক্কী মখুরাগী মচাগা লোয়ননা মপা হাৎপা মীশক অদুগী ইমুংদা বোম ফুমদুনা পোকখাইহনবদা রৌসন বোমগী মচেৎনা পান্দুনা শিখি। সুড়ৈয়াসু লুহোংবা নুমিৎতা পীরকপা রৌসনগী চিঠি পাবা লোইরগা ডাইমনগী খৃদোপ চুপ্লগা শিখি। অইবনা ঈঙ্গিৎনা পীরিবা ৱারীগী পোলোইদি তাইবঙপালদা মখোয়নী থুংনবা ঙমখিদ্রবসু লাইরৈবাক্তদি মখোয়নী আত্মানা অমতা ওইনা তিন্নখিদুনা নুংশি পন্দোম লোমখি হায়বসিনি।

উপন্যাসকারগী প্লোত শেমগৎলকপা অমসুং লমচৎশিং শাগৎলকপা য়াম্না মায় পাক্লা উপন্যাস অসিনা উৎলি। অদুগা অমুকসু সুড়ৈয়া অমসুং রৌসনগী উন্নবগী মতাংসু ওন্থোক্লা লুরবা তাঞ্জদা পারিবশিংদা সসপেন্স লৈনা উহনবা ঙম্মী। অদুগা রৌসনগী মামা অমির হুসৈননা মখোয়নীগী নুংশিবগী মরীবু অতোপ্পা মায়োন অমদা পুনবা অসুম্না হায়বী ঃ

> নখোয় অনিমক মরম অমদা লৌন-লৈনবা য়ারবসু, ঐগী ইফমদদি ইচা ঙাক্তনি। ইমুং অসিদা পূন্না লৈমিন্নরক্লবা, মচিন মপ্পাগী ৱাখল ওইনা লৈরমগনি খল্লুবদগী সুড়ৈয়াবু ডাক্তর য়াহয়াদা থাজবগী ৱা লোইশিন্নখ্রে। অসি খঙলবা নখোয় অনিনা হৌজ-হৌজা ঐবু চোপ্লবা শিল্লীবনিকো! এঃ মশানা খঙনা তোকচখিনি হায়বগী ঊৎনা খরা খুম, ৱাইনা খরা মেন তৌদুনা ঙসি ফাওবা লৈরকপনি।... খঙজিল্লু। ঐখোয়গী খণ্ডান্দি হায়নখিবা যবান হোংনদে। অমুক হায়দোকখ্রবদি - মদু তুং ফাওবা ঙাকপা ঙম্নবা হোৎনবা হায়বসি ঐখোয়গী ইপা, ইপুশিংগী চৎনরোলনি।

***মঙাশুবা মতাং/ লং ঃ ৫৫***

য়াথং হায়রিবা উপন্যাস অসিদনা অরোইবা মতাং ক্লাইমেক্স অসিনা হান্না

ৱারী লীরগা ফ্লাসবেক তেক্লীক্তা হৌখ্রবা ৱারীশিং অসি অপাবশিংগী মীৎলমদা মথং মথং লীথরকপা ৱারীনি। অকোনবগী নোংঙাল্লমদাইগী শজিক অসিনা 'ঐ' হায়বা উপন্যাসকী লমচৎ অসিনা মহাক্কী পূক্লিংদা নীংশিংলকপা হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক্কী পুন্সিগা অনীগী পম্বুংফম খঙদ্রবা ৱাখল অনীগী মুক্লরকপা অদুগী রোমানতিক ওইবা কল্পনানা মনীং মখা তম্না শান্নজহনবা উপন্যাসকারগী খূৎই অমসুং খূৎলাম্হোকনি। ৱারীদা য়াওরিবা লমচৎশিংনা মুক্লরকপগী তোঙান-তোঙানবা থৌদোক ৱাথোক্কশিং নত্তে। মরু ওইরিবা লমচৎ 'ঐ' হায়রিবসিগী মহাক্কী নুপী অমসুং অঙাংগা কায়নরগা মমা মপানা মহাকপু অনৌবা নুপী অমা থিনবা হোৎনরকপদা মহাক্কী ৱাখলদা অমসুং পূক্লিংদা অরেপ্পা অমা লৌবা ঙমদনা লৈরগা পুন্সিনা নুংশিবগী মফমদা ইখৌলাংবা, লাংতক্লবা, নিংঙমদবা কয়ানা মৈৰী ওইনা কোয়শিন্দুনা ৱানা খাংবগী যাম্না পেসিমিস ওইবা উপন্যাসকারগী মীৎয়েং অমসুং ভাব অদু মনীং মখা তম্না ফোঙদোক্লবা হোৎনবা অৱাবা সুর অমনি। উপন্যাসকারগী সুর অসিনা খোম্থাং ওইনা অপাবশিংদা তাহল্লি, হৌজিক্কী সভ্যতা অসিনা পুন্সিবু নাইতোম তাহল্লকপা, সমাজদা চন্নফম খঙহল্লক্তবা অমসুং তুংগী আশা উরক্তবা, হিংববু য়োৎকী কোল্লুদা চপখাইদুনা শুমলিবা চুগী মশক ওইবক্লিবা অৱাবা পুন্সিগী তাঙ্কর্কশিং অদুবু নীংথিনা যেক্লি। অদুবু অইবনা উৎলিবদি নোংঙাল্লমদাই মতমদা ঙাইহাক্তুং ওইববসু শজিক কৌবী থৱানমিচাকনা মতিং থোক্লা মশাগী ফজবা নীংথিবা পূম্নমক উথোক্তুনা ঙাল্লমলগা নুমিৎকী মঙাল লাকপা মতমদা পুন্সি লোইখ্রবসু হিংবদা থৌনা অমসুং লীংজেল ফবগী মশক্তি চঙই হায়বা অসিনি। অদুনা উপন্যাসকারনা হায়রীঃ

নঙোন্দা থম্লম্বা চিংন-পরৈশিং ঙসিগী থেঙলবা অহিংসিদগী কিশি অপূম্বা থাদোক্লমদুনা হৌজিক ইয়াং-য়াংনা হল্লবনি! নহাক্কুম্বী অমবু ঐগী তালোই ওইনা ফংজবা অসিদি ঙসিগী মীনোক চাউবা সমাজদা ইকাইবনা ফিরুক খুমদুনা ইবান্নিগী মায়থোঙদা অমুবা কালিনা শীনথুংনা তৈশীনখরবসু হয়েং হসরগী নুমিত্তদি শোয়দনা নঙগী

পুন্যাগী মপাননা নঙগী ঐগী মায়থোঙদা অরং'মঙালনা লৈতেংলগনি। *১৩শুবা তাঙ্কক/লা ঃ ১১৮*

নোংঙাল্লমদাই শজিক অসিদদি উপন্যাসকারগী রোমান্টিক মীৎয়েং অমসুং ভাবনা লোনগী থাদুনা অপাবশিংবু পুনিংবা মায়কৈদা পুদুনা চৎলি। মতাং অসিদা রোমান্টিসিজমগী ড্রামাতিক মনোলোগ অদু চপ চানা শীজিন্নদুনা অপাবশিংবু নুংঙাইহনবতা নত্তনা মথাগী করি হায়বদুগী খৌরাংবা পোকহন্দুনা লোইদ্রি ফাওবা পাবা লেপহন্দে। মসিগী থৃৎই অমসুং থৃৎফোংদোক অসিনা উপন্যাসকার অসি তশেংনা ফিক্সন্দসু মায পাক্লবা অইবা অমনি হায়বদু ময়েক শেংনা তাকলি।

ফিক্সনগী মনুংদা কয়ামুদ্দিনগী 'শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল' য়ৌরকপা মতমদদি মপৃং মরৈ ফানা, মশা তাশিন্না ৱারীমচাশিং অসি চোংথোরকই। প্লোত শেম্বদা, লমচৎ শাগৎপদা অমসুং ৱাহৈ লীক্লা শীজিন্নবা অমদি ৱাহৈ খনবগী হৈ-শিংবা মশকশিং অদু উবা ফংই। ৱাবী মচাগী লাইবিক অসিদা পূন্না ৱারীমচা মাপল য়াওরি। অকোনবগী ৱারী অসিদি বী. এম. মাইস্নাম্না মাগী মবমদা ইবা ৱাবীনি। মসিদগী ঐথোয়না খঙবা ৱাফম অমসু যাওবি মদুদি মহাক্কী নোংঙাল্লমদাই শজিক কৌবা উপন্যাস অসিগী অনীশুবা শরুক অমসু ইনবগী থৌরাং পূম্নমক লোইশিল্লম্মী হায়বা। কনাগুম্বনা নৎত্রগা মহাক্কী ইমুং মনুংনা ৱারী অসি লোইশির্নাবিরবদি মণিপুর সাহিত্যগী য়াম্না নুংঙাইবা ইতিহাসক্কী তাঙ্কক অমসু ওইবা য়াই। 'লেম্বগী লফু', 'সেকেণ্ড হেন্দ লৈবা'; 'নোংদমখোল ; পাবনা শিন্নরম্বা', 'কনাদা তাইনরুগনি'; 'মুৎথ্রবা সংস্থান' ফাগীদা যৃম্ফম ওইরগা শাগৎলকপা ৱাবীমচা ঙাক্তনি। অদুগা 'শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল' হায়রিবা অসিদি হৌজিক্কী মণিপুরদা লৈরিবা মুসলিম সমাজগী অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিবু চপ-চানা য়েকপগা লোয়ননা মীওইবা থৃন্নাইগী মমা, মচা, মপুরোইবগী থদৎপা ঙমদ্রবা মরী অদুবু য়াম্না রিয়েললিস্তীক ওইনা ইবিবা ৱাবীমচানি। অদুবু চীংথ্রাউ মপালগী অমঙ্গল মশক অমা উৎলিবা অসিনা হান্নদগী চৎনবকপা থাজনরকপা ফোক বিলিবকী মশক অমা ওইনা লৌববসু থোইনা কায়দে। নিয়মদগী চৎনরকপা, থাজনরকপা হেন্না লুই হাযবা ৱাফম অমসু লৈরি। ৱারী মপৃংদি ইমুং-মনুংগী নুংঙাইনদবদগী পিয়ারীনা

য়াকুবপু থাদোক্লমদুনা য়াকুবকী মচা অমা নাউপুদুনা হল্লকই। মচা অদু পোক্লবা মতুংদা য়াকুবকী ইমুংদা থীনখি। মচা অদু নুপানি। মমৈথংদা জমান্দা (মহাক্কী নুপী লৈখিদ্রবা মতুংদা) অমুক ময়ুম পাল্লি। মহাক্কা ষন লমচা অনী লোইজে। চহী ২০ কায়নরবা মতুংদা মচানুপা ফজলগা ষন লোইনবা থিরকপদা পিয়ারীনা লুনা চান্না লোইজরিবা লমচা অনীদু মীঙোন্দা য়োনগদবা মমলদগী লুপা ৩০০ তানা য়োনখি। মদুদা ষন অদু পুখিবদু য়েংলম্বদগী থোঙ্গাল ময়াদা হৌরিবা চীংথ্রাউ মপালনা চোইনা লৈমায়দা কেল্লকপা অদুনা মাগী পুন্সিদা করিবু ওইরক্কদৌরিবনো হায়বগী ৱাহংগা লোয়ননা ৱারী লোইশিল্লি। অইবনা হায়রিঃ

> মপা-মচা অদুদি হরাউনা ষন হোইদুনা নিংঙাইবা লৈভনা চৎখ্রে। অদুবু, পিয়ারীগী মফমদদি ঙসিসু অমুক নৌহৌননা চাইথরক্লিবা চীংথ্রাউ মপাল অকেনবসিনা করম্বা অনৌবা চৈনা অমমুক থোঙ্গৎপিনবা খুদম ওইরিগবা?
>
> *শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল/লাঃ ৩৪*

মতং অসিদা অইবনা চীংথ্রাউ মপালগী চৎনরকপা অমসুং থাজনবকপগী মশক অমা পুশিল্লক্লিবা অসিনা অইবগী মফমদা পুন্সিসু যাম্না পেসিসিষ্ঠ অমা ওইনা যেংলিবা মীৎয়েং অদুবু মপূং ফাহল্লি।অদুমকপু মহাক্কী ৱারী খূৎলী অমসুং খূৎলাম্বোকতি ফিক্সন ওইজরবসু ৱারীমচাগী থাক অসি য়ৌরকপা মতমদদি য়াম্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংনা মপূং ওইনা চংশিল্লকই। পূম্নমক অসি সুপচিনবা মীৎয়েংদা ফিক্সন্দসু মায় পাক্লা খূৎ থাবা ঙমলিবা অইবা অসিগী মগুণ চপ চানা য়াওরি।

**(গ) অঙাংগী লাইরিক ইবা অমা ওইনা ঃ**

বেঙ্গলগী অইবশিংনা হায়নবা ৱাফম অমা লৈ। অইবা অমা ওইরবদি অঙাংশিংগীদমক্তা পানবা লাইরিক অমমমদি ওইগদৌবনি। অঙাংগী লাইরিক ইদ্রিবা মহাক অদু তশেংনা অইবা অমনি হায়বদু লৌবা য়াদ্রি। ৱাফম অসি কদায় ফাওবা চুমলিবা হায়বদুদি ঐখোয়সু খঙবা ঙমদ্রি। অদুবু ৱাফম অসিনা ফোঙদোকলিবদি তুংগী জাতিগী যুম্বী ওইরক্কদৌরিবা অঙাংশিংগী মোরেলবু

অচুম্বা, অফবা মায়কৈদা লমজিংবিনবগীদমক্তা মখোয়দা বুদ্ধি-লৌশিংগী ৱারী কয়া লীবিদুনা, অচুম্বা লোন্দা, অয়েকপা লাইগা লোয়ননা লাইরিক পান্নীংহন্নবগী লন্মী অমদি য়াৎপিগদৌরিনি। অঙাংগী লাইরিক অমা হায়বসি পাক হেক্তা ইবা য়াদে। অদুনা অঙাংগী লাইরিক ইবা হায়বা থবকসি লায়না লুবা থবক অমনি। অদুনা বৃটেনগী অফাও-অফাওবা অইবা কয়ানা অঙাংগী লাইরিক অমমমদি ইরম্নবা হোৎনরম্বা ঙাক্তনি। অঙাংগী লাইরিক্লিদা হায়জবগী ৱানি। অহল ফাওবনা পাবদা ৱাবা লাইরিক ফাওবা য়াওরিবনি। মালেমগী ওইবা সাহিত্যদা অঙাংগী সাহিত্য মীরাইবা য়াদনা ঙসিদি চোংথোরকলি। অদুনা অমুক্তা হেন্না মণিপুরী সাহিত্যদদি নাথৈদুনা থন্বীবগী মওংদা লৈরি। মসিগী অৱাৎপা অমা মণিপুরী সাহিত্যনা মায়োক্লরিবা অসিবু য়াম্না মুন্না খঙনা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীমযুমনা অঙাংশিনা পানবা অমদি মখোয়গী পূক্লিং লৌশিং ওইনবা লাইরিক অদুম ইরম্মী। মদুগী মনুংদা অনী অমদি ফোঙলমলে। জাতিগী থাক্তা মনা ফংলমলিবা 'কোহিস্তানগী ৱারী' অসির্মদি ফোঙলমদ্রি। হায়রিবা লাইরিক অসিদি নেসনেল কাউন্সিল ওফ ইদুকেসনেল রিছার্স এণ্ড ট্রেন্নীং, নিউ দিল্লীনা ১৯৮৯ ইংদা মনা পীদুনা জাতিগী থাক্তা ইকায় খুম্নখ্রবনি। 'জারুল্লাহ'' (মার্চ ১৯৮৩ ইং) অমসুং 'আলিবাবাগী ৱারী' (আগষ্ট, ১৯৯০ ইং) অনী অসিসু ষ্টেত ইদুকেসন দির্পাতমেন্টকী চিলড্রেন বুক কমপিতিসন্দা মথংশিংনা ১৯৮৭ অমসুং ১৯৮৯ গী ফুঙ্গাৱারীগী কাঙলুপতা মনা ফংখ্রবা লাইরিক ঙাক্তনি।

মহাক্না ইরমলিবা ফুঙ্গাৱারী অয়াম্বা মুসলিম সমাজদা লীনরিবা ৱারী ঙাক্তনি। অলিবাবাদি অরবিয়ান নাইটসতগী লৌথোরকপনি। জারুল্লাহনা খুল্লক্তা লীনবা ৱারীনি। অলিবাবগী ৱারী অসিদনা হুবানবা ৪০ গী খূৎপু অমবু লায়রবা অলিবাবানা শীং চনবা চৎপদা মখোয়গী অরোন-অথুপ পৃম্নমক খঙলক্তুনা মখোয়না লোৎলিবা শুরুং অদুদগী সনা লুপা ময়াম অমা পুরক্তুনা মাগী সহর অদুদা মশক নাইবা মীশক অমা ওইরকপা, অমসুং ময়াম্বনা মাগী লনথুম অদু কল্লকতুনা করম্না ফংলকলিবনো হংবা, হুরানবা ৪০ গী লিখুন তাক্তুনা শুরুংদগী কল্লক মিহৌবনা থোরকপা ঙমদনা হুরানবশিংনা হাৎখিবা, হুরানবশিংনা অলিবাবা থিরকপদা মহাক্কী মীনাই নুপীনা হুরানবশিংনা অলিবাবাবু হাৎনবা

থৌরাং তৌরে খঙদুনা মাগী লৌশিংনা হুরানবশিং থাউ অশাবা হৈজিন্দুনা হাৎখিবগী ৱারীনি। অসুম্না অলিবাবানা য়েক্লা-তীঙ্খং লৈতনা পুন্সি লোমখি হায়বদু অঙাংশিংদা খঙহল্লি।

'জারুল্লাহ' ফাগীদা য়ুম্ফম ওইবা, অদুগা মদুগী ফাগী অদুনা পাইরক্কী লৌশিং ওইনা শীজিন্নদুনা জারুল্লাহনা মায়োক্লরকপা খুদোংথীবা কয়াবু লাইনা লাইনা লাম্থোক্কুনা মহাক্না মমৈথংদা নুংঙাই য়াইফবা অমা ওইবকপগী ৱারী লীরি। ৱারী অসিদা য়াম্না নুংঙাইতবা মতাং অমা য়াওরি। অঙানবগী পারাদা ইম্ফাল কাবা হায়দুনা অমা য়াওরি। মসিদা মণিপুরগী নিংথৌদা 'জহাপানা' হায়না কৌবা ৱাফম অমখক য়াওরি। মতাং অসিমদি মফম; মতম, মতাংদা জারুল্লাহগা চান্নদবা অমখক মায়োক্লহল্লি। হোই মুসলিম অঙাংশিংদা নিংথৌবু 'জহাপানা' কৌই তাক্লীংবগী ওইবসু য়াই। অদুবু লাইরিক ওইনা তারকপা মতমদদি অপাকপা মীওইবা জাতিগী ৱাখল অমদি চেলহনবগী তঙাইফদবা লৈরি। অঙাংগী সাহিত্য নৈনরকপা মতমদা কয়ামুদ্দিনগী অচৌবা মফম অমা কন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈরি।

### (ঘ) সম্পাদক অমা ওইনাঃ

কয়ামুদ্দিন মশাগী ক্রেয়েতিব রাইতিংখক্তা নত্তনা মুসলিম সমাজগী ইতিহাসকা মরী লৈনবা, সাহিত্যগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া অমগী সম্পাদক ওইনা থবক কয়া তৌরম্মী। সম্পাদক ওইবা অসিদা মুহম্মদ অব্দুর রহমানগা লোয়নননা পূন্না সম্পাদন তৌমিন্নবা কয়া অমা য়াওরি। মসিগী মথক্তা রা.কু. বি কম সনানসু সম্পাদক ওইবা লাইরিক 'পাঙল থোরকপা' হায়বা মৈতৈগী পূয়াগী লাইরিক অমসু লিবর্টি পব্লিসিং এসোসিয়েসননা পুথোক্লম্মী। হায়রিবা সব-হেদিংগী মখাদা পুখৎলিবা লাইরিকশিংদি - পাঙলগী খুনুং ঈশৈ (মার্চ, ১৯৮৬ ইং) পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য (জুন ১৯৯১ ইং), পাঙল থোরকপা (এপ্রিল, ১৯৮৫ ইং) ; ঈপাক তম্লকলিবা ঈচেল (সেপ্তেম্বর ১৭, ২০০০ ইং) অসিনি। অকোনবগী লাইরিক অসিমদি শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক্নি। মসিদা মণিপুর অমসুং কাছারদা লৈবা মণিপুরী মুসলিম কবিশিংগী শৈরেংশিং খোমজিল্লগা মশক থোকপা শৈরেংগী লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লম্বনি। মসিগী লাইরিক অসিদা

য়াম্না শীংথানীংঙাই ওইরিবদি নুপী কবিশিং য়াওনা খোমজিনবা লাইরিক অমগী মচাকশিং য়াওনা পুথোক্লম্বা অসিনি। মসিনা মহাক্কী সাহিত্যগী লমদা পাঙথোক্লম্বা অরোইবা পোথোকনি হায়না লৌবা য়াই। শৈরেংশিং অসি খোমজিন্নবা হোৎনবদা পাউথাং চৎপগী মহুৎতা মশামক্না কবিশিং অসিগী মফমদা চৎ-চত্তুনা খোমজিনবগী থবক তৌখি। মতাং অসিদা মশানা হায়রম্বা ৱাফম অমনা লাইরিক ওইনবা হোৎনবদা অইবা খুদিংমক্কী ময়ুমদা হঞ্জিন-হঞ্জিন চৎতুনা হায়জরুরিবনি। মদুমক্তদা খুদক্তা হেক্তা পীরকপসু নত্তে। হন্দক্কী লাইরিক অসিমদি ফজনা ৱাই (লাইরিক নমলিঙৈদা পদ্মাদা শান্নখিবা ৱারীনি) লাইরিক অসিগী মরমদদি শৈরেংগী মতাংদা খরগী মখৈ ইশ্রবনিনা মখা তানা ইথররোই।

পাচাগী মরমদা নৈনবা লাইরিক অসিদনা - লোইতোংবম পাচা মীতৈ ঃ এলাংবম নীলকান্তা সিংহ; পাচা মশানা পাচাদা ঃ ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ ; পাচা মীতৈগা উন্নরুবা ঃ কয়ামুদ্দিন, অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংগী মণিপুরী উপন্যাসতা পাচা মীতৈগী মফম ঃ ডা. নহাকপম অরুনা দেবী ; পাচা মীতৈগী খুৎই অমসুং ষ্টাইল: এনজি. ইবোতোন; পাচা মীতৈগী 'লাঙগোঈনাঈ: শ্রীবীরেন; উপন্যাসকার অমা ওইনা পাচা মীতৈ ঃ ফুরাইলাপম ইবোযাইমা শর্ম্মা ; ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিৎকী ফিভমদা মীৎয়েং অমা ঃ আর. কে. মধুবীর; পাচা মীতৈগী উপন্যাস 'হয়াদ বেগম' অমসুং 'হজ্জ' দা মিৎয়েং অমাঃ মুহম্মদ অব্দুর রহমান ; লমদমসিগী চৈনাখোলনা শাগৎলকপা উপন্যাস 'না তাথিরবা অহল অমা' ঃ লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ ; পাচা মীতৈগী সাহিত্য ঃ বী. এম. মাইস্নাম্বনা হায়রিবা হীরমশিং অসিদা মরিক চুন্নবা ৱারেং কয়া অমনা শরুক য়ারিবা লাইরিকনি।

পাঙল থোরকপা হায়রিবা লাইরিক অসিদনা মণিপুরদা করম্বা মতমদগী, মতৌ করম্না, করম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা পাঙলশিংনা থোরকপগে হায়বদু মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বদগী বি.কম. সনানা বাংলাদা অমুক ইথোক্লগা পুথোকপা পাঙল খুঙ্গোক্লোনগী মণিপুরগী য়াম্না কান্নরবা লাইরিক্নি। মসিগী মনুংদা পাঙলগী য়ুম্নাক ফাওবা নিংথৌনা য়েঙ্গোকখিবগী ৱাফম য়াওনা নৈনরি।

পাঙলগী খুনুং-ঈশৈ অসিদদি ফনা নুংঙাইনা থোকপা লাইরিক মখল অমনি।

লাইরিক অসিদা খুনুং ঈশৈগী শৈরেংগী কাঙলুপশিংদি খঙবা ঙমলগা সুরগী মতাংসিমদি খঙবা ঙমদনা লৈরে। নুংঙাইরিবদি পাঙলনা মণিপুরদা মীতৈ নুপীশিং লৌরগা মখূৎ চানদবগী অৱাবা তেংথাখোল কয়া অমসু য়াওরি। অতোপ্পা য়াম্না নুংঙাইবা অমদি খম্বা থোইবীগী ৱারী অসি মীতৈনা লীনরিবা ৱারীদগী তোঙাননা চৎপা অমা লৈরি। খুদম ওইনা খম্বনা শীনলংবগী মতাংদা মনাউ ইবুংঙো যুবরাজনা শগোল তোংলগা খম্বনা খোংনা চেল্লগা লমজেন তান্নে। মদুদা খম্বনা লমজেন থোইদুনা মচা ইবেম্মা থোইবীনা ইনশাং নাপী, চেঙ হৱাই পীবদা মাইরেল অমসু পুথোক্কুনা পীবগী মতাংদসু য়াওনা খুনুং ঈশৈ ওইনা শক্লরি। মতেক অমতং লৌখৎতুনা য়েংসিঃ

কেগে মচাবু কনানো,
মোইরাং মচাবু কনানো
হারু চোমাই য়াল্লিবা
তম্বা নুপা নহাক্লা
খোঙনা মক্তা চেল্লগা
ঐনা য়াংগোই তোংলগা
লমজেল মক্তা তান্নসি।।
ঐনা হেনবা তারবদি
ঐগী কাউবেল শেন্নগনি,
নঙনা হেনবা তারবদি
চৈঙ্গৈদগী চেং নপোৎ ফানা পীগনি।
...        ...
মোইরাংগী লমজা খম্বানা
অমুক চোংবা খোঙজোংনা
হাওরৌ ফৈদোম অমা লান্না চোংলকই,
অনীরক চোংবা খোঙজোংনা
হাওরৌ ফৈদোম অনী লান্নবু চোংলকই;
অহুম্লক চোংবা খোঙজোংনা

হাওরৌ ফৈদোম অহুম লান্নবু চোংলকই।

*পাঙলগী খুনুং ঈশৈ / লা ঃ ৪১/৪৩*

মসিদা য়াওরিবা শৈরেংগী মাত্রা, লীরিবা ৱারী খুলী অমসুং খম্বগী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিং অসিনা খম্বা-থোইবীগী ৱারীবু অনৌবা মথেল অমা ওইহন্দুনা অপাবশিংদা য়াম্না নুংঙাইনা থোকহল্লি।

মহাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা হোৎনবা কনবা অমসুং চঙশিল্লুবা থবক অমদা হনবা কিদনা মায় পাক্লবা হোৎনবা, মণিপুবদা লৈরিবা মুসলিমগী ইতিহাস অমসুং নাৎ অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎনবা হোৎনরমলিবা কয়া অসিবু য়েংলগা দা. নোংমাইথেম তোম্বীনা মতাং অমদা অসুম্না হায়ঃ

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগী খ্বায়দগী শীংথানবা য়ারবা মাগী পুন্সিগী মরু ওইবা খুদোলদি মণিপুরদা লৈরিবা মৈতৈ পাঙল অমসুং মুসলিম ফরূপ অসিগী মশাগী সংস্কৃতি, পাবী-পুরীগী নাৎ অমসুং সাহিত্যবু নৌহৌনা মীকপ থোকহন্দুনা মশক নাইনা শেমগৎপগা লোয়ননা অপূনবা মণিপুরী সংস্কৃতিগী শক্তম শাগৎলকপদা হেন্না মপূং ফাহন্নবা হোৎনরম্বা অসিনি।

*পোক্লফম ঃ তাং ২১/০৭/০৩ ইং*

দা. তোম্বীগী ৱাফম থরা অসিনা কয়ামুদ্দিনগী মণিপুরী সাহিত্যদা কয়ামুদ্দিনগী সাহিত্যগী মফম অমা কন্দুনা লৈরিবা মশক অদু থরগী মখৈদি শুপচিন্না তাকলে হায়না লৌবা য়াই। অব্দুর রহমানগা মাগা লোয়ননা পূন্না সম্পাদন ওইমিন্নদুনা পুথোকলিবা পাঙলগী খুনুং-ঈশৈসিমদি য়াম্না কৃপ্না নৈনবা অমসুং মসিবু শকহন্দুনা মীয়ামদা খঙহনবা য়াম্না তঙাই ফদ্রে। অদুগা নুপাশিংনা শক্লল্লিবা কৱালীশিং অসিসু হৌজিক শক্লরিবা কৱালীশিং অসিগা কয়াম্না নক্লরিবা অমসুং লাপ্পরিবা হায়বদুগী মরম থিদোকপসু দরকার অমা লৈরি। লুহোংলমদাইদা গোইনাগী মমান্নবীশিংনা শেৎলিবা ফিজেৎ, শকলিবা ঈশৈ অমসুং শারিবা

জগোয়নচিংবা কয়া অসিবু লমদম অসিগী লৈহাওদগী শাগৎপরা নৎত্রগা মখোয়না পুরগা লাকপ্রা হায়বদুগী মরম কয়া অমসু থিদোকপা তাই। মসিগী মনুংদা মখোয়গী প্রমান-পাম্থে, পাউরৌ-পাউখোং কয়াগী লীখুন অমসু মেনখৎনীংঙাই ওইরি।

**(ঙ) চেফোঙ পুথোকপা অমা ওইনাঃ**

ব্রারেং অসিগী মনুংদা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম কর্ম্মযোগীগী মীশক অমনি হায়বসি পনখ্রে। মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যদা তৌরক্লিবা খূদোল কয়া অসিগী মনুংদা শোইদনা শীংথাবা য়াবা থবক অমা থিরকপা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙগী ঈহৌদা শরুক য়ারম্বা অসিমসু ঐখোয়না থাদোকপা য়ারোই। ১৯৭৭ ইংদা শৈরেংগী লাইরিক হেক পুথোকখ্রবা মতুংদা ১৯৭৮ ইংদগী হৌদুনা সাহিত্যগী ওইবা চেফোঙ পুথোকপগী লমদসু খোঙ থাঙজিনবা হৌরকখি।

অহানবা মহাক্না সম্পাদক ওইদুনা পুথোরকলিবা চেফোঙ অসি 'খোন্থাং' (১৯৭৮-৮০) হায়বা সাহিত্যগী চেফোঙ অমা চহী অহুম লেপ্লা লৈতনা পুথোক্লম্মী। মথংদা 'পান্দম' (১৯৮০) কৌবা চেফোঙ অমসু পুথোক্লম্মী। চেফোঙ অসিমদি মতম শাংনা পুথোক্লমদ্রে। চহী অমগী মতম খক্তমক থবক তৌরম্লগা চেফোঙ অসি থুপচিনখি। মমৈথংদা অরোইবা ওইনা 'মিংশেল' কৌবা চেফোঙ অমা (১৯৮০-১৯৯৪) চহী ১৪ চুপ্পা লেপ্তনা পুথোক্লম্মী। চেফোঙ অসি মমিংসু য়াম্লা চৎখিবা সাহিত্যগী চেফোঙনি।

মহাক্না পুথোক্লমলিবা চেফোঙশিং অসিগী মনুংদা সাহিত্যগী মখল মথেল শুনা য়াওবগা লোয়ননা মুসলিমগী সংস্কৃতিগী মশকশিংগী মবমদা নৈনবা ব্রারেং কয়া অমসু মতম মতমগী ওইনা ফোঙলম্মী। মণিপুরী সাহিত্যগী ঈনোৎ কয়া কনখৎহনখিবদা চাউরবা থৌদাং লৌখিবা চেফোঙগী লমদসু উইল কনবগা লোয়ননা চাং নাইনা ফোঙনবা হোৎনরম্লিবা অসি মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যদা তৌরম্বা অচৌবা খূদোলনি হায়না লৌবা তাই। পূম্নমক অসিবু শুপচিন্দুনা নৈনদুনা য়েংলকপা মতমদা কয়ামুদ্দিনগা মণিপুরী সাহিত্যগা থাদোক্লবা য়াদবা মফম অমা কন্দুনা লৈরে হায়বা ব্রাফম অসিনি। নৈনখ্রিবা পূম্নমক অসিগী শুপচিনবা মশক অমা কয়ামুদ্দিনগী মফমদা লৈরি। হায়রিবা কয়ামুদ্দিনগী মশক অদু নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহনা মতাং অমদা অসুম্লা শীংথাই ঃ

কয়ামুদ্দিন্না উপন্যাস অমদি ৱারীমচা কয়া ইরম্লবসু মহাক্কী অশেংবা শক্তমদি কবিনি। অদুবু মহাক লৈতবা নোংঙানবগী পাউদা মহাকপু মুস্লিম কবি হায়না খবর খরদা পল্লকপদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতনা থোকখি। মুস্লিম কবি, খৃষ্টান কবি, হিন্দু কবি, জৈন কবি হায়বা কদায়দসু লৈতে। উর্দ্দু কবি, ইংলিস কবি, হিন্দী কবি হায়বদি লৈ। অদুনা কয়ামুদ্দিন মুস্লিম কবি নত্তে, মণিপুরী কবিনি।

*পোক্নফম, জুলাই* ২০, ২০০৬ ইং

হায়রিবা ৱাফম অসিনা তাকলি, কয়ামুদ্দিন মণিপুরী লোনগী তাংলবা কবি অমনি। মহাক্কী লাইবিকশিংনা মশক নাইনা মণিপুরী সাহিত্যদা মফম কন্দুনা লৈরি। ❑

# মৈতৈ পাঙলগী চীনবুং ৱারেং

*এস. তাহির অলী*

চীনবুং সাহিত্য হায়বসি Folk Group অমগী চীনবুংদা লৈরকপা ফোকলোরগী মচাকশিংবু খঙনৈ। চীনবুংগী ওইবা ফোকলোরদা চুম্নগী নুংতিগী ঙাঙন-শানবা (ৱারেং) মওংগী ৱাহৈ-ৱাতা ওইবা য়াই নৎত্রগা ঈশৈগী মওংদা শকপশু ওইবা য়াই । ৱারেং মওংগী ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা শাগৎপা ফোকলোবগী মখল অনীথোক্লা খায়দোকপা য়াই মদুদি চৎন-ৱা হায় (Traditional saying) অমসুং ৱারী (narrative)। ৱাবেং মওংগী চৎন-ৱাহৈ ৱাহায়না খুন্নুং ৱাঙাঙ, খুন্নুং মিংগৌ, পাউথোঙ. পাউরৌ অসিনচিংবা কোনশিল্লি অদুগা ৱারী মখলদনা লাইতীনগী ৱারী (Myth), থাজৱারী (Legend), ফুঙ্গাৱারী (folk tale) হঞ্জিনবা ৱারী (tall tale) থৌদোক ৱারী (anecodote ) অসিনচিংবা পনবা য়াই চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর মচাকশিং অসি কল্পনাদা য়ুম্ফম ওইবা অমদি ফজবা ৱাহৈ-ৱাতানা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ।

অঙনবা মতমগী মৈতৈ পাঙল ফুরুপকা শাগোন্নদুনা লাক্লবা থাজৱারী অমসুং ফুঙ্গা ৱারী (চাকঙাই ৱারী) নচিংবা চীনবুং ৱারীগী মনুং চল্লি। অমরোমদা মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙল ফুরুপ অনীসিগী ৱারী লীবগী মওংদা থোইনা খেন্নবা উবা ফংদে।

থাজ ৱারী (Legned) হায়বগী ৱাবীদু অতাবা মী অমদি লীরিবা মীশিংদুনা অচুম্বনি হায়না লৌবা অমদি তশেংনা থোকখিবনি হায়না লৌবা ৱারীবুনি। থাজ-ৱারীগী মরু ওইবা মচাকশিংদি (ক) পাত্র অদু অয়াম্বনা মী ওইগল্লি (খ) থৌদোক্কী মফম পৃথিবীসিদা ওইগনি (গ) মতম কুইদ্রিবা ওইনা লৌগনি (ঘ) ৱারী অদুদা থোকলিবা থৌদোক অদু অচুম্বনি হায়না লৌগনি।

পাঙল খুন্নাইদা লীনরিবা থাজ-ৱারীশিং অসি মৈতৈগী ঈ-দগী লাকপা ৱাবী

ঙাক্তা ওইবগী মরম্না মৈতৈগা খেন্নদবা মওংদা লীনৈ।

ৱারী খরগী মমিং ওইনা পল্লবদা-

(ক) অশিবা মীগী থৱায়না ওনবা ভুতকী ৱারী, (খ) য়াইরিপোক থম্বালনু, (গ) সতি খোংনাংগী ৱারী, (ঘ) খোংনাং হোগায়বীগী ৱারী অসিনচিংবনি।

ফুঙ্গা ৱারী হায়বা অসিসু চীনবুং সাহিত্যগী চাউরবা শরুক অমনি। ইংরেজী Folk tale হায়বা ৱাহৈসিগী মণিপুরীদা অকক্লবা ৱাহন্থোক লৈত্রবসু মসিবু ফুঙ্গা ৱারী নৎত্রগা চাকঙাই ৱারী হায়নসু খঙনৈ।

অহল-লমন অমদি মচে-মচলশিংনা পীক্লিবা অঙাংশিংবু চাক ঙাইনবা লীবিবা ৱারী মখল ওইবনা ৱারী মখল অসিবু চাকঙাই ৱারী হায়নসু খঙনৈ। ৱারী অসি অয়াম্বা ফুঙ্গাগী মনাক্তা লীনরম্বগী মরম্না ফুঙ্গা ৱারী হায়নসু কৌনৈ। ফুঙ্গা ৱারীগী মরু ওইবা শক্তমদি ৱারী অসি লীবা মতমদা থায়না মমাঙ৙ৈদা হায়না হৌরগা নুংঙাইনা পানখি হায়না লোইশিল্লি। মরু ওইবা পাত্র অদু মী নৎত্রগা লাই নৎত্রগা মীওই-লাইওই তৌবসু ওইবা য়াই। ৱারীশিং অসি পাউতাক য়াওরবসু-য়াওদ্রবসু তাবদা নুংঙাইবা মখলগী ওই। ৱারীশিং অসি কনানা ইহান হান্না হৌদোকখিবনো হায়বদু খঙবা ঙমদে। করিগুম্বা খঙলবসু ৱানা থোকই। অচূম্বনা পোলোইদা মায় পাকই হায়বসু তাকই। অদুগীসু মথক্তা ৱারীশিং অসি চীনবুংদা লৈরকপনা হাপতোক-হাপচিন তৌবসু য়াওই।

চীংলোন মাপলগী ৱাংমদা বৱাক তম্পাক্তা লৈতা-খুন্দাদুনা লৈরিবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা মখল মথেল কয়াগী ফুঙ্গা ৱারীশিং লীবগী চৎনবী লৈ। ফুরুপ অসিদা লীনরিবা ফুঙ্গা ৱীরগী মখলশিং অদুদি ঃ-

**১) শা-উচেক্কী ৱারীঃ** ৱারী মখল অসিগী মরু ওইবা চরিত্রশিংদি শা, ঙা, উচেকনচিংবনা ওইগল্লি। অশিংবনা অপঙববু শীজিন্নবা, শা মশেল অপঙ-অশিং উৎনবগী মশক ঐখোয়না উবা ফংই। অদুগা করিগুম্বদসু অশিংবা শাবা চরিত্রশিংনা অৱাবা তাবা লোয়ননা মতাং মতাংদা নোক্লিংবা পোক্লকপা থৌদোক কয়া থেংনৈ। অদুগীসু মথক্তা শা-উচেক্কী ফুঙ্গা ৱারীগী লীক্লমদা থাদোক্লবা য়াদবা মরিসু লৈনবা থেংনৈ। মখল অসিগী ৱারী মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা হৌজিক হৌজিক লীনরিবা পেবেৎ অমসুং হৌদোং লম্বোইবগী ৱারী অসি শা-উচেক্কী ৱারী ওইনা লৌবা

য়াই। ৱারীগী শন্নপ্পা পরীংদি - থায়না মমাঙঙৈগী মতমদা /হৌদোং লম্বোইবা অমা লৈরম্মী/ পেবেৎ অদুগী মচা খরা পোকলম্মী/হৌদোংদুনা পেবেৎকী মচাশিংদু চানিংলম্মী/ হৌদোংগী শরৌ খঙলবদা পেবেৎ মপী চেকশিনখি। পেবেৎ মপীনা হৌদোং লম্বোইবদুদা থাগৎ-ৱাহৈ পীদুনা মচা চাউবা ঙাইরম্মী। পুক্কক চাউরক্লবদা মচাশিংবু পাইবা তমহনখি। মচাশিংনা পাইবা খর-খরা হৈরক্লবদা হৌদোং লম্বোইবগী খয়াত্তগী নাম্থোক্লবা মচাশিংদা পারা তম্বীরম্মী। মহৌশাগুম্না নোংমা হৌদোং লম্বোইবনা মশক কয়াম ফজৈ হংলকপদা পেবেৎ মপীনা থীনা চৈরম্লগা মচাশিংগা লোয়ননা পাইখিরমই। নাউরোইবী পেবেৎ মচা অমখক পুখ্রীদা তাখিরম্মী। ইরোইদুনা হৌদোংনা লোকখিরম্মী। মখূবাক্তা হাপ্লগা পেবেৎ নাউবোইবী মশা খিঙ্গৎলকপা ঙাইরিঙৈদা,পেবোৎ মচানা মখূবাক্তা মাংশিল্লম্লগা পাইখি। হৌদোং লম্বোইবা নীংবা কায়না লৈহৌবা তাখি। অসুম্না পেবেৎ মপীনা মনুং লেন্নবা হৌদোং লম্বোইববু থাগৎ-পুখৎতুনা মচাশিংগী থৱায়বু কনবা ঙমখি।

**২) ফাগী জুগাইগী ৱারীঃ** মখল অসিগী ৱারীদা নোক্লিংবগী মচাক য়াম্না য়াওই অমসুং ৱারীশিং অসি মহৌশানা তেনগল্লি। ৱারীগী মরু ওইবা চরিত্রশিং অদু মী ওইবা য়াই নৎত্রগা শা-ঙাসু ওইবা য়াই। অদুবু ৱারীগী মরু ওইবা য়ুম্ফমদি নাতৈ চাদবা ওইগল্লি। ফাগী জুগাইগী ৱারীদা মমৈ, মকোক নাইদবা, ওন্ন-তৈনবা ঙাক্তা,ঙাংথোক-তৌথোরকপদা অপঙবা মীওইশিং খঙহৈববা অফবা মীওই মানবা,তশেংনমক্তি নত্তবা,অকনবনি অশিংবনি হায়না লৈজবা মীওইশিংবু মীনম লাংদা থুহন্দুনা অশোনবা তাহন্দুনা নোক্লিংবা পোকহনবা মচাক কয়ানা ৱারীগী মপূং ওই। ৱারী অসিগী খুদম অমত্তং পল্লবদা - নীঙোল মৱা অপঙগী ৱারীদা ষণবু ৱাতোন চিংথরগা পুনবা। মমাবু ঈশিং অশাবা হৈজিন্দুনা ইরুজবিবা। অমাংববু চেল্লু হায়বা য়াদবগী লীতুপনা ফুবা। পোলোইদা ফাংজাই নাজাইনবা অসিনচিংবা মথোং হুক্তবা থৌওংশিংনা অতাবা মীওইশিংগী পুক্লি পায়হল্লি।

**৩) যাদু মন্ত্রগী ৱারী ঃ** যাদু মন্ত্রগী ৱারী হায়রগা খঙনরিবসি ইচম-চম্বা তাইবঙ মীওইবা অমনা তাইবঙ শক্তিগী ৱাংমদা লৈবা তোপ-তোপ্পা সংসার অমা থেংনরুবদগী মদুগী মহৈনা যাদু মন্ত্রগী শক্তি চঙলক্তুনা মীওইবনা তৌঙমদবা

ঙকনিঙাই ওইবা থবক থৌরম কয়া পাঙথোরকপগা মরী লৈনবা ৱারী অদুবু খঙনৈ।

পাঙল খুন্নাইদা লীনরিবা অরবকী ৱারী লীশিং চবুনগী মনুং চনবা অয়াম্বা ৱারীশিং যাদু মন্ত্রগা মবী লৈনৈ। খুদম ওইনা আলাউদ্দিন চীরাগকী ৱারী। ৱারীসিদা আলাউদ্দিননা চিরাগ (থাউমৈ) গী মপু ওইখিবা। করাম চাউবশিংনা চীরাগকী মপু ওইনবা হোৎনখিবা। আলাউদ্দিনগী মখূৎতগী চিরাগ নানথোকখিবা। নানথোকখ্রবা চিরাগবু অমুক হন্না ফংলবদা নুংঙাই-য়াইফনা পানখিবা।

ৱারী মখল অসি Super natural elements তা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপনি। মৈতৈগী পা-পুদগী লীনরকপা ৱারীশিংগী মনুংদা শন্দ্রেম্বী চাইশ্রাগী ৱারীসু চীন্থাংয়েনা লীনরি।

**৪) অমগ-অমগা শমজিন্নবা ৱারীঃ** ৱারী পরীং শাগৎপগী অকক্লবা, হনজিনবগী মওং শীজিন্নবা অমদি ৱারীগী চৎনবী পথাপ ঙাক্লা ইবা মখলগী ৱারীবু অমগ- অমগা শমজিন্নবা ৱারী হায়নশু খঙনৈ। মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা লীনরিবা মখল অসিগী ৱারীদা খ্রম্বাংচাক্লা মপাম চৎপগী ৱারী পনবা য়াই। খ্রম্বাংচাক্লা মপাম চৎকে হাযদুনা নূংপাক্তা তোংলগা ঈরুজবদা নূংপাক মখাদা লৈবিবা ৱাইখু মথক্তা চাইথরুবদগী শাউদুনা খ্রম্বাংচাক্কী মখোঙ চপ্লকপা. খ্রম্বাংচাক্লা চৈনা খাঙদুনা পাইখৎপদা হৈনিং চবোংদা মশানা কল্লুবদা, হৈনিংনা উনাখোই মহুমদা কেনবা, উনাখোই মপীনা মখোয়দা চীকপা অসুম্না মথং-মথং চথবকপা ৱারী পরীং থোইদোক্লা তাবদা নুংঙাই।

**৫) পাউরৌ- পাউতাক্কী ৱারী ঃ** ৱারীগী পরীং ইচম চম্বা, অচূম্বা অমদি ফজববু মশক তাক্লবা হোৎনবগী মগুণ চেনবা চবিত্রশিং ফত্তবা মখলগী ৱারীবু পাউতাক ৱারী ওইনা লৌবা যাই। তাইবঙগী কল্লক-মীহৌ চাউবা অমদি অচূম্বা পাম্বা চরিত্রশিংগী মরক্তা মুক্লদুনা পোলোইদা অচূম্বনা মায় পাকপগী পাউতাক য়াওবা ৱারীনি। ৱাবী মখল অসি ফজবা পাউতাক কয়া শাগোন্নদুনা চৎলি। খুদম ওইনা 'ইতা থাউমৈগী ৱারী'-হনুবীনা অহিংদা লং নাইরিঙৈ হনুবীগী ইমুংদা হুরানবা চৎলকপা। হুরানবা ফানবা হনুবীনা পাইরক্কী লৌশিং শীজিন্নরকপা। থাউমৈগা মতা শাশিন্নবা। ইতা থাউমৈ ইতা থাউমৈ হায়না হন্ন-হন্না কৌবদা নুংতিগীদি খুম্বোইরে থন্দুনা হুরানবনা খুন্নুবা । ৱারী লীশিন্নদুনা বুদ্ধী তৌদুনা গতি

লৈজদ্রবী,নাইতোম তারবী হনুবীনা হুরানবা ফাহনখিবা থোইদোক্লা খুন্নাইদা কান্নবা পাউতাক পীবা ৱারীনি।

ফুঙ্গা ৱারী লীবা অমদি তাবগী চৎনবী লৈরকপগী মতুং ইন্না ফুরুপ অসিগী মীওইশিংদা কান্নবা মচাক কয়া পীদুনা লাক্লি। ফুঙ্গা ৱারীনা মীওইববু মিৎ-নাকোং শীংহল্লি, লৌশিং পী। অচূম-অরান মশক খঙনা চৎপা ঙম্নবা পাউতাক পী। ফুঙ্গা ৱারীনা খুন্নাই কাঙলুপ অমগী পুন্সিগী মশক তাক্লবা হোৎনৈ। মীগী পূক্লিং থৌগৎপা, হরাওবদসু চাউরবা থৌদাং লৌরি। ৱারী অসি নীংশিংবতনা পাম্বৈ ওইদুনা মথং-মথং শন্দোরকপা মতমগী অওনবা মতুং ইন্না হাপতোক-হাপচিন লাকপা য়াই। মরম অদুনা ৱারী মখল অসিগী ফজবা ফজদবসু লীবা হৈবগী মখা পোল্লি হায়বা য়াই। অমরোমদা ইসলাম ধর্ম্মগী চৎন-পথাপ পরীংগী মনুং চন্না হিংলিবা ফুরুপ অসিগী চীনবুংদা করি-করিগুম্বা মতমদা লাই-তীনগী ওইবা ৱারী কয়া লিনবসু য়াওই।

মথক্তা পনজখিবা মরু ওইবা চীনবুং ৱারেং মখল অহুম অসি অমগ- অমগা য়াম্না নক্লনা উরবসু থাজ ৱারী অমদি ফুঙ্গা ৱারীদা ধর্ম্মগা মরী লৈনবগী মমি থোইনা তাদে অদুগা লাইতীনগী ৱারীদদি ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ।মতমগী অহোংবা লাকপগী মতুং ইন্না খুন্নাইসিদা ৱারী লীবগী চৎনবী অসি নোংম-নোংমগী মমি শামথরকপগুম তৌই। মরম অদুনা অহল লমনশিংনা তুংগী যুম্বীরেল ওইহৌগদবা চহী নৌরিবা অঙাংশিংদা ইপা-ইপুশিংগী মমল লৈরবা ৱারীশিং অসি লীবগী চৎনবী লৈহনবা তঙায়ফদে হায়জনিংই। ❑

**মতেং লৌখিবশিংঃ**

১। ফোকলোর বিজ্ঞাণ (অহানবা শরুক ) - ডা. ওইনাম ইবোচাউবা সিংহ, ইম্ফাল, ১৯৯৩
২। মণিপুরী ফুঙ্গা ৱারী - ডা.আই. আর বাবু সিংহ, নতুন দিল্লী ঃ সাহিত্য একাডেমী, ১৯৮৯
৩। মণিপুরী লোক সাহিত- ওইনাম ভোগেশ্বর, ইম্ফাল, ১৯৮৫।
৪। The types of the folk tale : A classification and bibliography, 1928- Aarne, Antti and Stith Thompson.
৫। এস. মুহিবুর রহমান, সিঙ্গেরবন্দগা তানজরুবা।

# মৈতৈ পাঙলগী চীনবুং শৈরেং

*এস. মুহিবুর রহমান*

সমাজ নাইনা হিংলিবা মীপূম খুদিংমক্না মাগী মাগী চৎনবী পথাপ কয়া ঙাক্লদুনা লাকলি। চৎনবী ইনাৎ হায়বসি খুন্নাই অমগী মীওইশিংগী তমলুরগা ওইরকপা; খুন্নাইদুগী মীয়াম্না শরুক য়ামিন্নবা, চৎনবী লীচৎ-শাজৎ, ব্রাঙাং-শাঙাং; ফিজেৎ-চাকচা, য়ুমলৈ-কৈরৈ লোয়ননা মী অমনা পোকপদগী শিবা ফাওবা পাঙথোক্লিবা পুন্সিগা মরী লৈনবা চৎনবীশিংবু খঙনৈ। অরোৎ-অফোং নাইবা চৎনরোলশিংগী মনুংদা মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা থোইদোক্না নকশিন্নবগী খুদম কয়া উবা ফংঙি। অমবোমদা মৈহৌরোলদগী হৌনা মীওইবগী পুন্সিগা শাগোন্নদুনা লাক্লবা জাতি অমগী নৎত্রগা কাঙলুপ অমগী চৎনবী, থাজনবী কয়াবু ফোকলোব হায়না খঙনৈ। William John Thomas না ফোকলোরবু মশক তাক্লবা ফোকলোরগী মনুংদা অবিবা মতমগী চৎনবী মচাক কয়ামরুম "The manners; customs; observances; superstitions; proverbs etc. of the olden time" হায়না চলহনখি। চাওরাক্না চহী ৪০০ (চামরি) রোম পুন্সিবক্লবা মৈতৈ পাঙল খুন্নাই ফোকলোরগী মতাংদা Md. Riaz Uddin না অসুম্না পল্লি- "As a chinese proverb says; the journey of one thousand miles begins with the first step; the study of the folklore of the Muslim folks of Manipur; just initiated, has a long way to go constant interest and intensive research." মৈতৈ পাঙল খুন্নাইগী ফোকলোর নৈনবগী হীরম অসি হৌজিক হৌজিক লাইজিং থোংবতা ঙাইহরি হায়বসি মথক্কী ব্রারোলসিনা ময়েকশেংনা তাকলি।

ফুরুপ অসিগী চীনবুংদা লৈরকপা ফোকলোর মচাকশিংদি খুন্নুং ব্রাঙাঙ; খুন্নুং

মিঙ্গৌ; পাউরৌ ; পাম্বৈ; পাউখোঙ; লাইতীনগী ৱারী; থাজ-ৱারী; ফুঙ্গা ৱারী; থৌদোক ৱারী অমসুং খুন্নুং ঈশৈনচিংবনি। অসিগুম্বা চীনবুংগী ওইবা ফোকলোর মচাশিং অসিবু Folk literature নৎত্রগা expressive literature হায়নসু খঙনৈ।

**খুন্নুং ঈশৈ শৈরেং ঃ**

চীনবুং সাহিত্যগী মনুং চনবা খুন্নুং ঈশৈ হায়বসি ঈশৈ ওইনা শক্লবা নৎত্রগা থীনবা লেংবা অতেনবা মখলগী শৈরেংগী মশকনি। ঈশৈশিং অসি মীরোল অমদগী মীরোল অমদা চীম্থাং য়ৈনা শক্লদুনা; নাথাং য়ৈনা তানদুনা লাক্লবা ইদবা মওংদা চীনবুংদা লৈরকপা শৈরেংনি।

**মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা শক্লরিবা খুন্নুং ঈশৈগী ৱারী মখোঙ ঃ**

ফুরুপকী ওইবা (Ethnic genre ) ফোকলোরগী মীৎয়েংদা য়েংবা তারবদি মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা নুপাদগী নুপী কাঙলুপ্না হান্না খুন্নুং ঈশৈ শকপা হৌখি হায়না মণিপুরী খুন্নুং ঈশৈ খোমজিনবা ’ কৌবা লাইরিক্তা পল্লি "পাঙলনা মণিপুরদা মৈতৈলোন্না ঈশৈ শকপসি মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী মতমদগীনি" লাইরিক অসিদা ‘সলিম’ কৌবা নুপা অমনা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা পাঙল খুল্লং ঈশৈ শকপা হৌখিবনি হায়রি। সলিমনা শকখিবা খুল্লং ঈশৈগী শৈরোলদি --

*‘হা ইবেম্মা/ইমানগী মচাবু পাম্মুবী/ লোয়য়া তমলৌ কাচিন্দা/ পাখঙ নুংওন লৌকোন্দা/ইঙেন থা থুংলববু ঙাইবদি/হোংদ কুমওন কুমচত্তবু মরাকই/ ইনেম মচাও নঙবুদি উদরে" (মণিপুরী খুল্লং ঈশৈ খোমজিনবা ঃ লাং ৮২)*

ঈশৈ অসি সলিমনা তমলৌ কৌবা লৌফমদা লৌশুবা মতমদা মহাক্কী নুপী কায়নখিবগী মতাংদা শৈথাখিবনি। অসুম্না পথাঙ-পুথাঙ মথং-মথং চত্থরকখিবা পাঙল খুন্নুং ঈশৈ শকপগী মফম, মতম অমসুং থৌদোকশিং মৈতৈদগী খরা তোঙাল্লবসু শৈথারোলদা মান্নবা কয়া য়াওই। বরাক তম্পাক্কী মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা শক্লরিবা খুন্নুং ঈশৈঃ লমদম অসিগী মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা মখল কয়াগী খুল্লং ঈশৈ শৈরেং তাবা, উবা, ফংঙি। পা-পুগী লু-তোংদা লোয়নরক্লবা পার্সি অমদি উর্দু লোনগী ‘শাইর’গী মখলশিং ; অদুঙৈ চহী তরেৎ খুন্তাকপগী লানথোক্তা থম্মোয়দা চেন্নরকখিবা ঈশৈ অমসুং লমদমসিগী ঈশিং নুংশিৎ ৱাথোক-থৌদোক্তা

চুশিন্নবা মওংদা শেমদুনা শকপা ঈশৈ মখল কয়া পাঙলগী খুঙ্গংশিংদা তাবা ফংলি। হায়রিবা ঈশৈ শৈরেংগী মখলশিং অদু মখাদা পীজরি—

**১) ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ঃ**

অল্লাহ অমসুং রসুলগী মতিক মগুণ শৈথাবা; মোমিনশিংবু নোল্লুকপা উৎপা, মীয়ামদা পাউতাক পীবা, দীন-ই-তালিমগী ওইবা ঈশৈ মখল কয়া পাঙল খুন্নাইদা শক্লরি। অল্লাহগী রসুল হজরত মুহম্মদকী মতিক মগুণ শৈথাবা শৈরেং অমতং লৌখৎচরি ঃ—

“অল্লাহগী রসুল নুংশিবা নঙবু
নবীশিংগী থম্মোয়দা নঙতনিকো
নবীয়ুন নবীয়ু (২)..।
মুস্তকা মুস্তকা (২)..।
অরবকী লৈকোন্দা চাওখিবা নবী,
মদিনাগীকোন্নংদা য়াতারিদো
রসুলুন রসলুন- (২)....।
ইসলামগী ফিবাল পায়বপ্পা নবী
শকফঅতকী মপু নঙতনিদো
কামলুন কামলুন -- (২)...।”

মসিবু নাট -ই-রসুল হায়নসু খঙনৈ। ঈশৈ মখল অসি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা যাইফ-থৌরম অমা হৌদোকপদা শৈহৌ ঈশৈ ওইনা শকনৈ। অমবোমদা শৈশকফম খেন্নবা মতুং ইন্না শৈহৌ ঈশৈসু খেৎনৈ। লুহোং-কৈহোংবগী ঈশৈগী মহফিলদা তিনবীরিবা ময়ামবু ইকায়-খুম্নবা উৎপা ঈশৈ শৈরোলদি ঃ-

“ঙসিগী মজলিসতা তিনবীরিবা ময়ামগী
সভাদা সলাম তৌজরি ননাই
ঙসিগী মজলিসতা..।”

অমরোমদা মআরিফৎ হায়না খঙনবা ঈশৈ মখল অমসু ফুরুপ অসিদা শক্লে। ঈশৈ অসি যুমলোন্নবা বাঙ্গালীশিংগী চৎনবীগী শাফুদগী চঙশিল্লকখিবনি হায়বা যাই। মরম অদুনা শৈশক অসি বাংলাগী মআরিফৎতি গানগা হায়ফেৎ

মান্নে।খুদম ওইনাঃ

"ৱাখল তুরেল তোর্ব্বান্দা
পৃক্লিং পলেম মোইনাদুবু কনাগীনো। (২)
হো...ঐগীনি ঐগীনি হায়রিবা
ঐ কনাগীনো খঙবরা । - (২)
উদ- খঙদরগা ৱাখল চাউরিবা
ৱাখল তুরেল...।"

সুফীবাদকা মরী লৈনবা, spiritual ওইবা মআরিফৎ ঈশৈশিংনা মীওইববু ৱাখল খন্থহল্লি। অতাবশিংবু তোপ-তোপ্পা মহাও তংহন্দুনা তাইবং ৱাংমদা মীওইবগী থম্মোয়বু পুদুনা চৎখি। মআরিফৎতি ঈশৈবু হকচাং কয়াৎ লোনগী জয় গান ওইনা লৌনৈ।

**(২) গজল ঃ**

পার্সি অমদি উর্দু যানশিন্নবা 'শাইর' মখল কয়া খুদম ওইনা ফরদ; রুবায়ি; মখনৱি; কটআ অমসুং গজলনচিংবা ফুরুপ অসিদা শক্লে।অদুম ওইমক খ্বাইদগী হেন্না পান্নবা মওংগী শক্লবা শাইরগী মখলদি গজলনি। ঈশৈ অসি লুহোংবগী থৌরমদা তাবা ফংঙি। গজল হায়বসি নুপা নুপীগী ওইবা অবোন-অথুপকী মরমদা অৱায় -অখুম তৌনদুনা শকপা ঈশৈনি। গজলগী মখল কয়া মরুম লৈ, মদুদি (ক)মরসিযা (খ) মুখদ্দস অমসুং (গ) ইন্দর সভা।

(ক) লৈখিদ্রবা প্রেমিক প্রেমিকাগী মতিক মগুণ শৈথাবা; শৃঙ্গার রসনা মপৃং ওইবা ঈশৈ শৈরেংবু মরসিয়া গজল হায়নসু খঙনৈ। মরসিযাগী শৈরেং অমত্তং লৌখৎচরিঃ

দিৱানে মেরে কোন কে লিযে
তুমহে নজানাহে লৈলাকে কছম
লোগোঁনে কহে মজনুন হমে
তুমহে নজানাহে লৈলাকে কছম।
ৱহি পিয়ারসে কোই পর্দা নঁহি
ৱহি পিয়ারসে কোই সরমিন্দা নঁহি

ৱহি য়ুসুফকো জুলেখানে কহা

তুমহে নজানাহে লৈলাকে কছম।

.... ।"

(শৈখোম্বা ঃ সিরাজুল হক)

(খ)মাত্র ৬/৬ না শাবা ঈশৈ শৈরেংবু মুখদ্দস কৌই।অদুম ওইনমক করিগুম্বদা মাত্রা হোংদোক-হোংজিন নাইবসু য়াওই।

"সমভালো সমভালো/তেরে মুহমে সমভালো।

মৈনে কুস কহেঙ্গে/লরকাস সমভালো।

চন্দরুসকে ৱাসতে/ য়ে দুনিয়াসে আয়া হে।

সমভালো সমভালো/.......।

(গ) নুংশি-নুংওলগী ৱাথোক-থৌদোক্তা ফজবা লোন্দা-পুদা শিজিন্নদুনা শক্লবা লেংবা ঈশৈ শৈরেংবু ইন্দর সভা হায়নসু খঙনৈ। নুপীজাশিংগী মীফমবুসু ইন্দর সভা কৌই। ঈশৈসি শৈহন্নবা মওংগী ওই।

"সভামে দোস্ত, ইন্দরকী আমদ

আমদ হে .......। - (২)

সভামে খুসি হে, চাহে লাজিম হে,

সুরতে বুলবুল,

অৱাযে চমন মে গুলচরকী আমদ

আমদ হে।

.........।"

মসি নুপা অমদি নুপী কাঙলুপ্না তোঙান-তোঙান্না ফম্নরগা শৈহুন্নবা ঈশৈ ওইরবসু মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা নুপা অমদি নুপী কাঙলুপ পূন্না ফম্মিন্নরগা শকপগী চৎনবী লৈতে।

৩) নুংশি-নুংওলগী ওইবা ঃ শাবী শানৌশিংগী পুন্সিগা মরী লৈনবা, নুংশি ৱাইথুংনবা শেৎনা-খাইনবগী ওইবা ঈহুল কনবা ঈশৈ কয়াসু শক্লে। চীঙ্খাং য়ৈনা লাক্লবা য়ুসুফ-জুলৈখা, লৈলা মজনূন অমদি শিরি ফরহাদকী ৱারীশিংদা পানশিন্দুনা শৈথায়ঃ-

"পাম্মুইদকো পাম্মুইদা/ হৌখিবা পুন্সি পাম্মুইদা
মহবুবে খোদা এলাহী/মিশরগীদি লৈবাক্তুদা
লৈ অমা শাৎলি মহৈ পান্দে/ জুলৈখা -য়ুসুফ পোকখিবনি।
মপাগী জুলুমনা কনখিবনা/ জুলৈখা য়ুসুফকীদমক্তা
সনাগী কাঙথোলসু পামখিদে/ লুপাগী লীফকসু পামখিদে"।

য়ুসুফকীদমক্তা জুলৈখানা ব্রাখিবা অমদি জুলৈখাগীদমক্তা য়ুসুফনা নংখিবা অব্রাবগী মরমদা শৈথাবনি।

**৪) জগোই ঈশৈ ঃ**

মৈতৈ পাঙলগী লুহোংবা মতমদা থাবল চোংবগী চৎনবী লৈরম্মী। মসিবু খোঙলৈ ঈশৈ হায়নসু খঙনৈ। জগোইগী মওংদা নুপী ঙাক্তনা চোংই। মসিদা নুপা য়াওদে।

*থাবল ঈশৈ ঃ-*

'স্বরারেনগী লম্বোইবা /নঙগী পুথ্রী অদুদি
ময়ুং লমজিং কয়ানো/ মরাক লমজিং কয়ানো
নঙগী পুথ্রী মপান্দা/ গুলাপলৈবু থারমগে
গুলাপলৈগী লৈনদা/ লৈহাও লৈবু থারমগে।"

(খোমজিনবা ঃ থম্বাল বিবি)

*উসমান থম্বালগী শৈথাবা থাবল ঈশৈ ঃ-*

"পাঙল উসমান চাউবগা/ শগোলশেম - চাদি থম্বালগা
লৌগে লৈগে তেমশিংনৈ/ থম্বালনা লৈগে হোয়াখি
উসমাননা লৌগে তেমশিংখি/ "অওইবরনে থম্বাল-ও
'অওইবনিনে পলেম-ও"/ "তৌগনুদা থম্বাল -ও
শেৎকেদা হায়য়ু ইমাদা/ফিগে ফনেক লৈবিগে
ইনগেদা হায়য়ু ইমাদা/ শুদ-নমথাং থোনবিগে।"
ঙম্মরোই-এ পলেম-ও, /.........।"

(মণিপুরী খুন্নুং ঈশৈ খোমজিনবা ঃ লাং ১২০)

### ৫) শান্ন-খোৎনবগী ঈশৈ ঃ

অঙাংশিংনা চেন-চোংদুনা শান্নবা মতমদা মখোয়গী মচীন্দগী ঈশৈ মখল কয়া তাবা ফংঙি।

উরাওবী শান্নবদা শক্লবা ঃ-

'তে তে তেনৱা/ কৈশামপাৎকী তেনৱা

হৈনৌনা মুল্লগা তেনৱানা হরাওই/উ...।"

### ৬) শিনশু-শিনবাংগী ওইবা ঈশৈ ঃ

ফৌ শুবা, উ চিংবা, লৌ খাউবা, লৌ লিংবা, ঙা ফাবা, ফি শাবা, লং নাইবনচিংবা থবকশিং শুবদা চাং মান্ননা শু-নবা অৱা-পোত্থানবগীদমক্তা তপ্ন-তপ্না নৎত্রগা থুনা য়াঙনা শকই।

' হো হাযয়ো হৈ হা/ হোইব্রালি হৈ হা

কপ্লাক তিংঙো হৈ হা/ পান্নোম তিংঙো হৈ হা

হো হায়য়ো হৈ হা/ হৈ হা হৈ হা/.....।"

ঈশৈ অসি উ চিংবা মতমদা লুচিংবা অমনা লাউবগা ময়াম্মা খোন্থাং মান্ননা খুম্মী। পাঙল খুনাইশিং শিন্নাইবগী চৎনবী লৌশিল্লকত্রবসু মমাঙউৈদা শক্লবন্না শিন্নাইবগী ঈশৈ অমত্তং পীজরিঃ-

শিন্নাইবীনা শিন্দম্নদি/ ময়োংতা মীৎফম লৈবনি।

চীরোল চৎপী শিন্নাইবীনা/ ঐগী পূক্লিং চায়থাইবীরে।

(খোমজিনবাঃ থম্বাল বিবি)

### ৭) নাওশুম-নাওথেম ঈশৈঃ

পীক্লিবা অঙাংশিংনা কপ্পা তুম্বা অমসুং শাওবা থেম্নবা শকপা ঈশৈবু নাওশুম অমসুং নাওথেম ঈশৈ হায়না খঙনৈ। অঙনবা মতমদগী চৎনরক্লবা ঈশৈ মখলসিংগী লোন্দা-পুদা মতমগী অওনবা লাকপগী মতুং ইন্না থোয়না হোংদোক-হোংজিং তৌদে। মমাঙউৈগী শৈরেংগী মওংদুমক হৌজিকসু কাইদ্রি হায়বা য়াই।

"থা থা থাবুংতোন/নচা মোরাম্বী পোবীগে

পোবী শনম নম্বীগে/হৈবোং মশা অমত্তং

থাদবিরকউ থাবুংতোন/ নথিলক্তা তাখরে

নয়ুংলক্তা তাখরে/ থা কনানা চাবীনি।"

অঙাংবু ঙাইহাক নোকহন্দুনা শান্নবা শকপা ঈশৈ অমদা ঃ

'উচি চি চিরাবা/খরুঙ মপান খৌশাবা

য়াম্বনা খোইরু ফাবীদে/ শেন্দাং লাকই হোরা খুম্মু জা।"

ঈশৈ অসি শকপা মতমদা অঙাংগী মখূৎ অমসুং শকপীরিবা মীদুগী খূৎ মথং-মথং লোন্নরগা চিংখৎ-চিংথা তৌদুনা শকই লোয়ননা জা হায়বা মতমদা নোক্লনি।

৮) লৈবাক নিংবগী ঈশৈঃ

মরৈবাক, মজাতিবু নুংশিবা থৌনা ফবা অথৌবশিংগী মতিক মগুণবু শৈথাবদা শক্লবা শৈরোলঃ

"ঐখোয়গী আলিম মকোক চিংবীবা

ঐখোয়গী সরদার মকোক চিংবীবা

মলেশ মচানা ফাবীখবেনে।

শোল্লনে চিন্দা নবীগী কলিমা

.............।"

স্বদেশী ঈগৌদা ইংরেজশিংনা আলিমশিংবু ফাখিবদা ঈশৈসি শক্লবা হৌখিবনি।

অসুম্না খুন্নাইসিদা শক্লরিবা ঈশৈনা মীয়ামগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা পোকহন্দুনা অরাবা কোঙ্গোই কাউথোকহনবা ঙম্মী। ময়েক চৎতবা মীয়ামগী মীৎ নাকোং শিংহল্লি। খুন্নাইগা চুশিন্ননা হিংমিন্ননিংবগী রাখল পোকহল্লি। অরানবা লম্বী চৎপা মীওইশিংবু লমজিংবী লোয়ননা পেন্দবা রাকৎ কয়া ফোঙদোকপসু ঙম্মী। অসিগুম্বা মতম অসিদগী চীনবুংদা লৈবক্লবা সাহিত্যগী ফজরবা মচাকশিং অসিবু মশক খঙনবা হোৎনবা অমদি তুংকোয়না লৈহৌনবগীদমক ঐখোয় পুম্নমক্না হোৎনবা তঙাযফদে হায়জনিংই। ❑

*মতেং লৌখিবাঃ*


১। ফোকলোর বিজ্ঞান (১বা শরুক ) - **ডা.ও, ইবোচৌবা সিংহ**, ইম্ফাল ১৯৯৩ ইং

২। মণিপুব অমসুং মৈতৈ পাঙল- সম্পাদক, **অরাম্বম সমরেন্দ্র সিংহ**, ইম্ফাল ১৯৯৮ ইং

৩। অনৌবা ঈচেল - ইদিটর ঃ **এম. বাবুসনা সিংহ**, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, সিলচর - ২০০০ ইং

৪। Social and cultural Anthropology- **K. Singh.** Lucknow, 1991-1992

৫। Jarurat-E-Din-**Syed Nezmul Hussain**, Khairabad, 1990

৬। Ta-Aruf-Tasikh-E-Urdu-**Dr. Sajad Ali Sudal Abi**, Lucknow, 1963.

৭। উমর খয়ামগী রূবাইত- **ইরেংবম বীজয়**, ইম্ফাল ১৯৯০ ইং,

৮। নোংশামৈ (পুয়া) - সম্পাদকশিং, **ও. ভগেশ্বর সিংহ** অমসুং **এম. এ. জনাব খাঁ**, ইম্ফাল ১৯৭৩ ইং

৯। মণিপুরী খুনুং ঈশৈ খোমজিনবা- খোমজিনবা **লাইশ্রম বীরেন্দ্র কুমার সিংহ**, সাহিত্য একাদমি, নিউ দিল্লী ১৯৯৯ ইং

১০। পাঙলগী খুনুং ঈশৈ- সম্পাদকশিং, **মু.অব্দুর রহমান** অমসুং **মু. কয়ামুদ্দিন**, ইম্ফাল ১৯৮৬ ইং.

১১। শৈশকপা - **সিরাজুল হক**-কা ব্রারী শান্নবা, শিঙ্গেরবন্দ - তাং মে ২০ ২০০০ ইং)

১২। **মৌ. অব্দুল সুবহান** অমদি হাফিজউদ্দিনগা তানজরুবা (মুন্সিবগ্রাম কছাড়, ২০০০ ইং)

১৩। The Manipuri Muslim - **Quazi Hamid Ali**, Banskandi, 1979

# মৈতৈ পাঙলগী পাউরৌ অমসুং পাউখোং

*কৈনৌ ফারুক চৌধুরী*

পাউরৌ হায়বসি য়েলহৌগৈঁদগী লৈরক্লবা চীনবুং সাহিত্যগী মরু ওইবা শক্লোন অমনি। মসি চৎনবী ওইনা চীনবুংদা লৈরবা পুন্সিগী তোঙান-তোঙানবা শক্তমগী অচূম্বা মশকশিংবু পাউতাক্কী মশক ওইনা উপমা তৌদুনা উৎপা অতেনবা ৱাঙাঙ অমনি হায়বা য়াই। তশেংনমক পাউরৌ হায়বসি মীওই কাঙলুপ অমগী চীনবুংদা চৎনবী ওইনা অয়াম্বনা হোংনাইদনা তোয়না শীজিন্নবা লৌশিংগী মশক্লি। মসি ‘মীওই কাঙলূপ অমগী অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সি অমদি থবক থৌরমশিং অয়াম্বদা য়াওন্নদুনা লৈ।’[1] ‘মসি মীরোল অমদগী অমদা চীন্থাং য়ৈনা লাক্লবা তেন্তকপা পাউতাক্কী মশক্লি নৎত্রগা মসি মী অমগী হৈ-শিংবা ৱাঙাঙ-শঙাঙ অমদি মীয়ামগী লৌশিংনি।’[2]

পাউরৌ হায়বসি ‘অতেনবা ৱাহৈ পরেংদি ওইবা অদুগা মসিদা য়াওরিবা ভাবতি মীওই কাঙলুপ অদুনা মতম শাংনা তৌরকপা অমসুং হকথেংনরকপা থবকশিং অদুদগী ফংলকপা অচৌবা লৌশিংগী ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ পরেংগী মশক্লি।’[3] পাউরৌগী অতেনবা ৱাহৈশিং অসিগী মনুংদা মখল মথেল কয়াগী লৌশিংগী মশক ওইবা ৱাফম কয়া ফুমদুনা লৈ। ‘পাউবৌ হায়বসি মীয়াম্না তোয়না শীজিন্নবা অমদি হোংনাইদ্রবা মশক-মওংদা ফোঙদোকপা, চৎনবী ওইনা চীনবুংদা লৈবা ৱাঙাঙনি।’[4] চীনবুং সাহিত্যগী শক্লোন অমা ওইরিবা পাউরৌশিং অসি মতম খুদিংমক্তা য়াম্না তোয়না অমসুং লায়না, মশীং য়াম্না শীজিন্নে। ‘অদুবু মখোয়শিং অসি চীনবুংদা মীরোল অমদগী অমদা থংথরকপা ওইরবসু অয়াম্বা মীনদি মসিগী মপূং ফাবা অর্থ খঙনদে।’[5]

মৈতৈ পাঙলশিংনা পাউরৌ হায়বসি মীরোল অমদগী অমদা চৎনবী ওইনা

চীনবুংদা ঙাঙনদুনা লাক্লি। মণিপুরদা পাউরৌগী খোমজিনবা লাইরিক মঙারোম ফোঙখ্রে। মৈতৈ পাঙলশিংতগী ওইবা খোমজিল্লবা পাউরৌগী লাইরিক ফোঙদোকপা কান্নগনি। লাইরিক ওইনা লৈত্রবসু, মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা চৎনবী ওইনা পাউরৌ অসি চীনবুংদা মথং-মথং ঙসি ফাওবা লেপ্লা লৈতনা ঙাঙনরি। খুন্নাই অসিদা পাউরৌশিং অসি লৌবা য়াবা লৌশিং নৎত্রগা অচূম্বা কান্নবগী ওইবা অতেনবা ৱাহৈ পরেংনি হায়না লৌনৈ।

কয়াৎঃ মণিপুরীদা 'পাউরৌ' হায়বসিগা মান্ননা লৌনবা ইংরাজীগী 'প্রোভব' হায়বসিগী মশক তাকচনবগীদমক মশাগী ওইবা কয়াৎশিং লৈজৈ। পাউরৌ হায়বসি মমায় অনী লোঙবা, মনুং মপান নাইবা মশক্লি হায়বা য়াই। মসি চীনবুংদা চৎনবী ওইনা লৈরবা পুন্সিগী অচূম্বা মশকশিংবু উপমা তৌদুনা উৎপা অতেনবা অমদি মপূং ফাবা ৱাঙাঙ অমনি। মসি শীজিন্নবদা অকক্লবা মফম মতম লৈতে, মতাং চাবদা ফোঙদোক্লুনা নৎত্রগা চাংদম্নদুনা শীজিন্নবা য়াই। অদুম ওইনমক মসি মীওই কাঙলুপ অমগী মীয়াম্না য়ানরবা অয়াম্বনা হোংবা নাইদবা মশক্লি। ৱারী, ঈশৈনচিংবগী মতৌগুম্না প্রোভাবতদি লীরিবা নৎত্রগা শক্লিবা মীওইশিংনা শেমদোক-শেমজিন নৎত্রগা হোংদোক-হোংজিন তৌবগী মফম থোইনা লৈতে হায়বা য়াই। মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা অহলশিংনা ৱাফম অমগী নৎত্রগা থৌদোক অমগী অফবা-ফত্তবা, অচূম্বা অরানবা মশক উৎপদা পাউবৌ হায়বসি খ্বাইদগী অথোইবা খূৎলাই নৎত্রগা পাম্বে ওইনা শীজিন্নে হায়বা য়াই।

মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা অহলশিংনা মচা-মশু অমদি নহা ওইরিবশিংবু ৱারক-ৱাতেম্বদা পাউরৌসি য়াম্না তোয়না শীজিন্নবক্লি। অসিগুম্বা মখলগী পাউরৌ অসি য়েলহৌঙৈদগী ঙসি ফাওবা মাংবা লৈতনা মীরোল অমদগী অমদা চীম্থাংদা লাক্লুনা মৈতৈ পাঙলশিংগী পুন্সিগা শাগোন্নরক্লি। মরম অসিনা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা পাউরৌ মরাং কায়না ফংলি।

পাউরৌশিংনা পাঙল খুন্নাইদা মখল মথেল কয়াগী তোঙান-তোঙানবা থৌদাং কয়া পাঙথোক্লুনা লাক্লি। সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী লমচৎ-শাজৎ শেম্বদা পাউরৌশিংনা অচৌবা থৌদাং য়ারি। মখোয়না সমাজ অসিদা মমাঙঙৈদগী হৌনা চৎনরক্লিবা অমদি থাজনবী কয়া খঙহনবগী থৌদাংসু

পাঙথোক্লি। অসিতসু নত্তনা মখোয়শিং অদুনা সমাজগী মীওইশিংদা মওং অমা নৎত্রগা অমদা লৌশিং জ্ঞান পীবগী থৌদাংসু পাঙথোকই। পাউরৌনা মী অমবু ফত্তবা থবক তৌবদা অথিংবা পীবতা নত্তনা অফবা মী অমসু ওইহন্নবগী থৌদাংসু পাঙথোকই। মতৌ অসুম্না পাউরৌশিং অসিনা মাংলমচৎতগী হৌনা লৈরক্লবা মীওই কাঙলুপ অমগী নাৎকী তোঙান-তোঙানবা মশকশিং খঙহনবগী থৌদাং পাঙথোক্লি।

মখাদা মৈতৈ পাঙল খুন্নাইদা হৌজিক হৌজিক হিংলিবা নৎত্রগা শীজিন্নরিবা পাউরৌশিং থমজরি। পীরিবশিং অসিনা লোয়রে হায়বদি নত্তে অতৈসু থিজিন্নিংঙাই ওইরি। মখাগী পাউরৌশিং অসিগী মরক্তা খরা অমনা মণিপুরদতা শীজিন্নে, খরা অমনা কছাড়দতা শীজিন্নে অদুবু মপূং ওইনা য়েংবদা, মণিপুর, আসাম, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশকী মৈতৈ পাঙলশিংগী মরক্তা মখাগী পাউরৌশিং অসি থোইদোকপা খেৎনবা লৈতনা মান্না শীজিন্নে। মখাগী পাউরৌশিং অসি ইশানা থেংনরকপা অমদি মরুওইনা খুন্নাইসিগী অহল-লমনশিংগী মফমদগী খোমজিল্লকপনি।

মুসলিমশিংনা তোইনা শীজিন্নরম্বা পাউরৌশিং ঃ

১। ব্রাংবল চুহিরা লাংবল খোইহিরা।
(অথুম্বা, অখাব্রা)

২। অব্রা লানদি লাই হুই কপ্পনা হেন্না লুই।
(অব্রাগী লালনা মরম ওইরগা পীজনিংঙাই লৈতবদগী মতম শাংনা চরা শিৎলবা হুইনা কপ্পদুনা হেন্না লুই)

৩। ইরিল হিরাল খোঙনা কাউ।
(মীগী মতেংনা কান্নবা ফংলবা, মায় পাক্লবা মতুংদা তৌবিমল খঙদবা)

৪। ময়াং নিংথৌনা নোংমাইজিং থানবা।
(নীংবদি নীংবা পাঙদি পাঙথোক্তবা)

৫। তা-লৌ সেবা।
(অপাম্বা পোৎ ফংনবা হোৎনবা)

৬। নিংথৌখোং ঈথক্লা লৈমখোং লৈরায় নীঙখায়বা।

(থাজফম থোক্তবদা থাজবা)

৭। নোরোক খুজাম শাবা।

(অশেং-অমাং খায়বা)

৮। ফৈনা তাবা য়ুংনা লামদবা।

(শুনিংদবা, য়াম্না তনবা)

৯। শানোং হিগাই কৈশাম চিরোল।

১০। উৎতা কেরগা ব্রাইদা নানথুবা।

(মচি অমদা নাল্লগা মচি অমদা চাইবা, ব্রাই শিৎপদা চেকশিন্দবা)

১১। মুতুমগী কীরতনদা হঙগাম চমফুত থুম নমদে।

(শুরিবা থবক অদু ভাব তানা তৌদবা)

১২। হৈবী মেৎপদা মরাম লোকই।

(লৌশিংনা মায় পাকই)

১৩। মেরাই শিবদা চাক পুদে, কোবা শিবদা চাক পুই।

(মীবু চানবা মী ব্যবহার তৌনৈ, চান্দবা মী ব্যবহার ব্রাৎলি)

১৪। রুমি টুপী লংবদা খুনু উপই।

(মশাগী ওইজবা থীবা মী)

১৫। মাওগী মৌ মরামদা য়েমৌই।

(লমচৎ চুমদবী মৌনা লোন্না মীরোল্লকপা)

১৬। হৈবীরোক্কী ঈফুত কুমদমলোক্কী নুংবীনা মেনবা।

(লমচৎ চুমদবা অমসুং চুমদবী নুপা/নুপীগী শাজৎ ফোঙদোকপা)

১৭। মক্কাদা লৈবা মী হজ নংদে/অনকপনা হজ ফংদে

(থৌশাদবদগী থবক নাম্থোকপা)

১৮। অউন ষণ ময়া য়েংদে।

(লেম্না ফংবা পোৎ লৌশিনবা)

১৯। কৈরাকপীগী মচা অতোম্বী শেঙগম মাপলনা ঙাখৎপবু কেথরকপনা মহেল্লী।

(য়াম্না কেগনবী মচানুপী অতোম্বী)

২০। কুম্বী হুইয়োম শাবা।
(য়ানিংদবা নুপাদা নুপীনা ফোঙদোকপা)

২১। লুহোংলমদাই শাদানবা।
(ওইররোইদবা থবক তৌবা)

২২। তৃমবীদা থুম থাদবা।
(অরেম্বদা মাঙহনবা)

২৩। পাঙলনা খুনু মথী শিকিনি হায়দুনা খুল্লী।
(লৈমন্দবদগী শেল য়াম্না পাম্বা)

২৪। অকুতপদা লৈতৌবা অতোংবদা লৈহাপ্লা।
(লাইরবা মীবু থৌশাদবা, ইনাকখুনবা মীবু হেন্না লুম্না লৌবা)

২৫। পাঙলনা খুদোল খঙব্রা।
(তৌবীমল খঙদবা)

২৬। নহা: নঙগী মামা লাকই চু অমা য়াল্লগা পীখো শিকি অমা লৌজহৌ।
(মশানা মরোমদোম হিংনবা হোৎনবা)

২৭। বাত কাপশিল্লকনু।
(ৱা হেঞ্জিন্না ঙাংলকপা)

২৮। উরুদা মিম হায়বা তিকিদা লাই ওকপা।
(কান্নদবা থবক তৌবা)

২৯। থাঙতেকনা খৎনৈ লৃ কোকনা চাননৈ।
(খৎনবদা পুমতুম তুম্নরবা মতুংদা চান্নবা)

৩০। হুই চীক্লরিঙৈদা শা হৌখি।
(খৎনরিঙৈদা খুদোংচাবা নাম্ভোকখি)

৩১। মৈরোঙদা য়ুহার হাবা।
(ৱানা শুরসু নুংঙাইবগা লোয়নবা)

৩২। খজিং খোংগী ষণ লৈরুনু কাইরং নিঙোল লৌরুনু।
(থৌরি থদৎলগা চেনগনবা ষণ লৈরুনু, মাগী নুপাবু মপামলোমদা পুনবা হোৎনবী নুপী লৌরুনু)

৩৩। কোরেক্তা নিংথেম পুথ্রী।

(য়াওফম থোকপদগী হেন্না য়াওবা)

৩৪। মীচা য়োকপা ইনম পোল্লি মীষণ য়োকপা ষণাও থোংই।

ব্রানসু হোৎনবা কান্নবসু ফংদবা)

৩৫। থরোইনা ব্রালুংদুনা মরিং তাকই।

(অশিংবনা অকনববু লাইনা লাকচবা)

৩৬। থরোইনা মী চিকপা শরু ফংই।

(অতপ্পা মীনা শাওবা শাথিগল্লি)

৩৭। ঙাপ্রুমনা উ কাবা উতোল লোম্মী।

(ওইথোক্লরোইদবা থবক্তা ওইথোকহনবা ঙম্বা)

৩৮। সবর তৌরগা খবর ফংই।

(খাঙবা কল্লগা নুংঙাইবা পাউ ফংবা)

৩৯। হাও অশোনবদা তাশাং পীবা।

(অশোনবা মীদা মথৌনা হাপ্পা)

৪০। লৈমা যেংলিঙৈদা খুনু কাই।

(তৌগদবা থবক্লা তৌদবা অদুগা তৌরোইদবা থবক্তা থব্রায় যাওবা)

৪১। হৌজিক্কী দুনয়াদদি ঈরু খূদৈ কংদবনি।

(ফত্তবা থবক্কী ফল থুনমক ফত্তনা ফংবা)

৪২। অপঙবনা মতু ফুই অশিংবনা মোন ফুই।

(অপঙবগা অশিংবগা খেন্নবা)

৪৩। নুপী নহাদা চোপ্পদি ইকায়বা নংই।

(তৌরোইদবা থবক তৌবদা চোপ্পা নংবা)

৪৪। য়ুমদাংবনা কৈ নাবা

(মীনাইনা মপু শাখিবা)

৪৫। লৌরমদাইদা তেংনা মানবা

খায়নরমদাইদা য়োং মানবা

(তাৎ তৌশিন্নবা)

৪৬। নোংঙাদাগী লুখ্রাবীনা ফি শুবা নোং নংই।
(ব্রারীঙৈদা অমুকসু ব্রাবা)

৪৭। নুমিৎ থা হুইনা চাদে।
(নুমিৎ থাদি লেংদনা লৈ)

৪৮। কুরাউনা মচি কাব্রা পাঙলনা গুণ খঙব্রা?
(তৌবিমল খঙদবা)

৪৯। চু চারুচো থাখ্রগা মঙগ্রা চারগা হল্লকপা।
(অপঙবগী মথক্তা অব্রাবা তাবা)

৫০। লৌরি অনেম্বদা ঈশিং পাবা।
(অব্রাবগী মথক্তা অব্রাবা তাবা)

৫১। শুগনবা লায়রবা চাগনবা য়াঙগংবা।
(হোৎনবমখৈ হোৎনরগা কান্নবা ফংদবা)

৫২। অঙাওবনা ফৌ শুবা চরা নোংখন্নে।
(অঙাওবগীসু কান্নবা লৈ)

৫৩। মী অপঙবা লাল ওইনৈ উ অকংবা শীং ওইনৈ।
(অপঙবনা তৌবা থবক অকাইবা ওইবা)

৫৪। মব্রাগীসু খাবৈ মপামগীসু খাবৈ।
(ব্রাখল লৈতাহন্দবা নুপী)

৫৫। মীগী মখাদা থাবদি পৎতে, উ-ব্রাগী মখা থাবদি পৎলি।
(খাঙবা কল্লগা ওইজবা, খাঙবা ঙমদ্রগা মাঙজবা)

৫৬। খূবাক ময়ায় শাগুণ তৌবা।
(নক্লবা মীনা মাঙনবা শিনবা)

৫৭। লৈরোম্বদি উরৈরোম মশানা ফুবগা ফবনি।
(ওইদবা ঙাংবা ব্রারক্লগা ফৈ)

৫৮। মৌগা নিঙোলগা ঈশিংগা থাউগা।
(তিন্নবা য়াদবা)

৫৯। অরিকপগী মরল শুম্না চায়।
(চেকশিনমল্লবসু মাঙই)

৬০। হৌদোং তুমিল লৈবনা চফু ঙম্মী।
(অরুম্বা মীনা খুদোংচাবা ফংই)

৬১। মৌ অনৌবী মরম ওকই।
(নৌরিঙৈদা মরম ওকপা)

৬২। উ ফংদবা লমদা কেগেনা যুম্বী ওই।
(লৈত্রবদি অরৈবনা মহুৎ শিল্লি)

৬৩। খোঙ চোৎলগা চীন চোৎলি।
(হোৎনরগা কান্নবা ফংই)

৬৪। ফৌ শুবগুম শুরগা চেং চোইবগুম চোইথোকপা।
(ব্রারক্কগা লমচৎ চুমথোকপা)

৬৫। কৈনা খুজিল থাবরা।
(হৈনখিবা শাজৎ থাদবা)

৬৬। কৈনা তোকপা পোকপ্রা
(মপানা মাগুম্বা মচা পোকপা)

৬৭। উচি কল্লক্কুনা যুম মৈ থাবা।
(অশাউবনা মশা মাঙহঞ্জবা)

৬৮। হৈ লৈরা থাঙ লৈতা থাঙ লৈরা হৈ লৈতা।
(অব্রাৎপা মেনবা ঙমদবা)

৬৯। অঙাং লক্লবা ইকায়বা নংই।
(মরম নৎত্রগা মতাং চাদনা থবক তৌবা ইকায়বা নংই)

৭০। লমশোনবীগী লময়াইদা নিঙোলনা ব্রারে পোত্থাবা।
(ইমুং ময়ায়দা অশিবা থম্বা)

৭১। ঙাখা অমা শিরগা পাৎ অমা চেনথৈ।
(মী অমনা শোয়রগা পূম্নমক চেন্থবা)

৭২। হৌদোংনা শঙ্গোম উরগা লমদল্লি।

(অপান্বা পোৎ উরগা থাদোক্তুনা চৎপা ঙমদবা)

৭৩। য়োংদা লফোই উৎপা।

(মীনা পাম্বা পোৎ উৎলগা মাঙজবা)

৭৪। ষণ গাড়ী লীক্লমদা একাগাড়ী কন্না থৌবা।

(মরম চাদবা থবক তৌরগা অৱাবা নংবা)

৭৫। মাইবম শুনজু চারুনু।

(অহাউবা পোৎ চাবা কাউবা ঙম্লোই)

৭৬। থোংজাওরোক্কী থৌদু-নূং লোক্তাক ঈরেল পূং য়ৌদে।

(মৌনা মপামদা চেনখ্রগা মাগী নুপানা হন্না য়েংদবা)

৭৭। বয়োস চাদবা।

(মওং তাদবা)

৭৮। পাঙল থৌনাইদবনা থোইদিং পোৎমা হৈদোক্লগা খুল্লগা শাননৈ।

(কান্নদবা থবক তৌদুনা মতম মাঙহনবা)

৭৯। দলা-দলী নাইবা।

(ঐগী মীগী খায়বা)

৮০। শুরমদাইদা হুমাং শৌবা চারমদাইদা উরুম লাংবা।

(ৱানা শুরগা নুংঙাইনা পোত্থাবা)

৮১। হৌদোং হাৎকনু পাঙল হাৎকনু

(মরম চাদনা পোৎ মাঙহনগনু)

৮২। ইফম লাংগোল থিজিৎপা, শালু ফনেক্তা থিয়োম্বা।

(কিবদগী মপান থোক্তনা ইমুংদা মাংশিনবা)

৮৩। ফুদিৎতা মাঙজোং চোংবা লৌশিংতা খাজনা থিবা।

(কান্নরোইদবা থবক তৌবা)

৮৪। মমাঙ য়ৈবা মনিং তাদে মনিং য়ৈবা মমাঙ তাদে।

(নুংঙাই য়াইফবা মীনা মীগী অৱাবা উদবা)

৮৫। হৈনিংলগা কোলমাঙ হিপ্পা হৈনিংদ্রগা কোন্নিং হিপ্পা।
(তন্দ্রগা থবক শুবা তল্লগা শুদবা)

৮৬। মৈতুংঙা পাইরকপদা হঙ্গাম মনা লেকথৈ।
(অপাম্বনা খুদম চনবা)

৮৭। ইকায়-খঙদবনা পূক থল্লি।
(ইকাইবা খঙদবা মীনা ওইজবা ফংই)

৮৮। নুমিৎ থোকপবু পাউ পীনব্রা।
(মতম্না ওইরকপা মওং পাউ পীনদে)

৮৯। লমহুইদা য়েন বাকী তৌবা
(কান্নদবদা খরচ তৌবা)

৯০। লাইবক্তা তম্লকপা তায়োননবা ওইদে।
(লাইবক্তা তম্লকপা পোৎ পামদে হায়বা ঙমদে)

৯১। য়েনাও ওইরিবঁদা কিখিবদু য়েনবা ওইববদসু অদুম কি।
(অমুক্তং খুৎথাঁখিবা কাউদে)

৯২। হুইনা ষণ্গী চকদা কুর্নাশিনবা।
(তৌফম থোক্তবা থবক তৌবা)

৯৩। মখূৎ চুম্বনা কাপ্লগা ময়াম চামিন্নবা।
(অমনা থবক শুরগা মীয়াম কান্নবা)

৯৪। মব্রা অনাবা হুনদোক্লগা শামু মচা ঈরোইবা য়েংবা।
(মথৌ হুন্দোক্লগা মতম মাঙহনবা)

৯৫। খুল্লাকপম থোলাং হাও পী পোং দোলাই রেং।
(মীবু করেম্নবা)

৯৬। চাক চগ্রিং অমনা চেঙগোক অমা মাংহল্লি।
(অমনা শোয়রকপা পূম্নমক চেন্থবা)

৯৭। খুনু মখোঙদা শম লৌবা।
(থবক তৌবদা খোঙলৌ খূৎলৌবা থোকপা)

৯৮। ষণাও পোক্ত্রিঙৈদা থোনা শাবা।
(ভাবনা দলান শাবা)

৯৯। লফুদা নপ তৈশিনবা।
(চা-ন-দবা থবক তৌবা)

১০০। হুইবু দোলাই তোংলহল্লগা থিদ্রুম উরগা চোঙথৈ।
(মীগী মরমচৎ হোংদবা)

১০১। অনী লোনবগী শুমাঙদা তিঙ্গোয় ওইনফাও হৌনিংদে।
(তোয়না খৎন-চৈনবা য়ুমদা চঙনীংদে)

১০২। থিক নেম্বনা থা লাম্বা।
(ওইরোইদবা থবক তৌবা)

১০৩। মংদা মঙগ্রা তানবা।
(ৱাখলতা খনবা খৃৎতি য়াওদবা কান্নবা ফংদে)

১০৪। মমায়দি অনা মমায়মুক পাকই লাঙবদি খম থেংই।
(লৃজদবা থবক তৌবা)

১০৫। ঈথোংদা থবোই অমা ফায়বগুম্বনি।
(পোৎ অমা মাঙখ্রবসু মদুনা মাঙজবা ওইদবা)

১০৬। উচেক মখোঙ য়াওবা লাংদা থুই।
(কাঙলম চুম্না থবক তৌদবা মী অৱাবা তাই)

১০৭। অৱাং হুইদি মনা কল্লি।
(মীনা হায়বা তাদবা)

১০৮। য়াংকোক্তা লারু ওনবগুম্বনি।
(তৌথোরকপা থবক চূন-চানবা ওইবা)

১০৯। চফুগা উয়ানগদসু খেৎনৈ।
(পোৎ অমগা অমগা খেৎনবা)

১১০। সেবোত্তা মাইরেন তোপ্পগুমই।
(তৌথোরকপা থবক মওং তাদবা)

১১১। শৌগ্রি থোংবদা ঙাক্রিচৌ থাকপা।
(থবক তৌবদা মওং তাবা)

১১২। নারিবা মীদা বার্ত্তোন তৌবা।
(হায়দে হায়নি খন্দুনা হায়বা থবক্তা ওইদবা)

১১৩। লৈশাবীগী ঈশৈ তারগা হনুবীগা হনুবগা কেনৈ।
(ঈশৈ তারগা হনুবনা নহা ৱাখল লাকপা)

১১৪। অৱা মীকল তৌবা।
(অমগা-অমগা য়েনহল্লগা খামশিন্নবা)

১১৫। নাউফমনা মমা চেন্নে।
(থবক তৌবদা মরী মখোঙ শেংনা তৌদ্রবদি অৱাবা তাই)

১১৬। শঙ্গাইনা মকোক হঙ্গৎনা ইৎচবা ঙমজদে।
(মীগী মতেং পাংবা মী মশাগী থবক্তা শোয়জবা)

১১৭। থিঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিখোংদা তাইনবা।
(অকনবা মীগা মায়োক্নবা ঙমদ্রগা অশোনবদা তাইনবা)

১১৮। থাজদবা লূদা ঙা চঙবা, খোঙবল অপিকপনা মী লৌবা
(থাজরুদবা থবক ওইথোকপা)

১১৯। কৌজেংদা তেননা পানব্রা, লীন্দুনা সৌ ওইনা যুব্রা।
(খুদোং থীবা থোক্কনি খন্দনা অপাম্বা থবক তৌবা)

১২০। কোরফু য়োনথোক্লগা তুম্বা লেপ্পা।
(কান্নবা পোৎ থাদোক্লগা কান্নদবা পোৎ লেপশিনবা)

১২১। ওক্লমদা পান থাবা ষমলমদা লৌ লিংবা।
(মহৈ চারোইদবা থবক তৌবা)

১২২। তিলাইখোম্বীনা থমনা চাবা।
(অপাম্বা পোৎ থাদোক্তবা)

১২৩। লাল্লক্তা জগোই থোকপা লোংনা তাই।
(মতাং চাদনা থবক তৌবা শি)

১২৪। হৈর-হৈরগা ইবলিস ওনবা।
(অহৈবা মীনা ফত্তবগী শক্লোন লৌবা)

১২৫। মায়থিবগী মায়দা নাপল থেৎপা।
(শকথীবনা নাপল তৌবা)

১২৬। মপাম চাকসু চাদা মব্রা চাকসু চাদা।
(নাকল অনীমক্তা মাঙজবা)

১২৭। মমিদা খৌশাবা।
(অশোনবনা মমিদা অকনবা শাবা)

১২৮। চাদ-সন্না চখোম চাও উদ সন্না মীৎলাউবী।
(মালহন্দনা মশাগী ওইজবা লৌবা)

১২৯। মচীন্না চৈ থিবা চৈ চায়।
(মচীন থীবা মী লীচৈ চায়)

১৩০। খোংবাল অপিকপনা মী লৌবা।
(থৌশারুদবদগী থব্রায় মাঙবা)

১৩১। নুমিত্তা লৈখোম তৈগে হোৎনবা
(ঙল্লরোইদবা থবক তৌবা)

১৩২। মীৎতাংবনা নুমিৎ উদে, মদুবু নুমিৎকী মরাললা?
(কনাগুম্বা অমনা পোৎ অমা খঙদ্রগা মদু পোৎ অদুদা তাইনবা চুমদে)

**মথক্তা পীখ্রিবা পাউরৌশিং অসি নত্তবা অতৈসু য়াম্না লৈরি। পূম্নমক অদু মতাং অসিদা লোয়না হাপচদ্রে।**

**পাউখোং**

পাউখোং হায়বসি মৈতৈ পাঙলশিংনা মীরোল অমদগী মীবোল অমদা মখোয়গী পুন্সিগা শাগোন্নদুনা লাক্লি। মখোয়না খঙবা পোৎশক পোৎলমশিংগী মরমদা পাউখোং চন্নদুনা ঙসি ফাওবা লাক্লি। অঙাংশিংনা মখোয় মশেল শান্নমিন্নরিঙৈ অমদি লৈপুং ফম্বা মতমদসু পাউখোং চন্নে। পাখঙ-লৈশাবীশিংগী মরক্তসু পাউখোং চন্নে। করিগুম্বা মতমদা অহলশিংনা নুমিদাংগী মতমদা মচা-

মশুশিংদা পাউখোং চন্দুনা মতম লেনবগী থবক তৌই হায়বা য়াই। 'রিদল্ হায়বসি য়াম্না নিংথিজনা শেমজিন-শাজিনবা উপমাগী মশক্তি'[6] হায়না এরিস্তোতলনা ফোঙদোকই।

পাউখোং হায়বসি করিগুম্বা পোৎশক নৎত্রগা মীশক অমবু য়াম্না নিংথিজনা খঙহন্দনবা চাংদম্নদুনা শেম্বা ব্রাহং অমনি হায়বা য়াই। অদুনা 'পাউখোংশিং অসি চমম্নবগীদমক নৎত্রগা মদুগী পাউখুম খঙদবশিংগী লৌশিং চাংয়েংনবগীদমক্তা শেম্বা ব্রাহংশিংনি' হায়না রোজর দি অব্রাহমস অমসুং অলান দন্দিজনা হায়।

পাউখোংদা প্রমাণ পান্থেগুম্না চাংদম্নবগী মশক অসি মতম লৈবা খিবিক্তা য়াওদবা য়াদে হায়বা লৈতে। অদুম ওইনমক, অয়াম্বনা পাউখোং হায়বসি চাংদম্নদুনা চন্নে। 'পাউখোং হায়বসি করিগুম্বা মীশক নৎত্রগা পোৎলম পোৎশক অমা খঙদনবা তৌদুনা শেম্মী। অসিগুম্বা পাউখোং অসি কনাগুম্বনা ফোঙলবসু মাগী লৌশিংগী পান্বেনা ফোঙগনি।'

পূম্নমক অসিদগী খঙলে মদুদি পাউখোং হায়বসি মীরোল অমদগী অমদা চৎনবী ওইনা চীনবুংদা চন্নদুনা লাকই। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না মীতৈ পাঙল সমাজদা পাউখোংগী মশক অসি নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লক্লে হায়বা যাই। হৌজিক্তি মতমগী অহোংবা মতুং ইন্না লাইরিক-লাইশু তম্নরকপা, রেদিও, টি ভিনচিংবা লৈন্নবকপদগী মসিদা হেন্না থব্রায় য়াওশিনখিবা অমদি লাইরিক-লাইশুনচিংবা পানখিবনা অহাঙবা মতম ফঙনরক্তবদগী পাউখোংগী ব্রাখল লৈরক্তবনি। মরমশিং অসিদগী পাউখোংগী মশক অসি নোংম-নোংমগী মাঙশিল্লকপনি হায়বা তায়।

**কয়াৎঃ** পাউখোংগী মশক তাকচনবগীদমক মশাগী কযাৎ কয়ামরুম লৈ। মসি করিগুম্বা পোৎশক পোৎলম নৎত্রগা মীশক খঙদনবা উপমা তৌদুনা অমদি চাংদম্নদুনা শেম্বা ব্রাহং অমনি হায়বা য়াই। অদুম ওইনমক, পাউখোং অমদা চাংদম্নরবসু চাংদম্নদ্রবসু অচূম্বা পাউখুম অদু খঙহন্দনবা লোৎশিন্দুনা হংবা ব্রাহং অয়াম্বনা য়াওরি হায়বা য়াই। অদুগা পাউখোং হায়বসি মতম লৈবা খিবিক্তা চুম্না হায়বগী মওংবু ওইরবসু ব্রাহং হংবগী শাজৎ অসিদি মতম পূম্বদা শাগোন্নে। খঙবদা ব্রাহন্নবগীদমক্তা অচুম্বদু লোৎশিনবা হায়বসি মসিগী মরুওইবা শাজৎ অমা ওইরি।

পাউখোং হায়বসি অয়াম্বনা অতেনবা ৱাহংগী মওংদা শেম্মী। অদুবু করিগুম্বদা অশাংবা পাউখোংসু লৈতবা নত্তে। মসি মীওই কাঙলুপ অমনা খঙবা অমদি মখোয়গী পুন্সিগা শাগোন্নরিবা পোৎশক পোৎলমশিংগী মরমদা চন্নে।

পাউখোংশিংগী তোঙান-তোঙানবা থৌদাং লৈ। সমাজ অমগী অঙাংশিংবু লৌশিং জ্ঞান পীবদা অচৌবা থৌদাং কয়া য়াদুনা ঙসি ফাওবা লাক্লি। তশেংনা হায়রবদা পাউখোংনা মীওই কাঙলুপ অমগী মীশিং তোঙান-তোঙানবা লৌশিং জ্ঞান কয়া পীরি। পাউখোংশিং অসিনা নুংঙাইবা অমসুং অৱা-পোত্থানবগী থৌদাংসু তৌনরি। মখোয়না নৌরিবা অঙাংশিংবু ৱাখল খলহল্লি অমসুং লৌশিং জ্ঞান হেনগৎহল্লি। তশেংনমক পাউখোং চনবা হায়বসি চন্নরিবা মীওইশিং অদুগী মরক্তা লৌশিংগী চাংয়েং তৌবনি হায়বা য়াই। পাউখোং চন্নবনা চন্নরিবা মীওইশিংদা মখোয় মখোয়গী মীওই কাঙলুপ অদুগী সংস্কৃতিগী ওইবা মরু ওইবা পোৎশক-পোৎলমশিং খঙহনবগী থৌদাংসু পাঙথোক্লি। পাউখোংনা মাংলমচৎতগী হৌনা লৈরক্লবা লৌশিং জ্ঞান অমসুং থাজনবীশিং কয়া খঙহনবগী থৌদাংসু পাঙথোক্লি। অসিগুম্বা পাউখোংশিং অসি ফাগী জুগায় তৌবদসু শীজিন্নরি। মৈতৈ পাঙলশিংনা পাউখোংবু অহাংবা মতম, হরাও-কুম্মৌ অমসুং নুমিদাং ৱাইরমগী লৈপুংফম্বা মতমদা অয়াম্বনা চন্নে।

মীতৈ পাঙলশিংনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা চীনথাংদা শীজিন্নদুনা লাক্লিবা পাউখোং খরা মখাদা থমজরি।

১) মমা ফনেক থোক, মচা ফনেক শেৎ করিনো? — ৱা।

২) মনা লৈরগা মরৈতোন তিংবা করিনো? — লেমতোন।

৩) মপান তিঙ্খং মনুং সনা করিনো? — থৈবোং।

৪) মনুং শিকি মপান সনা করিনো? — মোরোক .

৫) লৌবিদি অমত্তা শিরিদি অনী করিনো? — লা।

৬) পাৎ অমদা উচেক অমা তাবা ঈশিং কংদ্রিফাওবা পাইদবা করিনো? — থাউমৈ।

৭) মনা থাঙ্গোল মহৈ নূংদুম করিনো? — হৈগ্রী।

৮) লৌরিদি মবি শিরিদি অমত্তা করিনো? — ফক

৯) পায়র খুদাপ হুল্ল পরি করিনো? — নিপা ইন হুনবা

১০) মীৎলাও পরেং করিনো? — বের খাবা।

১১) উপু অমগী মনুংদা হুইদেম (শম্বল) ঙাক্তা লৈবা করিনো। — থবী।

১২) কাচিন লাইমু করিনো? — চফু।

১৩) হেক পায় মবুক পায় হেক পায় মনম পায় করিনো? — থোং।

১৪) চীংখাদা কৌরগা চীংথক্তা খুম্বা করিনো ? — হিদাকফুদা হিদাক থকপা।

১৫) মখ্বাং মেৎলগা লম্বী তাকপা করিনো? — তোর্চ লাইত

১৬) মবুক্তা চারগা মচিন্দা ফায়বা করিনো? — লু।

১৭) অনাবনা উপ্পা মাইবনা লোঙবা করিনো? — গাড়ী শেম্বা।

১৮) মমা পুক্কুংবিনা মচা লুকোকপবু থৌদাখিবা হল্লক্তবা করিনো? — সাইরোং (লীরুং) কাপ্পা।

১৯) নিপা অনী লমজেল তান্নবা অমনসু হেন্দবা অমনসু থোইদবা করিনো? — খোঙনা চৎপা।

২০) মনগন্না চৎপা করিনো? — হি

২১) অশিবনা অচংবা পুবা করিনো? — হি-দা মী পুবা।

২২) চিংল-চিংলগা তেনশিল্লকপা করিনো? — চুরুট-বেড়ী থকপা।

২৩) শির-শিরগা য়াম্নখৎলকপা করিনো? — পয়া শিবা।

২৪) শিরগা হরাওবা করিনো? — লিক শিবা।

২৫) মরল লৈতনা দলান শাবা করিনো? — তিনথ্রোক।

২৬) মমা মপানা পোকপদগী মমিং থোন্দ্রবসু মশানা মশাগী মমিং কৌজবা করিনো? — ক্বাক

২৭) চৎলে রেলগাড়ী লেপ্লে পৈশা শিকি করিনো? — নাকোং চঙবী।

২৮) নাদনা শিরে হায়বা করিনো? — থা।

২৯) শিরবমক্তদা নারব্রা হংবা করিনো? — ঙা

৩০) নুংশি-নুংশি হায়রগা চারমদাইদা হুন্দোকপিবা করি পোৎশক্লো?
— তেজপতা মনা।

৩১) সনাবু লুপানা য়োম্বা করিনো? — য়েরুম অফুৎপা।

৩২) অমুনবদগী অশংবনা হেন্না হাওবা হৈ করিনো? — থবী।

৩৩) উরম্লবদি পুরক্লল্লোয়, উদদুনা পুরকপনি? — তিম্বাং য়ুবা।

৩৪) খুইরগা হাওবা হৈ করিনো? — হৈবী।

৩৫) চৎপদি লেপ্তুবা মফমদুদগী হেন্দোক্তবা করিনো? — ঘড়ী।

৩৬) তাঙবদি তাঙবা মীনদি পাম্নদবা করিনো? -- কোক তাঙবা।

৩৭) থবক শুরিঙৈদা পোত্থাবা, শুদ্রগা থবক শুবা করিনো? — সাইকল ষ্টেন।

৩৮) ফুরগা চাওবা ফুদ্রগা পিকপা করিনো? — লশিং।

৩৯) মমানা মচাদা খুরুম্বা করিনো? —সনাবুলদগী খুজাইদা ঈশিং হৈবা।

৪০) ময়াম্নদি শিরে-শিরে হায়বা অদুবু নোংমা লৈরগা হিঙ্গৎলকপা করিনো?
— থা।

৪১) মনিং হল্লগা ঙম্বা শকপা করিনো? — থৌরি চিংনবা।

৪২) মচিন মনাও অনীখক মশক চপ মানৈ, অমা হেক মাংখিবদা অমদুসু কান্নহৌদবা করিনো? — খোঙউপ ☐

মতেং লৌখিবশিং ঃ


1. **Allan Dundes (Ed.)**, The Study of Folklore, New Jersy, Prentice. Hall, 1965 p. 299

2. **Maria Leach (Ed)**, Standard Dictionary of Folklore, Mythology and Legend, Vol-2, New York; Funk & Wagnalls company (c) 1950, p. 902

3. **Emrich Duncan**, Folklore on the American Land, Toronto, 1922, p. 62

4. **J.H. Brunvand**, The Study of American Folklore: An Introduction (2nd Ed), New York : W.W. Norton, 1978 p. 52

5. **Roger D. Abrahams,** 'Proverb and Proverbial Empressions in Folklore and Folklife: An Introduction (Ed).
Richard M. Dorson, Chicago, The University, of Chicago Press, 1972, p. 117

6. **Y.M. Sokolov,** Russian Folklore, New York, The Macmillan company, 1950, p. 282.

7. **Roger D. Abrahams** and **Allan Dundes,** Riddle in Folklore and Folklife: An introduction (Ed) Richard M. Dorson Chicago, University of Chicago, 1972, p. 130

8. **C.S. Burne,** The Handbook of Folklore, London, Sidgwick and Jackson Ltd.. 3 Adam Street, Adelphi. W.c., 1914, p. 284

9. ওজা দা. ঐচ নোনিকুমার সিংহ, লেকচরর, আসাম য়ুনিভর্সিটি, মণিপুরী মশঙ, গা ব্রাবী শাজরুবা।

# মণিপুরী মুসলিমশিংদা চেফোঙগী ঈহৌ লাকখিবা

*এম. এম. অহমদ*

মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈরিবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা মণিপুরী মুসলিম (মীতৈ পাঙল) অসিসু অমনি। লমদম অসিদা খুন্দা- লৈতাদুনা লৈবা মণিপুরীনা মমারোল ওইবা অনীশুবা কাঙলুপ নৎত্রগা জাতি অমা থিরকপা তারবদি মণিপুরী মুসলিম (মীতৈ পাঙল) অসিসু অমনি। জাতি কাঙলুপ অসি লাইরিক-লাইশু হৈবা মশীং য়াম্না হন্থরি। ফার্সিনা মমালোন ওইরম্বদগী লমদম অসিদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখ্রবা মতুংদদি মণিপুরী হায়বা লোল অসিনা তপ্ন-তপ্না মমারোল ওইখি।

লোল অসিবু চাউখৎহন্নবা হোৎনবদা পাঙলশিংসু অচৌবা থৌদাং লৈরিবনি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা জাতি অসিনসু অঙন্বা মতেং পীরি। সাহিত্যবু নুংশিজবা মসিবু চাউখৎহন্নবা হোৎনবগী লম অসোমদা চঙশিল্লকপা মশীংদি জাতি অসিদা য়াম্না ৱাৎলি। ঐখোয়না থিজিন- হুমজিনবদগী ফংলকপা অমসুং মুসলিম অইবশিংগী লাইরিক অমসুং জর্ন্যালশিংদগী ফংবা মচাকশিংদগী খঙবদি ইংশোক ১৯৩০ অদুৱাইদগী মুসলিম (মীতৈ পাঙল) শিংসু ইবগী লমদা খোঙ থাংজিনবা ফজনা হৌরে। ঐখোয়না থেংনবদা 'পুন্সিরাৎকী পান্বে' কৌবা ইসলাম ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোলগী মরমদা ইবা লাইরিক অসি ইংশোক ১৯৩৮ দা ফোঙদুনা মীয়ামদা ফঙহনবা ঙমখি। লাইরিক অসিগী অইবনা মুন্সি অমানুল্লাহনি।

মতম অদুগী মুসলিম লাইরিক- লাইশু হৈরবা মীওইশিং ইবগী থবক্তা কয়া খোইজংলমদে। থৱায় য়াওবা য়াম্না ৱাৎখি হায়বসি ঐখোয়না থেংনরিবা মরম ময়াম অসিনা অদুম তাক্লবনি। কনাগুম্বনা ইরকপা, পুথোরকপা অদুসু মখোয়না শিংথারমদে। হোৎনজরুবা খুদিংমক অফবা মওংদা পুখৎপীবা য়াওদে। 'মখোয়না করি খঙদনা' হায়বা অসোমদা খন্দোকখিদুনা নোক্লবিবা, করেম্নবা কয়া তৌদুনা

মীওই অদু নমথবিবা অসিনা মতম অদুগী লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিং অদুগী মচৎনি। মদুগী মওং অদু ২১ শুবা শতাব্দী অসিদসু চৎনরি।

অসিগুম্বা ময়াম অসিগী মরক্তা সাহিত্যবু নুংশিজবা ইনিংবগী ঈথৌ লাংলকপা মীওইশিং অদুবুদি হায়রিবা কাঙবু অসিনা থৈদোক্তুনা পুখিবা ঙমদে। মবক মরক্তা মানা-মানা হৈনজবা হীরমদা লাইরিক, জর্ন্যাল মতম মতমগী পুথোরকই।

অঙনবা মতম হায়বদি ১৯১০/২০ গী মমাঙ অমসুং মতুং অদুৱাইদা মুসলিমশিংগী মরক্তা অইবা লৈরম্লবসু মদু লাইরিক, জন্যাল ওইনা ফোঙদোকপা নৎত্রগা অইবা থল্লম্বগী খুদম ফংদ্রবনা লৈরম্মী নৎত্রগা লৈতে হায়বসু লুনা থেক্লে। অদুম ওইনমক খৃষ্টাব্দা ১৯৩৮ দা লাইরিক ওইনা পুথোকখ্রবনা শোয়দনা অইবা নৎত্রগা লম অসিদা থিজিন-হুমজিনবা মীওই, সাহিত্যবু নুংশিজবা, থৱায় য়াওবা লৈরমগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। মরু ওইনা মুসলিমশিংনা লাইরিক লাইশুরোমদা থৱায় য়াওরবসু মদু ইসলাম ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অসোমদা হেন্না থৱায় লুপশিনবা, শোয়ফদবা মথৌনি খন্না চৎলি। মতৌ অসিগুম্না সাহিত্যদা থৱায যাওরম্লবদি য়াম্না ঙন্না য়ৌনিংবা মফম যৌবা ঙম্লমগনি। ইংশোক ১৯৫৭ তা ইহান হানবা ওইনা 'থৌদাং' হায়না মিংথোনবা থাগী চেফোঙ অমা পুথোকখি। মদুগী সম্পাদকনা হমিদুদ্দিন মুহম্মদ য়হয়ানা ওইখি। চেফোঙ অসি কুইনা হিংবা ঙমখিদে। অহনবা পুথোকখিবা অদুগী মখা অমুক চৎথবা ঙমখিদ্রবা মাল্লি। মদু শেলথুমগী ফিভম ফত্তবনা তৌব্রা নৎত্রগা পাবিনবা ৱাৎপদগী কোপী মশীং তাদুনা লৈবদগী ওইখিব্রা চপ চাবা খঙবা ঙমদ্রে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু চেফোঙ অমা পুথোক্তুনা লমদম অসিদা লৈরিবা ফুরুপশিংগী মরক্তা খজিক্তা ওইরবসু ইমালোলবু যোখৎপা অমসুং সাহিত্য লৈকান্দা খোঙদাবা ঙম্নবা হোৎনরম্বা অসিগীদমক্তদি সমপাদকপু থাগৎতবা ঙম্লোই।

ইংশোক ১৯৬২ দা ইসলাম ধর্ম্মগী মরমদা নৈনবা থাগী ওইবা চেফোঙ ''পয়ামে ইসলাম' কৌবা মুহম্মদ হুসেননা সম্পাদক ওইদুনা পুথোকখি। মসিসু কুইনা হিংবা ঙমখিদে। অদুম্মক ঈরোলুংদা লুপখি। মতম মতমগী মুসলিমশিংগী মরক্তা চেফোঙ অমা লেপ্তুনা পুথোকপা পাম্বা মীওইশিং থোরকখি। ইংশোক ১৯৭৮-৭৯ চহীশিং অসিদা তোঙান-তোঙানবা চেফোঙশিং পুথোকখিবা

থেংনৈ। ইংশোক ১৯৭৬ দা কছাড়দগী 'নুমিৎ লৈ' থা অহুম/অহুমগী ওইবা চেফোঙ মুহম্মদ অব্দুস সাহীদ চৌধুরীনা সম্পাদক ওইদুনা চহী অহুমলোম চাং নাইনা ফোঙখি। অতোপ্পা অমনা রহিমুদ্দিননা সম্পাদক ওইদুনা 'য়াইফ-ঈচৈল' ১৯৭৮ দা পুথোকখি। চহী অসিমক্তদা অব্দুল হাকিম শাহনা সম্পাদক ওইদুনা থা অহুম/অহুমগী চেফোঙ 'কুমওন' পুথোকখি। চেফোঙ অহুমমক পুমলেপ লেপখ্রে। ইংশোক ১৯৬২ গী মতুংদা হায়বদি ১৯৭৯ দা অমুক হন্না ইসলাম ধর্ম্মগা মরী লৈনবা চেফোঙ 'বদরুল মুনীর ' থা অহুম/অহুমগী ওইনা মৌলবী অজীমুদ্দিননা সম্পাদক ওইদুনা চাওরাক্লা চহী তরুক লোম চাং নাইনা ফোঙলম্মী।

খ্বাইদগী শিংথানিংঙাই ওইরিবদি কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা লৌরম্বা অমসুং তৌরম্বা চেফোঙগী থবকশিং অসিনি। কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম থোইদোক্লা লম অসিদা শক তাক্লুদ্রবসু মীয়াম অমসুং সাহিত্যবু পাজমবা মীওইনা হেন্না খঙনরবা মীশক্লি। মণিপুরদা লৈরিবা মুসলিম (মীতৈ পাঙল) শিংগী মরক্তা সাহিত্য অমসুং চেফোঙগী লমদা তোমথিন ঙাল্লম্বা মীশক্লি। মতাং অসিদা মহাক্কী মরমদা ৱাহৈ মঙা তরাং ইরমদ্রবদি মহাকপু ৱাংনা থাঙ্গৎলুবদু অরেম্বা ওইবা তারে।

মহাক (কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম) কৈরাও মক্তিং মেঞ্জোর ইংখোলদা খৃষ্টকুম ১৯৫৩ গী জুলাই ২৬ নোংমাইজিং নুমিৎতা লৌমী অমগী ইমুংদা পোকই। লাইরনা হৌরকই।লাইরনা পুন্সি লোইশিনখি। লম্বীগী খুদোংথিবা থৌদোক অমদা ২০০৩ গী জুলাই তাং ১৩ (নোংমাইজিং ) দা তাইবং থাদোকখি।

মহাক্লা সাহিত্যবু পামজবা অমসুং সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌরকখিবসি চাওরাক্লা খৃষ্টকুম ১৯৭৩ গী লোইশিল্লকপা শরুক্তনি। শ্রীবী. এম. মাইস্নাম্বাগা য়াম্না নকশিন্না চৎমিন্নখিবা মীশক্লি। মাইস্নাম্বনা 'ইরৈপাক' (থাখায়গী ) চেফোঙ পুথোক্তুনা চাং নাইনা ফোঙবা হৌরকপদা কয়ামুদ্দিনসু মহাক্কী মতুং ইন্দুনা চেফোঙ অসিদা য়াওশিনখি। পূন্না মখল মথেলগী লাইরিক তরামুক ফোঙখি মদুগী মনুংদা মশানা ইজবা অমসুং সম্পাদক ওইখিবসু য়াওরি। শৈরেং লাইরিক ২, উপন্যাস ২, ৱারীমচা ১, অঙাংগী লাইরিক ২, সম্পাদক ওইনা লাইরিক ৩ অমসুং চেফোঙ ৪ গী সম্পাদকসু ওইরম্মী। অসিতসু নত্তনা মতম মতমগী মণিপুরদা ফোঙলিবা মমিং লৈবা চেফোঙশিং , পাউচেগী থোংদা ৱারেং, শৈরেং, মখল মথেল কয়া

ফোঙখি। মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্না ইরম্বা খুৎই লাইরিক 'শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল' (ৱারী মচা ) ২০০৪ ইংদা মুসলিম রাইটর্স ফোরম হৌজিক্না রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর হায়না খঙনরবা সংস্থান অসিনা অচংবা শেল পুথোক্তুনা ফোঙখি।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম ৱাশক চেৎপা মীশক্নি। মহাকনা তৌগে খনখিবদু ঙম্নবা হোৎনৈ। মদুদা মহাক ইকাইবা হঙ্গোইবা লৈতে। ৱারেং,শৈরেং খরা ইরগা পেন্থোকপা হৈতে। ইংশোক ১৯৭৮ দগী ১৯৮০ ফাওবা লেপ্তানা 'খোম্থাং ' থা অহুম অহুমগী ওইবা চেফোঙ পুথোক্লম্মী। অদুবু চেফোঙ অসিগী মতাংদা চয়েৎনবা লাকপদগী 'খোম্থাং ' হায়রম্বদী 'পান্দম' হায়না মমিং ওল্লগা অমুক ফোঙবা হৌখি। মথক্কী চেফোঙ অনী অসিগী সম্পাদক কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা ওইখি। 'পান্দম ' সু মমিং ওল্লুবনরা করিনো অহানবা ফোঙবদগী মখা অদুম লেপখ্রে। চেফোঙ অসিসু পুন্সিখিদ্রে।

মমালোলবু নুংশিজবা অমসুং হোৎনবদা হনবা লৈতবা মীশক অমা ওইবনা খৃষ্টকুম ১৯৮০ ওক্টোবরদগী অমুক হৌদুনা 'মিংশেল' হায়না মিংথোন্দুনা চাং নাইনা পুথোকপা হৌখি। শাংলবা মতম কয়া সাহিত্য, কালা, সংস্কৃতি অমসুং নাৎকী ওইবা ৱারেং, শৈবেং মখল মথেলগী ৱারী য়াওবা মীপুম খুদিংনা পান্নমা পানখিবা থা ২/২ গী ওইবা চেফোঙনি। চেফোঙ অসিগী সম্পাদকসু কয়ামুদ্দিন মশানা ওইখি। অসিগুম্বা চেফোঙ অসি ১৯৯৩ ওক্টোবরদা পুথোকখিবা ৪০ শুবা মশীং অসিগী মতুংদদি 'মিংশেল' পুথোকপা থেংনখিদ্রে। মসিগী মরম অমদি ঐনা খনবদা শেলথুমগী ফিবম ফল্লক্তবা অমসুং ওফিসকী থবক থাদোক্লগা মায়পুননা থবক অসিদা ওনশিনবা ঙমদবদগী চেফোঙ অসি তপ্ন-তপ্না শিথখিবা ওইবা য়াই।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম অশেংবা সমাজ সেবক অমনি। ইবগী লমদা মাঙোন্দা করিসু অৱাৎপা লৈখিদে। পুন্সিগী অয়াম্বা তাঙ্কক ইবরোমদা লৈখি। মহাক অশেংবা জন্যালিজমগী লৌশিং জ্ঞান লৈবা মীশক্নি। শাংলবা চহী ১৩ লোম 'মিংশেল ' গী সম্পাদক ওইরম্বা হায়বসি অরাইবা অমদি নত্তে। মসিগীসু মথক্তা মতম মতমগী পুথোক্লিবা অতৈ চেফোঙশিংদা মশানা ইবা ৱারেং, শৈরেং ৱারীমচানচিংবা ফোঙখি।

ঙল্লিগৈঁ মতমদগী হৌনা শ্রীবী. এম. মাইস্নাম্বগী (শক্লাইবা নোভেলিষ্ট) মতুং ইন্দুনা চেফোংগী মঙাল ফজনা ফংখি। ইথোরকপা ৱাহৈ-ৱাতা ফজৈ, চঙখোল্লি। মহাক্না চেফোংশিং পুথোকখিবদা নৎত্রগা থবক অমা ওইনবা হোৎনবা নৎত্রগা শিন্নবদা মদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা চোকথবা লৈতনা অয়ুক নুমিদাং খায়দনা কোইচেল চেল্লম্মী। মাঙোন্দা শিন্নবা থবকশিং শোয়দনবা হোৎনবতা নত্তনা কনানা করি তৌরি, করি হোৎনরি হায়বদুসু কোইচেন চেন্দুনা খঙদোকই লোয়ননা থবক থৌরম খুদিংদা হেক্তা য়াওরম্মী। নোংমগী মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ চঙহৌদবদা মশাদু অনাবা মীগুম ইচোক-চোকথৈ, হৈনিংদে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মহাক্কী পুন্সি লোইবা ফাওবা পোত্থাফম ওইখি। মসিগীসু মথক্তা মহক্না ফাউন্দর ওইরগা লিঙ্খৎচরম্বা ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন (ইকরা), মুসলিম রাইটস ফোরম হৌজিক্না রাইটর্স য়ুনিয়ম, মণিপুর হায়না মমিং ওনখ্রবা সংস্থানশিং অসিসু ঙসিদি য়ং-য়ং লাউনা মশা মরেং ফন্দোরক্লি।

পাঙলশিংগী চাং নাইনা ফোঙবা নুংতিগী চেফোঙ লৈতে। অসিগুম্বা অৱাৎপসি উবগা কয়ামুদ্দিননা লমজিংদুনা অহানবগী ওইনা থাখায়গী চেফোঙ 'ইমা লৈবাক' ইংশোক ১৯৯৪ দগী হৌরগা ১৯৯৭ ফাওবা লেপ্তুনা ফোঙখি। ইমালৈবাক পাব্লিকেসন বোর্দনা চেফোঙ অসি কুপ্না য়েংশিল্লি। বোর্দ অসিগী সেক্রেটরী কযামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা ওইখি। 'ইমা লৈবাক' কী সম্পাদকনা রসিদ অলীনা ওইখি। য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা শোয়দনবা তুংমাঙ য়েংলগা হিংহন্দবা য়াদে হায়বা ৱাখলদা চেফোঙ অসি লেপখিদনবা বোর্দ অসিনা হোৎনরম্মী। চেফোঙগী মগুণ খঙদবা পাঙলশিংনা চেফোঙ অসি হিংহন্নবা অঙম্বা মতেং, সজেসন, লৌশিং জ্ঞান পীরকখিবা লৈতে।অদুনা চেফোঙ অসি চাওরাক্না চহী অহুমলোম ফোঙলম্লগা ৱাৎলিবা শোত্থরিবা পূম্নমক অদু মেনশিনবা ঙমদবদগী চেফোঙ অসি ঙসিদি মুৎখ্রে। মণিপুরদা ফোঙলিবা চেফোঙশিং - নুংতিগী, চয়োলগী নৎত্রগা থাগী ওইরবসু ফিভম ফল্লক্তবা, শিথবা য়াওদবা নত্তে। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না অমুক হিঙ্গৎলকপা য়াম্না য়াওরি। মণিপুরী মুসলিম (মীতৈ পাঙল) শিং অসি মশা মশাতগী কান্নবা থিবা ওইনা তৌই। থৱায় য়াওবা, হৈনিংবা, মীয়ামগী খনবা য়াওরক্লবসু মদু সমাজ অসিনা নাথৈদুনা থম্বী। অমরোমদা কাঙলুপ অসিগী

অশোনবা, অৱাংপা ময়ামসি উরগা থম্মোয় শেংনা জাতি অসিবু য়োখৎপা পান্বা মীওই য়াওরমগনি। অদুবু শেন থুমগী ফিভম ফত্তবনা ওইরম্বা য়াই জাতি অসি চাওখৎপগী মমি অমত্তা উবা ফংদবসি।

মণিপুরী মুসলিমশিংগী মরক্তা ইহান হান্না নুংতিগী পুথোকপা পাউচে অমা ইংশোক ১৯৮৩ নভেম্বর তাং ৫ দা পুথোক্নুনা মীয়ামদা ফংহনবা ঙমখি। থবক অসি মায়পুননা হোৎনখিবা অমসুং মেনেজর ওইনা থবক পুখিবনা ওজাগী শিনফমদা লৈরম্বা মুহম্মদ অব্দুল হেলিম, খেত্রিগাওদা লৈরম্বা অসিনি। চেফোঙ অসিগী মমিং 'মতমগী ঈচৈল ' হায়না থোনখি। মসিগী ইডিটরনা এন. মোধু সিংহ থোংজুদা লৈবসিনা ওইখি। মুসলিমশিংগী মরক্তগী অসিগুম্বা পাউ চে অমা শাফোংলকপা হায়বসি পংনা থোকপা নত্তে। মসি থাগৎনিঙাইর্নি। মসিবু হিংহনবা হায়বসি মতমদুগী মীওইশিংগী চাউরবা থৌদাং অমা ওইরিবনি। ঐনা মসি থেংনরুবসি মুসলিমশিংগী ইরাই নুমিৎ নমাজ শোনবগী পাউনা বাজার ইম্ফালগী মসজিদ অসিদা মীয়াম তিল্লকপদা মসিবু শিল্লি-লাংলিবা প্রোপাইটর অদুনা নুংতিগী পুথোক্নদবা পাউ চে "মতমগী ঈচেল" অসি চাং নাইনা পাবিয়ু-হেন্না মপূং ফাহন্নবা মতেং সজেসন পীবিয়ু হায়না মীয়ামগী মতেং নিখিবদু হৌজিকসু মীৎতা শং-শং উরি। কুইনা হিংবা য়াদে হায়বগী মওংদা পাউ চে অসি নমদুনা পুথোক্লিবা হমিদা প্রেস. মসজিদ রোড, ইম্ফালদা লৈবা অদু অহিং অমদা শকখঙদবশিংনা তুম্না মৈ থাদোকপীরম্বদগী চেফোঙ অদু মখা তানা অমুক পুথোকপা ঙমদনা থুপচিনখি।

মতম অদুদা অৱাবা চৈথেং ফংখিদ্রবসু ঙসিদি তপ্প-তপ্পা মদুগী মমি তারক্লি। অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তনা থল্লবা সমাজ অসিদা মসিমদি খরা মফরে হায়নিংঙাই লৈতে। তুং-মাঙ য়েংবদা চপ মান্নে। অহোবগী অহোবা ঙাক্তা ওইরবনিনা করিবু করি তৌগদগে মখল্লক্লে। অদুগুবা অৱাৎপা ময়াম অসিনা নোংম-নোংমগী মশীং খঙদনা হাপকৎলকপনা মণিপুরী মুসলিম (মীতৈ পাঙল) শিং অসি কদোমদা লুপশিনখ্রবনো থিদোকপদা ৱানা থোক্লে। লাইনা লাইচৎ মশক খঙলক্রে।

করি মরমদগী অসুক ফিভম শোকচিনখ্রিবনো কনানসু খল্লুদে, থিজিল্লুদে। মাগী মাগী তৌগদবা মথৌ অদুম তৌদুনা নিংঙাইদনা লৈথোক্লি। অদুনা নৌনা হৌরক্লিবা লাইরিক-লাইশু নিংথিজনা খঙ-হৈরবা মুসলিম নহারোলশিংগী মরক্তা

মরী মখোঙ থিবদা ফংবা ৱানা থোক্লে। মসি করিদগী ওইখিবনো ঙসিগী মীরোলনা কুপ্পা থিজিনবা মতম ওইরে।

চেফোঙদি মতম মতমগী অদুম পুথোকখি। কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা চেফোঙ পুথোকপা হৌরকপা মতমদা,ইকাই কান্নদনা খোঙজেল য়াংনা চেনবা ঙম্বা সাহিত্য, কলা, সংস্কৃতি অমসুং জর্ন্যালিমজগী ইহৌ লৈবা থৱায় য়াওবা মুসলিম মহৈরোইশিং থোরকখি। এ. কে. য়ুমখাইবগী থাগী চেফোঙ 'ফিদম' ইংশোক ১৯৮০ দা পুথোকখি। অমুক্তগী হেনখিদে। মথংদা ইংশোক ১৯৮৯ দা সহাবুদ্দিন কুবেসীনা 'য়াইফ ঈচেল ' পুথোকখি। 'খ্বাই লমজেল' (থা ৩/৩গী, 'পুর্ণিমা' (থা৩/৩ গী ) সলামৎ শৈখনা সম্পাদক ওইদুনা পুথোকখি। পুম্নমক হান্নগুম্না ইরোলনুংদা লুপখিবা ঙাক্তনি। জিরি অমসুং কছাড়দা য়ুম্ফম ওইরগা পুথোকপা 'লিকলম' চহী অনী অহুম লেপ্তুনা পুথোক্লল্লগা পাবিনবা ৱাৎপগী ওইরিব্রা অদুম মাঙখ্রে। চেফোঙ অদুগী সম্পাদকনা এফ. অহমদনা ওইখি।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনা হিংলিঙৈ মতমদা য়াম্না পামজনা চহীগী ওইবা চেফোঙ অমা পুথোকসি হায়না পুনখৎলকপা ৱাফম মুসলিম বাইটস ফোরমগী (হৌজিক্না রাইটর্স য়ুনিয়ম, মণিপুর হায়না মমিং ওনখ্রবা) মেম্বরশিংনা হরাওনা য়াবগা লোয়ননা 'পাম্বৈ' হায়না মমিং থোন্দুনা মখল মথেলগী আর্টিকল খোমজিন্দুনা ফোঙনবা হোৎনরম্বদু লাইবক থিবা থৌদোক অমনা পুন্সি তেনখি। চেফোঙ অসিগী সম্পাদকসু মহাকসু ওইনবা খনখিবনি। মতুংদা বেঞ্জামিন এম. শাহবু ইডিটর ওইহল্লগা ইংশোক ২০০৩ হী সেপ্তেম্বরদা ফোঙখি। চেফোঙ অসি মথং অমুক পুথোক্লবা পান্দমদি লৈ। থবক ওইনা ওন্থোকপদি ঙমদ্রি। শোনজিল্লকপনা মহেল্লি। ৱারবসু ৱানা চহী ২/৩ লেপ্লুরগা অমুক ইংশোক ২০০৯ জুন থাদা চেফোঙ অসি অমুক পুথোকপা হৌরে। মসি থা ৬/৬ তা পুথোক্লবা পান্দম থল্লি।

হৌজিক হৌজিক 'কাওসিং' কৌবা চেফোঙ অমা লিলোংদগী ফোঙবা অসিসু শিবগা পাঙখক ওইরে। মপাঙ্গল য়াওদ্রবা মরেক মহাও থোক্রবা অমগুম্লে। পুথোকফম থোকপা মশীং চাং নাইনা পুথোকপা ঙম্লক্রে। বাজারদা চেফোঙ অসি উবা ফংখিদ্রে।

মতম অসিদা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈপাঙল) শিংনা লেপ্তুনা পুথোক্লিবা চেফোঙ অমা থিরকপা তাববদি 'ইথিল' না ওইরি। চেফোঙ অসি থা ৪/৪ দা পুথোকপনি। ইডিটরনা এফ. অহমদনি। চেফোঙ অসি ইষ্টান মেদিয়া সেন্তর (প) লিমিটেদ, সিঙ্গেরবন্দনা পুথোকপনি। ইডিটরিয়েল ওফিসনা খুঞ্জাবষ্টি, পয়লাপুল, কছাড়না ওইরি। চেফোঙ অসি ইংশোক ২০০৫, জনুৱারীদগী হৌবনি। থা ৪/৪ গী ওইনা পুথোকপা চেফোঙ অসি ৱারেং, শৈরেং, মতমগী ৱাফমনচিংবা হাপচিন্দুনা মপূং ফাহনবা ঙমলবা অমসুং মতিং লৈবা কনানা শেল মতিক চানা থাদবিবা ঙল্লবদি শোয়দনা মায় পাক্কনি খল্লি। মসিবু হিংহনবা হায়বসি ঐখোয় পূন্নমক্কী খূৎতা লৈরে। অদুবু লুরিবদি চেফোঙ অসি হৌজিক্তি মমি শান্নক্লে। চেফোঙ লেপখ্রে।

মণিপুরী মুসলিমনা মেদিয়াগী ৱাফমদা তায়োন্ননা লৈরিবসি মেদিয়াগী কান্নবদু মমুৎ তানা খঙবা ঙমদবদগী ওইরিব্রা? মীওই অমগী, জাতিগী অমগী হায়নিংবা ঙাঙনিংবা মখোয়গী ৱাখল পূন্নমক মেদিয়াগী থোঙদা চঙলক্কদবদু খঙদবগুম তৌরি। চেফোঙ অমনা মীয়ামদা কয়া য়াম্না কান্নবা পী হায়বদু পাঙল সমাজদদি মমি তাবা ৱাৎলি হায়বদা লাল্লোই। ❑

# মণিপুরী সমাজদা মীতৈ অমসুং পাঙল

*কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম*

তাইবঙ মপূগী নোংদমদগী মণিপুরদা মুসলিমশিংনা খুন্দা-লৈতাদুনা লমদম অসিগী মপূং ওইরিবা ফুরুপ মীতৈশিংগা সমাজগী চৎনরোল কয়াদা শরুক য়ামিন্নদুনা অতিয়া অমগী মখাদা ঈশিং-নুংশিৎ অমসুং চীং-পাৎ, তুরেল অমতগী খুদোল য়েন্ন-য়েন্নদুনা চামিন্ননা লৈরকপা ইতিহাসকী চৈশীংদা চহী ৪০০ রোম শুরক্লে। লাইনিং লাইশোলগী মওংদা খেন্নবা কয়া লৈজরবসু লমদম অসিগী চৎনলোন অমদি য়ুম্লে-কৈরৈনচিংবগী মওং কয়াদদি খেন্নবা লৈরক্তে।

ঐখোয়না পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্তা খুন্দাখ্রিবা মুসলিমশিংগী ৱারী নৈনবদগী খঙঙি— মুসলিমশিংবু অতোপ-অতোপ্পা লৈবাকশিংদা লমদম অদুগী মীওইশিংনা তোঙান-তোঙানবা মমিং (ৱাহৈ) না খঙনৈ। খুদম ওইনা পল্লবদা চিনাদা মুসলিমশিংবু লমদম অদুদা লৈরিবা অতোপ্পা মীওইশিংনা "হুই" হায়না খঙনৈ; থাইলেণ্ডদা লৈবা মুসলিমশিংবু মফম অদুগী মীশিংনা "হাও" হায়না খঙনৈ; অৱাং থংবা বর্মাদা লৈবা মুসলিমশিংবু "পানসি" হায়না খঙনৈ। পাঙল থোনখিবগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা মোৎ কয়ামরুম লৈ। মদুদি — "পাঙল" হায়বা ৱাহৈসি "বাঙ্গাল" হায়বা ৱাহৈদগী থৈথরকপা ৱাথৈনি। অতোপ্পা অমনা মমাঙঙৈদা মীতৈনা নোংচুপলোমদগী লাকপা মী পূম্নমকপু পাংঙল কৌরম্মী। অদুদগী খাগেম্বা মহারাজগী মতমদা ফাহৌবা মুসলমানশিংবু বাঙ্গলাদেশতগী লাকপনি হায়দুনা পাংঙল কৌরগা অতোপ্পা কাংবুবু 'ময়াং' কৌনখি। 'মুসলিম' হায়বা ৱাহৈগী অর্থ 'পাঙল' হায়বা ৱাহৈদা চেন্দে। তৌইগুম্বসুং চৎনবী অমা ওইনা 'পাঙল' হায়রগা মণিপুরদা লৈরিবা মুসলিমশিংবু খঙনরে।

মুসলিমদি তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্কী মী ওইবা য়াই। তৌইগুম্বসুং ইসলামদি লমগী অমসুং লোনগী ঙমখৈনা শেম্বা নত্তে। মসিদি লৈরম অমসুং নোংলম অনীমক্কীনি।

মৈদিংঙু খাগেম্বা স্না হাক্তকগীনা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা স্না হাক্তক ফাওবা মণিপুরদা নোংচুপলোমদগী পাঙলশিং থোরকখি অমসুং মখোয়দা নিংথৌনা মীতৈ নুপী পীদুনা খুন্দা-লৈতাহনখি। মখোয় অয়াম্বা নুপা ঙাক্তনি। নুপীদি অনীখক্তা মণিপুরদা লাকখি। মখোয় অনীদুদি (১) মুহম্মদ খম্বগী মচন নুপী বিবি জৈনব (চৈনান্দি) অমসুং (২) ইশা কলিমুল্লাহগী নুপী বিবি ফতিমা (ফোংমা) নি।

মণিপুরদা খুন্দারিবা মীতৈ অমসুং পাঙল ফুরুপ অনীসি নক্লা লৈমিন্নবদগী অমদি ঈ-গী মরী ওইবদগী পাঙলগী খুন্নাইরোলগী মতাংদা মীতৈগী চৎনরোলগী ঈথিল চঙখি। মীতৈ অমসুং পাঙল অনীসিগী মান্নবা খুন্নাইরোলগী শক্তম খরা পঞ্জরবদা — ১। য়ুমশা-কৈশাবগী মওং, ২। ফিজেৎ-লৈতেং অমসুং ৩। ঈশৈ-নোংমাইগী শৈওং-শৈদা অসিনচিংবনি।

**১। য়ুমশা কৈশাবগী মওং:**

য়ুমশা কৈশাবগী মতাংদা মীতৈ অমসুং পাঙল অনীমকসি ইমান মান্নে হায়বমক য়াই। ইঙ্খোলগী কায়াৎ, য়ুমগী কায়াৎ, মায়ওন, য়েন্নখা-লুখা থম্বগী মওং, শুমাঙ, শঙ্গোই অসিনচিংবা ইমান-মান্নে।

**২। ফিজেৎ-লৈতেং:**

মৈদিংঙু খাগেম্বা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) গী স্না হাক্তক্তা হৌদোকখিবা মীতৈ নুপীগী মপূং নাইবা ফনেক ফিবান্দা থোই লোনবা ফনেক মখল অসি মীতৈ নুপীগী মথংদা পাঙল নুপীতনা শেৎলি। মণিপুরদা লৈরিবা অতোপ্পা কাঙলুপকী নুপীশিংনদি ফনেক মখল অসি শেৎপা চৎনদে। করিগুম্বদা মুসলিম (পাঙল) নুপাশিংনা ফৈজোম শেৎপসু য়াওই। অসুম্না মীতৈগী চৎনলোনগী ঈথিল পাঙলগী সমাজদা চঙবদগী পাঙল নুপীশিংনা ফনেক শেৎপা অমসুং নুপাশিংনা ফৈজোম শেৎপা অসি চৎনরিবনি। পাঙল নুপা অমসুং নুপীনা মখল-মথেলগী পোষাক

শেৎলবসু সতর ঔরত*কী মওং থাদ্রবদি অকায়বা করিশু লৈতে।

মীতৈ নুপীনা শিবা লিক কোন, লৈতেং অতৈ-অতৈ অদুমক পাঙল নুপীশিংনসু শীজিন্নে। খেন্নবা হায়ববু 'নাসিকা' খক্তনি, মীতৈ নুপীদি নাসিকা হাপ্পে। করিগুম্বা লুহোংলিবী নুপীগী পোষাক মীতৈ নুপী অমসুং পাঙল নুপী অনীমক মান্নে। অসুম্না মীতৈগী খুন্নাইরোলগী মওং কয়ানা পাঙলগী খুন্নাইরোন্দা ইথিল পী।

**৩। ঈশৈ-নোংমাইগী শৈওং-শৈদা:**

পাঙলনা মীতৈলোন্না ঈশৈ শকপসি নুপাশিংদগীদি নুপীশিংনা হাল্লি। মরমদি পাঙলগী ইমুংগী নুপীশিংদি মীতৈ নুপী ওইবননি। নুপীশিংনা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী হাক্তক অমদি নুপাশিংনা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী হাক্তকগী ঈশৈ শকপা ঙম্মী হায়বা ৱাফম ঐখোয়না তাবা ফংঙি। পাঙলশিংনা শক্লরম্বা ঈশৈগী শৈওং-শৈদাসু মীতৈশিংনা শক্লরম্বা শৈওং-শৈদাদগী থাপ্তোকখিবা নত্তে। থোইদোক্না থাপ্তোক্লখিবদি মীতৈ অমসুং পাঙল অনীগী মরক্তা নক্না লৈনরম্বা মরী অদুতনি।

পাঙলশিংনা মীতৈলোনগী ঈশৈ শকপা মতমদা ঈশৈ-শৈখল খরদি মীতৈগী শৈওং লৌদুনা শক্লরম্মী। অদুগী মনুংদা খুল্লং ঈশৈসু অমনি। ঈশৈশিং অসি নুপাদগীদি নুপীনা হেন্না পাম্না শক্লবম্মী। নুপীশিংনা শক্লবম্না শৈশকশিংগী মনুংদা মরী চৎপী, জগোই ঈশৈ অমদি থাবল ঈশৈ পনবা যাই। নুপাশিংনা শক্লরম্বা শৈখলশিংদি মোইরাং কংলৈরোলগী মতাং, খুল্লং-লৌতা ঈশৈনচিংবনি। অসিদসু

---

*সতব ঔরত হাযবসি নুপা অমসুং নুপীগী হকচাংগী হাংদোকফদে হাযবা শকক মখে কুপশিন্না ফি শেৎপা ইনববু খঙনৈ। মদুদি— নুপীগীনা কোক খুম্বা, খুৎকী খুজেং অমসুং খোঙগী খুমিৎ মখা য়ৌফাওগী হকচাং কুপশিন্না ফি শেৎ-ইনবা হায়বসি ইসলামনা তম্বীবা নিয়ম্লি। নুপীগী তোপ-তোপ্পা ফিজেৎ অমদি 'বূর্কা' নি। পোষাক অসি থাক ৱাংবা ইমুংগী ফিজেৎ ওইবনা অচম্বা পাঙল (মুসলিম) শিংনা মসি শীজিন্নবা ৱানা থোকই। নুপাগী পোষাক্তা অববী কোকয়েৎ (কোয়েৎ) অমসুং তোপী য়াম্নমক মরু ওই। মসিনা মীদুগী থাক তাকই।

মুস্লিম নুপা অমসুং নুপী মখোয়গী ইমুং-মনুংগী পুন্সিদগী সমাজগী পুন্সি ফাওবদা হায়রিবা সতর ঔরত খুম্না ফি-শেৎপা অমসুং ইনবগী নিয়ম অসি ঙাকই। ইসলামনা তম্বীরিবা নিযমসিগী মখাদা নুপা অমসুং নুপীনা মখল-মথেলগী পোষাক শেৎ-ইনবা য়াই। অদুম্নদি ওইবগা হকচাং উনা পাবা ফি শিজিন্নবদি থিংঙি।

নত্তনা পাঙলশিংগী মরক্তা থাবল চোংবগী ঈশৈ হনবা ঙম্বা মীওই কয়া লৈরম্মী। কুম অমগী মীতৈগী য়াওশং লাকপদা মীতৈগা খুল থংননা লৈবা পাঙল খুল্লক্তগী থাবল ঈশৈ হনবীনবা ফাওবা নেক্করম্মী হায়বা ৱারীসু লৈরি।

মীতৈ অমসুং পাঙল অনীসি নক্লা লৈমিন্নবদগী সমাজগী চৎনলোন কয়া মান্নবা হীরম খরা য়াওরবসু ধর্ম্মগী মীৎয়েংদগী মান্নদবা চৎনরোল খরসু লৈ। মদুগী মনুংদা খরদং পনজগে:-

১) মীতৈশিংনা শুমাঙ ময়ায়দা তুলশীবুঙ থম্মে। পাঙলশিংনা তুলশি থম্নদে।

২) মীতৈশিংনা হিপ্পদা কোক্লা নোংপোক ওল্লি, খোঙনা সনামহী কাদা ওল্লি; পাঙলশিংনা মরু ওইনা ঐখোয় নোংপোকলোমদা লৈবশিংনা কোক্লা নোংচুপ অদুগা খোঙনা নুমিৎলোমদা ওল্লি অসিনচিংবা।

মণিপুরদা অহানবা খুন্দাখিবা মুস্লিমশিং অদু মখোয়না মীতৈলোল নিংথিনা লোনবা ঙমদ্রিঙৈদা উর্দু, ফার্সিনচিংবা শীজিন্নরম্মী অমসুং মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা (১৬৫২-১৬৬৬) গী হাক্তক্তগী মীতৈ লোন্না মমালোন ওইনা লোনবা হৌই। মখোয়না মীতৈলোন লোনবদা অরবী, উর্দু, ফার্সি অমদি তুর্কিনচিংবা লোনগী ৱাহৈ ৱাতা থেৎচিল্লি। মতমগী মতুং ইন্না মদু মীতৈলোন্দা চঙশিনখ্রবা ৱাহৈশিং ওইখ্রে। মতাংসিদা পনবা য়াবদি লোনগী মরমদা থীজিনবা মীওই মৌলানা অব্দুলহক বিদ্যার্থিনা হায় — "লোন্দগী লোন পোকই। লোন্দা অহোংবা লাকপসি জাতি অমগা জাতি অমগা নক্লা লৈমিন্নবদগী থোকই।" মসিমক মীতৈলোন্দসু থোকই। হৌজিক মীতৈলোন্দা চঙশিনখ্রবা উর্দু, ফার্সিগী ৱাহৈ-ৱাতা খরা পঞ্জগে:- চলাক, কারোবার, মসলা, দুকান, হফতা, রুমাল, দরখাস্থ, পর্দা, দলান, খরচ, পাইজমা, বাজার, মোজা, হিসাব, বাকি, তলব, সহর, চান্দা অসিনচিংবা।

মতৌ অসুম্না মীতৈলোন্দা চঙশিনখ্রবা অরবী ৱাহৈশিংদি — কলম, জামিন, সলাম, নাল, ঐনক, হক, আইন, কানুন, খবর, দলালি, তারিখ, মিআদ, ফর্ক মুরম্মত, হুকুম, আমিন, ৱাকিল, জরিব, সহিদ, ইজ্জৎ, নমুনা, উর্ফ, খরিফ রবি, খুম অসিনচিংবনি।

হৌজিক মীতৈলোন্দা শীজিন্নরিবা "কুলি" হায়বা ৱাহৈসি তুর্কি মরোলনি।

'নিলাম' হায়বা ৱাহৈসিনা পোর্তুগীজনি।

মণিপুরদা মীতৈগী মথংদা মীতৈলোন্না মমালোন ওইবা অমসুং মীতৈলোন শেংনা ঙাংলিবসি পাঙলশিংনি। মখোয়না শীজিন্নরিবা প্রমাণ-পান্থেশিংনা লোল অসিবু হেন্না মশক থোকহনবদা নত্তনা হেন্না ইনাক কৈরাক খুনবা লোন অমা ওইহনবদা তেংবাংঙি। হৌজিক পাঙলশিংনা শীজিন্নবা প্রমাণ-পান্থে খরা য়েংশিঃ

১। নোরোক খুজাম শাবা।

২। অৱা লান্দি লাই হূই কপ্পনা হেন্না লুই।

৩। হৈবী মেৎপদা মরাম লোকই, অসিনচিংবা।

মসিগা লোয়ননা মণিপুর ইতিহাসতা মীতৈ অমসুং পাঙল অনীগী তারিবা মমি মতেক অমতং নীংশিংজনিংঙি। মদুদি— মীতৈ অমসুং পাঙল ফুরুপ অনীমক পুন্সিগী অৱা-নুংঙাইবগী তাঙ্কক কয়াদা নক্না লৈমিন্নরকপগী মরী অদুদি কৈদৌঙৈদসু মাঙলক্তরি। গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতুংদা ভরতশাই, গৌরশ্যাম, জয়সিংহ অসিনচিংবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা লৈবাক অসি লাঙবা অমসুং তপথফম লৈতবা মতমদুদা পাঙলশিংনা মমা লৈবাক্কীদমক্তা মীতৈগা শাগোন্ননা হিংদুনা লৈরকই। মথংদা লাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ অমসুং মার্জিৎকী হাক্তক্তা হবিবুল্লাহ হঞ্জবা, পাওরু, জমালখাঁ, ইসমাইল কাজি, শন্দং মুল্লাহ, লোবাই, থোনি, ফোরোপা অসিনচিংবা পাঙলশিং কোনুংগী ৱাথোক্না লৈবাক্কী মরাইবক ওইবদা য়াওন্নদুনা চৎখিবগী ৱারী মাঙদ্রি। অসিনসু লোইদ্রি— গম্ভীরসিংহ মহারাজনা শেমগৎপা মণিপুর লেভী' দা অহমদ আলি, রহমতুল্লাহ, দেৱান অমুবা, বিন্দাবন মুফতি, তোলেন কাজি অসিনচিংবা যাওদুনা মীতৈগা খূৎশম্ননা অৱাশিংবু মণিপুরদগী তানথোকপদা মখোয়না লৌখিবা থৌদাং ঙসি ফাওবা নীংশিংনরি, কাউদ্রি। ❑

# শাইর (কবি) ওইনা পোকপা মির্জা গালিব
## (১৭৯৭-১৮৬৯)

*মুহম্মদ অব্দুর রহমান*

মির্জা গালিব, খৃষ্টগী শতাব্দী ১৯ গী অথোইবা উর্দু শাইর (কবি) নি। মহাক্কী মপা-মপুদি লান্মীনি। মহাক লান্মী ওইখিদে, শাইর (কবি) ওইখি। মহাক্না হায়রম্মী- শাইরী (শৈরেং, কবিতা) বু নুংশিজবা হায়বসি ঐগী ইপোক্না লোয়নরক্লবনি, মসিনা ঐগী থম্মোয়বু শুমহৎখ্রে। ঐ শৈরেংগী ঈপাক্তা হি হোঞ্জে, ঐগী কলমনা ঐগী ফিরাল ওইজরে, অমসুং ইপা-ইপুগী তেক্লবা তেঞ্জেনা ঐগী কলম ওইজরে [১]। রিলিয়ম সেক্সপিয়ারবু, মতমদুগী লিটরেরী ক্রিতিক অমনা হন্থবা থাক্তা থম্লগা বেন জোন্সন্না অথোইবা দ্রামাটিষ্টনি [২] হায়খিবগুম, ঙল্লিঙৈদা মতমদুগী মীশিংনা গালিবপুসু হন্থবা থাক্কী শাইরনি হায়খি। অদুগুম্বা মওং লৈদুনসু গালিবনা খোন্থাং নাইনা শকখি -

ব্রাখলনা হরাওহল্লদুনা
শকই ঐ, ঈশৈ শকই।
ঐদি খোইনিংনি লৈকোলদুগী
হৌজিক ফাওবা মশক উদ্রিবা ! [৩]

মসিনি গালিব, লৈকোল ফংজখিদ্রবা খোইনিং !

গালিবনা মাগী ইবগী ষ্টাইল থাদোকখিদে। মহাক্না ফার্সি অমসুং উর্দু লোন্দা শাইরী (শৈরেং) ইরম্মী। মহাক্না উর্দু শাইরীগী পাক-চাউবা (দাইমেন্সন) হেনগৎহনখি মদুগী লুথবা মওং মমাঙদা অমুক্তা থোকখিদ্রি [৪]।

মির্জা অসদুল্লাহ খাঁ গালিব, টাজগী মঙালনা ঙান্থোইরিবা লম আগ্রাদা পোকখি। (১৭৯৭)। মচিন মনাও অহুমগী মনুংদা মহাক্না অহন্নি। (মনাও নুপাদি

মির্জা য়ুসুফ খাঁ-নি অমসুং মচল নুপীনা ছোতি খানম-নি। মপা ইবুংঙো মির্জা অব্দুল্লাহ বেগ, লাম্মী ফম্নাইবনি। মশাগী চহী মঙাগী মতমদা মপা ইবুংঙো, লানফম অমদা লৈখিদে। মাগী চচা (মখুরা) মির্জা নসরুল্লাহ বেগসু বৃটিশ লাম্মী ফম্নাইবনি (রিসালদার-শগোল লাম্মী কমান্দর)। মহাক্কী চচা দিল্লিগী থাক ব্রাংলবা ইমুং অমগী নিঙোল লৌরম্মী। মাগী চচানা গালিবপু মশাগী চহী তরেৎকী মতমদা দিল্লিদা পুরম্মী, মদু মহাক্না দিল্লি উবা অহানবনি। গালিবকী অৱাবগী মথক্তা অৱাবা হাপ্পা হৌরে, চহী অনীগী মতুংদা মাগী চচা লৈখিদ্রে।

মির্জা গালিব য়াম্না মশক ফজবা পাখংনি। মশাগী চহী তরাহুমদোইদা মাগী চাচী (মখুরাগী-নুপী)গী মপামগী নিঙোল (উমরাউ বেগম) গা লুহোংলম্মী। মতমসিদগী মহাক দিল্লিদা লৈরে। মাগী লুহোংলবা পুন্সি নুংঙাইবা ওইখিদে। মাগী চিঠি অমদা মাগী ওইরিবা পুন্সিগী শক্তম অসুম্না পল্লম্মী[৫]-

পোকপদগী চহী তরাহুমদোই
ঐ মীশুম-শঙদা লৈরকখি।
মথংদা ঐ পুন্সি চুপ্পা
মীশুম-শঙলোই ওইরক্নে।
ঐগী খোঙদা য়োৎলৌ কোল্লৌ থুখরে,
দিল্লি সহর, ঐবু শুম্ন-শঙ ওইখরে,
মদুদা ঐবু নমশিনবিরে!

গালিবকী অৱাবা লোইখিদে, অতৎ-অখম লৈতনা লাকখি। মচা নুপা তরেৎ অঙাং ওইনা মথং-মথং লৈখিদে। মানা য়োকচবা মচা লৈখিদে। মকুবোক লৈখিদে, মনাও নুপা লৈখিদে। মানা নুংশিজবা শৈশকপী জগোই শাবী লৈখিদে। অৱাবশিংসিগী মথক্তা হেন্না অৱাবা ওইখিবদি মাগী শেলগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবা অদুনি। শেৎ-চাবা অমসুং পুন্সি লেনবগী মওংদা নিংথৌ মচাগী শক্লোন লৌজবা মহাক্নি। শেলগী ফিভম ফত্তবনা থাক অদুদা লৈবা ফংলক্ত্রবদা মাগী শক্তম শৈরোন্না য়েক্লকই-

লেল্লক্লে ঐদি লেল্লক্লে
মতম শাংনা লেল্লক্লে
লৈতবগা শাগোন্ননা
অৱাৎপগা খুৎশম্লনা,
বসন্ত কয়া অমসু
য়ুগী য়ুশক উদনা !
কুমদম নোংনা খিকলেন চাই
মালেম শক্লৌরক্লবা
হৱাও-মথোই কারবা,
নুমিদাং মাগী মতারোই
থা-জ মানা তাম্না থোক
নোংদোন শীন্না ঙাল্লবা,
মতমদুদা কূপখ্রে
ঐগী মীৎ অমস্বনা,
য়ুগী য়ুরীক অমফাও
থকপা ফংখিদবনা।
ইঙেন থাগী নোংহৌনা
নোংদোল শীন্না কূপখ্রবদা
ঐগী থক্ল- তেংকোংতি
হান্নে-হান্না ওইরদুনা
ইহাঙ -হাঙনা লৈরেদো।
বসন্ত ঋতু কয়ানা
থেংনখ্রবনি ঐহাকপু
পুন্সি -পোৎচঙ থিরিঙৈ,
ঐগী য়াইরেক শঙদুদি
থোঙগী নাতে কাঙলদুনা

থিংন-পৌরোন লোন্দনা
থন্নে থোঙজাও হাংলদুনা,
শঙগী শঙনুং অদুদা
শেন্ননবা পোংশক লৈতবনা।
মতম কয়ামা মালেমসে
হরাও-মথোই কাখরে
গুলাব লৈগা লোয়ননা
উতোংলৈগী পান্থদা,
মতমদুদা ঐহাক্তি
ঐগী মন্নবা কানুংদা
লৈরে নুংঙাইফম খঙদনা ! [৬]

(পুন্সিগী অকোনবা শরুক্তা মতম খরা মাগী শেলগী ফিভম ফখি, ১৮৫৭ গী লালগী মতুংদগী মাগী শেলগী ফিভম হেন্না ফৎখিদে।)

নুংশিববু ইকায়খুম্নবা ঃ

মির্জা গালিব নুংশিবদা চোপ্পা পামখিদে। মাগী রোমান্তিক পোইত্রিদা, মহাক নুংশিববু ইকায়খুম্নবা মাঙহন্দে হায়বা উৎলি। মাবু তুংওইনরম্নবী অমগী তেংথাবদা অসুম্না ফোঙদোকই-

নুংঙাইজৈ ঐহাক
ঐনা ব্বারগা
মহাক্লা হরাওজবদু !
হে নোংদম্বা !
ঐগী ঙাঙলবা মীত্তগী
চিংথোকখিবা য়ুদুনা
মাগী তেংকোৎ থল্লেদো ! [৭]

**পুন্সিগী অন্বা-চৈফু খাঙবা ঃ**

মির্জা গালিব পুন্সিদা থেংনবা অন্বা-চৈফুশিং শৈরোন্না চুঙ্গোই ওইরগা খাঙখি -

হেন্না ফরে চোংশিনবনা
কোক্লা য়ুংনা ঈরোন্নুংদা,
নোংলৈ-নুংশিৎ ফাওরদুনা !
কিনা হকচাঙ নীক্তুনা
লেপ্লগা লৈবদগীদি।
নোংলৈ নুংশিৎ শীৎপদি
সমুদ্রগী ঈমায়দতনি,
লাইজ-ঈরোন্নংদুদি
তুংনফম্লিনে অঈংবগী। [৮]

০ ০ ০

ঈমায়থক্তা তারিবা
থোংগী মমি অদুম্না
শাগৎলুনে জগোইদু
ঈচেন্দা কাবা ঈপোম্লক্তা !
লেপকনু শারো জগোইদু
শিবা য়াবা ঈথক-ঈপোম মরক্তা!
ফিরেপ অদু হোংলনু
শারো জগোই তোপ-তোপ্না
অশেংবা নশাদগী তোঙান্না ! [৯]

**মির্জ গালিবকী মীৎয়েংদা মী পূম্নমক মান্নে ঃ**

মির্জা গালিব পুন্সিগী চৈনাখোল খাঙন-খাঙনা মীওইবা পূম্নমক ইমুং-মনুং অমতগী মীনি, পূম্নমক মান্নে, খেন্নদে খনখি। মহাক্লা মী

পূন্নমক মীওইবগী মপোক ফংজবগীদমক চাউথোকচগদবনি হায়বা উৎলক্ষ্মী -

মতাং চাদে হন্থনা য়েংবা
তোল্লবা চাকনিবা ফাওবা।
মরমদি,
তোল্লবা, কংলবা তিংখংগী
পারী-পুরী থিবদি
লৈকোন্নুংদা ফংইনে ! [১০]

**পুন্সিদা য়েংবা গালিবগী মীৎয়েং ঃ**

মীওইবগী পুন্সিগী মতাংদা মাগী মীৎয়েংদি ‘মীওইবনা তংখায়- শিনা হিংলোইদবনি’ হায়বসিনি। মদু মাগী শৈরোন্না ফোঙদোকই-

খোল্লাউদু (লাল হৌবগী) হান্না নমথখ্রবা
মদু চীম্বাল য়ৌখিদবা
অশোকপা ওইখি থম্মোয়গী।
নোংগী ঈরীক তুরেল ওন্দবা
চীঞ্জাক ওইখি লৈবাক্কী ! [১১]

০ ০ ০

নুংশিবগী মুরবা য়ুনা
হুদোকপিরে ফি (নুপীগী) মশাদগী,
হৌজিক মহাক লেপ্লরে
ফি থোংদ্রবা মৈবুল ওইনা !
প্রোক-প্রোক শৌরবা হে পূক্লিং !
কৃপশিনবিয়ু ফি মঙোন্দা
পাপ অমসুং ইকাইবা পূম্নমক্কী
য়োৎলৌ-কোল্লৌ থাদোক্লদুনা ! [১২]

**মির্জা গালিব মাগী মতম্না মাগী হোৎনজমল পীবিদ্রে খনখিঃ**

মির্জা গালিব মাগী মতম্না মাগী হোৎনজমল পীবিদ্রে খনখি অদুবু তুংদা শোয়দনা ফংলগনি থাজখি-

ঐগী যুদি লৈবিনবা মী ৱাৎপনা
নমদুনা অরিবা ওলহল্লে,
অদুবু লির- লিরগা
মমিং চৎলকখিনি।
ঐগী থৱানমিচাক্তি
ঐ পোক্ত্রিঙৈদগী ঙাল্লদুনা
লৈরবনি নোংদোন্দা।
ঐগী শৈরেংগী মিংচৎতি
মালেম থুংনা শন্দোরকখিনি
ঐনা শিরবা মতুংদা ![১৩]

ঙসিদি মহাক্কী শৈরেংশিং হন্দোকখ্রে ইংলিস, জর্মনী, রশিয়ান, ইটালিয়ান, অমসুং লোন অতৈদা। মহাক্কী প্রোফেসি চুল্লে।[১৪] চুম্মি, মালেমগী মীশিংনা মাগী শৈরেংশিং হন্ন-হন্না পাখ্রে, অমুবা ফিজোল থোলহৌরবী মাগী নুংশি-মৈরীগী মঙান্দা

চাক্লম্বা থাউমৈ মৃৎখ্রগা
মৈফমদা মৈখু লৈহৌরে,
ঐগী নুংশি-মৈরীসু ঐগী তুংদা
অমুবা ফিজোল থোল্লগা লৈহৌরে !

**১৮৫৭ কী লালহৌবগী চৈনাখোল**

মির্জা গালিবকী মশাগী চহী হুম্ফু শুবা মতমদা ১৮৫৭ কী লালহৌ থোকখি। বৃটিশ লাঙ্মীশিংনা দিল্লি লৌখিবগা লোয়ননা থোকখিবা মীহাৎশিংনা মাগী থম্মোয়

মচেৎ-মচেৎ কায়হনখি। মহাক্কী মরী-মতা অমসুং মরূপ-মপাং কয়া হাৎখি। মাগী অৱাবা শরুক য়াবিনবা মী লৈখিদে। মহাক্না য়ুসুফ মির্জাদা ইবা চিঠিদা অসূন্না পল্লি[১৫] - " ঐগী অৱাবসে ঐগা অল্লাহগা খঙবা নত্তনা কনামতনা খঙখিদ্রে... সংসারসে ঐঙোন্দা পুম্মম মমখ্রে ...। ইনাক খুনবা ইমুংগী নুপীশিংনা ভিক্ষা নিবা চৎলে, ঐনা তুমিন্না য়েংলদুনা লৈরে। পূন্নমকসি খাঙগে হায়রবদি নূংগী থম্মোয় পানবা তাই। অৱাবনি, ঐগী মরূপ পূন্নমক শিখ্রে, ঐনা শিবদা কপ্পিনবা মী লৈত্রে। মাগী 'দস্তাম্বো' কৌবা লাইরিক অমসুং মাগী চিঠিশিংদা ১৮৫৭ কী থৌদোকশিং ইরম্মি। মসিদগী মে, ১৮৫৭ দগী জুলাই, ১৮৫৮ ফাওবগী ইতিহাসকী মচাকশিং ফংই। মহাক্না ইরম্মী ঐনা ইরল্লিবসি থম্মোয় শোকপা থৌদোকমক্তনি, ইরমদ্রবশিংদুদি অকি-তুজুংবনা থল্লবা থৌদোকশিংনি।মহাক্না থেংনখিবা অৱাবশিং মাগী শৈরোন্না ফোঙদোক্লম্মী –

'ঐগী মৈনা পোক্লবা খুয়াদা
ঈশিং হানবা উরগা ৱারুরে,
অদুবু চৎকদবা লম্বীদুদা তিংখংনা
শৌ শাদুনা লৈবদু উরগা হরাওজরে !'

পুন্সিদা অৱাবা কয়া কূংনা থেংনরবসু মহাক ইবা নীংহন্নখিদে, মদু অসূন্না ফোঙদোক্লম্মী–

'ঐখোয় লেপ্তনা ই অঙাওবগী
ঈ তৈরবা ৱারী,
ঐখোয়গী খূৎশিং
লেমদনা ককখ্রবসু !'

**ইরম্বা লাইরিক**

মির্জা গালিব লাইরিক কয়ামুক ইরম্মি। খরদি মসিনি - ১) দিৱান-ই-গালিব, ২) দস্তাম্বো, ৩) পঞ্জ অহং, ৪) মেহর-ই- নিমরোজ, ৫) কুল্লিয়াত্ -ই-নসর-ই-গালিব,

৬) কাটঅ্ -ই-বুরহান ৭) দর্ফিশ কবিয়ানী ৮) উদ-ই-হিন্দী- অসিনচিংবা।

**থাঙ থাবা কবি**

মির্জা গালিবকী পেতিক কম্পোজিসন অমসুং এক্সপ্রেসন ৱাংই। মরমসিনা মহাক মতমদুগী উর্দু কবিশিংগী মাঙ থাবা ঙমখি। কুলদিপ সলিলনা হায়[১৬]ঃ নাকল অমদা নুংঙাইরবা পেরেল্লল অমা মির তকী মির অমসুং মির্জা গালিবকী মরক্তা লৈ। নাকল অমদনা ৱিল্লিয়ম সেক্সপিয়র অমসুং জোন মিলটনগী মরক্তা লৈ। সেক্সপিয়র অমসুং মিলটন অৱাংবা ইংলিস কবি ওইবগুম মির অমসুং গালিবসু অৱাংবা উর্দু কবি ওইখি। খেন্নবা অমদি ইংলিসতদি অহানবনা অকোনবদগী ৱাংবা হেল্লি। উর্দুদদি অকোনবনা অহানবদগী ৱাংবা হেল্লি।

মির্জা গালিবকী খূৎইদা অপাবনা পেঞ্জবসি মাগী খূৎফোঙদোক, শিজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং মদুগী লুথবা মওং অদুনি। মদুনা থম্মাথক্কী লাইজনা তনিক-তনিক লৈবগুম অপাবগী থম্মোয় তনিক-তনিকহল্লি,নুংঙাইহল্লি অমসুং ৱাহল্লি। মাগী গজলশিং কনানসু কাউবা ঙমদে। খুদম অমতং থমজরি। মসি ওরিজিনেল অদুদগী থাপতক তারে। অদুবু পুরিবা ৱাপু অদুদি মাঙদনবা হোৎনজৈ -

(নুংশিরবী) মহাকসে
মীগী মরাল থিগনবী ওইরম্লে,
মঙোন্দা থম্মোয়গী মপাউ তম্বসে
কয়াদা লুনা থোকখ্রবা !
করম্না ফোঙদোক্লসিগে
পূক্নিংগী ৱারোলসে,
ফিবমসিদা
অদুম্না তৌবা ওইথোক্রবা !
মাবু ঐনা কৌজরি
হে অপাম্বনা য়োম্লবা থম্মোয়,
লৈতেংজরো

মহাক শোয়দনা লাক্লবা।
ঐগী লাম্বদুদি
চৎলি নঙগী চিঠি পুরদুনা,
অতোপ্পনা মদু করিনো
হংলগা মহাক হরাওজবি।
শোঞ্জবসে কান্নরমদ্রে
মহাক ফনা ফরবসু,
ইনাক্তা লাক্লগা
মাবু শোকপা ঙমজদ্রে।
কোকথক্তগী তাখ্রবা পোৎলুমদো
ইশাদা থোনগৎচবা ঙমজদ্রে
থবক্তুদি পাঙথোক্কদবা
লৈরে মাঙদা তারদুনা।
নুংশিবসিদি
নম্ফু য়ারমদ্রে,
হে গালিব ! মসিদি মৈনি
চমখৎপসু ঙমদ্রবা, মুথৎপসু ঙমদ্রবা ! [১৭]

মহাক্না নুংশিবগীদমক হিংজবা, অৱাবা- খাঙজবা অসিনচিংবা শক্লোনশিং খোইথুম্না লোন্না য়েক্লম্মী–

'স্বর মপী হোনবগী মহয় ফংজবা
পুন্সি অমা চঙইদা,
কনাবু হিংজবা ঙম্বগে, থুদ্রিখে
নঙগী শম্লাংগী কোঙ্গোই-লাংদা !'

**পুন্সিদগী নাথৈদুনা লৈখিদবা**

মির্জা গালিব অৱাবা কয়া মায়োক্লরবসু পুন্সিদগী নাথৈরগা লৈখিদে। থেংনবা খুদিংমক মায়রোং য়ারগা লৈখি। মাগী মরূপ অমনা, মাগী নুংশিরবা মরূপ শিনা

কায়নবগী ৱাজবা উবদা মহাক (গালিব) না মাগী মরূপ অদুদা অসুম্না ইরম্মিঃ মরূপ ! মুগল মচা ঐখোয়সে অশিবনি, মখোয়গীদমক ঐখোয় শিগদবা ! নঙ তেংথাবা ঙম্লোই মী অমা শিবদা, নহাক হিংলগা লৈত্রবদি। নঙনা হেঞ্জিন্না ৱাজবসু নুপা মান্দ্রে মী অমনা লৈগদবনি, পুসিগী থবক থৌরম থাদোক্কনা ![১৮]

**মাগী পুন্সি লোইখিবা**

মির্জা গালিব, পুন্সি খোঙচত্তা নুংঙাইবা মতেক,অৱাবা লমশাং চৎখিবা মীওইনি। মাগী পুন্সি লোইরমদাইগী চহীশিং মশা শোন্না, ৱানা লেনখি। মহাক ফেব্রুৱারী ১৫, ১৮৬৯ দা তাইবংপান থাদোকখি-

'চৎলনি ঐ লমদমদুদা
কনা অমা লৈরম্লরোইদবা,
কনানসু ঐঙোন্দা ৱা ঙাঙলক্লরোইদবা
কনানসু ঐগী ৱা তাররোইদবা ! ❑

**রিফ্রেন্স অমসুং মতেং লৌখিবশিংঃ**


1. Kuldip Salil : Diwan-e Ghalib, 2008 page 14,
2. Akhtar Mirza : Ghalib, a gulliver of world poetry, was scotted by Lilliputians of his time
3. ibid
4. ibid
5. S. A. Ali : Ghalib (Islamic Review February, 1957; Woking , England)
6. Ibid

7-14.Serial No. 2 above.
and a booklet entited "great Poet, Mirza Ghalib" Published by the Directorate of Advertising and Visual publicity Ministry of informaiton and Broadcasting, Govt. of India in connection with the 200 th birth anniversary (1797-1997) (of the great poet) : March, 1998

15. Great Poet Mirza Ghalib, Published by Govt. of India in conection with the 200th birth Anniversary (1797-1997) of the Great poet.
16. Kuldid Salil : Dewan -E - Ghalib, 2008, Para 7
17. -do- - do, page 52-53
18. -do- - do, page 24.

# সাহিত্যগী লমদা মণিপুরী মুসলিম

*দা. সয়েদ অহমদ*

**মণিপুরী মুসলিমশিংনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদারকপা:**

মণিপুরী মুসলিমশিংগী সাহিত্যগী ইতিহাস অসি ২০শুবা শতাব্দীগী অঙনবা অদুব্রাইদগী হৌরকখি। ঙল্লিঙৈ মতমদা ইরম্বা লাইরিকশিং অসি ইস্লাম ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবনা অয়াম্বনি। মতম অদুদা ধর্ম্মগী লাইরিকপু ভারত মহাদেশকী মফম কয়াদগী তম্লগা লাকপা মৌলানাশিংনা ধর্ম্মসিবু অমদি মখোয়না চৎকদবা মথৌশিংবু মমুৎ তানা খঙহন্নবা মখোয়না মফম অদুগী মুসলিম সমাজ অমদি মুসলিমশিংগী চৎন-লীচৎতাকপি-তম্বীবগী দায়িত্ব অদু লৌবা হৌরকখি। মখোয়না ভারত মহাদেশকী মফম কয়াদা চত্তুনা ধর্ম্মগী লাইরিক্তা নত্তুনা মখোয়না ফিজেৎ-চাকচা, অদাব-ব্যবহার অমদি অতোপ্পা চৎনবী কয়া উরকপা অমদি থেংনরকপশিং অদুবু মণিপুরী মুসলিম খুন্নাইদসু চৎনহন্নবা হোৎনরকখি। পান্দম অসি ফংনবা মখোয়না মুসলিমশিংনা তাবা খুল্লক লৈরক্তা চত্তুনা ৱাজ-নশিঅত (ভাষণ অমদি খন্ন-নৈনবা) তৌরগা অমদি মকতব, মদরসা লিংলগা ধর্ম্মগী তৌগদবা মথৌ অমদি চৎকদবা লীচৎশিংবু মীয়ামদা তাকপী তম্বীরম্মী অদুগা পূম্নমকসিবু মীয়ামদা অরায়বা মওংদা পাক-শন্না খঙহন্নবগীদমক্তা মণিপুরী ইমালোন্দা লাইরিক কয়া ইবা হৌরকখি।

**ধর্ম্মগী সাহিত্যঃ**

মৌলানাশিং অমদি ধর্ম্মগী অখঙ-অহে কয়ানা ইস্লাম ধর্ম্ম পুরকপা অমদি শন্দোক্লকপগী ইতিহাস, পৈগম্বরশিংগী ৱারী (মেসেনজরস ওফ ইস্লাম), কলিমা (ক্রিদ ওফ ইস্লাম), কুরআন, হদিস (ত্রেদিসন্স ওফ প্রোফেত মুহম্মদ), কয়ামত (জজমেন্ত দে) কী থাজবা অমদি মুসলিমশিংনা তঙাইফদনা তৌদবা য়াদ্রবা

মথৌশিং হায়বদি নমাজ (প্রেয়র), রোজা (ফাস্তিং), লৈত-লায়রশিংদা সদকহ, জকাত পীথোকপা (চেরিতী), হ্জ , চাবা য়াবা য়াদবা (হরাম-হল্লাল), পোকপা শিবা, লুহোংবা অমদি অতোপ্পা থৌদোক কয়াদা চৎকদবা নিয়মচিংবদা যুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়া ইরকপা হৌরকখি।

অঙনবা মতমগী মুসলিমগী সাহিত্যগী ইতিহাসপু পল্লগা সাহিত্য ভুষণগী মিংথোল পীখ্রবা শক্লাইরবা সাহিত্যকার মু: অব্দুর রহমান্না অসুম্না ইরি:

"ঐখোয়না থিজিনবদা থেংনবা অমদি খৃ: ১৯৩৮ দা জোরহাট্রা ছাপা নল্লগা ফোঙবা 'পুন্সিরাতকী পাম্বৈ' হায়বসিনি। মদু ধর্ম্মগী সাহিত্যনি। ক্ষেরগাওগী অমানুল্লাহ্ পণ্ডিতনা ইবনি। অতোপ্পা অমনা উর্দু খৃৎই ওইনা লৈরিবা 'মুসলমানা-ই-মণিপুরী, (১৯৩৪-৩৬) হায়বা লাইরিক অমদা মণিপুরীদা ইবা শৈরেং খরা য়াওরম্বা অসিনি। মসি থৌবালগী মৌলানা রহিমুদ্দিন অহমদনা ইরম্বনি।

ঐখোয়গী লোনথক্কী পাঙলশিংনা মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্য চাওখৎনবা অমদি মখোয়গী অইবা মী পুথোক্লবা হোৎনরমদবা অসিনচিংবা খল্লকপদা থম্মোয় শোক্লা পেন্দবা পোকই। মসিনা মরম ওইদুনা সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপগা লোয়ননা অইবা মী পুথোক্লবগী পান্দম থম্লদুনা নবেম্বর ১৯৫৭ তা ঐ ইশামক য়াওনা থাগী চেফোঙ 'থৌদাং' কৌবা অমা পুথোকই। শহাবুদ্দিন কুরেশী অমসুং হমিদুদ্দিন মুহম্মদ য়হয়ানা এদিট তৌবনি। অহানবা চেফোঙদুগী মখা তাবা ঙমখিদে। ১৯৬০ গী মতমদা মৌলানা হুসৈন অলীনা এদিটর ওইবা থা ৩/৩ গী চেফোঙ 'পয়ামে ইসলাম' পুথোকই। অদুসু কুইখিদে। ১৯৭০ গী মতম অমসুং মসিগী মতুংদগীদি অইবা মী খরা লৈরক্লে অমসুং লাইরিক ফোঙনরক্লে। অয়াম্বনা ইস্লামগী বেসিক নোলেজ ফংহনবা লাইরিকশিংনি...।"

(পাম্বৈ, ওক্তোবর ২০০৩)

১৯৫৯ দা মৌলানা মুহৈয়ুদ্দিন অমদি মৌলানা বর্কত্তুল্লাহ হাজিনা 'জন্নতকী শোজৈ' কৌবা লাইরিক অমসু ফোঙখি। অতোপ্পা ইস্লাম ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইবা অরিবা লাইরিকশিং পানবা য়াবদি মু. মনিরুদ্দিনগী 'জন্নতকী লৈতেং' (১৯৭৩), মৌলানা অশ্রফ অলিগী 'ব্বারেং তরুক (১৯৭৫), মৌলানা হেলালুদ্দিনগী 'পুন্সিগী পাম্বৈ' (১৯৭৬), কাজি মুজিবুর রহমানগী 'হিংবগী মঙাল' (১৯৭৮) অমদি

অংগ্রেজিদা ইবা, 'Fundamentals of Islam' (১৯৭০), অলহাজ রহিমুদ্দিন অহমদ শাহগী 'কুরআনগী ৱারী' (১৯৮৬) অসিনচিংবা অসিনি। লোয়ন-লোয়ননা লাইরিক কয়া অমসু ধর্ম্মগী অখন্নবা বিষয়দা ইবা হৌরকখি। মৌলানা সৈয়িদ অহম্মদগী 'রমজান মুবারক' (১৯৮৯), মু. অব্দুর রহমানগী 'রোজা' (১৯৮৮), জায়াদ অলিগী 'রমজানগী মগুণ', হেলালুদ্দিন অমদি রশিদ অহমদকী 'চাকহেনথা' হায়বা লাইকিশিংদা মুসলিমশিংনা রমজান থাদা চরা হেন্দুনা ইশাগী অপাম্বা অনীংবা কয়াবু ফাথরগা লাইনিং-লাইশোল তৌদুনা লেনবা থা অসিদা মুসলিমশিংনা তৌগদবা মথৌশিং অদুগী মতাংদা ইরি। অদুগা মু. অব্দুব রহমানগী 'ইদ অনী' (১৯৮৭) হায়বা লাইরিক অসিদা মুসলিমগী খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মগী হরাও-কুম্মৈ, ইদ-উল-ফিত্তর অমদি ইদ-উল-অজ্জহ মুসলিমশিংনা করি মরমগী পাঙথোক্লিবনো অমদি করম্না পাঙথোক্কদগে হায়বগী মতাঙদা নৈনরগা মীয়ামদা খঙহল্লি। মুসলিমশিংগী চহীগী মক্কা অমদি মদিনাদা হজগী তীর্থ চৎপা অমদি মসিদা তৌগদবা মথৌশিংবু মৌলানা সইদ অহমদনা মাগী লাইরিক 'হজকী অহকাম' (১৯৯৯) দা ইরি। মু. মনেরুদ্দিনগী 'অসমানগী সুর' (১৯৮৭) হায়বা লাইবিক অসি মুসলিমশিংনা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইরগা শরুবা নাট ঈশৈগী ময়েক্কী লাইরিক্লি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি লিলোং হাওবৈবী লাইরখোংদা পোকপী রহমজান বেগম্না 'জন্নতকী মঙাল' কৌবা ধর্ম্মগী লাইবিক অমা ১৯৮১ দা ফোঙখি।

মুসলিমশিংনা চৎকদবা নীতি-নিয়মদা নত্তনা ইস্লামগী ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়াসু হৌরকখি। মৌলানা হাতিম অলি অমসুং মহাক্কী লাইরিক 'হজরত মুহম্মদকী পুন্সি ৱারী' (১৯৮০) অমদি মুহিজুদ্দিন অহমদকী 'মুহম্মদকী পুন্সি ৱারী' (১৯৮৩) দা প্রোফেত মুহম্মদনা ইস্লাম পুরক্লম্বগী ইতিহাসপু মীয়ামদা মচা তানা খঙহল্লি। অদুগা মু. অব্দুর রহমানগী 'মুহররম অমসুং করবালাগী লান' (১৯৯২) হায়বা লাইরিক অসিদা হজরত অলিগী মচানুপা ইমাম হুসেন্না শুপ্নগী লান্মী ৭২ গা ইরাক্কী কারবালা কৌবা মৈদান্দা সিরিয়াগী নিংথৌ য়াজিদকী লান্মী তেঙ্গোল অমগা লান শোক্লখিবগী ইতিহাস অমদি লানফম অসিদা ইমাম হুসেনবু তমথীবা মওংদা হাৎখিবা অদুবু অৱাবা ফোঙদোকপা ওইনা মুহররম হায়না পালন

তৌবগী মতাংদা মমুৎ তানা ইরি। মুফতি সিরাজ অহমদকী 'ব্রালি নুপী তরুক' (২০০৪) অসিদা মুসলিমগী শক্লাইরবী নুপী খরা হায়বদি হজরত হব্রা, হজরত আইশা, হজরত ফতিমা, হজরত খদিজা অমদি হজরত আশিয়া-মখোয়শিং অসিগী পুন্সি ব্রারী শুগাইনা ইরি। অদুগা ইস্লামিক সাহিত্যদা রহমানগী 'য়ুসুফ জুলেখা' (১৯৮৭) অমদি কাজি মুজিবুর রহমানগী 'লৈলা-মজনুন' (১৯৯৪) নি। য়ুসুফ জুলেখা হায়বা লাইরিক অসি পৈগম্বর হজরত য়ুসুফ অমদি জুলেখাগী ব্রারীদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক্নি। অদুগা লৈলা মজনুন-না হায়বা অসিনা ইরানগী মমিং চৎলবা লোক-সাহিত্য লৈলা অমদি মজনুনগী নুংশি-নুংওনগী ব্রারী অদুনি।

লাইরিক কয়া অমসু ধর্ম্মগা মবী লৈনবা অমদি মণিপুরী মুসলিম সমাজনা হকথেংনরিবা থৌদোক-ব্রাথোক কয়াদা য়ুম্ফম ওইরগা ইরকখি, মৌলানা সিরাজ অহমদকী 'নিশা বন্দ' অমদি 'টি ভি অমসুং ইস্লাম' উমর কাসমীগী 'অফবা মপুরোইবা অমগী শক্তম' পনবা য়াই।

মসিগী মথক্তা মপাল লমগী মুসলিম স্কোলরশিংনা ইরম্বা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া মণিপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা মীয়ামদা পাবা ফংহল্লি। শম্না হায়রবদা হজরত মৌলানা জকারিঅনা ইবম্না 'ফজাইলে আমাল', হাযবা লাইরিক অসি মৌলানা সিরাজ, মুফতি, দারুল-উলুম মরকজ, হাওরৈবী লিলোংগী লুচিং মখাদা শেমখিবা জমাত অমনা মণিপুরদা হন্দোক্লগা ভোলুম অনীদা ফোঙখি। লাইরিক অসি প্রোফেত মুহম্মদনা হায়রম্বা অমদি তাকপীরম্বা পাউতাক হায়বদি হদিস কয়াবু খোমজিনবা লাইরিকনি। লাইরিক অসিগী অহানবা ভোল্যুম ২০০৫ দা পুথোকই।

**ব্রারেং-শৈরেং, উপন্যাস, দ্রামা:**

ব্রারেং, শৈরেং, উপন্যাস, দ্রামানচিংবা ইবগী ইহৌ মণিপুরী মুসলিমশিংগী মরক্তা ১৯৩০ গী মতমদগী হৌরকখি। লম অসিগী লময়ানবা ওইরম্বদি কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমনি । মহাক কৈরাও মক্তিং মেঞ্জোর ইস্কোলদা ১৯৫৩ দা পোকখি। অদুগা ২০০৩ দা মনুং মতম চাদনা গাড়ী এক্সিদেন্ত অমদা লৈখিদ্রে। মহাক দাইরেক্তোরেত ওফ সেতলমেন্ট এন্দ লেন্দ রেকোর্দসতা এল দি সি ওইনা থৌ পুরম্মী অদুগা ১৯৭৩ অদুব্রাইদগী ব্রারেং অমদি শৈরেং ইবা হৌখি। লাইরিক 'মহাক্কী নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ' ১৯৭৭ তা ফোঙখি অদুগা 'নুংশা লৈমা

থোরক্লো' হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অমসু ১৯৭৯ দা ফোঙখি। মহাক উপন্যাসসু ইরম্মী, 'য়াথং' (১৯৭৮) অমদি 'নোংঙাল্লমদাই শজিক' (১৯৮১)। অঙাংগী সাহিত্যদা মুসলিমগী ফুঙ্গা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা 'জারুল্লাহ' (১৯৮৩) অমদি অরবিয়ান নাইটসকী মণিপুরদা হন্দোকপা 'অলিবাবাগী ৱারী' (১৯৮৮) সু ফোঙখি। মহাক্কী লাইরিক 'কোহিষ্টানগী ৱারী' এন সি ই আর তি, নিয়ু দিল্লীগী চিলড্রেন্স বুক কম্পিটিসন্দা ১৯৮৯ ইংদা মনা ফংখি। মহাক্কী মণিপুরী মুসলিমগী লোক সাহিত্যদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক মু. অব্দুর রহমানগা পুল্লগা ইমিন্নবা 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' ১৯৮৬ তা ফোঙখি। মমাঙঙৈদা মুসলিমশিংনা মণিপুরদা শক্লরম্বা ঈশৈ মওংশিং অমদি লুহোং-খোংদোংবদা শান্নরম্বা জগোই, ইরগা লৈহৌদ্রবা লোক-সাহিত্য কয়াবু খোমজিনবদা নত্তনা লাইরিক অসিদা নৈনদুনা য়েংঙি। লাইরিক খরা অমসু মহাক্লা সম্পাদক ওইরগা ফোঙখি, 'পচা অমসুং মাগী সাহিত্য' (১৯৮৯), 'ঈপাক তম্লক্লিবা ঈচেল' (২০০০) অসিনি। অকোনবগী লাইরিক অসি মণিপুরী মুসলিম কবিশিংনা ইবা কবিতাশিংগী এন্থোলোজীনি। মহাক মণিপুর প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসনগী থৌ পুরম্মী অদুগা 'মতম' চেফোংদা মহাক্কী শৈরেং ফোঙবা হৌরকখি।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, প্রোগ্রেসিব রাইটর্স ফোরম, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনচিংবদসু য়াওরম্মী। মহাক কলা-সংস্কৃতিদসু থৱায় য়াম্না য়াওরম্মী অদুগা ষ্টেট কলা একাদমীগী মেম্বর অমসু ওইরম্মী। মহাক্লা এদিটর ওইরগা চেফোঙ কয়ামসু ফোঙলম্মী— 'খোন্থাং' (১৯৭৮-৮০), 'পান্দম' (১৯৮০) অমদি 'মিংশেল' (১৯৮০-৯৪)।

পুখ্রীময়ুম কয়ামুদ্দিন মণিপুরী মুসলিমগী মরক্তা সাহিত্যবু চাওখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী। মহাক্লা হৌগৎলক্লিবা সাহিত্যকার কয়াগা খূৎশম্নরগা সাহিত্য অমদি কলচরেল সংস্থান, মণিপুরী মুসলিম লিতরেরী কম স্তাদী সার্কল, লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইস্লামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন, মুসলিম রাইটর্স ফোরমনচিংবা কয়া লিঙ্খৎলম্মী। অসিগুম্বা সাহিত্যগী সংস্থান কয়া লিঙ্খৎপদগী মুসলিমশিংগী মরক্তগী য়াম্নমক নৎত্রবসু মীওই খরদি সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌরকখি। শম্না হায়রবদা ইস্লামিক কলচরেল এন্দ রিসার্চ এসোসিয়েসন (ইকরা)

হায়না খঙনবা এসোসিয়েসন অসিগী মখাদা মুসলিম অখঙ-অহৈ কয়া পুনশিল্লগা সাহিত্য অমদি কলচরবু চাওখৎনবা অমদি লম কয়াদা থিজিন-হুমজিন্দুনা চেফোঙ পুথোক্লগা মীয়ামদা খঙহল্লি, অদুগা চহীগী কলচরেল ফঙ্কসন কয়া শীন্দুনা অমদি লম কয়াদা শক্লাইরবা মুসলিমশিংবু মনা মথুম পীদুনা জাতি অসিগী কলচরবু চাওখৎনবা হোৎনখি। ইকরা-না বিষয় কয়াদা ইবা লাইরিকসু এসোসিয়েসন অসিনা 'ইকরা পব্লিকেসন সেরিজ' হায়না ফোঙই। কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম মুসলিমশিংগী সাহিত্যগী লময়ানবা অমা ওইরম্মী অদুগা মণিপুরী সাহিত্য অমদি কলচরবু নুংশিজবা অমদি চাওখৎনবা হোৎনরম্বা মীওই অমনি। মহাক্লা মনুং মতম চাদনা লৈখিদবদা অৱাবা ফোঙদোক্লদুনা সলাম তোম্বনা পোক্লফম ২০।৭।২০০৩ অসুম্না হায়খি:

"নংনা চৎখিবদা সাহিত্যগী লমায় অমদি থুপচিনখ্রে,
তাররোই নপাউ তাঙনা ফংজবা ফুরুপ অমগী অইবা !"

(পাম্বৈ, ওক্তোবর ২০০৩)

মুসলিমশিংগী মরক্তা সাহিত্যবু চাওখৎহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবশিংগী মনুংদা কছারদা পোকপা মু. খৈরুদ্দিন চৌধুরী অমদি প্রো: অব্দুস সহীদ চৌধুরীসু পনবা য়াই। মু. খৈরুদ্দিন চৌধুরী কছারগী বাদ্দৃপারদা ১৯৩৯ দা পোকখি। মহাক দি এম কলেজদা মতম খরা তম্মলম্মী অদুগা ১৯৬৫ দা গোহাটি বিশ্ব্যবিদ্যলয়দগী এম এ পাস তৌখি। মহাক আসাম গভর্নমেন্তকী শিক্ষা বিভাগতা থৌ পুরম্মী। মহাক্কী অহানবা কবিতাগী লাইরিক 'মীনোক পিরাংগী মীকুপ অনিংদ' ১৯৭৬ তা ফোঙখি। কবিতা অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'কামিনী কুমার এৱার্দ' (গোল্ড মেদল) ১৯৭৭ তা পিখি। মহাক্কী অতোপ্পা কবিতাগী লাইরিক্তা পনবা য়াবদি 'সবনমগী মরিক অনীদং' (১৯৭৮), 'মুক্তা খুজোক অমদং' (১৯৭৯), 'নোংখোং পরেং ৱাংমদা' (১৯৯৯) অসিনচিংবনি। ১৯৯৮ ইংদা মহাক্লা মতমগী বঙ্গলা কবিতা' হায়বা লাইরিক অমা সম্পাদক তৌরগা সাহিত্য একাদেমী, নিয়ু দিল্লীনা ফোঙখি। মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী

প্রসিদেন্ত ওইনসু থৌ পুরম্মী। মহাক্না সাহিত্যগী লমদা অমদি মণিপুরী সাহিত্যবু চাওখৎহনবদা লৌরিবা থৌদাংবু শকখঙবা ওইনা 'ইকরা এৱার্দ ১৯৯৫: শাইরে অ'জম' পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে।

অব্দুস সহীদ চৌধুরী ইকনোমিক্সকী প্রোফেসার ওইনা নেহরু কলেজ কছাড়দা থৌ পুরম্মী। মহাক্না ইখিবা করিতাগী লাইরিক্তা পনবা য়াবদি 'কুনশুবা শতাব্দী, (১৯৭৯), 'সনা মচুগী অয়ুক' (১৯৯২) নি। অইবা অসি কামিনীকুমার এৱার্ড ফংখ্রে। মখোয়গী লুচিং মখাদা কছারদা সাহিত্যবু চাওখৎনবা সংস্থান কয়া লিংখৎখি অমসুং চেফোঙ কয়া ফোঙদুনা লাক্লি।

মথক্তা পনখ্রিবা লময়ানবশিং অসিগী মখাদা মুসলিম সাহিত্যকার কয়া থোক্লক্কুনা লাইরিক কয়া ইবা হৌরকখি। সাহিত্যকার খরা পল্লবদা, শৈরেংদা মু: অব্দুল হেকিম সাহগী 'মালং তান্থা (১৯৭৮), কিউ এম কুতুবুদ্দিনগী 'চীংয়াগী লৈরাং (১৯৭৯), এ রহমানগী 'থম্মোয়গী খোল্লাউ' (১৯৮০), এম এ হাকিম সাহগী 'স্বর্গলোগকী ঈশৈ' (১৯৮০), ফৈজুরুদ্দিন অহমদকী 'পুন্সিগী ঈরোন্নুং' (১৯৮৭),এস তাহির অলীগী 'অমম্বা মরকসিদা' (১৯৯৮), মুফিদুন নিসাগী 'অরোইবা খোঞ্জেল' (২০০১) নচিংবনি। উপন্যাসতা - মু. লাতিফ সাহগী 'সংসারদগী বিদায় (১৯৭৭), কিউ এম কুতুবুদ্দিনগী 'জিন্নাত' (১৯৮৪), বেঞ্জামিন এম শাহগী 'বেগম সাহেবা' (১৯৮৭) অমদি 'খাঙঙুথক্কী সিঙ্গারে' (১৯৯১), অজাদ কোমোলগী 'জিহাদ' (১৯৯৩) নচিংবনি। ৱারীমচাদা– এম. এ. হাকিম সাহগী 'ফুলৱার বেগম' (১৯৭৮), দ্রামাদা - মু. সহিদুর রহমানগী 'থম্মোয় অনিগী তেংথাখোল (১৯৮৮), অব্দুস সলাম চৌধুরীগী 'নোংপোক চীংথৈ হুল্লক্লে' (১৯৯৫) নচিংবনি।

**ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিকশিংঃ**

মণিপুরী মুসলিমগী ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়াসু ইবা হৌরকখি। এম এ জনাব খান্না ইহান হানবা ওইনা মণিপুরী মুসলিমশিংগী ইতিহাস ইবা হৌখি। মহাক্না ১৯৭২ দা 'মণিপুরী মুসলিম' হায়বা লাইরিক অমা ইখি। লাইরিক অসিদা অহানবা ওইনা মণিপুরী মুসলিমশিংগী ইতিহাসপু মমুৎ তানা ইখি। মহাক্না ও ভোগেস্বর সিংহগা পুল্লগা মমাঙঙৈগী পূয়া 'নোংশামৈ' সম্পাদক

তৌরগা ১৯৭২ দা ফোঙখি। লাইরিক অসিদা মরু ওইনা মহারাজ খাগেম্বগী মতমদা সিলহেটকী মুসলিম লান্মী ১০০০ বু লানফা ওইনা ফাবা অমদি মখোয়বু মণিপুরগী তম্পাক্তা মৈতৈ নিঙোল অমদি লমনচিংবা পীরগা খুন্দা লৈতাদুনা লৈহল্লকপগী অমদি মখোয়না লৌরম্বা দায়ত্ব কয়াসু শীংথারগা ইবা অরিবা পুয়ানি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি আর কে সনাহল সিংহনা অরিবা পুয়া, মুসলিমশিংগী ইতিহাস য়াওবা অমসু সম্পাদক তৌরগা ১৯৮৫ দা 'পাঙল থোরকপা' হায়না মিংথোল্লগা ফোঙখি। ১৯৭৬ তা ইহান হানবা ইংরাজী লোন্দা ইবা মণিপুরী মুসলিমদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক 'দ মণিপুরী মুহম্মদন্স' খৈরুদ্দিন চৌধুরীনা ইখি। মথংদা বাঁশকান্দিদা পোকপা মণিপুরী মুসলিম কাজি হমিদ আলিনা 'দ মণিপুরী মুসলিম' হায়বা ইংরাজীদা ইবা লাইরিক অমসু ১৯৭৯ দা ফোঙখি। লাইরিক অনী অসিদা মণিপুরদা মুসলিমনা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখিবগী ইতিহাস অমদি ১৯শুবা শতাবদীগা অঙনবদা মণিপুরদগী মুসলিম অমদি মৈতৈনা কছার, ত্রিপুরা, সিলহেট, ধাকানচিংবদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখিবগী ইতিহাসসু নৈনৈ।

মণিপুরী মুসলিমগী মীওই খরা পুল্লগা ১৯৯৯ দা মণিপুবী মুসলিম হিস্তরিকেল সোসাইতি শেমখি। সোসাইতি অসিনা মণিপুরী মুসলিমশিংগী ইতিহাস অমদি মখোয়না লৌখিবা থৌদাং কয়াবু থিজিন হুমজিনবগী থবক তৌরম্মী। পনবা য়াবদি সোসাইতি অসিনা রিযাজুদ্দিন চৌধুরীগী চিয়ারমেনগী মখাদা মুসলিমগী খুল্লক লৈরক্তা চত্তুনা খোঙজোম লান, ১৮৯১ দা য়াওখিবা মুসলিম মচাশিংগী মমিং-মথা কয়া খোমগৎখি। মখোয়শিং অসিবু শীংথারগা এম এ জনাব খান্না খোংজোম লানগী চহী ১০০ শুবগী পালন ১৯৯১ দা দি আই পি আর, মণিপুরনা সি এচ মনিহার সিংহনা এদিটর ওইরগা ফোঙবা 'ব্রান হন্দ্রেদ য়ার ওফ মণিপুর 'স লাস্ত ব্রার ওফ ইন্দিপেন্দেন্স (১৮৯১-১৯৯১)' দা 'মুসলিম ফাইতর্স ইন দি ব্রার ওব ১৮৯১' হায়বা ব্রারেং অমা হাপখি।

কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা অমদি বদরুদ্দিন্না 'মৈতৈ পাঙল হৌরকফম' হায়বা লাইরিক অমা ১৯৯১ ইংদা ফোঙখি। লাইরিক অসিদা মণিপুরদা মুসলিমশিংগী ইতিহাস অমদি শাগৈ কয়াগী হৌরকফম অমদি চাদা-নাউদা শন্দোক্লকপগী মতাঙদা য়াম্না কুপ্না ইরি।

ৱারোইশিনঃ

য়াম্না চাউবমক নৎত্রবসু মণিপুরী মুসলিমশিংগী মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল খরদি তমদুনা লাক্লি। মখোয়না রিসার্চ কয়াদা য়ুম্ফম ওইরগা লাইরিক ফোঙবা অমদি মতমগী মতুং ইন্না সাহিত্যগী সংস্থান কয়া শেমদুনা সাহিত্য অমদি ইমালোল মণিপুরীবু য়াম্নমক নৎত্রবসু খরমখৈদি চাওখৎহনবদা শরুক য়াদুনা লাক্লি। ইস্লাম ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক কয়া অমদি ইস্লামিক সাহিত্য কয়াবু মণিপুরী লোলদা অনুবাদ তৌরগা মুসলিমশিংতা নত্তনা অতোপ্পা জাতি কয়াদসু ইস্লাম ধর্ম্ম অমদি চৎন-লোনচৎ কয়াবু মশক খঙহল্লি। অদুগা ইস্লামিক/মুসলিমগী থিম অমদি উর্দু/ফার্সী/অরবিক্কী ৱাহৈ-ৱাতা অমদি ইদিয়ম অমদি ফ্রেজশিং, প্রমাণ-পান্থে কয়াবু মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌদুনা ইমালোল মণিপুরী অসিবু চাওখৎহনবদা শরুক য়ারি। ❑

# বরাক তম্পাক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা পাঙল

*এফ. অহমদ*

মায়কৈ খুদিংদা শোত্থনা লৈরিবা পাঙল— জাতিসিগী চাদা-নাওদাশিংনা মতম সাহিত্যগী লমদা খোঙ থাংজিল্লক্কদবসি কুমচৎ খরগী তুংদা ওইরকপা য়াই। মণিপুরী সাহিত্যদা মীতৈশিংগী খুদোল মপূং ফারে। ঙন্না মহে চারবনি। অমরোমদা পাঙলশিংনা সাহিত্যগী মঙফাওনগদবসি য়াম্না ৱাৎনা উই।

আসামদা মপূং ওইনা কছাডদা খুন্দা-লৈতারিবা পাঙলশিংগী সাহিত্যগী খোঙচৎ য়েংবা তারবদি ধর্ম্ম অমদি সমাজগী ফিভম কান্দুনা চৎপা য়াদে। পাঙল সমাজদা ধর্ম্মগী ৱাফম য়াম্না চেকশিন্না লৈরি। কোমথোকপা থেংনদে। সমাজবু ধর্ম্মগী কুয়োম্না য়োমশিন্দুনা চেৎশিন্না থম্মী। ধর্ম্মদা য়ূম্ফম ওইরগা অরবিক তমহন্নবা কন্না হোৎনৈ অমসুং খঙদবা য়াদবা ৱাফম অমা লাকই। মসি পাক-শন্না মহে মশীং তম্বগী চৎনবীদু নত্তে। চুম্নগী ইসলামগী চৎনবীবু খঙহন্নবা থৌরাংবনি। অনীশুবদা, সমাজগী থাক (লৈবগী থাক) নেম্বা মরম্না য়ুমলৈ-কৈরৈগী ফিভম ফত্তে লৌউ-শিংউবতনা পাম্বৈ ওইবনা লাইরবগী মশীং ৱাত্তে।

মথক্কী ৱাফম খরসিনা মরম ওইরগা হিংবগী পুন্সি খুৎহিংদুনি ঙসি কছাড়দা লৈরিবা পাঙল খুন্নাই। হিংনবা পাম্বৈ থিবদা থংনবা লৈকাইদা করি থৌদোক থোক্লিবগে খঙদবা, খঙনিংলুদবা, খঙলুবগী কান্নবা লৈতবা হায়বগী ৱাফম লাকই। অমরোমদা ইংলিস, মরু ওইনা জেনরেল ইদুকেসন তম্বসি চৎনরমদে। মাংবা শেংবগী ৱাফম কন্না লৈরম্মী লোয়ননা ধর্ম্মগী মিংদা অথিংবা কয়া লাকখি। মরম অদুনা মঙালগী লম্বেলদা খোঙথাং তপ্পা চৎপা হৌরকখি।

১৯শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তা জেনরেল ইদুকেসনগী মঙাল কুফেৎ-কাফেৎ ঙানবা হৌরক্লে। ইং ১৯২৩ ফাওবদা গ্রেজুয়েসন লোইবা মীওই

অমখক্তমক থোরকখি। মদুগী মমাঙদা অমম্বা মরক্তা মা-মাদুনা চৎলম্বনি। চহী ৮০ রোমগী মমাঙগী ঈশিং-নুংশিৎকী ফিভম ঙসিসু মপোপ কায়দবগুম উরি। মসিগী চাউরবা অশোয়বা হায়ববু ধর্ম্মগী পল অমদি সমাজদা হিংবগী থাক্কী মখা পোল্লম্মী।

মীতৌ তম্বসি মীওইবগী হৈনবীনি। মীগী ফজবা অমদি অফবা উরুরগা কল্লক-মীহৌবা হায়বসি মীওইবগী শগোন্নরক্কবা চৎনবীনি। বরাক তম্পাক্তসু মঙাল ফংলবা পাঙল নহারোলশিংনা সাহিত্যবু মশক খঙনিংলকপগী ঈহৌ লাকপা হৌখি। আসামদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কছাড় মশা লাকখ্রবা তুংদা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ য়াঙখৎলকখি। মঙাল ফুদোরক্লে। খজিক ঙনখৎনা য়েংবা তারবসু ইংশোক ১৯৭৫ গী মমাঙদদি মণিপুরী সাহিত্যদা পাঙলশিংগী খুৎ চঙদ্রি হায়বা য়াই। আসামদা মণিপুরী লোলগী স্কুল লিংখলকপদা, লোল অসিবু মেদিয়ম অমা ওইনা তম্বা হৌরকপদা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈনোৎ খংলাক লাকখি। চাংয়েং হৌরে, তাংকক অমা লাক্লে। মণিপুরীশিংগী খুদা অমা ফংলে হায়বা য়ারে।

বরাক তম্পাক্তা সাহিত্যগী ঈচেল কনৎলক্লে। নিঙমদবগী মরক্তা নিংশা মপিগা লোয়ননা পীরাং শিন্থনা শৈথাবা হৌরকখি। থোরক্লে বরাক কবি খৈরুদ্দিনগী 'মীনোক পিরাংগী মীৎকুপ অনিদং' হায়বা শৈরেং অমা। তম্পাকসিদা পাঙলশিংগী অহানবা সাহিত্যগী লৈশাৎ তম্বা হৌরে। চাংয়েং মায় পাকখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা অফবা মখলগী লৈরাং অমগুম খুনগৎখি। সাহিত্যগী তোর্বান্দা ঈনোৎ মথং-মথং লাকখি। অব্দুস সহীদকী '২০শুবা শতাব্দী' কৌবা মতমসিগী ঈশিং-নুংশিৎপু কুপ্পা য়েংলগা মমি তাহনখিবা শৈরেং লাইরিক থোরকখি। ওস্থোক্লা থৌনা লৈনা চোংথোরকখি।

বরাক তম্পাক্তা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ লাকখিবগী মরম অমনা বঙ্গালীশিংগী হন্থবা মীৎয়েং অমদি রাজনীতি শান্নবা মী খরগী ঙকচাও থেকপা লীচৎকী পাউখুম পীনবা হোৎনরকখিবদগীনি। নুংঙাইবা অমসুং হরাওবগা লোয়ননা উনদুনা ৱারী শান্নবদা বরাক কবি খৈরুদ্দিননা হায়— 'পাঙলদি মীতৈরোল খঙদে হায়বগী চাউরবা তোকঙা অমা আসামদা শন্দোকখি। তোকঙাদুগী পাউখুমনি ঙসিগী খুদোলশিং — মুক্তা খুজোক অনিদং শবনমগী

মরিক অনিদং, বরাক তোর্ব্বালগী মহাকাব্য,নিংশিং মিংশেলদা, মথং-মথং ইফুৎকুম চেন্থরকখি। পীরাংগা ঈরোইনবা ঈচেলনি। তেংবাংগনি— পেন্দবগী, নিঙমদবগী খোল্লাও অমসুনি পাঙল লৈরি হায়বগী।

মণিপুরগী সাহিত্যদা মীৎয়েং পাকথোরক্লে। অইবা খরা চোংথোরকই। লমজিংবীনবা ব্রাৎপতা মঙাইরে। ইং ১৯৭৮ দা অইবা খরা পুল্লগা বাঁশকান্দিদা 'নুমিৎলৈ সাহিত্য মরুপ' কৌবা সাহিত্যগী লূপ অমা থোরক্লে। বরাক তম্পাক্তা অমদি ইজাতিসিগী অমত্তা ঙাইরবা সাহিত্যগী সংস্থানসিনা নহারোল অইবশিংবু লমজিংবীনবা হোৎনখি। 'নুমিৎলৈ' কৌবা থা ৩/৩ গী চেফোঙ অমা পুথোক্কুনা মীয়ামদা শেবা তৌবা হৌখি। মতম কুইনা শেবা ঙমখিদ্রে।

তম্পাকসিগী পাঙলশিংনা মণিপুরী সাহিত্যবু মশক খঙলকপা অমদি মায়কৈসোমদা মায ওনশিনহল্লক্লবগী চাওরবা থৌদাং লৌরিবদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনি। পরিষদনসু শাগোন্ননা চৎমিন্নবগী মীৎয়েং লাপথোক্তে। চঙশিল্লুদবগী ব্রাফমতা ঙাইরে। জাতিসিগী অইবা তাংঙি। কবি খৈরুদ্দিন, অব্দুস সহীদকী মরুম থুপ্লা লাপতক্লা ইন্নবিবা কবিদি জাহিরউদ্দিননি। (চেফোঙ কয়াদা) মশাগী খুদোল তমখ্রে। লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্ত্রি হাযবতা মঙাইরবনি।

বাঙ্গালীগী নুংশিৎ মরক্তা অনম-অহা চুরুরবা, লৈকাং চূরুবগী মতুংসিদা তপ্ন-তপ্না চামথোরক্লি লৈকাংশিংদো। মশাগী শক্তম থিবা হৌরকপতা ঙাইরি। ইমুংদা ওমশিন্দুনা মপান থোক্লা ফোঙদোকপা ঙমদবগী নিংশা মপি হোল্লি ঙসিগী নহারোলশিং। □



# মুহম্মদ অব্দুর রহমান খুৎহৈবম

হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা মুস্লিম (পাঙল) অইবশিংগী মরক্তা অহল ওইরবা মুহম্মদ অব্দুর রহমান খুৎহৈবম কৈখু, ক্ষেত্রিগাওগী লায়রবা ইমুং অমদা তাং ২।১।১৯৩৫ ইংদা পোকই। অপোকপগী মিং সিফৎ উল্লাহ অমসুং অপোকপীগী মিং খুৎহৈবম ওঙবী মোইনাম চনু যুহরা বিবী কৌই। যুহরা বিবী সিফৎ উল্লাহগী অহুমশুবী নুপীনি। মহাক নহা ওইরিবী লুখ্রাবীনি। সিফৎ উল্লাহনা মহাক্কা যুম্বান্নখিবগী মরমদি মচা নুপা পাম্বদগীনি। হান্নগী নুপী অনী কায়নখি।

যুহরা বিবী মচা অহুম পোক্লম্মী, ১৯৬৪ দা লৈখিদে। মচা অহল অব্দুর রহমাননি। মথংনা নিঙোলনি, মরিয়ম বিবী কৌই। অহুমশুবা নুপানি, মুহিবুর রহমান কৌই। অপোকপা অহল, অঙাংশিংবু মহৈ তমহন্নবদা থৱায় য়াওবতা নত্তনা সংস্কৃতিগী লমদসু থৱায় য়াওরম্মী। মহাক মাগী মতমদা গজলগী ওজাসু ওইখি। নুপী মচাশিং মহৈ তমহন্নবা 'কৈখু বালিকা এল: পি: মদরসা' লিংখৎলম্মী (১৯৪৬)। মহাক মক্কাদা চত্তুনা হজ্জ তৌখি অমসুং হাজী ওইখি (১৯৬৫-৬৬) অমসুং ১৯৭২ ইং দা লৈখিদে।

**লাইরিক তম্বা**

মুহম্মদ অব্দুর রহমান মশাগী চহী ৪-৫ গী মতমদগী লাইরিক তম্বা হৌরকই। মহাক্কী অহানবা ওজা মপা ইবুংঙোনি। তম্লিবা লাইরিক্কা অরবী কাইদা (অহানবা) নি। অরবী হান্না তম্বগী মরমদি কুরআন পাবা হৈনবনি। পাঙল অঙাংশিং চহী নৌরিঙৈদগী হৌনা নমাজ (মপূবু খুরুমজবা) তম্মী। মদুদা কুরআনগী শ্লোকশিং অমসুং ৱারোল অতৈ হায়বা দরকার ওই। মরমসিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী অরবী তম্বা তঙাইফদবা ওইহল্লি।

মথংদা মুহম্মদ অব্দুর রহমান, ক্ষেরগাও এল: পি: মদরসাদা লাইরিক তম্লকখি। মতমদুদা এল: পি: মদরসাদা উর্দুসু তম্লম্মী। মহাক য়াম্না ঙন্না উর্দু লোন

খঙবা হৌখি। খৃ: ১৯৪২ দা ক্লাস টুগী চহীগী পরিক্ষা থারম্মী। পরিক্ষাগী সেন্টর পোরোম্পাৎ এল: পি: স্কুলদা ওইখি। মহাক্না হায়- অনীশুবা লাঞ্জাও মতম ওইবনা পরিক্ষাগী ব্রাহংশিংগী পাউখুম শ্লেত্তা ইহল্লম্মী। নুমিৎ অদুদা সবজেক্ট খুদিংমক্কী পরিক্ষা লৌরম্মি অমসুং ফলসু হায়দোক্লম্মী। মহাক পাস ওইরম্মী। মথংদা মহাক চুড়াচান্দ হায় স্কুলদা ক্লাস থ্রিদগী টেন ফাওবা তম্লকখি (১৯৪৩-১৯৫০)। ক্লাস ফাইব-সিক্সতা হিন্দীগী মহুত্তা উর্দু সবজেক্ট লৌরকই অমসুং ক্লাস সেভেন-আইটতা অববী সবজেক্ট লৌরকই। ১৯৫১ দা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিনা লৌবা মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌখি। মথংদা দি: এম: কলেজদা মিং চন্দুনা আই: এ: তমথরম্মী। ইমুং-মনুংগী শেলগী ফিভম ফত্তবনা মরম ওইদুনা কলেজগী কোর্স লোইবা ঙমখিদে। অদুবু মহাক শেল্ফ-ষ্টদি তৌবা তোকখিদে, হৌজিকসু তম্বা, থিবা তোক্ত্রি। মখল-মখলগী লাইরিক পাবা মীশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক্না পারকপা মপাল লমগী মহ্বলি/ ব্রিক্লী জর্নেলশিংদি ইস্লামিক রিভিয়ু [ব্রোকিং, ইংলেণ্ড]; এব্রেক [ট্রান্সভাল, সাউথআফ্রিকা]; অল-ইত্তিহাদ [ইউ: এস: এ]; দি লাইট [লাহোর. পাকিস্তান]; ইস্লামিক ভোইস [বেঙ্গলোর, ইন্দিয়া]; দি রেদিয়েন্স [নিউ দেল্লি, ইন্দিযা] অসিনচিংবনি। কনাগুম্বনা মাগী ক্বালিফিকেসন হংবা মতমদা মহাক্না নোক্ল-নোক্লা খুম্মি: 'ঐ ছাত্র ওইজরি'। মহাক হিন্দী লোনসু 'পরিচয়' লান্দুনা 'কোবিদ' ফাওবা তমহৌই। অদুনা মহাক ইংলিসতা নত্তনা উর্দু অমসুং হিন্দী লোনশিংগী ব্রার্কেবল নোলেজ লৈ। মহাক্কী তোপ-তোপ্পা মগুণ অমদি মহাক্না খঙদবা পোৎ অমা থেংনবদা মদু করিনো খঙনবা থিজিনবা অদুনি। মদুনা মাগী নোলেজ হেনগৎহল্লি। হীরম খরদদি মহাক ওজাগী থাক য়ৌই হায়বা য়াই।

**পুন্সিগী হিংন-লম্বীদা চঙশিনবাঃ**

ইমুং-মনুংগী শেলগী ফিভম ফত্তবনা মরম ওইদুনা মহাক শেম্বোক-লম্বী থিবা তারম্মী। ১৯৫৩ দা মহাক ইম্ফাল পোষ্ট ওফিসতা থবক চঙলম্মী। ব্রাঞ্চ পোষ্ট ওফিস, ক্ষেত্রিগাওদা থবক তৌবা হৌরম্মী। মতম খরগী মতুংদা মহাক জোর্হাট পোষ্ট ওফিসতা ট্রান্সফর তৌরম্মী অমসুং মফমদুদা মাগী পোষ্টিং পীরম্মী। মতমদুদা ইম্ফাল পোষ্ট ওফিস, জোর্হাট পোষ্ট ওফিসকী মখাদা লৈরম্মী। ইমুং-

মনুংগী মী ব্রাৎপনা মরম ওইদুনা মহাক জোর্হাট চৎখিদে, থবক থাদোকখি। মতুংদা মহাক ফাতিমা মেমোরিএল হাই স্কুলদা ওজা ওইরম্মী (১৯৫৪)। স্কুল অসি হাটাদা লৈরম্মী, হৌজিক্তি লৈত্রে। ওজাগী থবক থাদোক্লগা ১৯৫৫ কী মার্চ থাদা এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টদা এল: দি: সি: ওইনা থবক চঙলম্মী। প্রোমোসন মথং-মথং ফংদুনা মহাক একাউন্টস ওফিসার ওইখি। মহাক একাউন্টস ট্রেনিং কয়ামুক চৎখি। মহাক্না ট্রেনিং ফংখিবা মফমশিংগী মনুংদা খরদি মখাগীসিনি।

১) ওফিস ওফ দি একাউন্টেন্ট জেনরেল, শিলং (১৯৬৫-৬৬)

২) ইন্সটিট্যুট ওফ সেক্রেটরিয়েৎ ট্রেনিং এণ্ড মেনেজমেন্ট, নিয়ু দিল্লি, ১৯৭৮

৩) ষ্টেট একাদেমী ওফ ট্রেনিং, ইম্ফাল, ১৯৮৯

মহাক্কী থবক্কী পুন্সি মায় পাকপা পুন্সি ওইখি। মহাক তাং ১।২।১৯৯৩ ইংদগী থবক্তগী পোত্থাখি।

**য়ূম পানবা**

য়ূমগী অহলশিংগী অপাম্বগী মতুং ইন্না মহাক ইফমগী সনাজাওবা কাজীগী মচানুপী অমিনা খাতুনগা য়ুম্বান্নখি (মার্চ, ১৯৫৪)। মহাক্কী মচা নুপা তরুক (মচানুপা অহলদি পোকপগা লৈখিদে) অমসুং মচানুপী অনীনি।

**সমাজ সেবা**

মুহম্মদ অব্দুর রহমান খূৎহৈবম, নহা ওইরিঙৈদগী সমাজ সেবাদা খোঙদারকই। ইংশোক ১৯৫০ অমসুং ১৯৬০ গী মতমসি সমাজ সেবাদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবা মতমনি। থবকশিং অদুদা মহাক্কা খূৎশম্নুনা চৎখিবা মীশিংদি অতাউর রহমান খান অমসুং মৌলবী জনুরুদ্দিন খান-নি।

১) অনসারুল ইস্লাম লাইব্রেরী লিংখৎপা। হৌজিক্তি লৈত্রে।

২) ছাত্র অমসুং খুন্নাইগী য়াইফবা পুরকপদা অঙম্বা মতেং পাংনবা 'রুরেল য়ুথ ওর্গনাইজেসন' লিংখৎপা। হৌজিক্তি লৈত্রে।

৩) মুহররম অমসুং মিলাদুন নবীগী থৌরম পাঙথোকপা হৌদোকপা।

৪) লাসানী চাইল্দ সেন্তর লিংখৎপা, হৌজিক্তি লৈত্রে।

৫) ক্ষেরগাও এম. ই. স্কুল, জুনিয়র হাই স্কুল ওনখৎপা - অসিনচিংবা।

**শান্নবদা শরুক য়াবাঃ**

মহাক শান্নবদসু থব্রায য়াওরকই। মহাকনা পামজবা মশান্নশিংদি হোকী অমসুং ফুটবোলনি। মসিগী মথক্তা লমদমসিগী ওইবা মশান্না মুক্লাসু, মহাক্লা নহা ওরিঙৈদা শান্নবকই।

**পুন্সিদা থেংনবা খুদোং থীবাঃ**

মুঃ অব্দুর রহমানগী পুন্সিদা খুদোংথীবা অহুম থেংনরকখি। মদু মহাক্লা অসুম্না লীবিরকই-

১) ইংশোক ১৯৫১ গী য়াওশঙ মতমদা মরুপ অমগা ঐগা নুমিৎদাং অমা ইম্ফাল মনুংদা থাবল চোংবা য়েংবা চৎলম্মী। ঐখোয় পোষ্ট ওফিসকী মপা য়ৌবদা মনিং ওইরপ্লা থাবল চোংবগী পুংখোল তারম্মী। ঐখোয়না মখারোমদা হাইথরগা চৎলম্মী। সেক্রেটরিয়েৎ মপা য়ৌবদা পুংখোলদু নক্লা তারম্মী। থাবল চোংলিদু জেলগী নাকন্দা লৈবা কম্পাউন্দ অদুদনি। মদু ঐখোয় খঙলমদে মফমদু থুনা য়ৌনিংবদগী ইপঙ-পঙনা ফাষ্ট এম. আর. ফাওরগা চৎলি হায়দুনা এম. আরগী গেটতা চঙশিল্লুরে। সন্ত্রিনা ঐখোয়দা নোংমৈ তন্নগা হোল্ট হায়না লাউরক্লম্মী। মহাক্লা মখা তারক্লম্মী, নখোয় কনোনো কদায়দা চৎলিনো'? ঐনা 'থাবল চোংবা য়েংবা চৎলিনি' হায়না খুম্লম্মী। সন্ত্রিনা শাউনা 'সিদা নত্তে, চৎলো হায়রক্লম্মী। ঐখোয় ইপা পাখৎনা মফমদুদগী চেন্থোরকলম্মী। শিবা য়াবা খোঙফম্লি। চেং লৈবদগী হিংহৌবনি '।

২) ইংশোক ১৯৫৩ দা মরুপ অনীগা ঐগা বারুনী কাবা য়াওরুই। বারুনীগী খুবমদগী মখারোমদা লমকপদা মরুপ অনীনা ঐগী মাঙ থাখিরম্মী। মী কৃক-কৃক ইন্ননা চৎলিবা চীংজেপ্তুদা ঐনা লীৎখৎলগা চৎকে তৌবদা খোঙফম শোয়খিদুনা লুরবা লোক্তা নাম্থরম্মী। চীংজেপ্তা হৌবা লাইবকঙৌ চবুন অমদা পায়দুনা য়াল্লম্মী। মীয়াই ওইরবা অহল অমনা-'লৈশাবী মরক্তা ঙাওবদি চোপ্লতনি, শিরোই; চীংজেপ্তা ঙাওরবদি শিগনি, চেকশিল্লু হায়রগা ঐবু চীংখৎপিবদগী শিবদগী নাম্থোকহৌই।

৩) ঙসিদগী চহী ৪৫ রোমগী মমাঙ ইংশোক ১৯৬৪ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ১৮ দা ক্ষেরগাওদা পার্টি অনী শাথীনা ফুনবগী থৌদোক অমা থোকখি।

পার্টি অমনা ঐবু কোনশিল্লগা কেস তৌরম্মী। পুলিসনা ঐবু য়ূমদগী ফাদুনা অহীং অমা লোকপ্তা লৈরুই ২৭।৯।১৯৬৪)। নোংঙাল্লগা জামিন্দা থোক্লকই। মদু ইকাইবা অমসুং খাঙবদা ৱাবা থৌদোক ওইখি। কেশ অদু তাং ২০।১০।১৯৬৬ তা লোইখি।"

**অইবা মী ওইরকপা**

মহাক তম্বা অমসুং থিবা পামজবা মীওইনি। মসিদগী মহাক অইবা মী ওইরকখি। থৌদাং (১৯৫৭), পয়ামে ইস্লাম (১৯৬২), মিংশেল- (পূম্নমক ফোঙবা লেপথ্রবা) - অসিনচিংবা অমসুং ঋতুদা মাগী ৱারেং, শৈরেংশিং ফোঙবা হৌরকখি। মহাক্না থিজিনবদা ফংবা পাঙলগী খুনুং ঈশৈশিং ঋতুদা ফোঙবা হৌরকখি। মতুংদা মহাক্না কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগা পূন্না সম্পাদন তৌমিন্নবা লাইরিক - 'পাঙলগী খুনুং ঈশৈ' ১৯৮৬ ইংদা পুথোকখি। মহাক সাহিত্যগী লমদসু থৱায় য়াওই। শৈরেংদা ঙাওই। পাঙলগী অইবা মী মশীং লীক্না লৈবা উবদা মহাক নুংঙাইজদে। করিগুম্বদা মহাক্না হায়ঃ 'পাঙলগী অইবা মী ৱাৎমনবদগী, মতীক চাদ্রবসু চাদনা, ঐ অইবা মী ওইবনি।'

মহাক পাঙলগী সংস্কৃতি নৈনবোই ওইবগা লোয়ননা মসিগী মবমদা লেকচর কয়ামুক (মরু ওইনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী মণিপুরী দিপার্টমেন্টনা শীনবা লেকচর প্রোগ্রামগী মখাদা) পীখ্রে অমসুং হীরমসিগী মতাংদা সেমিনাব পেপর কয়া ইখ্রে অমসুং পাখ্রে। রিসার্চ তৌবা ছাত্র ছাত্রি কয়াগী মতেং পাংখ্রে। ইসলাম ধর্ম্মগা মরী লৈনবা আর্টিকল কয়ামুক মাগী পেল-নেম (আলম) শিজিন্নদুনা পাউ চেশিংদা ইখ্রে। পাঙলগী সংস্কৃতি নৈনবা শক্লাইবা মী কনানো হংলবদি মহাক অদু 'অব্দুর রহমান খুৎহৈবম'নি হায়বা নত্তনা হীরমসিগী মতাংদা মমিং পানবা য়াবা মী অতৈ লৈতে।

মীওইবদা য়েংবা মাগী মীৎয়েং

মহাক মী পূম্নমকপু জাৎ-বিজাৎ খায়দনা, মান্ননা য়েংবা মীওইনি। মীরক্তা অশেং-অমাং খায়বা য়ানিংদে, য়াদে। স্কুলদা নৎত্রগা ওফিসতা কাঙলুপ কয়ামুক্কী মী অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবা অমসুং তেংবাংনদুনা হিংমিন্নবগী ৱাখল থাদোক্তনা লেনমিন্নবা পুন্সিগী মওংদু মহাক্না পামজৈ। মহাক্না ওফিসতা থবক তৌমিন্নরম্বা

নুপা, নুপী পুম্নমক কাউবা লৈতে। করিগুম্বা 'ওঃউখিদ্রে, উররোইদো' হায়রগা স্বর শাংনা হোল্লগা খাঙবা থেংনৈ। মহাক অদু কনানো হায়বদি ফোঙদোক্তে।

**সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী সংস্থানশিং য়াওবা**

মুহম্মদ অব্দুর রহমান, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা থব্বায় য়াওজবা মীনি। মসিগী খুদম, হীরমশিংসিগা মরী লৈনবা সংস্থানশিংদা য়াওদুনা মাগী থৌদাং উৎচবা অদুনা ওই। মহাক্না য়াওরম্বা অমসুং য়াওরিবা সংস্থানশিংদি ঃ

১) কলচরেল ফোরম , মণিপুর

২ ) লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, মণিপুর

৩) ইমা লৈবাক পব্লিকেসন বোর্দ, মণিপুর

৪) ইস্লামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন, মণিপুর

৫) রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর

মহাক ৱক্ফ বোর্দ, মণিপুরগী মেম্বরসু ওইরম্মী (১৯৯৯-২০০৪)।

**ফোঙখ্রবা লাইরিক/বুক লেটশিং**

মহাক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিক/বুকলেটশিং মখল অনীনা ওই, মদুদিঃ- ক) ইস্লামিক লিটরেচর অমসুং জেনরেল লিটরচর। পূম্নমক অদু মখাদা থমজরি ঃ-

*ক) ইস্লমিক লিটরেচর*

১) রোজা, ১৯৮৬

২) য়ুসুফ-জুলৈখা, ১৯৮৭

৩) ঈদ অনী, ১৯৮৭

৪) মুহররম অমসুং করবলাগী লান, ১৯৯২

৫) ইসলাম, ১৯৯৭

৬) দুনয়া আখিরতকী লৌরোকফম্নি, ১৯৯৯

৭) খঙফম থোকপা ফর্জ খরা, ২০০০

৮) লনকোল, ২০০৩

৯) লৈরম্লে, ২০০৬

১০) খুতবতুল ৱাদা, ২০০৯

*(খ) জেনরেল লিটরেচর (শৈরেং)*

১) থম্মোইগী খোল্লাউ, ১৯৮০

২) পাঙলগী খুনুং ঈশৈ (কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমগা সম্পাদন তৌমিন্নবা), ১৯৮৬

৩) পেল্লে তাইবং, ২০০০

৪) ইরালদুবু করিনো, ২০০২

৫) সাহির সলিমা লুহোংবা, ২০০৪

৬) ঙক্লবা পুন্সি, ২০০৭

মুহম্মদ অব্দুর রহমান ৱাখল শাংবা অমসুং ৱাঙাঙ তেনবা মীনি। মহাক হৌজিকসু ইবা লেপত্রি, ইরি। মহাক্না নোক্লগা হায়ঃ ঐনা ইবনেনা তোরিসে অসিগুম্বা খোন মরক্তনি- 'মীনা মারুটি কার থৌরি, ঐখোয়গীনা কলম থৌরি। য়ুম কায়নীং কয়াংনী তৌবা মতাংসু য়াওখ্রে। পূম্নমক অদু খাঙলগা ইজরিবনি। ঙাওবা নুংঙাই, ইবসু নুংঙাই। মথংদা ফোঙনবা তৌরিবা মহাক্কী লাইরিক্তি 'ঈচেল অমসুং খোঞ্জেল' (শৈরেং) নি।

মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা লৌজরিবা থৌদাং খঙবিদুনা মণিপুরী সহিত্য পরিষদ, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি অমসুং দি গেলদন জুবিলা সেলেব্রেসন কমিটি, ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেরী, ইম্ফালনা উপধি অমসুং ইকাইখুম্নবা উৎপগী চে-শিং পীবিখ্রে, মদুদি

১) সাহিত্য ভুষণ, ২০০৩,(মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল)

২) রাইটর ওফ দি ইয়ার, ২০০৪,(নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি)

৩) সার্টিফিকেৎ ওফ ওনর ফোর দেদিকেসন ইন দি ফিল্ড ওফ লিটরেচর, ২০০৯, [দি গোলদন জুবিলী সেলেব্রেসন কমিটি) (১৯৫৮-২০০৯) দি ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রবী, ইম্ফাল ] ❑



# মুহম্মদ খৈরুদ্দিন চৌধুরী

মুহম্মদ খৈরুদ্দিন চৌধুরী কছাড় জিলাগী সিলচর টাউনদগী কি. মি. তরুকলোম থাপ্লা লৈবা বাদৃপার খুঙ্গংগী যাত্রপুর লৈকাইদা খৃষ্টকুম ১৯৩৯ গী নভেম্বর ২৯ দা তাইবং মঙাল উখি। অপোকপগী মিং নুরজমাল চৌধুরী অমসুং অপোকপীগী মিংনা মেহেরজান বেগম কৌই। অপোকপী মমাবু 'ইমানু' হায়রগা মীয়াম্না হেন্না খঙনৈ। অহল অনীমক লৈখিদ্রে। পোকমিন্নবা মচিন মনাও ৮ (নিপাল) নি ; নুপা ৪ অমসুং নুপী ৪ নি। খৈরুদ্দিন চৌধুরীনা খ্বাইগী অহলনি।

খৈরুদ্দিন চৌধুরী খুঙ্গংগী স্কুল (শিন্দমশঙ) ৯৭নং বাদৃপার প্রাইমারী স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌখি। মতুং তারকপদা গোর্ভেনমেন্ট হায়স্কুল শিলচরদগী ইংশোক ১৯৫৯ দা মেত্রিক পাস তৌখি। মতুং তারকপা ওইনা জি. সি. কলেজ, শিলচরদা মিং চন্দুনা বি. এ. তম্বা হৌখি। মহাক মতম খরা ডি.এম. কলেজ, ইম্ফালদসু বি. এ. তম্লম্মী। ইংশোক ১৯৬৩ দা মহাক বি. এ. পাস তৌখি লোয়ননা এম. এ (পোলিটিকেল সাইন্স) ১৯৬৬ তা পাস তৌখি। মনাওশিং ওফিসতা থবক তৌবসু য়াওই।

চৌধুরী হোৎনবা কল্লি, তন্দে তৌগে খনখিবা থবক ঙম্লবা হোৎনৈ। অরেম্বদা মতম মাঙহনবা মহাক পামদে। ইংশোক ১৯৬৬ এপ্রিল তাং ২০দা ওজাগী শিনফমদা খোঙদাবা হৌখি অমসুং সিঙ্গেরবন্দ হায় স্কুলদা অহানবা ওইনা পোষ্টিং পীরকখি। চাওরক্লা চহী মরী ওজা ওইরবা মতুং ১৯৭০ ইংদা গ্রেজুয়েট স্কেল ফংখি। অসাম সরকারগী মখাদা লৈবা স্কুল কয়াদা ওজা ওইনা লৈরুই। ইংশোক ১৯৭৫ গী জনুৱারী তাং ২০দা মহাক্কী থবক ফবদু য়েংলগা অসাম গোর্ভমেন্টনা ইন্সপেক্টিং ওফিসার ওইনা থবক পুহনখি। চহীসিদা মহাক বি. টি পরিক্ষা পাস তৌখি।

ছাত্র ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যদা থৱায় য়াওরকই। ইবা খোৎপা

পামজরকই। স্কুলগী মেগাজিন্দা বাংলা লোনদা কবিতা ইরকই। স্কুল ওজা ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক ইবা হৌখি। 'নোংপোক মৈরা' চেফোঙদা মহাক্কী ব্রারেং, শৈরেং তত্তনা ফোঙখি।

মতম্না পুরকপা নুংশিৎনি হায়বা তাই। ওজা ওইনা ইংন-চীক্লা লৈজরম্বা জনাব চৌধুরী পোত্থাফম খঙদবা মতাং খরা থেংনখি. মসিসু পুন্সিগী মখল মথেল খোঙচৎ অমনি। আসাম বিধান সভাদা এম. এল. এ. ওইনা কাখিবা মীশক অমনা খৈরুদ্দিন চৌধুরী অসি মণিপুরী লোন খঙব্রা হায়বা ব্রাহং অমা ১৯৭৫ ইংগী এসেম্বলী সেসন্দা পুখৎলকখি। মদুগী পাউখুম য়াম্না লায়না অমসুং চুম্না পীখি - 'মহাক্কী মমা মরোল মণিপুরী লোলনি।" পাউখুম অসি মতিক চারব্রা করিনো খঙদে মখা অমুক ব্রাহং লাকখিদ্রে।

মণিপুরী লোনবা জাতি অমদা লোন অসি খঙব্রা হায়না হংলকখিবা অসিনা চৌধুরী সাহেবগী পূক্লিং মায়থোংদা পেন্দবা, নুংঙাইতবা কয়াগী মথুম মরাং হৌদুনা পোত্থাহনখিদে। কনাগুম্বা বঙ্গালী অমদা 'নহাক বাংলা খঙব্রা হায়না হংলুরবদি মদুগী পাউখুম করিনা ওইগনি। এম. এল. এ. অসিদা করিগুম্বা খরদি খঙহনগে হায়বসি মতম খুদিং খন্দুনা লৈখি। মণিপুরী লোল অমসুং সাহিত্যদা মায় ওনশিনবা হৌরকখি। চাউবা, কমল, অঙাংহল, মীনকেতন, শীতলাজিৎনচিংবগী লাইরিক মথং মথং পাবা হৌখি। নীলকান্ত, সমরেন্দ, শ্রীবীরেন, ইবোপীশককী কাব্যগী জগৎতা কোয়রুই। পূন্নমক অসি থেংনরুরগা মহাক্লা খল্লম্মী- 'মণিপুরী সাহিত্যদি মানগী পূক্লেনি।' কবি লাহশ্রম সমরেন্দ্রগী লৌশিং চেনবা ফাগীগী অপিকপা কবিতা কয়াদা য়াওরিবা সাহিত্যগী রসপু মহাক্লা মহাও তংখি। অসি নত্তবা বাংলা সাহিত্যগী অফাওবা কবিশিং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর, নজরুল ইসলাম, জীবানানন্দা, বুদ্ধদেব বসু, সুভাস মুখোপধ্যায়নচিংবা ময়াম অসিগী লাইরিকশিং মথং মথং নৈনদুনা কবিতাগী ফজবা মশক অদু মমি তাখি।

সাহিত্য সৃষ্টিগী মখল-মথেলগী ফজবা উরুরগা কবিনা মহাক্কী অহানবা কাব্যগী লাইরিক 'মীনোক পীরাংগী মীৎকুপ অনিদং' ১৯৭৬ ইংদা ফোঙখি। খৃষ্ট কুম ১৯৭৪ দগী ১৯৭৬ ফাওবগী মনুংদা মণিপুরগী মপান্দগী ফোঙলকপা লাইরিকশিংদগী মণিপুরী সাহিত্যদা খ্বাইদগী অফবা অমসুং শীংথানবা য়াবা

লাইরিক্লি হায়দুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা অহানবা 'কামিনী কুমার এব্রার্ড (গোল্ড মেডল) ১৯৭৭' পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। মতম অদুগী চিফ মিনিষ্টর আর. কে. দোরেন্দ্র সিংহনা মহাক্কী চিফ গেষ্টকী ৱারোলদা অসুম্না ফোঙদোকখি 'ইবুংঙো চৌধুরীগী অহানবা কাব্যগী লাইরিকসিদা পরিষদনা কামিনী কুমার এব্রার্ড পীদুনা ইকাই খুম্নবসে খরদি হাথু-হাথু ওইববা? অদুবু কবি অসিনা তম্লক্কদৌরিবা সাহিত্যগী খুদোল কয়াগী থাজবদা য়েংলগা হরাও তরাম্না মনা অসি পীরিবনি।'

জনাব চৌধুরীনা সাহিত্যদা তল্লিবা খুদোল শিংথাদুনা লোইবা নত্তে। মহাক ইবা লেপ্তে। মণিপুরী, বাংলা, ইংলিস লোল অহুম অসিদা মহাক্কী লাইরিক লৈখ্রে। হৌজিক ফাওবদা পূন্না লাইরিক ১২ ফোঙখ্রে। মসিগী মনুংদা কবিতাগী লাইরিক ৬ য়াওরি। ইংলিসতা ২ ;বাংলাদা ২ ; বাংলাদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা কবিতাগী লাইরিক অমা; ইসলাম ধর্ম্মগী লাইরিক অমা। ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মমিং মখাদা পীজরি—

১। মীনোক পীরাংগী মীৎকুপ অনিদং (কবিতা) ১৯৭৬

২। The Manipuri Mohammedan (History) 1976

৩। আধুনিক মণিপুরী কবিতাগী বাংলা অনুবাদ (১৯৭৭)

৪। শবনমগী মরিক অনিদং(কবিতা) ১৯৭৮

৫। মুক্তা খুজোক অমদং (কবিতা) ১৯৭৯

৬। বরাক তোর্ব্বনগী মহাকাব্য (কবিতা ) ১৯৮০

৭। Scattered pearts (poetry) 1980

৮। নীংশিং মিংশেন্দা (কবিতা) ১৯৮৬

৯। কুরআন হদিসকী ইরোলনুংদগী (খোমজিনবা) (১৯৯৫)

১০। মতমগী বাংলা কবিতা (হন্দোকপা) ১৯৯৮

১১। নোংখোং পরেং ৱংমদা (কতি) ১৯৯৮

১২। ডাইরী থেকে (কবিতা ) ১৯৯৯

অসি নত্তবা ৱারেং, শৈরেং কয়াসু মতম মতমগী ফোঙবা চেফোঙসিংদা লাইরিকশিংদা মরাং কায়না য়াওরি।

জনাব খৈরুদ্দিন চৌধুরী থবক অমা ওইনবা হোৎনবদা তনবা,চোকথবা লৈতে। পূক্লিংদা নিংখিবদু থবক্তা ওয়োকই। মসিমক্না পুন্সিদা মায় পাকপা হায়বদু ওইরিবনি। মণিপুরীশিংনা খুন্দাবা মফমশিং হায়বদি ত্রিপুরা, বাংলাদেশ, অপর আসাম, লব্বার অসামগী মফম খুদিংদা সাহিত্যকার অমা ওইনা কবি সম্মেলন্দা, সাহিত্যগী মীফমদা শরুক য়াই, ভাবোক খুদিংগী থম্মোয়দা নুংঙাইবা অমদি হরাওবা পীখিবগী মহে ওইনা মহাকপু মণিপুরী কবি অমগী মার্য্যাদা ব্রাংনা থম্বীখি। মহাকপু ‘বরাক তম্পাক্কী কবি’ হায়রগা পূম্নমক্না খঙনৈ। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা শিন্দুনা পাঙথাকপা চহীগী মীফমদা লাক্কুনা শরুক য়ারখি, কবি সম্মেলন য়াওখি।

জনাব চৌধুরী সরকারগী থবক অমা তৌরবা মতুং ইংশোক ১৯৭৩ দা যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবা হৌখি। মহাক্কী লোয়নবীগী মমিংনা সমছুন নেশা চৌধুরী কৌই। অঙাং মরীগী মপা ওইরি। নুপা ২, নুপী ২ পোকই। অঙাংশিং যুম পানখিবসু য়াওরে। যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদারে হায়দুনা সাহিত্যবু মীরাইবা তৌখিদে। হেন্নদুম চেংনা মথাদা কোনশিন্দুনা থমখি। মহাক্কী লোয়নবী সমছুন নেশা মতম খুদিং মপুরোইবগী থবক্তা মতেং পাঙই। লাইরিক ইবদা অয়েৎপা পীখিদে। মদুমক্না চৌধুরী সাহেবগী মিংচৎ পুরকপদা মতেং ওইখি।

মুহম্মদ খৈরুদ্দিন চৌধুরী মীতৈ লোনবু তশেংনা নুংশিজবা মীশক অমনি। মণিপুরগী পাঙলশিংনা লোনবা লোল, চৎনবী কছাড়, ত্রিপুরা বাংলাদেশতা লোনবা লোল, চৎনবীগা খেন্নবা লৈ। খেন্নবা লৈ হায়দুনসু মখোয়না লোল্লিবা লোল অদু মীতৈ লোন ওইদ্রবরা হায়বদুদি নত্তে। মহে তম্বা মতমদদি জনাব চৌধুরী মীতৈ লোন তম্বা ফংখিদে, হায়বদি কছাড়দা মীতৈ লোন তম্বগী খুদোংচবা লৈতবদগীনি। মীতৈ লোন তম্লিংবগী খোয়রাংবা অমদি পূক্লিংদা ফাওখি।

খৈরুদ্দিন চৌধুরী ইং-তপ্পা মীশক্লি। মাঙোন্দা হাথু-হাথুনা, ভাব তাদনা থবক পায়খৎপা তৌদে। কবিতা পাবনা মহাক্কী হেন্না পামজবা থবক্লি। ইশোক ১৯৭৬ তগী হৌরদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগা মরী লৈনরকখি। পরিষদ অসিবু মপূং ফাহন্নবা হোৎনবদা চৌধুরী সাহেবকী অচৌবা থৌদাং লৈরিবনি। টার্ম মরীরক পরিষদ অসিগী ভাইস-প্রেসিডেন্ট ওইদুনা থবক পুরম্মী। ইংশোক ১৯৯৭-৯৮ গী ওইনা

টার্ম অমা প্রসিদেন্টগী থবক পুখি। মীতৈ পাঙল অমনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী প্রসিদেন্ট ওইবা অহানবনি। মহাক্কী মতমদা পরিষদ অসিগী ওফিস শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কন্না চৎথখি। অদুবু ওফিস শঙ্গাবদি মহাক্কী মতমদা ওইখিদ্রে। মীচং শঙ্গ নাইদবা থম্মোয় চাউবা থবক খুদিংদা মায় পাকপা ওইরি।

মতম কুইনা অসাম সরকারগী ইদুকেসন বিভাগতা থবক তৌরবা মতুংদা মহাক্না তৌরিবা থবক অসিদা হৈশিংবা অমসুং পেনবিদুনা 'অসাম ইদুকেসন সার্ভিস' পীখি। লোয়ননা 'ব্লোক ইলিমেন্টরী ইদুকেসন ওফিসার' (বি.ই.ই.ও) ওইনা ১৯৯৬ তা থবক পুহনখি। চহী অহুম পোষ্ট অসিদা থবক তৌরল্লগা ইংশোক ১৯৯৯ গী নভেম্বরদা থবক্তগী পোত্থাখি।

মশিং য়ামজদবা মণিপুরী মুসলিমশিংগী মরক্তগী ইমালোন মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্না তল্লিবা মমল য়াল্লবা খুদোল অসিবু শক খঙবা ওইনা ইংশোক ১৯৯৫ দা ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন মণিপুরনা 'ইকরা এব্বার্ড'-১৯৯৫ 'শইরে অ'জম' হায়বা মিংথোল অসি পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

থবক্তগী পোত্থারবা মতুংদা মণিপুরী মুসলিম ডেভলপমেন্ট ওর্গেনাইজেসন অসিগী ইংশোক ২০০০ দগী হৌরগা চহী অহুমগী ওইনা সভাপতি ওইখি। মুসলিম সমাজগী অমসুং ওর্গেনাজেসন অসিগী চাউখৎ-থৌরাংদা থৱায় লুপ্লম্মী। জনাব চৌধুরীনা তৌরিবা থবকশিং, মহাক্কী সাহিত্যদা থম্মোয় শেংনা লুপশিনবা মওং অসি য়েংলগা পেনবিদুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মসিগী ৬৭শুবা চহীগী মীফম ইংশোক ২০০২ দা 'কাব্য ভূষণ' হায়বা উপাধি অসি পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখ্রে।

অতৈ অহেনবা থবক খরদি ওজা নীলকান্ত সিংহনা লমজিংদুনা North Eastern Literary conference, অগরতালাদা পাঙথোকখিবা থৌরমদা খৈরুদ্দিন চৌধুরীসু শরুক য়াখি। আসাম সাহিত্য সভা হাওরুঘাট সেসন্দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী সভাপতি ওইনা য়াওখি। বাংলাদেশ সাহিত্য সংসদকী মীফমদা অতিথি ওইনা শরুক য়াখি।

মহাক্কী হৈনবীদি কবিতা ইবা, পাবা অসিনি। মসিদা মহাক্কী নুংঙাইবা অমসুং পূক্লিংদা অপেনবা পোকচৈ। কবি খৈরুদ্দিন চৌধুরীদা লৈবাকনা ইকাই খুম্নবগা

লোয়ননা পীখিবা মনা অমসুং উপাধিশিংদি মখাদা পীজরী ঃ-

১। কামিন কুমার এৱার্ড - ১৯৭৭

২। শাইরে অ'জম- ১৯৯৫

৩। কাব্য ভূষণ- ২০০২

৪। সাহিত্য ভূষণ- ২০০৪ (আসাম)

৫। আসাম সরকারগী সাহিত্যিক পেন্সনার - ২০০৩

৬ । শিলচর পৌরসভানা গান্ধী মেলাদা পীবা মান পত্র

৭। ঈদ সম্মিলনিনা পীবা মান পত্র

ইংশোক ২০০৫ দা ইসলাম ধর্ম্মগী মরু ওইবা য়ুম্বী মঙাগী মনুংদা অমা ওইরিবা হজ পাঙথোক্লুনা হাজী হায়বদু ওইরুরে। সৌদি অরবিয়াদা হজ চৎলুরবা মতুং অসিদদি করি থবক তৌদুনা মতম লৈল্লিবগে হংবদা ইকাই খুম্নজরিবা জনাব চৌধুরীনা অসুন্না পাউখুম পীরকখি- "হৌজিক লমকোই ৱারী অমা শেম-শারি মসিগা লোয়ননা কবিতাগী খোমজিনবা লাইবিক অমা ফোঙনবা হোৎনরি।" থবক্তগী পোত্থারবা মতুং অসিদদি মীয়াম্না নুংশিবীবগা লোয়ননা গ্রমীণ বিকাশ পরিষদকী সভাপতি ওইরি। পরিষদ অসিনা লিংখৎপা বিদ্যানিকেতনদা প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরি। মহাক্না শম্নরিবা সংস্থানশিংদি ঃ

১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম

২। মণিপুরী মুসলিম ডেভলপমেন্ট ওর্গেনাইজেসন, আসাম

৩। গ্রামীণ বিকাশ পরিষদ, আসাম ☐



# মুহম্মদ অব্দুস সহীদ চৌধুরী

মুহম্মদ অব্দুস সহীদ চৌধুরী ইংশোক ১৯৪৭ গী নভেম্বর তাং ১ দা আসামগী মনুং চন্না লৈবা কছাড় জিলাগী বাঁশকান্দি ইফম লৈকাইদা ইফম শাগৈগী ইমুং অমদা পোকই। অপোকপা অব্দুল ৱহাব চৌধুরী অমদি অপোকপি বেগম করিমুন নেসা অনীমকশু ধর্ম্ম চেনবা মীওই ওইরম্মী। মহাক্কী মপু অব্দুল করিম চৌধুরী শক্লাইরবা সমাজ সেবকনি। অতোপ্পা মবুধৌ অমা- অব্দুল জবার চৌধুরী মৌজাদার ওইরম্মী। মহাক্কী অহানবা লাইরিক তম্বা হৌখিবদি ২৯৭ নং বাঁশাকান্দি মক্টবতা ওইখি। সহীদ চৌধুরী ইংশোক ১৯৬৪ দা বাংলা মেদিয়ম স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি। মথং-মথং তমথবকপনা পি.য়ু.সি. ১৯৬৫ অমসুং বি. এ. ওনার্স (ইকোনোমিক্স) তা গুবাহাটি বিশ্ববিদ্যালয়দগী ১৯৬৮ দা পাস তৌখি। মহাক পি.য়ু অমসুং বি.এ. জি. সি কলেজ শিলচরদা তমখি। মুহম্মদ অব্দুস সহীদ চৌধুবী বাংলা সাহিত্য লৌদুনা গ্রেজুয়েসন লোইখি। ইংশোক ১৯৭০ দা এম. এ. ইকোনোমিক্সতা মিংচৎকা লোয়ননা পাস তৌখি।

মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈ মতমদা বরাক তম্পাক্তা মণিপুরী মচাশিংনা বাংলা মিদিয়মদা লাইরিক তম্লম্মী। মতম অদুদা মণিপুরীদা লাইবিক তম্বগী খুদোংচাবা লৈরমদে। মমালোনবু ফনমক নুংশিজরবসু মীরোলদা লাইরিক তম্বা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ অমা লৈতবনা ফিভম অদু থেংনরুবদা মহাক্কী থম্মোয় শোকখি। পীক্লিঙৈদগী হৌনা লাইরিক তম্বদা থৱায় য়াওরকই। ডিবেট অমদি শৈরেং শৈদিন্নবদা অথোইবা মনা কয়া ফংলকখি।

ইংশোক ১৯৭০ দা এম. এ পাস তৌবগা পোইলাপুলদা লৈবা নেহরু কলেজদা ওজা ওইনা থবক চঙখি। মতুংদা কলেজগী ওজা ওইনা ওইনা য়ু. জি. সি. টিচর ফেলোশিফ ফংদুনা নোর্ট ইষ্টান হিল য়ুনিভর্সিটিগী শিলোংদগী এম. ফিল ডিগ্রী লৌখি লোয়ননা 'প্রোবেলেম এণ্ড প্রোসপেক্টস ওফ রুরেল ইনারজি'

হায়বা থিজিস অমা লানখৎখি। মহাক নেহরু কলেজগী ইকোনোমিক্সকী হেদ ওফ দি ডিপার্টমেন্ট ওইখি, ভাইস প্রিন্সিপাল ওইখি লোয়ননা কলেজ অসিগী প্রিন্সিপাল ওইদুনা ইংশোক ২০০৬ তা থবক্তগী পোথাখি।

মুহম্মদ অব্দুস সহীদ চৌধুরী বাংলা লোন, সাহিত্য মমুৎতনা খঙই। বাংলাদসু কবিতা ইরকই। গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিদা তম্লিঙৈ, অসমীয়া লোন সাহিত্য সংস্কৃতিগসু শক খঙনরকখি। মণিপুরী লোন, সাহিত্য, সংস্কৃতিগী চাউখৎ-লম্বীদা অচৌবা শরুক য়ারিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী মশা অমা ১৯৬১ ইংদা কছাড়দা লিঙ্খৎখি। মহাক্না য়ুনিভর্সিটিদগী হল্লকলগা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল কছাড় মশাগা খুশম্নরকখি লোয়ননা পরিষদগী মেম্বর ওইরকখি। সাহিত্য পরিষদকী ঈচেলদা পামজনা খোঙদারকখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল কছাড় মশানা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম ওইববগী মতুংদা ১৯৮৩ ইংদা মহাকপু মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসামগী ভাইস- প্রেসিডেন্ট খনখি। সাহিত্য পরিষদকী অনৌবা দাযিত্ব থৱায় হকচাং য়াউনা পুখি, অনৌবা খোঙ্কাপ অমা থাংখি। চহী খরগী মতুংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী ২০০১ ইংদা ফমখিবা হাইলাকান্দি অধিবেশন্দা মহাকপু অমুক অনীবকশুবা টার্ম অমগী ভাইস-প্রেসিডেন্ট খনখি।

মহাক্না লুচিংদুনা, মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ আসাম, বাঁশকান্দি মশা ১৯৯৩ ইংদা লিঙ্খৎখি। পরিষদকী অনৌবা মশাসিগী হৌদোকপা সভাপতি ওইনা মহাকপু খনখি। চহী তরারোম থৱায় য়াওনা বাঁশকান্দি মশাগী সভাপতিগী দায়িত্ব পুরম্মী। মহাক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসামগী লাইফ মেম্বরনি। পীক্লিঙৈদগী মমালোনগীদমক ইখৌলাংজরক্লবা মহাক্কী থম্মোয়না মমালোন অমদি মজাতিগী সাহিত্য সংস্কৃতি সেবাগী মঙ কয়া মঙজরকখি। ১৯৭৬ ইংদা ৱাখল মান্নবা সাহিত্য প্রেমী মরুপ খরগা খৃৎশম্নদুনা 'নুমিৎ লৈ সাহিত্য মরুপ' আসাম, বাঁশকান্দি কছাড়দা লিঙ্খৎখি। নৌনা লিঙ্খৎলিবা সাহিত্য মরুপ অসিগী ফাউণ্ডর জেনরেল সেক্রেটরী মহাক্না ওইখি। সাহিত্য মরুপসিগী ফোঙণদৌরিবা চেফোঙগী মমিং মহাক্না 'নুমিৎ লৈ' হায়না থোনখি। নুমিৎ লৈ ১৯৭৮ ইংদা শাৎকায়বকখি। মৈতৈ পাঙল মচাশিংনা অঙনবা মতমদা অহানবা পুথোকচবা নুমিৎ লৈ সাহিত্য চেফোঙনি। মহাক্না 'নুমিৎ লৈ' গী হৌদোকপা ইদিটরনি। চেফোঙসিগী অহানবা

মশিংদা উবা ফংখি মহাক্কী চঙখোল্লবা আধুনিক কবিতা - কুনশুবা শতাব্দী।

২০০৭ ইংদা, ইসলা-ফাউণ্ডেসন বাঁশকান্দি, কছাড়, আসামগী অহানবা পুথোকপা- সাহিত্য, সমাজ, ধর্ম্ম অমদি নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী থা অহুম অহুমগী চেফোঙ 'অত-তৈয়ীব' কী ফাউণ্ডর ইদিটরসু মহাক্লা ওইখি। মণিপুরী রাইটর্স ফোরম, আসামগী এইচ, কিউ, লক্ষীপুরগীসু হৌদোকপা জেনরেল সেক্রেটরী মহাক্লা ওইখি।

স্কুল তম্লিঙৈদগী কবিতা ইবা হৌরকখি। মশানা ইজবা কবিতা মতোমতা পাজৈ কনাদসু য়েংহল্লুদে, তাহল্লুদে। অদুবু নোংমদি মহাক্কী মখুড়া অতোম্বনা মহাক্কী কবিতা থেংনখি, পাখি। শৈরেং অদুগী ফজবা মগুণ লৈবা অদু উরগা মখুরানা মহাকপু থাগৎপিখি। পূক্লিং থৌগৎপিখি। কবিতা ইরবদি শোয়দনা ফোঙদোক্কদবনি হায়বা ব্রাফম অসি মহাক্লা থোয়দোক্লা খল্লুদে, থৌশারুদে।

মহাক্কী অহানবা মণিপুরী কবিতাগী লাইরিক 'কুনশুবা শতাব্দী' ১৯৭৯ ইংদা মঙাল ফাওরকখি। লাইরিকসিদা আধুনিক মণিপুরী কবিতাগী নিংথিবা শক্লোন , শৈশক সুর কয়া থেংনৈ। খুদম ওইনা পনবা য়াই কবিতা খবা অদুদি কুনশুবা সতাব্দী, শরু মতেক অমগী ব্রারী, কোরেল আইল্যাণ্ড, ডিসেম্বর, ঐগী মঙ, অজন্ত-ইলোরা, লাইরবা লাক্লে থোঙ হাংঙু, মোইরাং থোইবী, মৈরীক্কী ঈশৈ অসিনচিংবা।

ইংশোক ১৯৯২দা মহাক্কী অনীশুবা কাব্যগী লাইরিক - 'সনা মচুগী অয়ুক' ফোঙখি। কবিতাগী লাইরিক অসি ঈশ্বরিক প্রেম অমদি আধ্যাত্মিক ব্রাখলনা মপূং ওইবা গীত কাব্যনি। লোইবা নাইদ্রবা প্রেমগী মুৎনাইদ্রবা সুরনি। সনা মচুগী অনৌবা অয়ুক অমবু ইখৌলাংজরিবা কবিনি। হোৎনজমল মহৈ য়াল্লে হায়বমক য়াই। ১৯৯০ ইংদগী ১৯৯২ইং ফাওবগী মনুংদা ফোঙখিবা মপাল লমগী মণিপুরী অইবশিংনা ইবা সাহিত্যগী লাইরিকশিংদগী খ্বাইদগী ফবনি খন্দুনা মহাক্কী 'সনা মচুগী অয়ুক' কৌবা শৈরেং লাইরিক অসিদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মসিগী ৫৮ শুবা চহীগী মীফম ১৯৯৩ ইংদা 'কামিনী কুমার এৱার্ড' (সনাগী মেডল) অসি পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। মহাক্কী পুন্সিদা অনৌবা য়াওল অমা লাকখি। অসিতা নত্তনা শক্লাইরবা সমাজ সেবক, ইসলাম ধর্ম্মবু

মায়োল চুম্বীরম্বতা নত্তনা ইকরা এৱার্ড ১৯৯৬ 'হকিমুল উম্মৎ' হায়বা মিংথোল পীখ্রবা লৈখিদ্রবা মৌলানা তৈয়ব কাসমীগী পুস্তি ৱারী অমা বাংলা লোন্দা ২০০৫ ইংদা ফোঙখি।

সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লীনা ফোঙবা মণিপুরী কবিতাগী খোমজিনবা লাইরিক 'লৈবাক নিংবগী ঈশৈ অমসুং শৈরেং ' (বি. জয়ন্তকুমার শর্মনা ইদিত তৌবা), বুক ট্রাষ্ট ওফ ইণ্ডিয়া, নিউ দিল্লীনা ফোঙবা কাব্যগী খোমজিনবা লাইরিক 'নিংতম মতুংগী মণিপুরী শৈরেং' (শ্রী ইবোপিশক্লা ইদিত তৌবা) মণিপুর য়ুনিভর্সিটিনা ফোঙবা 'কাঞ্চি শৈরেং' হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদা মহাক্কী শৈরেংশিং য়াওরি লোয়ননা অতৈ-অতৈ সাহিত্য চেফোঙ কয়াদা অমদি মণিপুরী কাব্যগী খোমজিনবা লাইরিকশিংদা মহাক্কী কবিতা কয়া চোইজায়ননা ফোঙখ্রে।

সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা ফোঙবা সমকালীন ভারতীয় সাহিত্য চেফোঙদা মহাক্কী মণিপুরী কবিতা খুজোক অমা ডা. এ. কে. ডুবেনা হিন্দীদা অনুবাদ তৌদুনা ২০০৫ ইংদা ফোঙখ্রে। 'বলাকা' হিন্দী সাহিত্য চেফোঙদসু মহাক্কী কবিতাশিংগী কবি অশোক বর্মানা হিন্দীদা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙবিখ্রে। কলকাতাগী বাংলা সাহিত্য পত্রিকাদসু মহাক্কী কবিতা যাওখ্রে।

ড্রামাসু পামজরকপা মীশক্লি। ছাত্র ওইরিঙৈ পুন্সিদগী ড্রামদা শরুক য়ারকখি। একাংক নাটক খরসু মহাক্লা ইদুনা কলেজকী ছাত্র ছাত্রীশিংনা ষ্টেজদা উৎখি।

আসামদা, হাইস্কুল থাক্তা মণিপুরী মিদিয়ান হৌদোকপগী মতাংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (কছাড় মশা)গী মীহুৎ ওইনা ১৯৭৫ ইংদা মণিপুরদা চৎখি। খোঙচৎসিদা লৈখিদ্রবা সেরাম রাধামোহন সিংহসু মীহুৎ ওইনা মহাক্লা চৎমিন্নখি। মতম অদুগী মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর, ইদুকেসন মিনিষ্টর অমদি শিক্ষা বিভাগকা উনদুনা ৱারী শান্নখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা শিন্দুনা হীরমসিগা মরী লৈননা ফমখিবা থোইদোকপা মীফম অদুদা মখোয়সু শরুক য়াদুনা আসমদা হায়স্কুল থাক্তা মণিপুরী মেদিয়ম হৌদোকপগী মতাংদা ৱাফম কয়া কুপ্না নৈনরকখি। মথংদা মমল লৈরবা ফিজিবিলিটি রিপোর্ট অমা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা কছাড় মশাদা শিন্নরকখি।

দূরদর্শন কেন্দ্র শিলচরনা ২০০০ ইংগী জানুৱারী থাদা রাষ্ট্রভাষাগী গোল্ডেন

জুবিলিগা মরী লৈননা পাঙথোকখিবা নেশনেল লেবেলগী মালটি লিংগুয়েল পোইটস্ মীট্টা মণিপুরী লোনগী প্রতিনিধি ওইনা মহাক্না শরুক য়াখি। মতাংসিদা পনবা য়াবা অমদি নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিটি, ইম্ফালগী সিলভর জুবিলিগা মরী লৈনা পাঙথোকখিবা কবি সম্মেলনদসু মহাকনা শরুক য়াখি। কবি সম্মেলনগী সভাপতি ওইবিখিবা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা মহাক্কী কবিতাবু নুংশিবা ৱাহৈনা থাগৎপিখি। কবিগী পূক্লিং থৌগৎপিখি।

২০০৫ ইংগী সেপ্তেম্বর থাদা থবক্তুগী পোত্থারবা চিফ জষ্টিস সাচার-না চেয়ারম্যান ওইবা -'প্রাইম মিনিষ্টরস হায় লেবেল কমিটি ওন মাইনোরিটি' না গৌহাটিদা থুংলবদা মহাকসু বার্তোন ফংদুনা প্রতিনিধি অমা ওইনা হায়রিবা হায় লেবেল কমিটিসিগা উন্নখি। শিক্ষা, শেন-থুম অমদি অতৈ হীরম কয়াদা য়াম্না শোম্থহৌরবা মাইনোরিটি ফুরুপগী চাউখৎ-খোঙথাং অহোয়না য়াংহন্নবগীদমক, শিক্ষা প্রতিষ্টানশিংদা এদমিসন পিবদা, সরকারগী থবক হাপ্পদা মৈতৈ-পাঙল অমদি অতৈ মাইনোবিটিশিংগী রির্জভেসন থম্বীনবা লোয়ননা অতৈ অতৈ খুদোংচবা কয়াসু পিবিনবগীদমক দাবী তৌখি। মেমোরেণ্ডম অমা পিখৎখি।

সাহিত্য সংস্কৃতিগীদমক ইখৌ লাংজবা থম্মোয়নি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী মীয়ামগা খুৎশম্নদুনা সাহিত্য সংস্কৃতিগী চাউখৎ-লম্বীদা চৎমিন্নরকখি। আকাশবানী শিলচরগী হৌদোরকপদগী হীরম কয়াদা তোকর অমা ওইদুনা লাক্লি। আকাশবানী শিলচরগী এদভাইজরি বোর্দকী মেম্বর ওইরম্মী। ওল আসাম ওর্দস বেকৱার্দ ক্লাসেস এসোসিয়েসনগী সেন্ত্রেল একজিকিউটিব কমিটিগী মতম কুইনা মেম্বর ওইরম্মী। ওল আসাম মণিপুরী মুসলিম এসোসিয়েসনগী জেনরেল সেক্রেটরিগী দায়িত্ব পুরম্মী। লায়ন্স ক্লাব, লক্ষীপুর গ্রেটরগী- প্রেসিডেন্ট, লেগেল এইদ সেন্টরগী হৌদোকপা প্রেসিডেন্ট, ঈদ সম্মিলনি উজ্জাপনী কমিটি লক্ষীপুরগী হৌদোকপা সভাপতি অমসুং সব-দিভিজনেল প্লানিং এণ্ড ডেভলপমেন্ট কাউন্সিল কছাড়গী ইকোনোমিষ্ট মেম্বরসু ওইরম্মী।

শিক্ষাতনা জাতি অমবু চাউখৎ-লম্বীদা লুচিংবা ঙম্মী- হায়বসি মহাক্কী চেৎনা থাজবনি। শিক্ষাগী মঙাল ফংহৌদ্রবা শোত্থহৌরবা ফুরুপশিংদা শিক্ষা শন্দোক্নবগীদমক লেপ্পা লৈতনা হোৎনজরিবা শিক্ষাবিদ অমনি। হৌজিক হৌজিক

নেহেরু কলেজকী গর্ভনিং বোদিদা য়াওদুনা আসাম সেন্ট্রেল য়ুনিভর্সিটিগী মীহুৎ ওইনা শরুক য়ারি। আসাম মণিপুরী ইদুকেসন ফোরমগী একজিকিউটিব কমিটিগী হৌদোকপা- মেম্বরনি। দারুল উলুম বাঁশকান্দি, কছাড়গী (অরবিক য়ুনিভর্সিটি) মজলিসে সুরাগী অখন্নবা সদস্যনি। জৱাহর নভোদয়া বিদ্যালয় (জে. এন. ভি) কছাড় এদভাইজরি বোর্দকী মেম্বর ওইবগা লোয়ননা হায় অমদি হায়ার সেকেণ্ডরি স্কুল কয়া মরুমগী মেনেজমন্ট কমিটিগী এদভাইজর অমসুং প্রসিদেন্টসু ওইরম্মী।

'সনা মচুগী অয়ুক' ফোঙবগী মতুংদা কবিতা ইবদি লেপখিদে অদুবু ফোঙবদি ঙমখিদে। হৌজিক্তা খূৎইদা ফোঙবা য়ানা লাইরিক মরিরোম লৈরি। ইসলাম ধর্ম্মগী মরু ওইবা য়ুম্বী অমা ওইরিবা 'হজ' মহাক অমসুং মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা ২০০৭ ইংদা পাঙথোকখি। হাজী হায়বদু ওইখি।

কলকাতা বিশ্বাবিদ্যালয়দা থা অমা লৈগদবা খোঙচৎ অমদা মহাক্না কবি গুরু রবীন্দ্রনাথকী পোকফম থম্মোয় পেন্না য়েংজরকখি লোয়ননা শান্তিনিকেতনদা মতম খরা লৈরম্মী। মহৌশানা লৈতেংলবা ঈং-তপলবা শান্তিগী তুংনফম ওইরিবা ঋষি কবিগী থম্মোয় অমদি আত্মগী লৈনম চেল্লবা মফমদু উরকখি।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামনা মহাক্না সাহিত্যগী লমদা তৌরিবা খুদোল অসিবু শকখঙবিদুনা ইংশোক ২০১০গী ফেব্রুৱারী থাদা হোজাইদা পাঙথোক্কদৌরিবা মীফম অসিদা "কাব্য ভূষণ" উপাধি পীরগনি হায়না খঙহল্লকপ্রে।

*ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং—*

১। কুনশুবা শতাব্দী ১৯৭৯,

২। সনাগী মচুগী অয়ুক, ১৯৯২

৩। হজরত মৌলানা তৈয়ব কাসমীর জীবন ও কর্ম, ২০০৫

***শন্নরিবা সংস্থানশিং—***১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (কছাড় মশা), ২। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম ,৩। ওল আসাম মণিপুরী মুসলিম এসোসিয়েসন, ৪। নুমিৎলৈ সাহিত্য মরুপ, আসাম, ৫। লাইওন্স ক্লব, লক্ষীপুর গ্রেটর, ৬। মণিপুরী রাইটর্স ফোরম, আসাম। □



# কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম
(২৬-৭-১৯৫৩ - ১৩-৭-২০০৩)

**পোকপা অমসুং মহৈ মশিং তম্বা**

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম ইংশোক ১৯৫৩, জুলাই ১৩ নোংমাইজিং নুমিৎতা কৈরাও মক্তিং মেজোর ইখোলদা লৌমী অমগী ইমুংদা পোকখি। অপোকপগী মিংনা মুহম্মদ তোম্বা অমসুং অপোকপীগী মিংনা ফুন্দ্রেময়ুম নিঙোল ইবে উর্ফ থোই বিবি কৌই। মচিন মনাও অহুমনি, নুপা অনী নুপী অমা, মহাক্না খ্বাইগী অহলনি। ইংশোক ১৯৫৯ দা কৈরাও মক্তিং ময়ায় লৈকাই এল. পী. মদরসাদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। মদরসা অসিদগী ক্লাস টু পাস তৌবগা লোয়ননা ইংশোক ১৯৬৩ দা ইরিলবুং এম. ই. স্কুলদা ক্লাস (থ্রি) দা মিং চন্দুনা মখা তমথখি। হায় স্কুলগী থাক য়ৌরকপদদি রাজা ভুমব্রা সিংহ হায় স্কুলদা মিং চল্লি অমসুং স্কুল অসিদগী মহাক মেট্রিক পরিক্ষা থায়। মতম অদু মণিপুর মশাগী ইকজামিনেসন বোর্দ লৈত্রি। অদুনা বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী ইদুকেসন আসামনা লৌবা হায় স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট ইকজামিনেসন, ১৯৭০-৭১ পাস তৌখি। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মখা অমুক তমথনবা মণিপুর কলেজদা মিং চন্দুনা পি. য়ু আর্টর্স ক্লাস য়াওখি। য়াম্না তমনিংলবসু ইমুং-মনুং ফিভম ফত্তবনা পি. য়ু. সি. লোইশিনখিদ্রে।

**অইবা অমা ওইনা**

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইবা পাবদা পূক্নিং লুপ্লকই। ইমালোল মণিপুরী অসি চাওখৎনবা হোৎনবদা চোকথবা লৈতনা হোৎনখি। মহাক্না সাহিত্যগী লমদা খোঙদারকপসি খৃঃ কুমঃ ১৯৭৩ গী অরোইবা শরুক্তনি। মতম অদুগী মমিং লৈরবা থাগী চেফোঙ 'মতম'দা শৈরেং ফোঙবা হৌখি। বী. এম. মাইস্নাম্বগা (শক্লাইরবা নোভেলিষ্ট) য়াম্না নকশিন্নবা তিন্নখি অমসুং মতম শাংনা লোইনখিবনা

ইবগী লমদা য়াম্না খুমাং চাউশিনখি। মহাক্কী শৈরেং, ৱারেং, ৱারী মচা তত্তনা ইদুনা মণিপুরদা ফোঙলিবা মরু ওইবা জর্ন্যালশিং, পাউচেশিংদা হাপ্লকপদা মীয়াম্না মহাকপু মশক খঙবা হৌখি।

সরত অরাম্বমগী 'সাইক্লোন' চেফোঙগী সার্কুলেসন মেনেজর ওইখি। পাঙলশিংসি থিজ্জিন-হুমজিনবা কয়া তৌদে হায়বসি মহাক্না য়াম্না ঙন্না খঙখি। ইবগী লমদা য়াম্না শোখবা মরম্না অইবা মী লৈনবা হোৎনবদা নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু ইবগী ৱাখল লৈবা মীওইশিংদা মহাক্না তত্তনা থৌনা পাঙ্গল পীদুনা অইবা পুথোক্লবা হোৎনখি। মদুগী মহয় ফঙখি। অইবা মী থোরকখি।

কয়ামুদ্দিননা মশাগী পুন্সি ৱারী তেস্তকনা ইদুনা থনম্মী। মদুগী মনুংদা মহাক্কী থম্মোয়নুংদা খাঙমদবা চৈনাখোল অমা ওইনা ফাওরকখিবা ৱাহৈ খরা- "ঙসি মণিপুরী সাহিত্যনা ফনা চাউখৎলবা অসি ফাওবদা লোন অসিগী মপান তাংদুনা, চহী ৪০০ রোম লৈবাক অসিগী ঈশিং, নুংশিৎ অমদি খুন্নাই অসিগা অমত্তা ওইনা তৎন-থানদনা শগোন্ননা লেল্লক্লবা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংগী মরক্তগী কনাগুম্বা অমতনা ঙসি ফাওবা ইমালোনগী সাহিত্যগী লৈকোলদা খুদোল তম্লমদবা অসিনি। মসিনা মরম ওইদুনা ইপুন্সিদা থেংখাং কয়াদা অৱাবা, খুদোংথিবা কয়া মায়োক্নরবসু ইমালোনগী সাহিত্য লৈকোলদা ঐনা ঙমজবা খুদোল কয়া তমদুনা অৱাৎপা শরুকসি ইশামক্না মেনশিল্লমগে ৱাখল অসিনা মাঙদা থমদুনা সাহিত্যগী লম্বীদা খোঙদারকখি।"

মহাক্না মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা লাইফ মেম্বর ওইনা চঙলকপসি তাং ২৩-১-১৯৮১ ইংদা ডা. আই. আর. বাবুনা পরিষদকী জেনরেল সেক্রেটরী ওইবা মতমদনি। পরিষদকী থবক থৌরম খুদিংমক্তা হকথেংনা য়াওখি। পরিষদকী অহল ওইরবা মীওইশিং ওজাশিং অমসুং শক্লাইরবা সাহিত্যকার কয়া নকশিন্ননা তিন্নখি। মখোয়দগী জ্ঞান লৌশিং কয়া লৌশিনখি। মসিমক্না ইবগী লমদা খুমাং চাওশিনবা হেনখি।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম অশেংবা কবিনি অমসুং সাহিত্যকার অমসুনি। মহাক্কী অহানবা শৈরেং লাইরিক 'নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ' ১৯৭৭ ইংদা ফোঙখি। মহাক জর্ন্যালিজমগী ৱাখল ফজনা লৈখি অমসুং মদুগী থবকসু তৌরম্মী। লাইরিক

ইন-ইনা চেফোঙ পথোকপসু হৌখি। মণিপুরী মুসলিম লেটরেরী সার্কল, ইম্ফালনা থা ৩/৩ গী ওইনা পুথোকপা চেফোঙ 'খোম্থাং' গী এডিটর মহাক্না ওইখি। চেফোঙ অসি ১৯৭৮ দা অহানবা পুথোকপনি। মহাক্না অহানবা এডিটরনি। মতুংদা থা ২/২ গী পুথোকপা চেফোঙ 'পান্দম' গী এডিটর ওইখি। মদু কুইনা হিংখিদে। মহাক্না মতম শাংনা এডিটর ওইখিবদি লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসনগী বেন্নর মখাদা ফোঙবা চেফোঙ 'মিংশেল' নি। এসোসিয়েসন অসিগী জেনরেল সেক্রেটরী মতম কুইনা ওইখি। চেফোঙ অসিসু ১৯৮০ ইংদগী পুথোকপা হৌখি । মসি থা ২/২ গী ওইনা পুথোক্কদবা সাহিত্য, সংস্কৃতি , সমাজ অমসুং ধর্ম্মগী চেফোঙনি। পুন্সিগী অরোইবা পূংফম ফাওবা চেফোঙ অসিগী এডিটর ওইখি।

মহাক্কী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং, এডিটর ওইখিবা চেফোঙশিং, নীংশিং চেফোঙশিং মখাদা পীজরি।

**লাইরিকশিং –**

১। নিংঙমদবা থম্মোয়গী ঈশৈ (ঈশৈ-শৈরেং) - ১৯৭৭

২। য়াথং (উপন্যাস) - ১৯৭৮

৩। নুংশা লৈমা থোরক্লো (শৈরেং) - ১৯৭৯

৪। নোংঙাল্লমদাই শজিক (উপন্যাস) - ১৯৮১

৫। জারুল্লাহ (পাঙলগী ফুঙ্গা ৱারী) - ১৯৮৩

৬। পাঙলগী খুনুং ঈশৈ (অব্দুর রহমানগা সম্পাদন তৌমিন্নবা) - ১৯৮৬

৭। অলিবাবাগী ৱারী - ১৯৮৮

৮। পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য (সম্পাদন তৌবা) - ১৯৮৯

৯। কোহিষ্টানগী ৱারী (খূৎই লাইরিক) এন.সি. ই. আর. টি., নিউ দিল্লিগী চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন ১৯৮৯ দা মনা ফংখ্রবা

১০। ঈপাক তন্নক্লিবা ঈচেল (শৈরেং) সম্পাদক - ২০০০

১১। শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল (ৱারীমচা) মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা ফোঙবা ২০০৪

**চেফোঙশিং ঃ**

১। খোম্থাং (থা ৩/৩ গী ) এডিটর- ১৯৭৮-৮০

২। পান্দম (থা ২/২ গী এডিটর -১৯৮০
৩। মিংশেল (থা ২/২ গী )এডিটর -১৯৮০-১৯৯৩
৪। নীংশিং চেফোঙ ঃ ইকরা এৱার্ড ১৯৯৫ এডিটর - ১৯৯৫

**খূৎই ওইনা লৈহৌবা লাইরিক খরা**

১। নকি অহমদ অমসুং আজদ হিন্দ ফৌজ (অনীশুবা লাঞ্জাওগী ৱারী)
২। ফকির মরি (হন্দোকপা) নুংতিগী পাউচে সনালৈবাকতা সেরিয়েল নাইনা ফোঙখ্রবা

মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্না তৌরম্বা দান শিংথাদুনা লোইবা নত্তে। পরিষদকী অনৌবা লম অমা লৌনবা হোৎনবদা মহাক্না চাওরবা থৌদাং লৌখি। লমসু ফঙখি। অদুবু মতম মতমগী পানখিবা সরকার অদুনা পীবিরমদবনা মফম লৈরবসু অরেম্বা তাখি। মাঙোন্দা শিন্নখিবা থবক ওইদনা খক হল্লক্তে। মশাগী একাগাড়ী, স্কুটর লৈজদে। অদুম ওইনমক থবক খুদিংমক নংনবা চেল্লি। নোংমতং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ওফিস য়ৌহৌদবদা মাঙোন্দা করিগুম্বা খরা মাঙখিবগুম ৱাখলদা ইংনা-চিক্না পোত্থবা ঙমজদে।অদুনা পরিষদগী ভিজিটিং রেজিষ্টারদা ভিজিটরশিংনা ইরিবা মওং অদুদগী তোপ-তোপ্না তাং ৮।৭। ২০০৩ ইংদা অসুন্না ইরম্মী-

"নুংতিগী মতম হেক ওইরকপগা পরিষদ য়ৌনিংবগী নিশা অমা লাকই।"

**থবক চঙবা অমসুং য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবাঃ**

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম মণিপুর সরকারগী মখাদা লৈবা ডাইরেক্তোরেট ওফ সেন্টলমেন্ট এণ্ড লেন্দ রোকোর্ডসতা ১৯৮১ ইংগী ফেব্রুৱারী থাদা কেরানী ওইনা থবক চঙখি। মহাক্কী পূকচেল শেংবা, তপ্পা, মোংহাদবা অমসুং তৌগে খন্না লেপখিবা ৱাখল অসিনা মীপূম খুদিংমক্না মহাকপু নুংশি, চাল্লি। মতম চানা ওফিস কাবা মহাক্কী মথৌনি। মহাক্না থবক তৌরিবা বিভাগ অদুগী ইমপ্লোয়ি য়ুনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইনা থবক পুখি অমসুং য়ুনিয়নগী য়াইফনবা কন্না হোৎনখি।

সরকারগী ইমপ্লোয়ি অমা ওইরবা মতুং থা অহুমগী মতুংদা হায়বদি ১৯৮১ ইংগী জুনগী তাং ১৩, থাংজ নুমিৎতা খেত্রিগাওদা লৈবী য়ুমখাবম নিঙোল জুমেরা

বেগমগা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবা হৌখি। মহাক অঙাং মঙাগী মপানি। নুপা অহুম অমসুং নুপী অনী পোক্লম্মী। অঙাংশিং লৈকাইগী স্কুলশিংদা লাইরিক তমহল্লি। মচানুপা অনীশুবা হায়ার সেকেণ্ডরী ইকজামিনেসন পাস তৌদুনা মখা তমথখি।

**সমাজ সেবক অমা ওইনা ঃ**

কয়ামুদ্দিন খুঙ্গংগী পুন্সি মরেলদা চাওরক্লবসু লৈকাই অমা, সমাজ অমা শেমগৎপা পামজবা মীশক্নি। খুঙ্গংগী স্কুল, ক্লবনচিংবা লিঙ্খৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। 'কৈরাও মক্তিং য়ুট ক্লব'কী প্রসিডেন্ট ওইনা ১৯৭৩ দগী মথং মথং থবক পুরকপনা ১৯৯৯ ইং ফাওবা লেপ্তুনা ওইখি লোয়ননা "য়ুঠস ভোলুন্টরী ফোর্স, কৈরাও মক্তিং" গী ফাউণ্ডর এক্টিব মেম্বরনি। অসিদা নত্তনা ওল মণিপুর মুসলিম য়ুঠস এণ্ড ষ্টুডেন্টস এসোসিয়েসন ' কৈরাও ব্রাঞ্চকী প্রসিডেন্টসু ওইরম্মী। ইংশোক ১৯৭১ দা কৈরাও মক্তিং মেজোর ইংখোল এল. পি. মদরসা লিঙ্খৎপদা মপান নাইদ্রবা তেংবাং ওইনা ১৯৭২ ইংদগী ১৯৭৩ ইং ফাওবা অৱামল লৌদনা হেদ পণ্ডিতগী থবক পুরম্মী। মণিপুরী লোলনা ভারতকী ৮ শুবা সেদ্যুলদা চন্নবগী হৌখিবা মণিপুরী ইহৌদা কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুমসু অচৌবা থৌদাং লৌখি।

মহাক অশেংবা সমাজ সেবক অমনি। মরু ওইনা পাঙল সমাজ অসি খরতা ওইরবসু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনরম্মী। লৈকাইগী লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক লাকপদা চিথখবা লৈতে। মহাক্না লমজিংদুনা মণিপুর পুম্বগী ওইনা অহানবা পাঙথোকপা "ওল মণিপুর কীরঅত এণ্ড গজল (নাট) ফেসটিভেল ১৯৮৩" নভেম্বর ১২ অমসুং ১৩ দা গান্ধী মেমোরিয়েল হোল, ইম্ফালদা মণিপুরগী গর্ভনার সৈয়দ মুজাফর হুসেন বর্নীনা অথোইবা অতিথি ওইদুনা থৌরম অদু হৌদোকখি। মহাক্না ইকরাগী জেনরেল সেক্রেটরী ওইরিঙৈদা মখাগী থৌরমশিং অসি ষ্টেট লেবেলদা পাঙথোকখি।

১। **মহররমগী মরমদা সিম্পোজিয়মঃ** মে ৭, ১৯৯৮ ইং বাবুপারা মসজিদ, ইম্ফাল থৌরম অদুদা মীওই অহুম্না ৱা ঙাংখি।

২। **মিলাদুন নবীগী মরমদা সিম্পোজিয়মঃ** জুলাই ১১, ১৯৯৮ ইং, ঃ মণিপুর হিন্দী পরিষদ হোল, ইম্ফাল থৌরম অদুদা এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা

অথোইবা অতিথি ওইখি লোয়ননা শক্লাইরবা মীওই অহুম্না চে পাথোকখি।

৩। নবী হজরত মুহম্মদ (স্ব)না সংসারদা লাকখিবগা মরী লৈনবা সিম্পোজিয়মঃ অগষ্ট ২২, ১৯৯৯ ইং নোংমাইজিং মফম ঃমণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফাল থৌরম অসিদা শক্লাইরবা মীওই অহুম্না ৱা ঙাংখি।

৪। মিলাদুন নবী (সিম্পোজিয়ম) "ইসলাম অমসুং ইল-ম (শিক্ষা)" জুন ১৫, ২০০০ ইং শগোলশেন, মফম ঃ জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমী হোল, ইম্ফাল থৌরমসিদা শক্লাইরবা অহুম্না চে পাথোকখি।

পাঙল সমাজদা অহানবা ওইনা থোকখিবা অমদি ফুরুপ অসিনা অমুক্তা পায়খৎখিদ্রিবা থবক অমদি মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংগী মরক্তা হৈথোই শিংথোইবা মীওই কয়া মানা-মানা হৈনজবা ফুরুপ অসিগী নাট, সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা থবকশিংদা মনা পীবগী থবক্নি। ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসননা শিন্দুনা 'ইকরা এৱার্ড ১৯৯৫' য়েন্থোকপগী থৌরম তাং ১৭-১১-১৯৯৫ ইংদা মহাক্কী লমজিং মখাদা জে. এন. ডান্স একাদমী হোলদা মতমদুগী মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর রিশাং কৈশিংনা অথোইবা অতিথি ওইদুনা শক্লাইরবা মীওই মঙাদা মনা-মথুম পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

মথং চহী হায়বদি ইংশোক ১৯৯৬ কী নভেম্বর ১৭তা জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমী হোলদা অনীরকশুবা 'ইকরা এৱার্ড ১৯৯৬' য়েন্থোকপগী থৌরম পাঙথোকখি মদুদসু মুসলিম শক্লাইরবা মঙাদা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা এৱার্ড য়েন্থোকখি। মখা তারকপদি শেল থুমগী ফিভম ফত্তবনা ঙসি ফাওবা এৱার্ড অসি নমশিন্দুনা লৈরি।

পাঙলগী কলচরদা য়ুম্ফম ওইরগা পাঙথোকপা "মৈতৈ পাঙল কলচরেল ফেষ্টিভেল কম এক্সিবিসন" ১৯৯৭ ইংগী ডিসেম্বর তাং ২৮, ২৯ দা 'নোর্থ ইষ্ট জোনেল কলচরেল সেন্টর, ডিমাপুর' গী শেন্থুং মখাদা ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন,অরয়ান ঠিয়েটর, ইম্ফাল অমসুং মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়ম অহুম পুল্লগা মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়ম কমপ্লেক্স, ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা থৌরম লৈবাক্লা শিংথানখি। থৌরম অদুগী অথোইবা অতিথি মণিপুরগী গর্ভনার ও. এন. শ্রীবাসবতনা হৌদোকখি। পূম্নমক অসি কয়ামুদ্দিনগী থৌনা লৌশিংনা

ওইখিবা ঙাক্তানি। মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা অসিগুম্বা থৌরম অসি অমুক হন্না পাঙথোক্লবদি খল্লি অদুবু পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরি।

মহাক্কী লমজিং মখাদা লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইম্ফাল; ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েনস (ইকরা) অমসুং মুসলিম রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল (মতুংদা রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর হায়না মিং ওনখ্রবা) পূম্নমক অসি মহাক্না ফাউণ্ডর সেক্রেটরী ওইদুনা লিঙ্খৎখি। মহাক্না তৌরকপা থবক খুদিংমক্কী অশোয়বা, অৱাৎপা পূম্নমক অইবা মুহম্মদ অব্দুর রহমান-না ঙাক্লৌ ওইদুনা শৌগৎখি, লমজিংখি।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম থিজিন- হুমজিনবা য়াম্না কল্লি। ভারত নীংতম লালহৌ য়াওরুবা আই. এন.এ. কেপ্তেন নকি অহমদ চৌধুরীগী শাংলবা পুন্সি ৱারী 'মিংশেল' চেফোঙদা পুথোক্তুনা মীয়ামদা মশক তাকখি। লোৎপা য়াদবা, খঙশিন-উশিন্নদবা যাদবা মতাং ওইবনিনা সরকারনসু মমৈদদি অশেংবা আই. এন. এ. লান্মী অমনি হায়না শক খঙখি। পেন্সন পীখি। মসিনা লোইদ্রি। নুপী লালদা য়াওরুবী সারাহ্ বিবি অমসুং অতৈ মীওই পাঙল নুপী কয়া পুথোক্তুনা মীয়ামদা মশক থোক্লা তাকপা ঙমখি মদুদি পাঙল নুপা অমসুং নুপীশিংসু লৈবাক অসিগী থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়ারি অমসুং তৌরি হায়বসি খঙহল্লি, উহল্লি। মসিসু কয়ামুদ্দিনগী তোপ-তোপ্পা গুণ অমনি।

মহাক্না মরী লৈনরম্বা সংস্থান কয়ামুক লৈ। মদুগী মনুংদা খরদি ঃ—

১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (লাইফ মেম্বর)

২। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

৩। মণিপুরী মুসলিম হিস্তোরিকেল সোসাইতি

৪। ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন (ইকরা)

৫। মুলসিম রাইটর্স ফোরম (মতুংদা রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর)

৬। ওল মণিপুর পেরিওদিকেল র্জনেলিষ্ট এসোসিয়েসন

৭। লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন,

মসিদা সেরিয়েল ৪,৫,৬ অমসুং ৭ অসি মহাক্না জেনরেল সেক্রেটরীগী থবক পুখি।

কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফালগী জেনরেল কাউন্সিলদা মেম্বর ওইখি। পুন্সিগী লোইশিল্লকপা মতাং ফাওবদা ইমা লোলগীদমক খূৎ থাবা লেপখিদে। মশানা ইডিটর ওইদুনা ফোঙগদবা 'পাম্বৈ ' হায়না মিং থোনবা চেফোঙ অসিগীদমক চেনবদা পুন্সি পীখন্নখিবনি হায়বমক য়াই। তাং ১২।৭।২০০৩ ইং থাংজ নুমিৎ অসি ঐখোয় অনী পূং ১১ তাবদা উনখি। মসিনা ঐখোয় অনীগী অরোইবা উনবনি। তাং ১৩।৭।২০০৩ ইংগী অয়ুক পূং ১১.২০ তাবদা গাড়ী একসিদেন্ট থোক্তুনা লৈখিদবনি। মদুসু মুসলিম রাইটর্স ফোরমগী মিতিং য়াওবা লাকপদা লম্বীদা থোকখিবা থৌদোক্নি।

**নোঙ্গাখ্রবা মতুং**

মহাক্না তৌজরম্বা থবক কয়াগী মতিক মগুণ লৈখিদ্রবা মতুং অসিদা সাহিত্য, কলা অমদি সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা লুপ কয়ানা অতৎ-অথম লৈতনা পাউচেদা রেডিওদা মপান নাইদ্রবা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলকখি। তৌবিমল খঙবা উৎলকখি।

মহাক্না মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা তৌরম্বা থবকশিংবু শকখঙবিবা ওইনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মসিগী ৬৯ শুবা চহীগী মীফমদা সাহিত্য ভূষণ হায়বা উপাধি অসি মশা লৈখিদ্রবা মতুংদা পীবিখি লোয়ননা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনসু মনা পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি। ❑



# মুফিদুন নিসা

মুফিদুন নিসা ইংশোক ১৯৬৩ গী ফ্রেব্রুৱারী ১ দা খেত্রিগাও কেন্দ্রগী মনুং চন্না লৈবা কৈখু মুসলিম ময়ায় লৈকাইদা খুল্লাকপম শাগেগী ইমুং অমদা পোকই। লৈখিদ্রবা মুঃ কাশিম অলী এলাইজ জুনাব অমদি আইশা বীবী অনীগী মচানুপা মরী অমদি নুপী তরেৎকী মনুংদা অনীশুবী মচানুপীনি।

পুন্সিগী অহানবা শিন্দম শঙলেনদি কৈখু ময়ায় লৈকাইদা লৈবা কৈখু বালিকা এল. পি. স্কুলনি। লৈত-লায়রা ইমুং ওইনা হৌরকপনা অৱাংবা থাক্কী স্কুলদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্বা ফংলক্তে। মখাদি অমুক থম্বালখোঙ জুনিয়র হায় স্কুলদা মিং চন্দুনা ক্লাস ফোর ফাওবা তম্লকখি, অদুগা চখোক-চৎশিন খুদোং চাদবদগী অমুক খেরগাও জুনিয়র হায় স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্লম্মী। মথংদি য়ুমগী অহলশিংনা অমুক নুপী ঙাক্তো তম্বা স্কুল পাম্বদগী ৱাঙ্খে গার্লস হায় স্কুলদা মিং চন্দুনা ক্লাস সভেন্দগী টেন ফাওবা মখা তমখি লোয়ননা হায় স্কুল  লিভিং সারটিফিকেট ইকজামিনেসন, মণিপুর বোর্দকী মখাদা ইংশোক ১৯৭৮ দা পাস তৌখি। মেত্রিক পাস তৌরবা মতুংদা মখা তমথনবগীদমক  জি. পি. ৱুমেন কলেজদা ইং ১৯৭৯ দা পি. ইউ. সি. তম্বা হৌই। অদুবু লাইবক থিবদি পি. ইউ. সি অনীশুবা তন্লিঙৈদা খুদোংথিবা থৌদোক অমনা মরম ওইদুনা অপোকপা অমদি অপোকপী অনীনা কলেজ তম্বা তোকহনখি। য়ুমদগী মপাল থোকহনখিদে। মীওইবা হায়বসি শোয়দবা ঙমদে। লানখিবা কয়া অদু তুংওইনরগা মমা-মপানসু মহাক্কী অপাম্বদু থুংজরসনু হায়না খল্লকপগা মহাক্না লাইরিক তমজগে হায়বদু তাবিদুনা এন.

জি. কলেজদা পি. ইউ. সি. অমুক তমথখি লোয়ননা ইং ১৯৮৪ দা পি. ইউ. সি পাস তৌখি। মখাদি অমুক কলেজ তন্বা য়াররোই হায়দুনা য়ুমগী অহলশিংনা থিংদুনা থম্বীখি। অসুম্না মহে তম্বদা তাঙ্কক কয়াদা অপনবা ওইখি। মসিনা মহাক্কী পুন্সিদা চোকথবা, তন্থবা হায়বদুদি ওইখিদে।

স্কুল অমদি কলেজ চৎথোক-চৎশিন তৌবদা অপোকপা অহল অমদি মখুরা অনী (মু. অব্দুল কাদির অমদি মু. অব্দুল কবির) মখোয় অহুম্না চাওরবা থৌদাং লৌবিরম্মী। মখোয়গী মীৎয়েং মখাদা লৈনা-লৈনা থোকহননিংদবা থৌদোক-ব্রাথোক কয়া থোকখিবা অদু মহাক্কী পুন্সিদা পেনজখিদে অমসুং কাউঙমল্লরোইদবা থৌদোক অমা ওইখি। তশেংনমক মহাক অঙাং ওইরিঙৈ মতমগী ঙাওজবা অমসুং নুংশি- নুংওনগী লম্বীদা খোঙদাবগী ব্রাখল পূক্লিংদা কয়া লৈখিদে। লম্বী অসিদা মহাক চৎতে হায়রবসু নুংশি- নুংওন্না মহাক্কী মহে তম্বদদি য়ৈখায়-থিঙ্গায়বা, অপনবা য়াম্না পীখি। অঙাং ওইনা মহাক্না য়াম্না থব্রায় য়াওজখিবদি শান্ন-খোৎনবা য়েংবা, ব্রারেং, শৈরেং, নোভেলনচিংবা পাবনি। হৌখিবা পুন্সিগী কাউঙমদবা থৌদোক অমা মুফিদুননা পাউদম্লকখি- "স্কুল ছুটি ঙন্না থারে হায়দুনা কাংজৈবুংদা ভোলীবোল য়েংবা ইমান্নবী ময়ামগা চৎলুবদা য়ুম হল্লকপা য়াম্না থেংখি। ইমানা হল্লক্লে হায়না য়াম্না নিংশা থিদুনা কোয়চেল চেল্লম্মী। নোংমসু কজেলদা ক্লাস হৌদ্রিঙৈ মতম লৈ হায়দুনা ঐহাক কলেজগী লাইব্রেরী রুমদা চঙদুনা 'প্রাপ্তী-অস্তী' হায়বা লাইরিক অদু অসুম পাবদগী ছুটি থাবগী মতম কাউথোকখিদুনা য়ুমদগী লৌবা লাকপদা থেংনদদুনা য়াম্না ব্রানা থিরম্লগা হনখিরম্মী। ইমান্নবীশিংনা ইনাক্তা লাক্লুনা য়ুমগী মীনা লৌবা লাক্লম্বনি, য়াম্না থিরম্বনি হায়না তমলৈ। ঐহাক পাখৎনা লাইব্রেরী রুমদগী লাইরিক্তু থম্লম্লগা থোক্লকই। ঐহাক্না থোরকপদা অপোকপনা অমুক হন্না য়ুমদগী থিবা লাকপদা থেংনদুনা য়ুমদা হনমিন্নখি। মখোয়নদি ঐহাক চেনখ্রবনি হায়দুনফাও

খন্নরম্মী। ঐহাক্না পাউদু তম্বদগী ইমুং-মনুংগী মীওইশিংসু নোক্নুনা তোকই।"

তাক্কক কয়াদা খুদোংথিবা কয়া থেংনখ্রবনা মহাক কলেজ তম্বা ফংদবগী ফিভম লাকপদা য়াম্না ৱাখি। সরকারগী থবক অমা তৌগে খনখি। অপোকপনদি ওজাগী শিনফমদা চঙহননিংখি। ওজাগী ইন্টরভিয়ুনি হায়দুনা অনী অহুমসু য়াওরুই অদুবু হায়দোকপা খরা হায়দোক্তনা তোকখিবা খরা মায় পাকখিদে পৈশা পত্তুনা মতম মাঙদুনা তোকখি। মমৈদা সোসিয়েল ৱেলফিয়ার দিপাটমেন্টকী আই সি দি এস প্রোজেকতা ইংশোক ১৯৯৬ তা আঙ্গনৱাদি ৱাকর ওইনা চঙদুনা প্রি-স্কুলগী অঙাংশিংবু তাকপি তম্বীবগী থৌদাং লৌখি।

মহাক্না য়ৌনিংবা মহৈগী পন্থুংদু য়ৌবা ঙমখিদবনা ৱারবসু ৱানা লিলোং হাওরৈবী কলেজদা মিং চন্দুনা অমুক কলেজ কাদুনা ১৯৯৯ ইংদা বি.এ. পাস তৌখি।

সাহিত্যগী লমদা ঙন্না থৱায় য়াওবা হায়বদু ওইরকই। মহাক অঙাং ওইনা আউত বুক পাবা হৌরকই। মতমদুদগী ৱারেং শৈরেং নোভেলদা মহাক অদুম ঙাওখি, থৱায় লুপখি। পোকমীন্নবী মচেনা মহাক্কী তন্নিবা লাইরিক পাদে আউত বুক পাদুনা লৈ হায়দুনা মতম খুদিং চৈ-থাংখি মমাদসু তাকথোকই। মুফিদুনগা উনরুবদা মহাক্না সাহিত্যগী মরমদা তমলকপা খরদি-" ইবসু ঐ মতমদুদগী অদুম ইনিংবা ফাওখি, ইবা হৌখি অদুবু মতমদুদা ইখিবা ময়েকশিংদুদি চন্নফম খঙদবনিনা শেগায়দুনা মাঙখ্রে। কয়ামুদ্দিননা চেফোঙ কন্না পুথোকলিঙৈ মতমদা লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসনদা মখোয়গী চেফোঙদা অর্টিকল হাপচগে হায়দুনা চিঠি ইদুনা থাখি। মখোয়না হরাওনা য়াবিরকপদগী ঐ শৈরেং ইদুনা হাপখি। মখা তানা ঙসি ঐনা অইবা ময়ামগা শকখঙনবা হৌরকখিবা অসিদি নোংমা ইথা থাজদনা

(ইং ২০০০ ) ইয়াম্বা কয়ামুদ্দিন পুষ্ত্রীময়ুম্না ঐবু থিবিরকখি। মহাক ঐগী মামা অমগা ঐখোয় য়ুমদা চঙলকখি। ঐগী অপোকপনা ঐবু কৌথোক্তুনা ইয়াম্বা কয়ামুদ্দিনবু শক তাকপিখি। নুমিৎ অসিদা ইয়াম্বগা ঐগা শক খঙনখি। মহাক্না ঐঙোন্দা অসুম্না হায়বিরকখি- মণিপুরদা মুসলিম নুপী অইবী অমা ফাওবা লৈত্রি অতোপ্পা জাতিগীদি লৈ, মসি ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইতে ঐখোয়গীসু অইবী পুথোক্লবা হায়দুনা হোৎনরিবনি- নহাক্কী শৈরেং অইবা লৈব্রা লৈত্রবসু নহাক ইয়ু ঐখোয় শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙগদৌরি মসিদা নহাক্কীসু হাপ্পনবা। নহাক নত্তবা নুপী অনী অমসু হায়জরুবনি অদুবু মখোয় য়াবিরক্ত্রে। ইয়াম্বা কয়ামুদ্দিন্না তাকপিরম্বা মতুংদগী ঐ শৈরেং অমুক নৌনা ইদুনা ইং শোক ২০০০ দা লিবর্টি পাব্লিশিং এসোসিয়েসন ইম্ফালনা ফোঙখিবা 'ঈপাক তম্লক্লিবা ঈচেল' হায়না মিংথোন্বা ইয়াম্বা কয়ামুদ্দিননা সম্পাদক ওইখিবা শৈরেংগী লাইরিক অদুদা শৈরেং মঙা হাপ্পিদুনা অইবা ময়ামগী মরক্তা তিনবা ফংজখি।"

মহাক্কী শৈরেং মঙাখক খোমজিনবা লাইরিক অসিদা হাপখ্রবা মতুংদদি মুফিদুন কনানো হায়দুনা অইবা ময়াম্না ঙাংনবা হৌরকখি। ইংশোক ২০০১ অসি নুপীদা শক্তি পীবা চহী হায়দুনা ভারত পুম্বদা পালন তৌনখিবনি। মসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা 'অরোইবা খোঞ্জেল' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা মুসলিম রাইটর্স ফোরম অসিগী অহানবা ওইনা ফোঙখি। মসিগী মতুংদা অমুক ইং ২০০৬ তা মুসলিম রাইটস ফোরম হায়রম্বদগী হৌজিক্না রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর হায়না ওন্থোক্তুনা মিংথোল্লবা মতুংদা য়ুনিয়নসিগী অহানবা ওইনা অমুক মহাক্কী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক 'মিংশেলদা লৈচীল' হায়না কৌবা অসি ফোঙখি।

পুন্সি হায়বসি অৱা-নুংঙাই অনীগী পুনফমনি। ইমুং-মনুং ইমা, ইচিল-ইনাও ময়ামগী অৱা-নুংঙাই শরুক য়াদুনা ইমুংগী অচৌবা পোৎলুম পুদুনা

লেল্লি। পন্থুংদি নাইদ্রে অদুবু লমথুংফম তম্না চৎলিবা লম্বীসিদা সাহিত্য অমদি সমাজ সেবাদা মহাক থব্রায় হকচাং কৎথোক্লবা মীশকনি। অব্রাবা মরক্তা নুংঙাইবা কয়াসু ইন্নরকই হায়বদুনি। মহাক হৌজিক সোসিয়েল ৱেলফিয়ার ডিপার্টমেন্টদা সুপর ভাইজর ওইনা থবক পুরি। হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা মহাক্কী লাইরিকশিং অমসুং শম্নরিবা সংস্থানশিংদি—

*লাইরিকশিং ঃ* ১) অরোইবা খোঞ্জেল, ২০০১

২) মিংশেলদা লৈচীল, ২০০৬

*সংস্থানশিং ঃ*

১) রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর

২) লৈমরোল খোঞ্জেকোল (লৈকোল) □



## রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুরগী লাইরিকশিং অমসুং চেফোঙশিং

| লাইরিক মমিং | অইবা/সম্পাদক | ফোঙখিবা চহী |
|---|---|---|
| *১। নোংঙাল্লমদাই শজিক | কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম | ১৯৮১ |
| *২। জারুল্লাহ্ | ,, | ১৯৮৩ |
| *৩। পাঙল থোরকপা | রা. কু. শ্রীসনাহল সিংহ | ১৯৮৫ |
| *৪। পাঙলগী খুনুং ঈশৈ | অব্দুর রহমান/কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম | ১৯৮৬ |
| *৫। ঈদ অনী | অব্দুর রহমান | ১৯৮৭ |
| *৬। য়ুসুফ জুলৈখা | ,, | ১৯৮৭ |
| *৭। রোজা | ,, | ১৯৮৮ |
| *৮। পাচা অমসুং মাগী সাহিত্য (খোমজিনবা) | কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | ১৯৯১ |
| *৯। পেল্লে তাইবং | অব্দুর রহমান | ২০০০ |
| *১০। ঈপাক তল্লক্লিবা ঈচেল | কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | ২০০০ |
| *১১। অরোইবা খোঞ্জেল | মুফিদুন নিসা | ২০০১ |
| *১২। ইরালদুবু করিনো | অব্দুর রহমান | ২০০২ |
| *১৩। ৱক্ফ লো অমসুং ৱক্ফ চৎনরকপা | এম. এম. অহমদ | ২০০২ |
| *১৪। নোংথাংনা কেল্লকপদা | ফরিজ নোংজাইময়ুম | ২০০৩ |
| *১৫। অনারকলি | বেঞ্জমিন এম. শাহ | ২০০৩ |
| *১৬। য়োংমু অমসুং শৈশকপা | অজাদ কোমোল | ২০০৪ |
| *১৭। শজিবুগী চীংথ্রাউ মপাল | কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম | ২০০৪ |
| *১৮। সহির-সলমা লুহোংবা | অব্দুর রহমান | ২০০৪ |
| *১৯। ঈপাক্তা তিনখ্রবা পিরাং | এন. নিসা | ২০০৫ |
| *২০। মেলা অমা পুন্সি অমা | এম.এ. হাশিম | ২০০৬ |
| ২১। মিংশেলদা লৈচিল | মুফিদুন নিসা | ২০০৬ |
| ২২। ঙক্লবা পুন্সি | অব্দুর রহমান | ২০০৭ |
| ২৩। মচু ওনখ্রবা অতিয়া | নজির রাজা | ২০০৭ |
| ২৪। সাহিত্যগী ঈচেলদা মণিপুরী মুসলিম | এম. এম. অহমদ/এস.এম. শৈখ | ২০১০ |

### চেফোঙশিং

| | | |
|---|---|---|
| *১। মিংশেল (১-৪০) | কয়ামুদ্দিন পুখ্রীময়ুম (সম্পাদক) | ১৯৮০-১৯৯৩ |
| *২। পান্থৈ (১বা চহী) | বেঞ্জমিন. এম. শাহ (সম্পাদক) | ২০০৩ |
| ৩। পান্থৈ (৬শুবা চহী) | রশিদ অলী (সম্পাদক) | ২০০৯ |

---

*তাং ১১/০৬/২০০৬ ইংদা পাঙথোকখিবা মীতিংদা লৌখিবা ৱারেপগী মতুং ইন্না লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, মুসলিম রাইটর্স ফোরম অনী অসি রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুরদা পুনশিনখিবগা লোয়ননা সংস্থানশিং অসিগী মিংদা ফোঙখিবা লাইরিকশিং, চেফোঙশিং রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুরগী পোথোক ওইনা লৌশিনজরে।